# খুমন লংবা লংচিন কাংবা

খুমন পুরেল পাখংবা



চিত্রকার
ঙাকা মণি মৈতৈ





# থাগৎ ৱাহৈ খরদং

পুন্নারি লাই-লিক অসিবু খুদোল্ল তম্নবা হোৎনবদা মশাগী মমল্ল য়াম্নবা মতম কয়াবু হুন্দোকপিরগা থন্ন-নৈনবদা মতেং পাংবিখিবা ইকাইখুম্নজরবা ১) লৈশাংথেম বির মৈতৈ থৌপাল কলেজগী ওঝা অমদি ২) ওঝা জাতিশ্বর লুন্নাং অদুগা থোইদোক হেন্দোক্রা লাই-লিক অসিবু পুথোক্রবা হোৎনবদা শেলগী অচৌবা মতেং পিবিখিবা ইকাইখুম্নজরবা D.C. থৌবাল [illegible] ari Singh অহুমগী পাকশিমগী ময়ামগী

কাকা মনি মৈতৈ

থৌপাল।

# "খুমন লংবা লংচিন কাংবা"

## খুমন পুরেল পাখংবা

THE
MYTHOLOGY RELATED WITH THE
SUPREME LORD KHUMAN-KURU
IN THE
KANGLEI LEISHAT LEIYON NUNG.


কোংজবী—

ক্ষহিনি লৈমা
থোরেল-পুং ( থৌবাল ) ।

শিন্দোকচবা—

কাকা মনি মৈতৈ
থোরেল-পুং ( থৌবাল ) ।

# রাহৈ খরদং

( চেকশিন রাফম )

## ঙাক্তদনা রাফম খরদং

পুরারি লাই-লিক অসিবু থম্মোইরিবশিংগী মফমদা ঙাক্তবা মাঙলবা রাফম অমদং পুরারি অসিগী হৌরকফম "লুংঙৌ পুম্না" দা থাম্নুগী মতুং ইন্না পল্লরক্কে।

রাফমশিং —

১। পুম্না লাই-লিক অসি লেমাং-মশোই নত্তা মফমদা থম্মীগদবা অমদি নুপি অঙাংশিংনা অশা লৌদনা লোকহন্নীগনু।

২। খাবুম অমগী থাংগা কোৱৌ ম্যাইফবা, থাপাল অচৎপদা মাঙিবা মঙৈ থা পানখৎলকপদা থাবিদু।

৩। পাবিবা মতমদা হুমফাং তশেং-তাশেংবা চাক-মাং চাদবা, মু-মাং থক্তবা, চাক্লমদগা, ফিনমদগদা পামিদু।

৪। হাৱিৱমঙৈ থাগী তংখবা নুমিৎ, থাগী মাংবা ( নামুংবা ) নুমুগী অশিং-অনা লোকপা, মুপি থুপা য়ৈমদিনবা ফিদিন্নবা মতুংদা লাইলিক অসি লোকপিগনু।

পরম্পাশং অসি ঙাকতবা অতুগা লাইলিক অসি লোক্লবদি ইশাদা অমদি ইমুং-মচুং ইচা ইশুদা তিনখুং পা... হাইনা থাবিরমই।

'লুংঙৌ পুম্না'

# "ৱাহৌদোক"

পুরাগি লাই-লিক অসিগী হৌরকফমদি ( Origin ) চিংউ খোইযুম ওইবা মদোম লমহৌরকপা অদুগা লোইনাইদবা চিংউ মতিক হকপাশিংনা চিংউ খোইযুম ওইবশিংগী চৎন-পথাপ, লোনচৎ শাচৎ, থৌরম-থৌদা, মকাইফম অথুপ্পনচিংবা পরম কয়া কয়াবু ইপু-ইপা লাইওইশুবা চিংউ খোইযুম নাক্তা তিনশ্রবশিংদা শিন্নদুনা থম্বিরমই। অমুক্তা অসিগুম্বা ইপু-ইপাশিংনা মচা-মশু ওইবশিংগীদমক তুংলমচত্তা লমচিং মৈরা ওইননবা থুপতুনা খৌদু মুংপি মুংপাক থক্তা মুৎনাইদবা ঈ.ময়া হক্তুনা "খোরেল-পুং" কী চিংউ খোইযুম মকাইফমদা থুপতুনা থম্বিরম্বা "মুংডৌ পুম্বা" হাইবা অরিবা মৈতৈ পুম্বা অমুদগী শিন্দোকচবনি। ঐদি অহুগুম্বা "পুং" ( মকাই ) অহুবু শোম্বজবতনি।

ফোংদোকচরিবা লাই-লিক অসিদা শিজিননরিবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অসি হৌরকফম পুম্বা অহুমদগী লাইহনলবা হাইবদি হেন্না অৱাইবা মৈতৈ ইরোল্দা হন্দোকচবনি। হৌরকফম পুম্বাদা থাবিম্বা ৱাহৈ-ৱাতাদি খাই তৱানা পাম্বদা খুৎলোইদবা ওইদুনা লৈপাক খাই তৱাবু লাইনা খংহজনবা পুরিগী শক্তম ( Structure ) কাইহন্দনা চুম্না ৱাহৈ ৱাতা; মহুৎ হুজিবা ৱাহৈ কয়াবু হেন্না লাইহন্দুনা পুরাগি অসিগী মুংলোনগী তুথুপ পরম খাই তৱাদা ফোংদোকচনবা হোৎনজবনি। "খুমন কুক্ক" কুক্ক অথোইবা, মতিকশু অহকপা মহাক্না চিংউ খোইযুম ওইনা থৌদোক কুইবা শান্নদুনা "কুক্ক অতিংকোক মক্ক শিদবা" মরাম্থংবু লুপ্নেল কোক্তা খোংচুনা মালেম লৈপেম্বা থৌবু থৌশাংখিত্র। চিংউ খোইযুম ওইরম্বগী কুক্ক অতিংকোক মক্ক শিদব

ময়াথং মতুংইন্না নমু শক্তম পুংওবা "ঈশোকপি ঈ-হান্না" নমু মীতম অহেন্না ওইনা শাইওন লাংওন ফাও থোৗদোক কুঃম শাম্মখিএ। মশা অমতনা লাংওন তংবংলক হন্না শাইওন্দুনা তালোই তন্নেং তুইন তম "খুমন পুরেল পাখংব" হাইদুনা খুমন পুংকোক পুরেল অহানবা লাংওন অতাল ফাওখিএ, মখং মথং নিংথৌ তন্নেং মশা অমতনা শাইওন্দুনা মখিং হোং-হোংদুনা তালোই তংরেং তুইন তম তাইশং থোৗদোক কুম্মে শাম্মখিবা ফাইনথংদা খুমন অমুক হন্না লাংওন হজিনখিবা ( লা-খুপখিবা ) ফাওবগী পুন্নারিনি।

অসিনও মংদামদেএ— হৌরকফম পুন্নাদা থাখিরম্বা পুরারি কয়া কয়ানি। পম্না শাবা মরদি—

১। মালেম লৈশম্মলোন তুথুপ।

*২। তু-তৌ; খোং-তৌ; মোল; তু-তেং-খোং-তেং-মোল-তুথুপ।

৩। চিংউ থোৗদোক লাংওন শাইওন তুথুপ।

৪। শাক্কে শলাই য়েনবা তুথুপ।

৫। শরোই-ভারোই ৩৬৪ পোকপা পরম।

৬। মভাং লংলা-লংচিন কাংবা।

৭। লুরাং লংলা-লংচিন কাংবা।

৮। নোংপোক অরিবা লাংওন শাইওন থোৗদোক কুম্মে ( নোংপোক-খুম্মোল্লোন )।

৯। মাইকৈ মরি ওমদাই নিপালদা লৈবা চিংউ মরুহকপা মকাই তাকপা; থোনিরেল তুথুপ।

*১০। চরৈ-কিথাংলোন; কিশেংলোন; লিক-লু লিক্লাং; খুচিল্লোন খোংচি-ল্লোল; থাংখি লং-লা লংশুং থাংখা; লু-হোং পরম।

*১১। অমম্ শিংওমলোন অওাঙ্গ নোংহললোন নন্না নাওথেল্লোন তুথুপ।

১২। খোংচোম-মুপি তন্নেংকী পুন্নারি।

১৩। তিনথুং-সাইমুং য়েনখিবা ( অসি নোংদম নোম ) তিনকোক্লোল, অমাইপা অমাইনি খোকখিবা; খয়োক্লোল বকৗ পন্নম মুংচেং শাং মকাই তাকপা।

১৪। পেন-লিরোম ( পেনা ) শৈছক; পুং-শেন হোঁকম শাঙকম।

১৫। হৈ-হেক নোম: লৈ-হেক লেল; হৈকং খোম; লৈকং লোল; লৈকং লোম তুথুপ হৈরাং হৈচা শেতুবা লৈরাং লৈচা শেতবা হ্রশক লৈশক তাকপা।

১৬। থরাই-পিচাক ২৭কৗ পুরারি।

১৭। পাখংবা ৭না খোইদাবা হৈ-লৈ।

১৮। যুম-শারোম, যুমফম লোল, উরেপ লোম, মেন উরেপ তম্বা পরম।

১৯। তাংচেং নিংখৌ হোঁকম শাংফম, মকাই তাকপা খৌনিরোল তুথুপ।

অসিনচিংবা কয়া কয়াবু থম্বীরমই। মথং-মথং পুখোকচননবাশু হোংনজরি। অদুগা রাক্ষম অমনা খৌদোক পুরারি অসি তশেংনা খোকখিবনি হাইবগী লেংদবা হোংবা মাররোইদবা খুদমশিংগী মতাংদা পম্বা মাবশিংদি পুরারি অসি চুম্না রারি লিবত নতুনা পুমম মানা মাক্লেম শিন্না থুংনা চতুনা খৌদোক কুঁম শামখিবা মফমশিং থুমন মানা থুংউ থুংউবা মফমদুবু করম্না মিংখোনখিদলে হাইবা পরমশু তংশং তশেংনা উংলি। হাইরিবা মফমশিংতুদা ইশানা চতুনা থিডিমুংবা ওতুগা ঙমদুদা লৈরিবা লাইওইরবা অহল-লমনশিংগা উনদুনা লম অসিগী মিংবু এমহৌংঙনা মিংখোলম্বতুগা চাংদমমনরগা মতুদা ফংলকপা কমাতু নৈনজরুরমা পুরারি অসি তশেংনা খোকখিবনি হাইবসি ( ইহাক থক্তা মিংবা উবা ফংহৌদ্রবশু ) অচেংপা থাজবনি। লাইপক খিবদি পুরারি অসি মতম চানা পুখোকপা ঙমখিদবা অশিমক মৈতৈ ঐখোইগী অচৌবা অমাংবনি।

পুরারি অসিদা থারিবা লমদমশিং ওসিশু ওন্না লৈবা ওাকনি । মপুদা থোনখিবা মমিংশিং ওন্না থোঁদোক্না থৌদোক উরোং খিন্দুনা থোনখিবনি শুপ্রতগী থৌদোক অসিগী শোক তারিক পিবা ওমদবগী য়াক্ষমতনি । অতুম্ শোক তারিখ পিবা ওমদবগী থোকখিবা থৌদোক পুরারি অমবু থোকখিদে হাইবা তারগদি মদু ময়াম্গী য়াক্ষমনি ।

এলহৌওদা থোনখিবা লমশিংগী মমিংশিং ওসিদ থরা মথৈদি খেন্নবা লৈরগনি । মতু করি মরমননো হাইরবদি মতম শাংনা পুরারি অসি নমদুনা থুপতুনা থনমবনা মতম চানা পুথোকপা ওমদ্রিওে থরা থরা থৈথরক্তুনা লমশিংগী মমিংদা খেন্নবা লৈরিবনি হাইজনিংই । অদুম ওইনমক লেংবা য়াদ্রবা মতমগী অহোংবনা মাংহন্বা ওমলরোইদনা মায়ক লাববা থুদম অমদি অতুমক মৈবরী মতুদি থুমন মানা থুংউবা মফমদা থুমন মাগী "পূং" ( মকাই ) অমমম থনমই । পুং অতু ওসি ফাওবদা মৈতৈ ঐখোইগী চারোল শুরোলনা চপ চাবা মতমতুগী পুরারি থংবা ওমদ্রবশু থুমন পুং ( থুমন লাইফম ) নি হাইদুনা ঈরাৎ থৌনিনরি । মসিনি মিংনা তশেংনা উরিবা থুদম ।

অরোইবদা লৈপাক থ্বাই তরাদা হাইজনিংবদি লাই-লিক পুরারি অসি ঐনা খংএ হৈরে হাইদুনা পুথোকচবা নংচদে । করিশু লৈত্রবা খিজিঙ্ক্রুবদা ফংজরকপা চিংউ খোইয়ুম ওইবশিংগী পুরারি অতু লৈপাক থ্বাই তরাগী মফমদা পাংদ্রবা ইচিম্না পাওদম্না ওমজদবদগী ফোংদোকচখিবনি । মসিদা হাইরোইদবা রাহে কয়া হাইদোকখিবা, হাইগদবনা হাইহৌদবা রুনাহে কয়া য়াওখিবা অমদি লৈপাক থ্বাই তরাগী মফমদা অয়োল অরান য়াওরম্বা খিবিকপু ওরাংতগী নরা শিন্দম্নি হাইনা খনবিতুনা ওাকপিউ হাইদুনা পাংদ্রবা ঐনা ইকোক নোজরি ।

অসিওম্বা পুথোকচরিবা "থুমন লংজা লংচিন কাংবা" হাইবা

পুস্তক্সি অসিবু মৈতৈ লৈশাঙ্গী মং হৈরবা মাইচৌ, মাইনৌ অমসুং ফাখিবশিংগী মকমদা অম-লৈমবিমনবা তাস্থোকচরি ।

মাইক্লিক অসিগী ফংক্রম থোকপা থুদিংমক ঐহাক ইশাদীনি ।

ইংগা—
১৩ নি পান্না থাপাম
১৯৯১ ।

নোমুকচল্লিবা—
কাকা অনি মৈতৈ
থোরেল-পুং



শা-ঙা-উপাল্ল-য়াপাল্ল, মনা-মশিং ওয়া শেম্লবদা কুরু মপারি-মমোম ময়াম চিংউ থৌদোক কুম্মে শাম্লবা কুরু ময়াথং অহকপবু ঙাইঙমম্মরে। কুরু অতিংকোক মরু শিদব উন্‌বি নুংদা পাইমা হিল্লি কোন্দুনা মপু মাগী উন্‌বি থমোইনা তাবা নমু অথোইব "নমু-পোং-হল্লবা" ( তাইবং মী ওইরক্কদবা ) পাদম লাকপবু থৌপাং মপুং ফা-হল্লাও ঐফুংনম্মল্লে।

অশুম্না কুরু অতিংকোক মরু শিদবনা মদোম লমহৌরক্লুনা মালেম লৈছা চিংখংলকপা অশুম অশুম চংথরকপনা নমু পাদম লাকপা থৌপাংব—তাইবং অপোক-অশি নোংদম্মা; তিনথুং-লাইথুং য়েনব'; অমাই-পা—অমাই-পি পুথোরকপা; —লাইনিংথৌ তাইপং য়ুম-চংবা;— অসি ফাওবা অনি চিংউ লাই ঙাইহাক্তনা থৌদোক কুম্মে শাম্লবগী শরুক্কি। নমু তাইবং হাইবা তাইবং মী অসি লৈক্সিঙৈগী মতমনি। অশুম্না চিংউ লাই থক্তনা লাংওন শাইওন্দুনা থৌদোক কুম্মে শাম্লবসি শরুক ( তাঙ্কক ) মরি থোক্কা শ'ম্লখি।

---

*১. মালেম লৈশে্রী কুরুগী ক্লেরুদগী তাত্নুনা ইহান হাম্লা শেমখিবি "পি"—লাইরেম্বী—কুরুগীদি লোইনবি অদুবু ইমা লৈমরেল সিদবি হাইনা তাইবংনা খংনবিএ। অদুবু মিংলেন অনিদি ইম্মা মানা নমু তাইবংগী য়ুমচংলবদা থোনখিবনে। কুরুনা অহানবা পুথোকপদা ইমা মাগী মিংলেনদি 'নোংখেং লৈমা" হাইনা কৌএ—পরম ম্লামই।
নোংখেং-লৈমা ইমা মানা তাইবং য়ুমফুংদা হেক চংখিবগা—ইমা লৈমরেল শিদবি হাইখিএ।

*২. ইমা ২শুবিনা মালেম পুবি ইমানে। মমিংদি "মালেম লৈশাং-লৈমা তনৌবি" কৌএ— কুরুনা শেমঙৈগী মিংলেননে।
মালেম শেম্লা লোইবগা - মালেমগী—পোংলুম ইমা মঙোন্দা শিম্লখিএ মালেমবু অহানবগা—"কংলৈ লৈশাং লৈওন তনৌবি"— কৌএ।

*৩. ইমা অহুমশুবিদি ইমোইনু ইমানে। কুরুনা শেমঙৈগী মিংদি "মৈরি মৈতোন লিশঙপী" ইমা কৌএ।

১বা শরুক—

চিংউ মপুরেল কুরু শিদব মাগী উন্‌বি মুংদা মদোম চিক্কা পাইদা হিরি-কোন্দুনা নিংথিবা মালেম শেম্নবা মালেম পাদম লাকখিত্র। চিংউ কুরু শিদবা মদোম থৌপাংগ্রবদা কুরু ছমু মহকছাংদগী মালেম ইমা লৈশেন্‌বী (লাইরেম্বী) মাবু পুথোকলে। পা-পি (পি-পা) অনি চংদুনা মালেম লৈশেমখিত্র। মতম অসিদা করিগুম্বা লৈতরিত্র অহাংবানে তিংকাকোকনে।

২শুবা শরুক—

মালেম লৈছাদি তরংলক্তগী কোঙোল ইরিক ওইনা ফাওরকলে। কুরু থৌবু তেংবাংবা মালেম লৈশেম্বী ইমা অনি অমগু কুরু ছমু মহকছাংদগী পুথোকলে। পুম্না লৈশেম্বী অহুম থোকখরে। ইমা অমনা কুরু মকাইদা লেংদনা লৈখিত্র ইমা অমনা মালেম লৈছা মানা ফাওরক্কবা মতমদা মালেম পুম্বি ইমা ওইগদনে। অতোপ্পা ইমা অহুম শুবি মানা তুংলমচৎতা মপু মাগী—নমু তাইপং ওইবগী অক্ষ কংত য়ুমপানলোলনচিংবা তম্বিনবা ওইগদনে। মালেম লৈছা ফাওরকলে। অমম অঙাল নাইহল্লে। অমুকা কুরুনা মপারি মাপল (৯) পুথোক্লে লৈমা তরেৎ-শু পুথোকলে, কাইনথদো লৈমা অনি (২) অমগশু অমুক পুথোকতুনা কুরুনা মপারি মাপল (৯) গী তালোই ওইনা নোংদমখিখরে। মতম অসিদা কুরু অতিংকোক মরু শিদবনা ওম্না শিল্লিত্র—মচা মনাই-শিংনা কুরু থৌবু পাংলিত্র কুরু অতিংকোকনা পানলে।

৩শুবা শরুক—

কুরু মপারি মাপল (৯) লাইশুরা মাপল থোক্তুনা থৌদোক কুম্ন শাম্নবা মতমনি। তু-তৌ-খোং-তৌ-তু-তেং-খোং-তেংলে। চিংউ থাচৎ থাপাল থাইখরে। শা ডা উপাল-রাপাল, নাপি-শিংবি, মনা-মশিং চামা/চামা শেমখরে। ওম্না মশিং থোন্দুনা মথৌ মতম য়েনখরে। চিংউ থৌদা থাইদুনা মাগী-মাগী মথৌদুগী-মতুংইন্না মশিং থোনখরে। কুরু মাগী-নমু, নমু অথোইবা পোংহনবা নমু পাদম—লকপবু থৌপাংখরে।

মতম অসিদা·········

কোরৌ মাও থাংদরিএ,

মালেম তম্পাক অনেপ্তুমতা।

কোরৌমা মালেম লৈগা লিপক্লিরিএ

কোরৌ মালেম চৎনা খোক্লা পানলিএ।

চিংউ নমু অক্ষানে,

নমু চিংউ অমতানে।

মতম অসিদা কুরু অতিংকোক মরু শিনবগা পাইমা উনবিলুংদা হিরি পাদম লাকপদা চিংউ লাংওন ওমদাই খোঁ;দাক কুম্ম শান্নবা মতাং থোরে থংখায়। বুরু মপারি লাই মাপল (৯) লাইমুরা মাপল (৯) বু খৌ শিন্দুনা মাগী-মগী মখো-মতম মেনখিএ। মপন প.স্থা কুরু মথাথং অহকপবু কংলবদা কুরু মপারি মাপল লাইমুরা (লাইরেম্বী) মাপলনা কুরুগী অনিংবগী মতুং ইন্না থোঁদোক কুম্ম শান্নবা চিংউ লাইরাম খোইযুম ওম্না লাংওনখিএ।

অশুম্না — কুরু মপারি অহল 'অশিবা" মাইনা "সনা-মহি" মিংথোন্দুনা তাইপং মুমখোংদা যুমচংবা, চিংউ/খোইযুম, তাইপং, মালেমসিদা লৈরিবা তিল কাং, লেংলি-পাল্লিবা পুম্নগী নিংথৌ অমত্তু ওইবা মপু ওইদুনা অসোক অশি নোংদম খোঁদোক কুম্ম শান্নখিএ— চিংউ মপু শিদববু ওইখিএ।

অতুগা কুরু মপারি শিংখোং অতোনবা কোংলৌতোন "পাখংব" তাইপং ওইবগী মপি-মপা শরা কুরু তাংপল অহকপবু শংখিএ— মচা মনাই কৌনদুনা লৈপাক থাম্লেন থৌবু পুখিএ।

অশোমদনা কুরু মপারি মতাং কুরু পুন্সিবনা তাইপং অকাই অতোই মেংবা থ মেন চৈরাক পিবা লাংওন কুম্মে লাইনিং পরে চেৎ মপুগী মাংদবা লনবু মুৎশু-নখিএ।

---

মিচেৎতু খঙ্গে হাইবগীদমক মী-অহল মাবু ইপোকপা-ইপোকপি ইহনবা-ইহনবিশু কৌএ। মখাকা অহানবা খুন্দাহনখিবা মফমশু মখাক্তা লাকখিনি।

অহণা লুৱাং কুরু পুন্সিৱ মাদি মালেম শেম্বা পরিং লাংশং হুন "খ্রেব" পুংগী থৌৱু পুরগে হোয়ৗদুনা কুরু মন্নাখংবু লুরেল কোকথোক্লখিএ ।

অশাই চিংউ অশিবা লাই মহাক্না অমুক্তা নোংপোক অরিবা ওইনা লংওন্দুনা তিনথুং-লাইথুং তিনকোক লাইকোকনহন্বা, অমাই পুরেনবা, তাইপং অপাম-মুংশি, লৌউ-শিংউবা তাইপং চাদা নাওদাব; মুংশি নুংওন লাংওন কুম্মৈবু পাংখিএ । লাইরেন্বীপি পাম্ম্লোইবীনে ।

অদুবু থানা চাওবা "হ্নাংপুরেল" চিংউ পাঙ্গলব মাদি হ্নায়েন কাতি থুংশুনদুনা অচুম্বা পোমাই-তু অরান নোংখাই তেমজুনা সনাগী থুংশু ম্নাইওইবা পাইজুনা চিংউ ফংতন্বা, নমু মীশা ফংতববু অশি থোং হাংদোক—অফবা কাইদবগীনা অচং-থোংবু হাং মচা মনাইগী হ্নায়েন থৌপুখিএ । মালেমদা লৈরিবা তাইপং, তিল-কাং, লেংলি-পাল্লিবা খুদিংমক্কি অাশথোং পুববু ওইখিএ ।

অশোমদনা চিংথৈ নিংথৌ ম্নাইফুরেল, শাদ-লান্দা থৌবা, চিংউ-লালহৈব, থুংশু তেনকাপ পাচুম্বা ইশাইফুদি ফুরেল লাংপা মালেম তুম্না থুংশু তেনকাপ অমতনা মাংহনবা ওম্বা থৌবু চিংউ থুংশুনখিএ চিংউ মকাইদা কুরুনা নোংদমখিএ ।

মতম অসিমতদা "মৈরম লালঙ্গোই নিংথৌ" মাদি মপন কুরু পঙ্গৌ মাবু পাইমা হিরি কোন্দুনা হক্নেং তুংলমচংতা মৈতৈ লৈপাক্কী থুংশু তেন, থাং তা পুম্ববু শাফম-লানফমদা শিজিন্নখিববু করম্না লাল্লোই নিংথৌ মাগী থুংশু তেনকাপ অমতনা লোইওমগবনো হাইজুনা তাইনদুনা লৈওমখিএ । অশুম্না কুরুনা হোম্বাখিএ—'পারি মহাক্কী থুংশু তেনকাপ অমতনা মৈতৈ লৈপাক্কী শাফম-লানফমদা শিজিন্নখিবা থুংশু তেন, থাং, তা-পুম্ববু লোইনা খোমজুম্না তেনতগী তেনপুং খোনবা পারি নহাক্না ওম্বাংউ" হাইখিএ । অদু নোংদগী পারি মহাক্কী মিংলেনবু "মৈরম লালঙ্গোই নিংথৌ" লাললোইবা চাইন খোংদ্রেন হানবা, লালওম্বা মৈরম লাকপা মকাইদা তেনতবু খোমলশা "তেনবুং" (ওসি ফাওবদা মৈরম মকাইদা তেনপুং অমি লৈরিএ—মাদি,

উপাল-ৱাপাল অমতা হৌদেএ। মদু মৈতৈ লৈপাক্কী তেন, থাং-তাবু খুৎশু তেনকাপ অমতনা খোমদুনা থোনখিবনে হাইদুনা পুৱারি অসিদা ফংই ) থোনগুম্বা নখুৎশুবু অহেনবা ওইখিএ।

নাকল অময়োমদা কুরু মপাক্কি অতোনবা খুমন য়োইরেন তোমপোকপা পাইমা লিংচেল থাবা, লাইগীগী লাইকোক ওইবা অদুগা অমুকশু লাইগী লাই মখা ওইগুম্বা মখৈবু ময়ানা চিকগুম্বা অময়-অঙান মনিং ওইগুম্বা চাইন খোংজেল হান্ববা, পাইমা খৌদু মুগুম্বা হাইখিবদা পং-তংপা খুমন মাগী লাংওন খৌদোক কুম্মৈশু মতম অসিদনে।

মপু মাগী মপাক্কি মখোম কয়া কয়ানা চিংউ ময়াখং অহকপা মালেম লৈদ তাঙদে কোরৌ থঙ্গুশ কাঙদে খৌদোক কুম্মৈ শান্নববু থাবা লোইবা নাইদ লৈতেএ। অশুম্বা কুরু মপাক্কি লাই মাপল্লনা তুফাং নাইনা চেনবা তুরিনগুম খোইয়ুম খৌদোক কুম্মৈ শান্নখিএ। অসিগী মনুংদা তুরিন অয়তংবু তুগী তুখোং হৌফম, শাংফম, লোইফমবু থাজরক্কে অতৈ লেমহৌব তুরিন নিপালগীদি মতাং চানা মথং-মথং তুগী তুখোং থাজরক্কে। তুগী তুরিন লিজরক্কে।

"হেঃ খুমন কুরুদি নতিক চাওবা নতিক নয়াইশু অহকপা নঙাক্কদি অহেনবা—চিংউ ওঃ খোইয়ুমশু ওনগুম্বা তাইপং ফাওনা খোইয়ুম খৌদোক কুম্মৈ শান্নরকপা পরমবু তাইপং থরাই ময়াইবিদি অপিথক নশু শিল্লেরোম্বনা চিংউ নকাই, হৌফম শাংফম, শাখুপফম পুৱারিবু ছৈশক ছৈথাজরক্কে— অয়োল অরাল খিবিকপু ঙাকপি হৈনা চিংউ নহাক্কা চিংউ নঙাক-থোককি-নঙাকথোক-ঙাকপিয়ু কুরু মপুরেল অমত ঙাইবা চিংউ মপুরেল মদোম লমহৌরকপা অতিংকোক ময়ু শিদবা ময়াথংনা চিংউ ম্যাৱা মাবু মঙ্গুং মতম চারে ম্যাকাইয়ু ম্যাকাইজবনে। চিংউ মপুরেল ইবুথৌ তশুগ তরেং পাখংব, ইবেম্মৌ থুজিরেম্মীগী ম্যাৱা মতুং ইন্না ম্যাৱা মাবু শনবনে নশু শিল্লেরোম্বনা ম্যাকাইব নংতেএ তাইপংদা অময় অঙান খাইরিবা কুরু অহমনা চিংউ ম্যাৱা মাবু ম্যাক ইবানে" — হয়ি হয়া হে হয়ু শিদব।

মহানোং কুরুনা নমু পাদম লাকপবু (নমু শকতম শেম) খোঁপাংলবদা হুয়াও মখোই কাখিএ অমুং মতম চানা মপু মাগী মালেমদা নমু মাবু পুখোক্লবা খোঁরাংখিএ। মপু মানা মতম চানা নমু অহানবা মাবু মপুগী মালেমদা পুখোকখিএ। নমু শেমখিএ — করম্না নমু মী শেমখিবগে হাইবগী তুখুপতি মতম চানা পনজরক্লে। ইহান হান্না কুরুনা শেমখিবা নমু মাবু 'নমু পোংহলবা' 'মী থল্লোবা' কৌএ. লাই থল্লোবা কৌএ-করিনোংগী কৌপনো হংএ- কুরুনা হাইখিএ- লাই থল্লোবা নমু ওইবা মহাকতি চিংউ, খোইয়ুম শিংবু শকচান্না চিংউ খোইয়ুম লিচৎ, চৎন পথাপ, পরম কয়াবু খং-উইএ চিংউ মচৎ পুতমহৌখিএ অদুনোংদগী নমু অহানবা মাবু চিংউ খোইয়ুম লাই থলহৌবা কৌখিএ অতুপা অমুকশু অতুঙস্বা চিংউ খোইয়ুম মচৎ-লিচৎ চৎন-পথাপ কয়াবু নমু অহানবা ওইনা খংলবনা মহাক্না মথংগী মাগী চাদা নাওদাপ অমুক পরম কয়াবু থল্দুনা তমলগদবা মহাকনে অদু নোংদগী মী অহানবা মহাকপু মী থলহৌবা হাইখিএ অদুগা কুরুনা নমু পাদম লাক, নমু অহানবা পুখোকখিবা মফম (কুরু মকাইতুদি) কদাইদনো পাউহংএ অতুপা কুরুনা শেমখিবা নমু অহানবা পোংহলববু মফম কৈদ খুন্দাহনগবনো পাওহংলে কুরুনা হাইয়ে নমু পাদম লাকপবু খোঁপাংখিবা মফমদি কুরু ইকাইফমদনে (অরাং কৌপরু অশুপ্পা লাইয়াম খুন্দা অহানবা কৌপরু চিংদনে হাইখিএ)। অতোপ্পা অমনা মালেম লৈয়োনমুং কুরু মপু মাগী মকাই খোঁরেল পুংমনে মথোপুংদা কুরু থৌ পুম্নবু ওন্থাংগদবনে হাইএ। অসুম্না কুরুনা অহানবা শেমখিবা মী অহানবা মাবু অমদি মাগী চাদা নাওদাবু খুন্দা লৈতাহনখিবা মফমদি কৌপরু চিংদী চিংখোংদা নোংপোক চিংথৈ পাংবদা পাৎখি-কোমখি, লৈকুৎ লৈরা লৈবা মফমতুদা খুন্দা লৈতাহনখিএ. লৈকুদা লৈরাইদা খুন্দাতুনা লৈহনখিএ.— "মীতা পুং কৌএ" মতম অদুদি মী লাই অমতুনে, মী অহানবা মাবু খোইয়ুম লক্তা থমতুনা চিংউ খোইয়ুম কয়ানা নমু অহানববু য়েংবা লাকখিএ। অদু নোংদগী কৌপরু চিংবু — চিংউ/খোইয়ুম লাইয়াম খুন্দা অহানবা হাইখিবনে।

অদুগী মতুংদা কুকনা— লাই-অল্লোবা, মী থল্লোবা ( পি ) তরেৎ ( ৭ ) ( পা ) তরেৎ ( ৭ ) শেমখিএ— মখোই মশেল পাম্বহল্লে (লাইরাম্বা শিন্দুনা) নমু অহানবা ( পি ) গী পিবুকনুংদা তাওচিং মক্ক তুনখরে থাবুম তবা ওমলগা নমু পোংহলবা চাদা নাওদারে শংখোম চাদারে-নাওদারে অতুবু নমু মাদি অপাম থুংশিদি খংদক্লিএ— চিংউ/খোইমুম্বা শিন্দুনা বুমাদিম্বহনবনে, মপারি অমোম পোক্লগা থুংশিনদি খংদরিএ অশুম্বা নমু অহানব মী-থল্লোবা, লাই-অল্লোবগী ফথং-মথং শমথক্লকপদা মপাদি কম্বা মমোম কম্বা শনখরে মতম অসিদো মী পোকখ্রের, অংপোক নোংদমলে অতুবু মী শিদদিএ— অশি নোংদমদবিএ— নমু মাগু তাইপং হাইদক্লিএ হাইবদি নমু মহাক অদুগী লিচৎ-শাচৎ ক্ষাইদরি— মীনম্বা, থানম্বা, ওইদবা, নংতবা লিচৎ মাওদরিএ নমু মহাক অদু চিংউ মাগী মচৎ—নবিএ। চিংউ নমু অমত্তনে নমু খোইযুম অম্বা ওইক্লিএ অদুনা নমু অভাই তাইপংদা মতেক্ক-মতেক পংথতুনা চিংউ খোইযুম মহাক্কা শকউনদরিএ মতম অসিদা শাকৈ ম্লেক্ক-শলাই মাইদক্লিএ— থাইদরিএ।

মঙাং-লুক্লাং খুমন চিংউ মচিন মনাও অতম্বা কুরুনা পুখোকখিব মতমদুদগী নমু কাংলুপ ( শকৈ ) থাইবা শালাই ম্লেনবা হৌখিবনে। এলহৌঙদা শাকৈ ( কাংলুপ ) অহম খত্তবু লৈখিএ— পু অহল কৌপনে— অতুনা তুংলমচৎতা পু-খাইরকপদা শাকৈ ম্লেনলকপদা মঙাং-লুক্লাং-খুমন পু অহম অসিবু পু অহল হাইনা খংনখিএ অতৈ ম্লেক মবিদি অহম অসিদগী থোকখিব শাকৈ ভাকনে। নমু মীক্লমলেন্দদি মঙাং-লুক্লাং-খুমন হাইবনে অদুবু চিংউ পরম থাদদি খুমন-মঙাং-লুক্লাং হাইক্লদনে মদুগী পরম ক্ষামই অতুনা খুমনবু লাই অহল-লাই অতোনবা হইবদি মাখবু ময়ামা চিক্কা কোনঙবা হৌবশু মহাক্কগী লোইবশু মহাকতোন্দা হাইনরিবনে। পরম ক্ষামই। পরম খাবু কন্নি লৈবংমা— কন্নিনোংশীনো— কুক্ক মক্কাইদা শাওহংএ, কুক্কনা হাইখিএ।

মঙ্গালোং কুরুনা মালেমবু পুথোকপদা ( লৈশেমথৌদা ) মালেম অসি অমম্বনে— ইকোক কোকঐ করি লৈতরিঐ, তিংকাকোকনে অশুম্না করি লৈরমদবদগী মথং-মথং কুরুনা মালেমবু লৈশেম্লবা হোৎনবদা কুরু শামু মহকচাংদগী লাইজ ইরিক চলুম-চতুম শিন্দুরকপবু ঈগী ঈপাক থনখিদুনা ঈপাক কুবু কুরু খুৎলা তন্নানা হন্না-হন্না নৈন্নকপদা লাইজ মাদি কোঙোল ঈরিক কাখিঐ— মালেম লৈশাবু লাইজ কোঙোল ঈরিকলক্তা মরিক মরিক পক্কপবু উন্নবদা কুরুগী পাইমা শিরুক হরাওখিঐ— পাইমা হিরি কোন্দুনা লোংবদা থংথরে মালেম মবু লৈশেম্না ওমপাংলগনিঐ অমুম্না লাইজ কোঙোল ঈরিক ঈরিক্তগী কুরুনা মালেম লৈশাবু তাশিন্দুনা মালেম লৈশা অকম্না মাবু ফাওরকখিঐ মালেম লৈশা অকনববু ফাওরবদা কুরুনা পাইমা হিরি কোল-উনবি নুংদা থনখিঐ অমম্বা মালেমবু অঙাল নহল্লগে ( অমম অঙান লৈহল্লগে ) অমম্বা মাদি কুরুনা মালেমবু লৈশম্না ওমপাংদরিঙে পান্দম্নে কুরু ইশানে লুচিকতি মালেম লৈশেমবু ওমপাংলেদা অদুদি অঙাল পুংনে অতু নোংদগী কুরুগী মালেমবু মঙাল-নখিঐ অমুকা হেন্না কন্না মঙাল-নহনখিঐ অশুম্না কুরুনা কুরু শামু মহকছাংদগী মপারি অহুম পুথোকলে— অপিখক ( নরা ) অহুম ওইখিঐ, মঙাং লুরাং-থুমন ওঈখিঐ। কুরুনা মপারি অপিখক অহুমবু কন্নম্না মিংথোনখিরগে হাইবা মিংথোল পরম হাইকে।

এমহৌঙেদা কুরুনা মালেম লৈশমবু ঙম্বাংলবদা হাইবিরেল শিদব কুরু মহাক্কী শমু মহকছাংদগী লাই অহুম থোকখিঐ লাই অহুম অতু অপিখক ওইখিঐ— কুরু মরুরেল শিদবা মহাক্না লাই অহানবা অপিখকপু পাইমা খোইচংনা তিন্নাং মাবু খোইতানা তিং-তিং তিংকারে চেংখিঐ। কুরুনা মপারি অহল অহানবা অপিখকপু কোন্নৌ থক্তা তিং-তিং হুনথৎপদা হুনথৎপা খুদিংগী অপিখক লাই মপাদ্রিগী শমু মশামগী মঙাল অমা থং-ঙাল, থং-ঙাল ঙানববু ফাওরকখিঐ। কুরুনা পাইমা হিরি কোল

উনুখি চংনা খোইদানা পারি অপিখক মানা হুমবা থুদিংদা মংঙাল-মংঙাল্লা ঙানববু লৌরগা মপারিগী কোনোইবু "মঙাং" পারি—হন কোনোইমখিএ। অগুম্না কুরুনা মপারি অহনব অপিখকপু তিং তিং তিংকারে—কোরৌ মাবু তানফংমা ল্লাং লল্লাই কোইপি শোকওম্না চোংলিংঙে কুরু মপারি মথংখম্না অপিথক মাশু থিকপ লকখিএ।

মঙাং মপারিবু কুরুনা মমাইকাদা ( লৈশেম্বী কুরুগী লোইনবী) শিল্লখিএ অতুগা মপারি অনিগুবা অপিখকনা মল্লা মীকপ্পববু কুরু খুৎশা তরানা কোন্দুনা থেমখিএ। কোরৌ তানফংনা হুনকত্তুনা তিং-তিং তিংকারো— কোরৌ মাবু তানফংলে হম্না-হম্না চোং মপারিবু নাওখেমখিএ। অদুবু লাই অপিখক কুরুগী মপারি অনিগুবা মাদি মল্লা মিকপ্পববু লেপ্পাইখিদরে। হেম্না-হেম্নদুম মল্লা মিকপ্পখিএ কুরুনা তৌফম মংদদুনা মপারি অপিখক অনিগুববু কুরু, কোইরেল লেংপাকথক্তা থাংগৎতুনা পারি মাবু কোরৌ মালেম অনিগী ফজববু তুনা ম্নেংহল্লবদা কোরৌ মালেম তরং অহুমবু তুনা উরবদা কুরু মপারি মাদি মল্লা মিকপ্পববু তৌকখরে। মদু উরবদা কুরু মানা হিঃ করিনো— পারি অপিখক অসিদি কুরু মপারি অহানবা মঙোন্দগী হেম্না ল্লাংবা ওইরবোইএ— ফরে কুরু লল্লাই কোইবি কোইরেল থকপুদি হেনফদবনা কোইরৌ অল্লাংববু তানফংএ হাইবগিদমক পারি অনিগুবা অপিখক নহাক্কী কোনোইবু ওসি মখোদগী "লুল্লাং" হাইতুনা কোনোইনরশনো— হাইখিএ কুরুনা।

অসিদগী মতুং খোকপদা নোংমদি ইনুং মানা মঙাল ফাওরকপদা কুরু মপারি অতোনবনা ময়াম্বা অনিগী মতৌগুম মল্লা মিকপল্লকখিএ কুরুগী লোইনবী মাম্মা মপারি অতোনববু নাওখেম্বদা মপারি মাদি মল্লা মিকপ্পা লেপ্পরা হাইববু হেম্না থোইনতুম মল্লা মিকপখরে মতম অসিদা কুরু মাদি পাইম্না হিরি কোন্দুনা চিংউ মখোী চিনববু হন্দোক্তুনা পারি অতোমবা মানা ম্নাল্লা মিকপ্পবু নাওখেম্বা মনাই কান্দা চংলক্তুনা কুরু শমু খুৎশা তরানা মপারি অপিখক মবু লৌখৎতুনা নাওখেম্বা হৌখিএ— অগুম্না কোরৌগী

হাং,থাইবা ফজববু উৎনবদা কুরু মপারি মাদি মারা মিকপ্পবু তোকখিদরে —মালেমগী ফজবা, লাইজগী নিংথিবা, উৎনবদগু মপারি মাদি মরা মিকপ্পবু তোকখিদরে কুরুনা পাইমা খুং-বংনখিববু ওইখিএ তৌকম খংদদুনা কুরুনা মপারি অতোনববু কোরৌ মাগী নাকু: পুথুনা কোরৌ মাগী নিংখিববু য়েংহনখিএ মদুদগু মপারি মানা মরা মিকপ্পবু তোকখিদরে অগুম্বা কোরৌ মশেঙ্কা মালেম শনরকপদগীনা কেরৌ মানা লু-থক য়েংবা (লু খেংপা=মুমিং য়ুংবা) ফাওবদা মপারি মানা মরা মিকপ্পবু তোকখিদবদা কুরুনা পাইমগুংনা খনখিএ — হিঃ করিনো পারি মহাকসিদি মরা নিংঙাই চাওইদা অগুম্বা মমৈথংদা কোরৌ মানা নারুম চনরকপা (তাররমদাইদা) দা কুরুনা মপারি মাবু ভিং-ভিং চোংখিএ। মফম ইথং খংহৌনবা মপারি মানা মরা মিকপ্পবু লেপখিএ কুরুনা পাইমা নুংদা খনখিএ—হিঃ করি মতৌবু ওইবনো মপারিবু চিংনা য়েংলুবদা মপারিদি মরা মীকপ্পবু তোক্লুনা কোরৌ নারল রাইরকপ মতমতুদা মাইকৈ মরি মক্ত লৈনা-লৈনা য়েংহুনা লৈববু উখিএ অদুনা কুরুনা পাইমা হিরি কোন্দুনা য়েংখিএ অমুক কোরৌ মানা মালেম খোংদোইররকপদগীনা কোরৌ মানা নারল রাইররকপা ফাওবদা মরা মিকপ্পবু লেপখিএ হুইবগীদমক মপারি অতোনববু "খুমন নারন্‌বা" কোলোইখিএ। কাইনথংদা খুমন হাইনা মরা কোলোইখিএ।

অগুম্বা লাই মরুরেল শিদবগী শমু মহুকছাংদগী লাই অহুম থোকখিএ কাইনথংদা মভাং-লুরাং অমদি খুমন মচিন মনাও অহুম ওইখিএ— লাই অহুম অসি হেক থোরকখিবগা মাগী-মাগী কাংলুপ নাইখিএ— লাইগী লুপ অহুম থোক্লুনা লাইগী শাকৈ অহানববু পুথোকখিএ। অসিনা ইহান হানবা শাকৈ মুরুপ থাইব হৌখিবনে। অহুম অসিবু পু-অহল কৌবনে। পু-অহুমদি চিংউ লাইগী মহাক-থক্তনে। মতম অসিদা চিংউ লাইহুনা লাংগুম শায়মগী অমিগুবা তাক্কা (হক্ক) তা শাকৈ য়েনবা হৌখিএ চাইহুনা পুরারি অসিদা থারবাই।

অমুক্তা অচিন মনাও অহুম অসিনা চিংউ মথৌ থন লাইনিং পাৈর চেংপদগী কুরু ওইওমদুনা কুরু মকাইদা লৈখিএ— মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ পরম অহুমবু কুরু মশা-মশাদগী পুথোকখিএ। অমুক্তা কুরু অতিংকোক মরু শিদব ময়াম্থংদগী ময়াই অহুম অসিবু হোঃ রোঃ শোঃ হাইদুনা মিংথোনখিএ।

হৌচিক্তি মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ পরম অহুমবু পুথোকখিবগী পরম হাইক্কে।

এলহৌতেদা নোংমদি মঙাং মানা চাওর পাঙ্গল শরেপ ফারক্লবদা মালেম লৈমাই অকনববু খিংগাইদুনা মালেম লৈরোল নুংদা অকা-অকুম শাম্নখিএ মালেম লৈমাই অকম্নবু খিনগাইদুনা মশা অদুনা মালেম নুংদা অমুক তদুগা মালেম থক্তা অমুক অকা-অকুম শাম্নবদা মঙাং শামু মহকহ্বাংদগী চেক্তরকপা লাইজ ঈরিকনা (য়েন) মঙাং শমু মহকহ্বাংদু পুমচোৎ চোৎপত নত্তনা মালেম লৈশাবুগু পুমচোৎ চোৎখিএ। লাইজ ঈশিংগী ইরি চেনখিএ— মালেম লৈমাই থক্তা ককই ঈরা থোকখরে। (লাইচ ঈশিং মাবু থোকখিএ— "হো" নে)।

অগুম্না ময়াম্বা মঙাংনা তৌরিবা মতৌদুবু পোইরৈ অতাম্নদগী মনাও লুরাংনা উরবদা ময়াম্বনা তৌরিবদু শাম্নবনি খংদদুনা মীপাই থকচাম্নদুনা লুরাং পাঙ্গলবনা পোইরৈ অতাম্নদগী শাক্ত কম্না ময়াম্নগী নাক্তা চেনশিনখিএ। মনাও পাঙ্গলবা লুরাংনা ময়াম্নগী নাক্তা শাক্ত কম্না চেনশিনখিবদুদা নুংশিৎ শহুম অকনববু থোকখিএ— নুংশিৎ মাবু থোকখরে— 'র' নে—।

মতম অসি মতুদা মনাও অতোনবা পাঙ্গলবা খুমনঙ পোইরৈ অতাম্নদগী ময়াম্বা অহল অমদি ময়াম্বা য়াইম্ম অনিনা তৌরিবা মতৌবু উরবদা মিপাই-থকচাম্নদুনা ময়াম্বা অনিগী মনাক তম্না মনাও অতোম্বা পাঙ্গলবনা শাক্ত কম্না নুংশিৎ শাউমপ্প তোইননা চেনশিনখিএ অগুম্না মনাও অনিনা পোইরৈ

অতাঙ্বদগী মথং-মথং চেনশিনরকপবু উরবদা মীপাই থকচাগ্নদুনা বরি মতৌবু ওইবনো তিঙক ঙকচাগ্ননা অকা-অকুম ইফুৎ নবনু তোকতুনা লেপতুনা য়েংদুনা মনাও অমিনা হাইথুংলববু ঙাইঙম্মখিএ— অশুম্না মনাও মাইমনা নুংশিৎ শহুম অকনবগা লোইননা মযাম্বুং নাক্তা থুংলবগা ঈবোইননা মনাও অতোনবা শাম্বা পাঙ্গলবশু অকনবা নোংলে নুংশিৎ শাকু অকনবগা লোইননা থুংলখিএ, অশুম্না মচিন মনাও অহম্না লুপ্তিন ওইবগা লোইননা মচিন মনাও অনিগী মতিক মহাই অকম্বা শাম্বু বম্না নুংশিৎ নুংহুম অনিনা কলা থুজিনবদা অহৌবা মখোলগা লোইননা থাম্বি মৈবি মেরা থোরখিএ—"শো" মম্লাই ওইখিএ (পোকখিএ)। মচিন মনাও অহুম্নক ঙাইহাক মিপাই থকচাম্নখিএ অশুম্না ঙাইহাক থকচাহৌরিঙৈ মপন পন্থৌ বুরু অতিংকোক মরু শিদবনা থ্রাইথুংলবদা মপারি অহুম্নকপু করি থৌবু পুননো পাংহুংখিএ, মপারি অহম্না থোকহৈবা থৌদোক পুম্নারিবু কুরু মকাইদা পরিং লিপাং শিংখিএ। মপন পন্থৌ কুরু আদি মপারি অহুমগী থৌদু-বু পাইমা খোইচংখরে হরাও মিনোক্লদুনা তুংলমচত্তা শোইকদব, মাংফদব থৌবু ওইরগনো কুরু সনা নোংদম্নবিখিএ অদুগা মপারি অহুমদগী মম্লাই অতুম থোকখিববু (পুথোকখিববু) কুরুনা মিথয়েং শাংথেল্লিবগা লোইননা কুরু ম্মবা অহুকপবু য়াকাইরকখিএ— চিংউ মপু মানা নোংদমবিখিএ—

১। পারি মঙাং নংদি লাইচ ঈরি ঈশিং ওইঙম-ও-ইংনা তপ-ও। নহাক্না লৈবা মকমদা ঈরি-ঈবা চেনঙম-ও তৌইগিদি মালেম লৈদা লৈঙম-ও। নকাই ওই-ও। চিংউ ম্মবা নোংদমবিখিএ। মপারিনশু চোয়াখিএ। অদু নোংদগীনে লোইবি চিংখোং চিংয়াদা লাইজ ঈরি-ঈবা মরাং কাইনা থোকতুনা লাইজ ঈরি চেনখিবনে। কুরু ময়াথং লৈবনে। লোইবি চিংখোং

চিংয়াদা লাইজ ঈশিং য়াংখিদবগী পরয়ে থংও।

২। পারি নুয়াং নংদি হুমলেন নামোইববু ওইঙম-ও! মফম খুন্দিং য়ৌঙমও! হামলেন-হামচংনবসু ওইঙমউ-হুমলেন হামলেন নামোইবা ...রি নাপ্পা শিংনা খেংঙমউ নোংমদোম খেংঙম-ও! মালেম লৈশিংনৌ-ও! লাইচ পনখিংববু ঙমপাংউ! তৌইগীদি তরং থক্তা প র নংগী নকাই ওউও!

৩। অদুগা পারি অতোপ্পা য়োইমরেন তোমপোকপা খুমন নহাকনা খাম্বি মৈত্রেং অরাংববু ওইঙম-ও! তরং মৈত্রেংবা-তরেংতা, তরেংনু মৈত্রেংবাসু ওইঙম-ও, কোরৌ-থক্তগী হুপ্পাক্লাং—মালেম থক্তা কাপথরাং তরং থক্তা খাকথরাং পারি শিঙ্গা পাঙম-ও, পারি নহাক্কী লেংদবা নকাইক্রমদি কোরৌ থক্তা লৈঙমউ নোংদমখিত্র।

পারি নহাক্তি কোরৌ মালেম তরং মরোম অতুম তুনা লিচংনববু থৌপুও হাইতুনা চিংউ সনা নোংদমবিখিত্র।

অশুম্না মপারি অহুমবু চিংউ সনা নোংদমবিরম্লগা কুরু মকাইদা হনজিনখিত্র। পুন্নমক অসি কুরু অতিংকোক মরু শিংদম মানা শান্নরকপা লাংওন ঙমদাই থৌদোক কুম্মে ওাকনে। অশুম্না মঙাং লুয়াং-খুমন কুরু মপারি অহুম্না শান্নতুনা লাইজ ঈশিং, ভুংশিং অমদি খাম্বি মৈত্রেং পুথোকখিবা মফমবু মালেম লৈদা মফম কৈদনো পাওহংলবদি চিংউ লাইয়াম্না খুন্দা অহানবা মালেমগীনা লৈশেম অকোনবা অয়াং কৌপরু অশুম্না চিংগী চিংশাং তরানিথোই অদুগী মমুংদা শনাই তরেংকী অমুক চিংশাং তরেং লৈবান চিংশাং তরেং অদুগী মমুংদা মঙাং চিংশাং লৈবমে। মতু মঙাং শনাইগী মপু মপাগী চিংশাংনে, মঙাং শনাইগী পুক্নোক্তা কোন্দুনা লৈবা চিংতুগী "মঙাং লোকচপ্পুং" মঙাংনা ঈরি ঈফুং মাদুনা শান্নখিবা মফমনি। অশুম হাইনা পুরারি পুন্না অসিদা থারমই। মফম অতু হৌচিক ফাওবা ককই ঈরা তাতুনা লৈবদমে।

অয়াং কৌপরু অশুম হাইবদি— মোক তরেংকী পু-তরেংপু

অত্থবু মাই মাপলগী মনুংদা মাই অনি অমদি কুরু থোদা মাওদববা হাইবত্ত অতুমক ময়াওই, মাওববা হাইবত্ত অমুক অমুক মাংই নাথৈদুনা কুরুগী পিবুকমুংদা চংদুনা থুপতুনা লৈখিএ। মথৈথংদা কুরুনা মপারি অনিনা তৌরিবা মতৌসি উরবদা কুরুনা মপারি অনিবু অমুক হন্না নোংদম্বীদুনা ক্ষমথোঙ্গ অৱাংবা, মশরুক অহেনবা ময়াই অহেনববু মপারি অনিদা নোংদমবিখিএ। ক্ষমথোঙ্গ অৱাংবা মশরুক অহেনববু পিখিবা কুরু মপারি অনি অত্থু থোইয়ুম কনা কনানো হংলবদি অমদি কুরু মপারি অহল "অশিব" ( সনা-মচি ) অমসুং মপারি অতোম্বা কোংলৌতোন *[৫] তশুপ-তরেং সনাহল পাথংব চিংউ থোইয়ুম মচিন-মনাও অনিনে।

থৌদোক অসিবু উ-খংগৌবদগী কুরু মপারি পুকোক্সী অতোম্বা ( অমম্ অঙাল খাইরিব ) খুমন মহাক্কা কুরু মকাইদা চংলকতুনা নিংঙাই চক্নি-নখিএ। হাইখিএ— নপারি অনিবু চিংউ মশরুক অহেম্বা, থোইয়ুম মতিক ময়াই অকব্বু, ক্ষমথৌ অৱাম্বা মশরুকপু নোংদম্বীগ্রগা নবুক থোক্সী নচা ঐবুদি ( খুমন ) করিগী ইশরুক অহেম্ববু কুরুনা সনা নোংদম্বীদবনো ? কুরু মকাইক্ষমদা ম্রৱা পাওহংলকএ।

মপারি শিংখোং অতোম্বা খুমনগী ম্রৱা তারগা কুরু অতিংকোক মরু শিদবনা পাইম থোইচংখ্রে, তিলাং-থোম্নদাখ্রে, হিঃ করি ম্রৱাবু কৌবনো— চুম্নিনা পারি মানা মকাইরিবা ম্রৱাশিদো। অদুমক্তি ওইরগা কুরু ইকাইক্ষমদ পারি নহাক্কদি নিদম্বনা পারি নশরুক তম্মদবনিকো— ফরে হচিত্তি পারি শিংখোং অতোমবা পারি খুমন নংবু মুংওনবা ওসি কোরৌদি নহাক্কা কুরু ইকাইদা পারি নশরুক অথোইববু নিরবনিনা পারি নশরুক তম্নগে, পারি নংবু মুংওনবা চৈরু নিম্নাও ম্নারোগবা। কুরু ম্রৱা অমুংবু হাইখিএ।

---

*৫। কুরুগী ক্ষাংখোংবু অঙ্গেৎসক কৌইদুনা ইহান হান্না কুরু ক্ষাংখোং — কক্স তাংগন্না কাখিবা — প.খংব মাগী মিংলোনমে।

"শেঃ শেঃ পারি খুমন নহাকশু পারি মমাম্বা অনিশুম ( মমাই )  নশরুক অহেনববু পিরঃল তারোকো — নশা অমতনা লাংওন অনি তুনা লাংওনবা ওম্বা খুমন নশরুক ওইনা ফংজরো অমম্ পুংদা শা-চৎপা অঙান পুংদা শাফোংবা লাংওন শাইওন চামা নিপাল ( ১০৮ ) বু তুনা ওমজরো; চিংউ লাইশীশু নমু তাইপং ওইবশীশু মমাই পুম্ববু পারি নংঙোন্দা ওম্না তুংদুনা নৈবা ওইহৌরো। অসিনশু মদোমদেঞ— মালেম লৈশেম্বী নমা অহুমশুবি মহাকপু খুমন পোকপি পলেম নমা শক্না খুমন নশরুক ওইজহৌরা। পলেম লৈশেম্বী নমা মানা লাঙ্গোলদুন পারি খুমন— মুংঙাই পুংবু থোনবিরম্ববনে; রাংত পাদবু খুমন নশরুক ওইজহৌরো, পারি নহাকপু মুংঙাই মাইবি মরাং কাইনা পানজহৌরো। পাবি নশরুক অয়াম্ববু তমবিরবনে, চৎলো চৎলো পারি নথৌ পাংলুরো" নপন কুরু ঐশু ইকাইফমদা তেখররগে। কুরু তম্না হনজিনখিঞ। কুরু মপারি অতোন্বা খুমন মাশু মপন পম্থৌ মখোঙ খাদা খুরুম লৈপাইজখিঞ। হরাও মীনোক্না মরান মাইদা হনখিঞ।

অশুম্না খুমন মারা কুরু অতিংকোক মরু শিদবশী মফমদা নিংঙাই চক্রি তৌবসি খুমন মম্বামুং অনিদি খংদরিঞ। মম্বামুং অনিদা ( লুরাং, মঙাং ) খুমন মানা কুরু মরা অহকপবু লিশাং শিংখিঞ নাপ চিকখিঞ, পলেম মমা লৈশেম্বীবু তানফংননবা খুমন মচিন মনাও অহুম ( মঙাং-লুরাং-খুমন ) না পুম্না রাতা-রারেপ্পতুনা খুমন পলেম মমা মাবু তানফংনবা থৌপাংলশি হোয়ানখরে। অশুম্না লোক্তাক ঈশাই মাপল ফাংব লোক্তাক ঈরেল পুংশী পুংমম্বাল "অতাও পুং" দা খুমন মম্বামুং অনিশা (মঙাং—লুরাং) অহুম পুম্না রাইথুংখিঞ। লোক্তাক ঈরেল পুংদশী পলেম মমা লৈশেম্বী মাবু তানফংননবা থিবা হৌখিঞ। থংউবা, মোরুবা মফমদা খুমন খুদম নিংশিংপুং, শক্তাক পুংবু থনমই; খুমন পুং ওইনা লেপহৌই। খুমন পুং লৈবা খুদিংশী মম্বামুং অনিশী অথুং শকতাক পুং অমমম্শু থনমই, পুং লৈবা মফম খুদিংদা পুরারি অমমম্ (থৌদ ক কুংম্ ) শাম্নখিঞ।

থৌদোক অসি নোংদগীনি মালেম শিনবা থুংনা থুমন-পুং, লুৱাং-পুং, মঙাং-পুংনা শনলিবা। থৌদোক পুৱারিগুম মালেম শম্না থুপ্না-থুপ্না লৈবনে। চিংউ খোইয়ুম মাংওন থৌদোক কুম্মদি মাল্লেমগী থৌদোকনে। চিংউ মতিক অহকপা, চিংউ পাওতাক মাংকদববু, মরম্না খোইথুম্নববু মালেম শম্না মেনগদনে হাইবা পরম্ লৈবনা মালেম শম্না পুং মাবু থোনবনে। অদুবু থৌদোক কুম্মে পুৱারিদি তোঙাল্ল তোঙাল্লে, পরম পথাপশু থেম্নবনে। অশুম্না মালেম শিনথা থুংনা থুমন মচিন মনাও অহুম চংদুনা পলেম মমা লৈশেম্বী মাবু থিবদা তানফং-ওমপাংখিদবনা থুমন ময়াম্বুং অনিদি পাইমা চিংন পাইরনহনখিএ। থুমন মপানৌতানবু মেংদুনা ময়াম্বুং মঙাং-লুৱাং অনিনা মরম্না চিনগোইনরকলে — ইশানৌ থুমন নংবু তাবরা ? পলেম ইমা লৈশেম্বী মাবু থিবদা মালেম শিনব থুংলেদো। মালেম শম্না শানৌ ইচিল ইনাও ঐখোই অহুমগী পুংতনা থনখরেদো অদুফাওবদা পলেম শকপি ইমা মাবুদি তানফংবদি মরেদ্রেদো। নয়াম্বুং ঐখোই অনিদি ওম্বাংলকত্রেদো অদুনা ইশানৌ থুমন মহাক্না নম্বাম্বা অনিগী ঈডুৎ ঈরং শিন্দুনা মালেম লৈশেম্বী ইমা মাবু থিবদা লেপ্না তাংজ নমাই হেন্নবু ওইজহৌরো কুরু মানা লেপ্নমক কুকিববু ওইরসনো মরম্না অথুম্ববু চিনগোইনখিএ। ময়াম্বুং অনিগী মরম্না অহকপবু থুমন পাইমা থোইচংনা তাখিএ অদুগা হোম্নাখিএ। অশুম্না কোরৌ নোংদুদগী থুমন ময়াম্বুং অনি অদু মরালম্নাইদা হনখিদুনা মপন পাম্ভৌ কুরুগী থৌদাদ মাইপুনখিএ।

অদুগা থুমন মানশু হাইরিবা কোরৌ নোংদুদগী হৌরদুনা থুমন মশরুক ওইনা পলেম মমা শকপি লৈশেম্বী মাবু থিবা হৌখিএ। থৌদোক অসি লৈবদগীনে মালেম অসিদা থুমন পুংনা মশিং মাম্না লৈরিবসে। মঙাং পুং লুৱাং পুংদি মশিং মাঅদবনে। অশুম্না থুমন ময়াম্বুং অনিনা পলেম মমা মাবু থিবশি মনাও ইবুংঙো থুমন্দা শিম্নখিবদগী থুমন পাইমা পিবুকসুংদা চিংনা পরেনখি কুরু মাগী ফংতবা নোংদমথোনবু ওইখিদুনা থুমন পলেম ইমা মাবু ফংদদুনা

তাংজ মাইখুগদরা নত্রগা তাংজ মাইনু হেন কুরুখোবু পাংওম্ববু থোক্কদ্রা খুমন মওন মওন খন্দুনা পাইমা ফুম্বংনদুনা চিংউ মক্কপ মপিজা কনাগনু রাচানশিগবা হুম্না য়েংবদা উবা মাম্বা ফংখিদরে রাজ্জ পোংলুম পুখরে মপন পম্ভৌ করাবু হম্না-হুম্না খুমন মমোইদা নিংশিংজুনা খুমন পুক্নিং লৌশিং ওইখিএ।

কুরু করাদুদি ঃ—

"অদুঙে পুখক্তা খুমন নিংথৌ পুন্সিব মহাক্না খুমন কুরু ওইরিঙে তাইপং লাংওন কুম্মে খোংওম্লমদাই মতম অচুদা খুমন মঙোন্দা অতিংকোক মক শিদব মহাক্না পলেম শকপি মমা লৈশেম্বীবু খুমন মশক্নক ওইজরো নোংদম্বিখিবদুবু খুমন লাংওন খোংহাই য়োরক্কহুনা মপন পম্ভৌ কুরু মকাইদা পলেম অমা লৈশেম্বী মাবু ফংজরগে থৌনিজরক্লে। মপ রি অতোম্বগী করা অসি তাবদা মপারি খুমন য়েংদুনা কুরুনা করা মকাইরক্লে— পারি খুমন নহাক্তি নমু তাইপং মপোক লাংওন্দুনা খোদোক কুম্মে মাওক্নরগে খক্নকখোইরে— পারি খুমন নংবু নমু লাংওনবা মতম য়োরক্কখোইদো করে করে পারি নহাকপু লাঙ্গোলগদব পলেম নমা মাবু ফংজহৌরো তৌইগীদি পারি খুমন নহাক্না পলেম নমা মাবু ফংলদবদি পারি নহাক্না চিংউ ক্ষমত্ অঙান খাইবা ( পুবা ) লাইনিংথৌ ওইরিঙে মতমদদি ওইমোজ্নকো। পারি নহাক্না পলেম নমা লৈশেম্বী মাবু ফংলদবদি পারি খুমন নহাক্না নমু মপোক শাইওন্দুনা তাইপংগী নিংথৌ ওইরবা মতমদুদা পলেম লৈশেম্বী নমা মানা পারি নংবু লাঙ্গোল্লগদনে। পারি মিংবা থুংজরো— নোংদম্বিখিএ। কুরুনা নোংদম্বিরম্লগা মকাইনা হজিনখিএ।

মতুংদা কুরু মানা মকাইদা হজিনখ্রবদা খুমন থমোই দুংদা হুরাও ইফুং ফাওখিএ মরাজাইদা য়োবদা খুমন তালোক-খুমন লৈমা ( তালোই ) মকাইদা করা লিপাং শিংখিএ। তালোর লৈমা মাবু য়েংহুনা খুমন করা মকাইরককো খুমন ঐদি হক্লেং কোক্তৌ ইমুং তাম্বিদগী হৌদুনা খুমন ঐবু লাজ্নোলবিগদব পলেম শকপি ইমা মাবু

কুরু মন্নাঙ্খংবু কোইরেল থক্তা থোং মালেম শিন্না থুংনা ইমা মান্নু তানফংনবা থিবা চৎপা তারেদো। নারক মোংশোং তু থোং লোইরি-লোইন্না খাক্তনা পাল্লম ইবা মাবু খিবদা তালোই নহাক্রা খুমন ইহেনা হুংইন্না ভল্লোইএ। অদুনা তালোই ( লৈমা ) নহাক্রা খুমন ইহুৎ ইরেং শিন্দুনা খুমন শঙ্কাইকা মাপলমু কোন্দুনা খুমন পোকপি পালেম শক্তা থমোই হিরি কোন্দুনা মপু মাবু চেঙনা থাগোম্নচুনা নপারি খুমম্না লম্ দ-তুদা খুদোংথিদনবা খ্লেক্সবনা লাকচ খুদুম চন্দনবা চিংউ মাবু চেঙনা নঙ্গাখুংদা থাগোম্নরমক্ত। খুমন ঐনগু তালোই নহাকপু তালোইনি সন্দনা ঐবু থাবুম ১০ নাওপুন্দুনা হেক পোকপি পালেম্মকনি থন্দুনা নপারি খুমন ঐনা পালেম ইমা লৈশেম্নীবু থিবা চৎপদা ম্লেক্ত খুরৌ থাংদবা, অন্না-অনা কাম্নংদম লেপ্পা তাংজ ইমাই পাকপা ওইজগ থৌনিজুনা পালেম শকপি মহাক্কী থৌজাল পুদুনা খোংশানলেক্কো তালোই মকাইদা হাইজক্কলে। তালোই মানগু হোল্লখরে। থমোই অমতা ওইখিএ। অসুম্না খুমন মানা তালোই মাবু খুমন পালেম শক্তা পালেম মমাগী মরুবু খুমন কোইরেল থক্তা থোং-খুমন পালেম শকপি মমা মাবু খিবা খোকখিএ। শমু খোংশানখিএ। ( লাইনিংবদা পি-পা অনি অমোই চপ মামশন্দবানে হাইবা চিংউ পন্নম লৈরিএ )।

থৌদোক অসিদি করি নোংগীনো হাইরবদি — খুমন মানা হয়েং লাইগী লাংওন লোইরগা নমু তাইপং ওইনা লাংওন্দুনা খুমন কুম্থে শাম্নরগনি হাইবসি উরক্তুনা খুমন পালেম শকপি লৈশেম্নী ( ইমোইনু ) না ইমা মাগী শমু মহকছাংদগী লৈমা অমা পুথোক্তুনা লাংওনহল্লে। খুমন মানা তাইপং ফাওনা হেক লাংওনখিন্নমা খুমন তালোই লাইরেম্মা ( লাইরেম্মী ) মাশু তাইপং ফাওনা লাংওন্নবগীদমক তাইপংগী পি ওইখি অমগী মকাইদা ওমজুনা থমখিএ, কাইনথংদা পি ওইখিএ — খুমন তালোম্ন শরুক তমখিএ। পি মাগী মিংলোনদু পিকু-মাই-কু—পিম্নাইমু থোনখিএ। পিম্নাইমু হাইবদি পুকোক্তা মী-মল্লোবা, লাই-মল্লোবা পি ৭ ১/৮ খু'-৭ কুপী অহলগা অতোপ্পিদা

পাম্লদুনা পোকখিবনে পিক্লা-চাওই-পিয়াইগু ওইখিবনে। খুমন লাংওনগঙমদাইবু মুমা মাং-তুং খংলবি লৈশঙ্গী পলেম ইমা মানা খুমন মাগী লাংওন পোংলুম পুবা ওমগদবা; লাংওন খুদিংদা কাংলম পরিং কাইরোইদবি; খাংব কপ্বি ফিদমুক্কম ওইবি পিয়াইগু ওইখিবনে। অশুম্না থোকখিবা থৌদোক কয়াবু নিংশিংলুরগা খুমন পলেম মমা মাবু ফংননবা অরোইবা মাইবি পোম্না থারগে পিবুকপুংদা চপ যুংখিএ।"

অশুম তৌনা খুমন মানা পলেম মমাবু থিবশি খুমন মশক্তক তাখিএ। মালেম শিন্না থুংনা পালেম মমাবু থিবদা তানফংব মরৈক্লবদা খুমন থামোই অরা হুইদোম্ লাংথরে। অমরোমদা ময়াম্নুং অনিনগু খুমন মাগী তুংইন্বিদ্রবদা খুমন থমোই থাম্বী মৈহৌরক্লে। অরোইবা পম্মেং ওইনা খুমন মানা থাম্বী মৈরা পাইদুনা পলেম মমা মাবু তানফং-খিবা হৌরক্লে। মথং-মথং শমু খুৎতা মৈচুম মৈরা পাইদুনা তু-খোং শমজুনা অসুম লাকপনা মীমথংদা অশোংব নারক মোংশোংলক্লা পলেম শকপি মমা মাবু লোৎপরা হাইদুনা নারক মোংশোং ফাজুনা থিরুবদা পলেম মমা মাদি তানফংখিদ্রবদা খুমন মিংলু লাইজ ইহৌ মথমোই শোক্না —"পলেম ইমা নংবু মফম কৈদা লৈরিগবা" —নপারি মাংদা লেপ্লরোগবা হাইজুনা চিন্নাম থোক্না শোনখিএ। অশুম্না লাকপনা অপাকপা লাইজ ইপাক অমা হেক য়োরকপদা খুমন অমুক্না হেন্না অরা হুইদোম লাংব হেনখিএ। লাইজ ঈপাক লানশি লানওমদা থেজুনা চংশি ঈফুং কক্নই ঈরা লক্না চংপা য়াদনা খুমন মদোম অরা পম্মেংখিএ। কোক্নৌ মানশু অমখিব লাইজ ঈপাক্না তরং-মালং ওই খুমন লমুক্পদুনা অরা শংমেংনখিব খুমন লমুকখিব পাৎ অহুবু খুমন মানা "মৈরি-পাৎ" হাইদুনা কোলোইনরম্লগা শমজুনা চংখিএ। তুচিক্তি পাৎ অসি খুন্দা লৈতাখিজুমা খাংমুথক্নৌ মিংথানখিএ— 'ময়াই ইম্ফাল' হাইরম্বদগী 'ময়াং ইম্ফাল' হাইদুনা কোলোইথরে। এমাহৌতেদা খুমনা খুল হোংবগা অমুক হন্না লমদম লমমুংশি "মৈরি-পাৎ" পু হন্না লেংজুনা মৈরি

পাংঙকী নাকলদা উচি-পুং লমদমদা খুমন খুল হোংদুনা খোদোক কুম্মে শান্নরগলবনে। অসিগী মতুং থোকপদা থুমন নিংথৌ লমলেন মৈরি পাত্তা পলেম মমা মাবু থিবা তানফংপ্রবদা নাতে তুবং শমখিজুনা অল্লাং কৌপরু মাইকৈ পাংবদা চংখিএ। লোইবি লোইয়া অমগী মখোংদা লাইচ মানা তরু তহেম্না লৈববু ভাইহাক ল্লাংলেন থুমন অল্লা পোংলুম থাখিএ। মথমোইনা ভাবা মফমনি খন্দুনা থুমন মকাই থমখিএ, খুমন পুংবু থনমখিএ। ওসি ফাওবা লৈরিএ। তুংলমচত্তা চচিং লাকপা নিংথৌনা লাংথাকপদা লমদম অসিবু "লাংথাক পল" থোনখিবগী পুন্নারি তুথুপ লাকখিগনিএ মফম অসিদা থুমন মকাই থনমুগা নাতে তুবং শমতুনা থুমন মানা চংখিএ। পলেম মমা মাবু খুমন পুত্তা মৈতুম মৈরা পাইদুনা থিখিএ। লোইবি লোইয়া অওম্বা চিংচাও নাপোমদি লোইনাইদব লোইবি লোকনুং অওকপদা পলেম মমা মাবু লোংপরা হাইদুনা মৈতুম মৈরি শমু খুত্তা পাইদুনা অল্লাং কৌপরু অওম্বা লাইমাম থুন্দা অহানবা মাংলেম লৈংশম অকোম্বা চিংপাং লোকশা মাপল ফাংবদা খুমন মানা পলেম মমা মাবু থিব মৌরক্লে। অওম্বা লোইবি লোইয়া অওকপা চিংচাও লোকচপ অওবা শমদুনা কারকপদা মমৈথংদা ওক্লা মমলব অহিংদা লোইবি লোকনুং অমদা খুমন মানা শমু খুত্তা পাইরিবা মৈতুম মৈরি মানা মুংলি-মুংলি ভাম্ববু চিংউ মাগী নোংদমখোল্লা তোগে হাইব মতাওম খংহৌদনা হৌরকপা মালং শঙ্কম্না সুংখিএ। খুমন পলেম মমা মাবু লোইবি চিংচাও মাগী লোইবি লোকনুংদা মৈরমগল্লা থন্ লোইবি লোকচপ লোকনুংদা পলেম মাদি লৈরমদ ওক্লা মমবা লোইবি চিংগী লোকনুংদা খুত্তা পাইবা খাম্বি মৈতুম মানশু মুংখ্রবদা খুমন লমুকুখরে, চংফম খংদনা ভাইহাক ল্লাংলেন ফমদুনা মদোম তুমিন লৈখিএ পাইমা হিরি কোল মফম কৈদা চংকবা খাম্বি মৈতুম মানা মুংখ্রবদা অমী ওম্না মমহাংনখিএ। মমৈথংদা খুমন পাইমা উম্বি মানা মযুংখ্রবদা মা–মাদুনা লাকপনা লমলোং অহুম ফাংব মমা মৌথিব্র। ওক্লা মমবা লোকনুং লোকচপ,

থুম্মন মাগী শমু খুত্তা পাইব মৈহুম মৈরিনা মুংখিবদা থুম্মন লম্মহাংনখিবা লোকনুং অহুবু "অমম্ লোকশ" হাইদুনা থুম্মা মমিং থমখিএ। হয়েং তুংলমচত্তা মাংকত্রববু ওইংহৌরশনো মফম অসি স্নৌবদা লম্মী লম্মহাংনবা লম্পুক্রবু ওইবুকো হাইদুনা থুম্মন মত্রী অহক্পা শোইক্কদববু থনমখিএ লমলোং অহুম ফাংল্মদগী অক্লাং পাংবদা চংখ্রিবা লৈরিদুদা থুম্মন মানা লাকপনা থরা লমহুন চংলব মত্তুংদা লোইবি নাপোম অমদা থাম্মি মৈবু মৈক্লিংওম্মা থেংনদুনা থুম্মা পাইমা মাখল থংডাল-ডালখিএ— শমু খুত্তা পাইরিবা মৈহুম অদুবু থাম্মি হন্না মৈক্লাইদুনা মাংদৌ মবু ডানওমখিএ হাপ্পী শুক্রা মম্লমবদগী থুমন উন্বি ফাওনা মমুখিববু অমুক হন্না শমু খুত্তা পাইবা মৈহুম মৈরানা হন্না থাম্মি মৈক্লাইরবদা মালেম ফাওনা ডানখিববু থুমন উন্বি ফাওনা ডানখিববু লৌরগা লোকচপ লোকশা অসিগী মমিং "অতান লোক" হাইনা কৌলোইখিএ – মক্লা মাংফদববু থখিরম্মী। অসুম্না থুমন মানা পালেম মমা মাবু খুত্তা মৈহুম মৈচম্ম পাইদুনা মালেম তম্পাক অনেম্মা ভু-খোং পাং শমদুনা খিরে পালেম মমা মাবু ফংবা লৈখিরে অদুতশু নত্তনা লেইবি লোইম্মা অওম্বা চিংচাও নাপোম লোইনাইদবা লোইবি লোকনুং অশুকপা ওম্না খিক্করে, পালেম মাবু তানফংবদি মরৈক্লবদা মৈথংদা থুমন পাইমা হিক্লি কোলা উন্বি মথমোইনুংদা শরি পন্দোম লোম মালেম থক্তা মাম্বী মাবু মৈক্লিংদুনা পালেম মমা মাবু তানফং মাংদৌ ওমপাংলদে পাইমা উপাল উক্লেপকুম যুংখিএ। করিওম্বা নোংদম্বা চিংউ নোংথাইবা মাগী নোংদম্দগী পালেম মাবু তানফংডে থুমন উন্বি খৈনা পেক্লগে করিওম্বা পালেম শকপি ইমা মানা তানফং শিনপাংবঁবু ওমদ্রগ অচাকপ থাবি মডোন্দা থুমন মাইবি কংলগে হাইতুনা থুমন উন্বি যুংলদুনা মথংগী থুমন থৌ পাংখিএ।

( থুমন মানা পালেম মমা মাবু থুমন খুত্তা মৈহুম মৈরা পাইদুনা খিবদা থিংথোক্লমা লমদম মকুওইবা মরমথেদা পনদব মাদুনা পঙ্গরে।

অাঁত মক্কম জমদম কম্না লৈরিঐ খুমম্না থুংউবা মক্কম খুদিংদা খোঁদোক পুম্নাক্নি শান্নখিবা পুম্নও লিশাংশিংনা পঞ্জদরে )। খুমন অরোইবা চাংম্লেংলগে পাইমা পিবুক য়ুংনা লেপখরে। মালেম লৈমাই থক্তা খান্নি মৈহৌদুনা পলেম শকপি মমা মাবু তানফংগঙ্গ, তানফংলোইত্রে খুমন অরোইবা চাংম্লেংলগে পাইমা পিবুক লেপখিঐ। পালেম ইমা মাবু তানফংলে ফরে তানফংববু ওমদ্রে অচাকপা খাম্নি মতোম্দা খুমন য়াইবি কংলগে পাইমা য়ুংনা লেপখরে। অশুম্না কৌপরু মাইকলা নোংচুপক্তা লোম্নবা ( তাইনবা ) মাইক-চিংউ কনাগীগু মক্কাই খোক্কবদা লৈবা "মৈহৌ চিং, অরোই চিং, য়াথোক পুং" পুং মচা অক্তম ( চিং-দোং ) লৈবনে ( পুংকোক কোকপনে ) হাইরিবা পুং অদুম্মক্তদা খুমন মানা পলেম মমা মাবু ফংননবা অরোইব খান্নি মৈহৌদুনা খুমন অরোইবা য়াইবি পোম্বা কহননবা খোৗরাংখরে। পালেম মমা মাবু উঅংগে-তানফংজগে, ফংবা ওমদ্রগী খুমন অচাকপা খান্নি মৈরিলক্তা য়াইবি কংকে চপ য়ুংনা লেপখরে। য়াকচিং থাগী মওানি পাম্বা থাপালদা অহান্বা ওইনা খান্নি মাবু খুমম্না মৈহৌখিঐ। তম্ন খান্নি-মানা মুংখিবনা ফক্তবা য়াংমেন্দা খাম্নী মাবু মৈহৌগ্রবোই তাইতুনা মপু মানা কুবিদ্রে খংলতুনা য়াকচিং থাগী তয়েংনি পাম্না থাপান্দা খান্নি মাবু তম্না অমুক মৈহৌতুনা মথং-মথং চংথরকপদা মওারক ওবা ফাওবদা খান্নি মাবু মুংখিদরে অশুম্না খান্নি মাবু মুংহন্দনা মওারক ওয়কপদা চিংলাই-খম্বা "পাখংব" মানা তম্বা অমনা তৌরিমতুবু উখরে, খংখরে। হিঃ করি মতৌনো! চিংলাই খম্বা-পাখংব শ্রেণী য়াথোক পুং, পুং-মম্নোম্দা শকখংদব তম্বা অমনা খান্নি মৈহৌদুনা পাখংবা শ্রেণী ইকাইবু খাংননবা শিম্নেদনা হাইনা খম্নতুনা খুমম্না হৌরিবা খান্নিতুব্ মৈমুংনবা হোৎনবদা তম্বা ( খুমন ) মানা হৌরিবা খান্নি মাবু মুংথংপা ওমখিদরে। পাখংব মানা মম্না লাওনা কোরৌ মালেম ফাক্কা কাথোক্তুনা লাইজ ঈশিংবু শাক্তু কম্না অচাকপা খান্নি তম্না ক্নাপ্দা খান্নি মাদি অহোইননা চাকপা হেনখরে। খুমন মাও পাখংব মাগী শাক্তু কম্বা লাইজবু

কয়া মঙাকথিএ, পাখংবনা মসিনদি ওইবা ময়াররোই খঙদুনা অয়া লাওনা কাথোক্লুনা শাকু কম্বা মুংশিংনা অমুক্কা অতাকপা থাম্মি তম্না কামশিনখরে। মতুংগু থাম্মি মাবু মুখংহয়া অমখিন্নরে, খুঙন ময়াা শাকু কম্না পাখংবনা কায়কপা নুংশিং মাবু ভাকখিএ। পাখংব পাইমা হিরি কোম উবৃবি খুংদা চিংনবা পোকখিএ। হিঃ কবি মতৌনো! তম্বা মহাকশিশু ওনথোক্লা মতিক অম্মাই হেনক্লেদা!

শকখংদবা তম্বা সিবু চিংউ কনা ওইরিগবা নত্রগা থোইযুম কনা ওইরিগবা অতু নত্রগা নমু পোংহলবা কুরুনা শাদোংববু মওইরিগদ্রা? য়রা পাওহংবগু য়রা অনাও মতাদে। পাখংব পাং লৈত্রদুনা তম্বা কনাগা তরা য়াচাম্নগা শকখংদবা তম্বা মানা মৈহোরিবা থাম্বিশিবু নুংহনশিগে হয়া হয়া পিবুকখুংদা খুমখিএ। অগুম্না পাইমা পিবুকখুংদা মওন-মওন অন্দুনা চিংলাই-খম্বা পাখংব মানা মাইক মরি শুমদাই নিপালদা লৈদুনা হিরি পাদম লাক্লুনা য়োংলকপদা অা ........ পোইরে অতামদা চিংখৈ নিংথৌ যাইযুরেন মকাইদা খুংগু তেনকাপ শিন্দমদুনা লৈবা শাম্না পাঙ্গলব য়ংব নহা পা-চুম্বা চাইনা-খোংরেন হাম্বা শাওং শাদা হেন্না মতিক মম্মাই কম্বা তম্বা অমাবু উথবে। চিংলাই খম্বা পাখংব চিংউ মতিক হেন্নমিনা তম্বা মাবু হেক উৎ মকুন্দা হেক্কা খংখি, তম্বা মহাক্লবা শকখংদবা থাম্বী মৈংহোরিবা মাগা তারা লম্বা পাবা ওমলনিএ হাইবসে, পাইমা পিবুক হরাওখিদুনা থিন্দনা চিংলাই খম্বা পাখংব চিংখৈ নিংথৌ যাইযুরেল মকাইদা তম্না কৌখিএ। খিন্দনা পাখংব শাম্না পঙ্গলবা তম্বা মাগা তরা শকছায়দুনা (শক-শক উনদুনা) ক্লারি শিংবুল কম্বা লিনরে। তম্বা মাগী মকাইদা পাখংব মাগী মতেং নিখিএ— নোংচুপ মৈংহৌচিং, য়াথোকপুংনা থোকখিবা থৌদোক পুম্নামক পুম্বা পাখংব মানা শাম্না পাঙ্গলব মকাইদা তমখিএ শাম্না পাঙ্গলবা তম্বা মাও চিংলাই খম্বা পাখংব মম্বা ভাবদা পাখংব মাগী থৌদি মতেং পাংলগে হেন্নখিএ।

শাম্না পাঙ্গলব তম্বা মাগা চিংলাই খম্বা পাখংবা মাগী থিন্দনা য়ঙ্গোই খুরুপ থাদুনা খুমম্না থাখি মৈ হৌরিবা চিংলাই খম্বা পাখংব মাগীদি মাথোক্পুং মোংচুপ মৈহৌচিংদা য়োখিএ।

শোয়দনা খুমম্না মৈহৌচিং, মাথোক-পুংদা মওংরক শুবা থাখি মৈহৌবা লেইরদুনা তরুকলক শুবা থাখি মৈহৌগে থৌরাং হেক তৌদুকপা মতমদা চিংলাই-খম্বা পাখংবগা অসাই শাম্বা পাঙ্গলবা তম্বা মাগা মৈহৌচিংদা থৌরকএ। ওইহাক পুংজা নাইখতুনা খুমন মতৌ য়েংদুনা লৈখিএ। অপাই চিংখৈ নিংথৌ মাইক্ষুরেলদা খুংলাই তমতুনা লৈরম্বা শাম্বা পাঙ্গলব তম্বা চিংলাই খম্বা-পাখংবগীদি মরুপ শান্নতুনা মতেং পাংবা লাকখিবা শাওং শাদা নিংখিবা শাম্বা পাঙ্গলবা তম্বদু অতৈ কনা নত্তেএ—অতাং চাদ্রি মতম য়ৌদরি হাইদুনা শাক্কোংদনা নাইশেদুনা চিংউ থৌদোক কুম্মৈ মতম ওাইদুনা খুংলাই তমতুনা লৈখিবা চিংউ প'ঙ্গলব তুংলমচত্তা নমু মংপাক শাইওন্নগদবা "ফুনাল খুংগু তেলহৈবা" নিংথৌ মাংব নহা পাচুম্বা মহাকনে। (তুংদা ইনুংলোন মরা অশম্ববু লাকখিজনিএ)। তম্বা মাদি হংলেং তুংলমচত্তা চিংখৈ নিংথৌ মাইফুরেল মাগী থৌজাল ফংখিতুনা "ইশাইফু মাইক্ষুরেল—লিরুং, তেন মাইওইববু" তানফংদুনা চিংউ থৌদোক কুম্মৈ মাওওমখিএ। মতম অকুমক্তদা খুমন মাশু পলেম মমা ফংদুনা মাংফদবা তিংমেন মাইওইববু ফংশদবনে।

তুংলমচত্তা খুমন মানা খুমন "তাওদম্বা" হাইতুনা শাইওন্নক্রবা মতমদা ফুনাল তেলহৈব মাগা তরা লম্বা শা চইনা থোংত্রেন হাৱপদনে। ফুনাল হাইব মিংথোলশি তাইশংগী শাইওন্নকপগী মিংথোলনে নুংলোনে থাদা হাইবদি—লাইরঅংলেন্দা মাদি 'ফুহেন-সনা' কৌএ। মহাক্তি লুত্তাং কুরু পুন্সিবগী মশারি অহলনে। লুত্তাং কুরু পুন্সিবগী মচা মুপা অনি, মচা মুপি অমা গোকপগী মচা মুপা অহলগী মিংবু অাইরমলেন্দা 'লুহেন-সনা' অদুনা লাংওন থৌদোক কুম্মৈ শামবদা "লাংমাই চিংশাং লাকপা"—মেলোই লাংমাই চিংশাং ওাক্তা শানখিএ হাইবগী 'লুত্তাং লাংমাই লাকপা চিংশেম্বা' লুত্তাং লাংমাইদা

হাইনা খংনখিএ । "চিংউ পুন্নরোম্না পুরাং নাকাবা" হাগা লোম্নানে । থাবুগু শেলোই লংথাই লমদা পুম্না পানমিন্নখিএ ।

লুম্নাং কুক্কগী মচা নুপিগী মিংনা লাইরম্বলেন্দা "সনরেশ্বী" লাইরেশ্বী কৌএ— তাইপং ফাওনা লাংওনবগী মিংনা পিক্লা চাওই পিয়াইনু কৌখিএ । মহাক্কি থুমন মকাইদা কুক্ক অতিংকোক মরু শিদবনা থুমন লৈমা শরুক তমখিএ । অতুনোংগীদমক লুম্নাং কুক্ক মকাইদা সনরেশ্বী লাইরেশ্বীবু থুপতুনা মযোম শক্লা থমখিএ । থুমনগা ফুহেনসনাগা তাইপংলেন্দা মথেন মবাই থোকনৈএ । মচন শকপি সনরেশ্বীবু তুংলমচত্না থুমন নিংথৌনা মপাম থোংদাহল্লকপগী নিংভাই শংদানরককতুনা মচন নুপিগী ইকাই ফিরুক্ক হনখিবগী মংশং তানগে শম্বি পন্দোমখিএ । অতুগী মথক্তা অদুভেগী মৈহৌচিংগী থাম্বি মৈহৌ থোঃদাক্তা থুমনা তেনকাপ হৈনা তম্বদু কাইনখংদা ফুহেন-সনা হাইবা শকথংখিবদগী ফুহেন-সনাগী মথক্তা অমুক্তাং লমন শিংগে হাইদুনা শম্বি পন্দোমখিএ । মতম ভাইহাক্তি চিংউ থৌদা কাইরুদবনা খোইয়ুম নোংদমংখোনবু ভাইদুনা লৈখিএ অদুবু চিংউ নোংদম্‌খোন শোইকদবনা খোক্তবা মাদে মতাওম তুংলমচত্না চান্নবা মরুপ ভাই শেন্না এরুবা ওইখিদুনা চাইনা পুংবু খোনখিএ । ( মুংলোন মরা অহকপা মথা শম্না লাকখিনিএ ) }

( মুংলোন মরা লিশাং শিংনা লাকখিগনিএ ) । মতম অসিদা চিংলাই শম্না পাথংব অমদি থুংশু তেনহৈব তম্না অনিনা থুমন মাবু শকথংখিদ্রিএ, উবশু অমুক্তা শক উখিদ্রিএ । করি নোংগীনো হংএ— মতম অসিদা থুমন মাদি থুমন শকলোন পুখোকতুনা চিংউ, খোইয়ুম, তাইপং কনানা খংনবা ইতোপ তোম্না শকলোন পুখোকখিএ । অদুনা তম্বা অনিদুনা থুমন মাবু শকথংখিদবনে । অতুম্না মরুপ অনিনা ভাইহাক নাথেক্তুনা থুমন মানা তৌম্বিবা খৌরমবু লেংতুনা লৈখিএ । থুমন মতম অসিদা তরুক্কলক ওবা থাম্বি মৈহৌবা হেক হৌরকপা থাম্বি মানা হেক চাকপা মতম অসিমক্তদা থুংশু তেনহৈব তম্বা মাগী থুংশু তেনকাপ অমতনা থুমনা হৌরিবা থাম্বিদুবু পুংমুক মুখংখিএ ।

খুমন মানা তম্বা মাবু হম্না ফাওবা য়েংলুদনা তম্না থাম্মি মাবু হম্না মৈহৌমনবা তোইমখিত্র। খুমন মানা থাম্মি মাবু হেক হৌবগা তেলহৈবা মাঙী অঙাঙ্গা তেন-কাপ অমনা হেক্না মুথৎখি। খুমন মাস্থু অমুক্তা তম্না তম্বা মাবু হম্না ফাওবা য়েংলুদনা থাম্মি হৌখিত্র। খুদক্তা খুৎশু তেলহৈব মাঙী তেনকাপ অমতনা অমুক্তা মাংহনখিত্র। অগুম্না খুমন্না হৌজ-হৌজ অতৃমলক থাম্মি মাবু নমহৌ হৌখিত্র, খুৎশু তৈলহৈব মাশু খুমন মানা অতৃমলক হৌবা থাম্মি মাবু অতৃমলক মৈমুৎখিত্র। খুমন মানা অতৃমলকশুনা থাম্মি মৈহৌববু খুৎশু হৈবা মানা মুৎথৎলক্কবদা পুমম্না তম্বা ( খুৎশু-হৈবা ) মাবু য়েংদুনা হাইত্র— ''ঐনা থম্মি মৈহৌবদি চিংউ থোইমুম কনাগী নত্রগা নমু কনাগী মাংননবা তাক্কনবা থাম্মি মাবু হৌবা নত্তেত্র, অইংবা অতম্না থমোইনা থাম্মি মাবু হৌতুনা পালেম শকপি "ইমা" মাবু তামক্কংনবা থাম্মি মাবু হৌব.ন''। মম্না অসি তমক চিন-গোইরমলগা মথা তানা খুমন থাম্মি অমুক্তা তম্না হৌখিত্র। মতম অতৃদদি খুৎশুহৈবা মাশু খুৎশু তেনবু থাখিদবে। ভাইহাক্ক খুমন মতৌ য়েংতুনা নাথেদুনা লৈথ.ব। অশুম্না চিংলাই-থম্বা-পাম্বৎ মাগা খুৎশু তেনকাপ ফবা তম্না মাগা অম্নিনা খুৎশু তেন থাদতুনা নাথেদুনা লৈম্রিইও তামলক অদুদা খুমন মানা তম্না থাম্মি তরুকলক শুমবু তনহৌ হৌতুনা খুমন অরোইবা পালেম মমাগী তানকং থোনিবু পাংথমখিত্র। খুমন মানা অচকপা থাম্মি মতোন্দ অরোইব থমোই কৎতুনা থৌনিখবে। হাইখিত্র— ''ওসি নপারি খুমন্না অরোইবা থাম্মি নংবু মৈহৌবদা থাম্মি মৈথ্রিলকপিদা পালেম শকপি ইমা নহাক্না থোরক্তুনা খুমন নচাগী ইখিত্তা উহল্লবদি ফরে অদু মত্তদুনা কখিত্তম্বা পালেম ইমা নহাক্না নপারি খুমন ঐগী ইমাংদা থোরকল্লমদি কুক্ক আমা থংশনো অচাকপা থাম্মি মতোন্দা খুমন য়াইবি কৎলগে চিংউ অপেম্না মানা থংশনো খুমন শরি নামুংখিত্র'' অশুম্না খুমন মানা মখিৎ চেৎনা উইশিন্দুনা পালেম মমা মাবু উজগে হাইতুনা অচাকপা থাম্মিদা থৌনিন্দুনা পালেম মমাবু খুমন থমোই চেৎনা

কোমখিত্র ।

অশুম্বা থুমন মপারিগী অয়ুংবা অরেম্বা থমোইগী মমাংদা কাংবু ওমদ্রবদা থুমন পলেম শকপি মমাদু অচাকপা খাম্বি মৈরিলকুপা সনা ফুদোংব মচু খাম্বা তাইপং ফওরকলে, মরা মকাইরকে— ''পারি থুমন নংবু তারিবরা পলেম নমা ঐ লাক্কে, পারি থুমন নংবু নমিং পাংলো"। মরা অসি তাবদা থুমন থংহোদনা মমিৎ পাংখোরকপদা অচাকপা থাম্বি মৈরিলকুপা সনা অহিংবা মচুগা পাংথক ওইবা কুচুবু ওমজব পলেম মমা মানা থুমন মমাংদা তাইপং ফাওনা পলেম মমাগী হুমু হকচাং তংথাই অমনা থম্বি অচাকপা মৈরিলকুপা অদুগা হুমু হকচাং তংথাই অমনা তরং থক্কা ফাওরকপা উরুবদা থুমন থমোই পুবা ওমলকত্রদুনা পলেম শকপি মমা মাওন্দা থুমন তাংজ মকোক নোন্দুনা থমোই পিরাং ইহৌননা মালেম থক্কা ওম্বা খোইন থাংথক্লে। পলেম শকপি ইমা নংবু থিবা মফংলকত্রবদা পলেম ইমা নংবু ফংবা ওমলইবা মৈরবা অচাকপা থাম্বিদা থুমন মাইবি কংলগে পাইমা যুংমুনবা মফম ইথং থংহোদনা থুমন ইমাংদা পলেম ইমা নহাক্কা লেপ্লরবনা থুমন মথমাইদা কুরু মাগী খোজাম ফংলে হাইবা থংথরে। হিক্কা হিক্কা কপতুনা তনিক্ক অনিকপা থমোইনা পলেম মকাইদা পাহোমজরকখিএ। ''পলেম শকপি ইমা খোংশাল্লপি থুমন ইরাল মাইদা মেরুবনা মাইকৈ শিন্না থুনা তেমশিংনরক মালেমসিদা পলেম শকপি ইমা নহাক্কা নপারি থুমন ঐবু পলেমগী চরৈনা থুমদুনা চেৎনা লাংগোলবিরোগনা"। মেয়ুবনা পলোল কুংমা পোইরোল মোক্লবা মফম অহিংদগী খোংশাল্লসি থুমন ইরালমাইদা হাইজরকে।

মপারি থুমনগী থমোই তাশোগবা মরাশি তাবদা থাম্বি মৈরিলকুপী সনা কুদোংব মচু মাম্বি নিংখিজরবী, অইংবা, অতপ্পী ইমা মানা অচাকপা থাম্বি মৈরিলকুগী তনৌ তনৌবী শমু খোংনা মালেম থক্কা তপ্পা তপ্পা থাতুনা মপারি থুমন মাংদা লেপ্লরে। মদু উরুবদা থুমন অথুংনা ফংনা পলেম মমাগী তনৌবী মখোংবু চেজেৎ কোম্দুনা হিক্কা-হিক্কা কপচখি। মৈরিলকুপী মালেম লৈদা লেপ্লরবদা মপারি থুমনা

তৌরিবা মঃতৌথ্ উক্লবদা পালেম শকপি মথমোইবু পুঙমগ্রথালে— মপারি খুমনবু শমু খুংশা তরানা চিংথংপিদুনা মরা পাওমেল্লকলে শেঃ শেঃ পারি খুমন নংবু তাবরা— করিগী পাম্বি থমোই পিবুক অদুক থোইথ্রাংবনো ? করিগী অদুক পারি পিবুক ওাইওমদবনো ? পারি মহাকপু মেক্ক তিংথং লাংলোইনববু পারি খুমম তম্না লম্বা পাওম্বা খুংও তিমেন য়াইওইববু পিরগেকো— শেঃ শেঃ ( হাইরদুনা ) খুম্মা থাম্বি মৈ হৌথগী থাম্বি মৈম্বিথোক্না চাকলিবা মৈতুথ অমবু পালেম শকপি মমানা পাইথংতুনা খুমন মপারিদা পিথনে মরা মনাও তাথরে— "ওসি পালেম নমা ঐনা পিরিবা অচাকপা মৈতুম অসিগী অচাকপা মৈম্রি অসিনা তিঃমন-তা চিন ওই মৈতুম মথোক অসিনা তিঃমন তাথোকপু ওইরবা পারি খুমন তিমেন য়াইওইব তিমেন মাংহ্নদববু ওই তিমেন য়াইওইবমু খুমন নথুত্তা থাদরিডে, খুমন নথুং চল্লিডে পরি নহাকপু চিংউ, থোইযুম তাইপং কনানা লাকত খুতুম চন্বা ওমদববু ওইরশনো । তিঃমন মানা হুনখিবদা তিমেন শোইফদববু ওইরশনো হাইদুনা পারি খুমনগী মথুত্তা পালেম ওইবি মহাক্না অচাকপা মৈতুমদুবু পিথিএ" । খুমন খুংনা হেক অচাকপা মৈতুম মাবু শোক্কউবদা থংহৌদনা অচাকপা মৈতুমদু মিংথিরবা তিমেন য়াইওইবা লিথপ চাবা তিঃমন তা ওনথিএ । তৌইগিদি পারি নহাক্না তিমেন য়াইওইববু খুমন নর নম্নাইদগী ( নকাইদগী ) হেক থাবদা খুমন লাকত খুতুম চন্বা ওইযুকো হাইথরে— পারি খুমন খেংদুনা য়ম্না অমুক মনাও তাথিএ - শেঃ শেঃ পারি খুমন হুর্চিক্তি পারি নহাক্না পালেম নমা ঐবু তাইপং ফাওনা তানফং-অমমিনা পালেম নমা ঐনা ইচাগী মিংলেন মাংফদববু থোল্লম্লেকো হক্লেং তুংলমচত্তা খুমন মংগী চাদা নাওদানা থংহৌরশনো পারি খুমন নহাক্তি কুক ওইনা নচিন ননাও অহুম লৈরম্বদগী মথংগী লাংওন মৌরকথিদো— তাইপং ফাওবা থৌদোক কুম্মে শাম্বা লাংওন ফাওরকপনিকো— পারি নহাক্না তাইপং ফাওবা শাইওক্কপদা পালেম নমা ঐবু তানফংবনিদো তৌইগিদি অশিত

থুক অচিংবোক অক্ক শিদব মাগী মমাথংবনিদো। পুম্নমক্কি ওইদুনস্ত পাম্নি নহাক্না তাইপং ফাওক্কবদা পলেম নমা ঐবু তানখংবনিদো। পাম্নি নহাক্কী অহানবা মাংওন্দগী মথং-মথং লাংওম পুথরককপনে, পু-ও পুঃকোকনে, পু-অহলনে নঃম্নবু মম্নানা চিক্না মৈজম্বনে, পাম্নি নহাক্কি অতু নোংদগী পাম্নি খুমন ননাৎ কাইক্কদবনা নংগী মাংফদবা মিংলেনবু "খুমন পুরেল পাখংব" হায়না ভসি কোক্লৌদগী কোলোইরবনে পলেম নমানা থোম্বা পাম্নি নহাক্কী মিংলেনবু ভুংঙমচন্তা মাংফদববু ওইরশনো। পলেম মমানা হায়খিএ। খুমন মাও পলেম মমা মানা চায়া খুমন মিংলেন মাংফদববু ফংলবদা তাইমাক পুংদোইদি হবাও মিনাক তমখিএ অদুমদি ওইরবদা পাইমা লিংজেল খাব খুমন মাদি পাইমা কিশি-কি থমোই তাশোমদুনা পলেম মমা মাবু তানফং খাঙ্গি মৈহৌবদা লোইরং শিংখোং ওইখিব তন্থা অনিচুগী থৌদোক্তু কাওথোকপা তমখিদ্রে। খুমন মখুত্তো তিমেন ময়াইওইবা পাইথ্রবদা মেক্রবা মাবু তেমশিংগে পাইমা খ্রিবুকল্লুংদা চপ মুংখিদুনা পলেম লৈ লৈতে থংখিদরে খুমন মশা থক-থক নিক মাথক-য়াথা ক্রক-ক্রক চিক খুৎশু তিমেন ময়াইওইববু খুৎশু চেৎনা পাইদুনা অশাওবনা থুমহৎখিদুনা তিমেন ময়াইওইববু অশাই লোইরং শিংখোঙ ওইখিবা তন্থা অনিচুনা শাম্বুপতুনা লৈখিব মায়কৈ তম্না লংখরে।

শোইফদব তিমেন্না কোরৌ থক্তা পাইখিদুনা অশাই তম্না অনিদুনা লৈবা মায়কৈ তমথরে—চিংজাই থম্বা পাখংব, অমদি শাম্বা পাঙ্গলবা তম্বা অনিদুগু চিংউ থৌজাল ফংবনা ময়াইবি অমদি মাংদব ময়ারোই থংজদুনা পাখংব শাদোং উচেকপু উশিন ওইহনখিএ। মথোই অনিনা ময়াইবি পুতুনা চেনখিএ। শোইফদবা তিমেন মানা ময়াইওইব ওইবনা পাখংব শাদোং উচেকি ময়াইবি মাবু চাইখিএ। থৌদোক অসিবু উক্কবদা অচাকপা খাম্থি মৈরিলক্কুগী তাইপং ফাওবদা তাইরিবা খুমন পলেম শকপি মমানা মপারি খুমন মেংদুনা হাইখিএ—"পাম্নি খুমন নহাক্কি পাইমা লিংজেল খামদ্রি পলেম নম্না

শ্রীনা খাঙ্গি নুংসগী থোক্লকপদা ওাঙনিঙৈ করিগী মেক্রা তেমশিংবনো করিগী শাংগমচংপু চংপনো" ? পালেম নমা শ্রীনা খুমন নহাক্কী মথংগী লাংওন মিংলেনবু থোংন্নম্লে.কা— নমা শ্রীনা কোলোইখিবা মহাক্না মাদি লেম্না খক যাংক.লএ - খুমন নহাক্কী মথংগী লাংওন্দা শা-রমচংকী মিংলেনবু লৌরগা খুমন পাইনা লিংজেন খায পাইনা কিশি কিববু য়েংউরগা খুমন পারি নহাকপু "খুমন শাক্রাব" খুমন কাকপা হাইনা কোলোইনরম্লাক্কো। মতৌ অদুনা পালেম নমা মানা মপারি পুমনগী অশাও খাঙ্গি যৈমুম্পদুনা খুমন থমোই ফাখিএ। নমা মচা ওাইহাক তরা চিনগোইনরবদা পালেম মমানা পারি খুমন মদুদি মফম অসিদদি কুইনা পনথফমরে নমা শ্রীবু খুমন নরালয়াইদা পুরো ইমা নরালয়াই পাংলগেকো হাইরক্লে। পালেম মমাগী মরা তাবদা খুমন্না পালেম মমাবু মরালয়াই য়েনবা থৌরাংখবে। ( নোংচুপ মৈহৌ চিংদগী খুমন্না পালেম মমাবু খুমন মকাইদা করম্না পুখিবগে করম্না য়াংদো লম্নীদা খুমন মকাই হৌখিবগে, য়াংদো লম্নিদা কম্না থৌদাক থোকখিবগে হাইব থৌদাক পুরারি অকুপ্পা পরম কম্না-কয়ানি মথংদা পঙ্গরক্নে )।

অসিগী মতুং থোকপদা খুমন মানা পালেম মমা মাবু মৈহৌচিংদগী অচাকপা খাঙ্গি মৈরক্রসী তানফংদুনা খুমন মরালয়াইদা পুরক্লুনা খুমন শঙাই কাজাও মাপলগী মনিং থংবা যুমদুং কাদা খাঙ্গি মৈকোম শেমদুনা খাঙ্গি মৈরিংদুনা খুমন পালেম শকপি মমা মাবু থমখিএ। মফম অদুদা পালেম ইমা মাগী মকাইফম ওইখিএ, ইমা মনা লৈবা মফমদা মপারি অহুম্না ইকোই-কোইশিন্দুনা য়াইদা পালেম মমা মাবু লৈখিএ, মপারি মতাং-সুরাং-খুমন অহুম্না পুন্দুনা য়াইদা খাঙ্গি মৈশেংবু হৌদুনা পালেম শকপি ইমা মাগীদমক মৈরিংখিএ, হৈকৎ-লৈকৎখিএ। পালেম মমা মানা মপারি অহুম্না পুম্না পাইনা লিংজেল মাম্না থমোই পাংদিং চপ তিংনা পালেম মমা মাঙান্দা হৈকৎ লৈকৎপবু পেন্নদুনা থৌজাল শিংগৈং অথুম্ববু মপারি অহুমদা পিখিএ, হাইখিএ— ওসি পারি অহুমনা থমোই

পাংদিং মায়না পুম্না পলেম নমা ঐগী পামজবা থাম্মি মৈশংবু মৈহৌদুনা পলেম নমা ঐবু লেংদনা পারিশিংবু নাওকোন্দুনা লৈয়ু হৈকখ লৈকখ, ঈরাৎ-থৌনিবদি নমা ঐনা পাইমা থোইদারেদো তিন্নাং ঐনা থোইচংলেদো, তুংনমচত্তা ঙসি পারি নখোয়গী চাদা নাওদানা থৌ অসিবু শোইকদব ওইরশনা, মপু মপাবু থৌনিরকশনো নুংঙাই পুংবু থোনগদনে, য়াৎত-পানবু ওইশনো অদুগা পারি অহুম্না কোইনা ফমদুনা থাম্মি মৈহৌরিবা মফমসিনা মৈহৌ-পুং, পুম্ন-পুং, অশৌ-পুং কৌরশনো মসিবু পারি অহুমগী ফুংগী চাদা নাওদাগী য়ুমথুংদা লিংদুনা ইমা মাগী থুদম ( মকাই ) শোইকদববু ওইরশনো হাইখিএ ।

অহুম্না পলেম মমা মানা মপারি অহুমদা মরা অহকপবু চিনগোইনববু পারি অহুমসু পুম্না হোয়ানখিএ, কুরু অহুমগী চাদা নাওদাগী য়ুমথুংদা পলেম ইমা মাগী থুঙম য়াববু মপারি অহুম্না শরি নামুংখিএ, মফমদি মৈহৌ পুংদনে । মৈহৌ পুংদা মপারি অহুমগী পুং অহুম অমত্তু ইনখৎলকখিএ— নিনথল্লকখিএ, মপারি অহুমগী মকাইনে পলেম মমা মানা লৈবা মফমদা মপারি অহুম লেংদনা লৈএ তাকপনে । পলেম নমা ঐনা লৈবা মফমদা নমা তরেৎ অমত্ত লৈবনে থংউ নমা ঐগী লাংওমে থংউ য়াত্ত পাদবা নমা ঙাক্কে । পুম্ন-পুং কৌবনে । ফুঙ্গা কৌখিএ । পলেম ইমা মানা মপারি অহুমদা মরা কয়া চিনগোইনরম্লগা ইমা মাদি মকাইফম লাইরু লাই-পুংদা চংখিএ । পলেম মমা মানা লাই-পুংদা হেক চংখিবগা ইমা মাগী কোলোইবু "ইমোইনু চাকহোং ঙাহোংবি" য়াত্তা পাদবি হাইনা কোলোইখিএ । মপারি মভাং-মুয়াং-থুমন অহুম্না মমাই-মমাই ওনশিনদুনা থাম্মি মাবু মৈহৌদুনা থুমন য়ুমচাও কা মাপলদা ইমা মাবু ইরাৎ থৌনিখিএ, মফমবু "ফুঙ্গা" হাইনা কৌখিএ । পলেম মমাদা লুকলেন হৌদুনা তরা মথেল্লা কংখিএ । হৈয়াং হৈপুং থোল লৈয়াংগু লৈপুং থোনখিএ । তরা লুকলেন হৌখিবা মফমবু তরা চাক ফুংকম "চাকথুম" কৌখিএ । তরা চাক ফুংফমদা

লৈবা ( পুবা ) ইত্যাদি "মৈথেন্-সনা লাইরেম্বী" কৌএ। ( মুংলোন পুল্লারি কয়া খুপ্লা লৈরিএ, ইমা মাগী থৌনিরোল, ইমা মাগী খুভম য়াখিব মকম লাই-মরু মকাই অথুপ্পা পরম, ফুজা কয়া কৌখিবগে হাইবগী মুংলোল তুথুপ কয়াদি তোপ্লা থুদোল তমজরগে )।

ছুচিক্তি খুযমা নোংচুপ মৈহৌচিংদা পালেম য়মা মাবু তানফংননবা হোৎনবদা কয়া য়াখি মাবু মৈরিংখিবগে হাইবা পরমবু পঞ্জরক্কে। মৈতৈ মেক তপ্নেৎকী চাদা নাওদানা কয়া ইবেনথৌ ইমোইনু চাকহোংবিবু ইরাৎ থৌনিগদগে হাইবা পরম, তুথুপ, "থুমন মৈহৌরোল মুংলোল তুথুপ" তা তপেং তপেংনা থারিএ। থুমন খুনথোকলোল পুল্লাক্লিগী মনুংদা "থুমন মৈহৌলোল তুথুপ" তা থুমন য়ানা পালেম য়মা মাবু তানফংনবা হোৎনখিবা পরম কয়া কুপ্পা চিংউ য়ানা খপ্পিরমই।

হঙ্কিং হয়াং হেঃ হয়ু শিনদ্মা "ক" সনা খপুরেল
চিংউ মতিক অহেম্বা খোইয়ুম নয়াই অহক্কপবু
নপারি ওক্লাংতগী শিজৈরোম্বনা ছেশক
ছেম্থাজবা অয়োন-অরান য়াওববু চিংউ
তিনচু হনবিগনো খোইয়ুম চৈবি-চৈথেংবিগনো
ওাকপি ছেবা চিংউনা ওাকপিরমউ
কনবিহেবা খোইয়ুমা কপ্পিরমউ।

"খুমন মৈহৌরোল-তুখ্‌প" ( নুংঙোল তুখুপ পরম )।

খুমন মচিন মনাও অহুম ( মঙাং-লুৱাং-খুমন ) না পলেম মচা মাবু তানফংননবা য়ারেপ য়াকানবুনা শন্নি পন্দোম লোম্লিখিএ। অওয়া মপাল্লি অহুমা শন্নি পন্দোম্লিখিবা মফমদি কুক পুংদনে, য়ারেপ-পুং কৌএ। মচিন মনাও অহুম ময়াই মফমই ওক্লিয়না শঙা শঙা উনদুনা য়া-চানখিএ, পুং অহুম ভঁরোং থমখিএ, মঙাং-পুং লুৱাং-পুং, খুমন-পুং কৌএ। কুক মকাইফমদা লেংদনা লৈবনে; কুক-পুংদি থৌরেম পুংদনে, থৌরম পুংদা কুক মচা মনাই ময়াম কুক মখা য়াংপেমখিএ, মথৌ পাংখিএ হাইদুনা থৌপাং-পুং কৌএ। থৌপাং-পুংদা চিংউ লোইদুনা কুক মচা মনাই লাইয়াম পুনখিএ। য়ারেপ য়চপ্নদুনা শন্নি মাবু পন্দোম্লদুনা কুক মপাল্লি অহুম হৌন পুংদা থুংখিএ অরেপ পুংও কৌপনে মফমদি লোক্তাক ঈশাই (ঈ-খাই) মাপল ফাংবদনে—লোক্তাক "অঙাও পুংদনে" লোক্তাক অঙাও পুংদা খুমন মচিন মনাও অহুম পুনখিএ, হাওরে খান লাওবা য়াংপুরেল লাইনিংথৌ মকাইদগী পলেম অমা মাবু থিবা হৌখিএ। থুংউবা মফমদা খুমন মচিন মনাও অহুমগী পুং অমমম থনমই থুংনপুং কৌখিএ, থৌদোক পুক্লাল্লি অমমম থনমই। থুংউ থুংউবা মফমদা খুমন খাম্বি মৈহৌদুনা পলেম অমা মাবু ফুংগনি ফংলোই চাংদম থেন হেক্তা য়েংই। হাইবিবা খুমন মৈহৌ চাংবেং অসিবুদি "খুমন মৈহৌরোল" হাইরিবসি। হাইরিবা খাম্বি মৈহৌ থেন-চাং য়েংবশি য়েক তরেংকী চাদা নাওদা লৈপাক খাই তরানও য়েংবা য়াই। অকবা-কত্তবা ওইগদবা-ওইরোইদবা পুম্বা লেপ্পা থংবা ওমই। পরম অসি তুংলমচত্রা ভাইপংগী পুকনিং লৌশিং ওইননবা থমজয়া পরম্লে।

পরম হাইকে। ইবুম লাইনিংথৌ মপা-কারন্দা চগ চানা ( পাল্দ ) ইবুম তাবিদগী লম-থা-খাইদা কোম খুবোম লুবা অমা তৌও শিংলম তরেক্না খাম্বি মৈহৌও মতিক ময়াই কয়া, য়াইফ পুংফমদা খাম্বি মাবু ঙৈরাংলু, থাপাল অচংবদা তৌও য়াকোং-শেল হে-লৈ

করম্না খাগি মঙেন্দা থৌনিও অক-অকপা খেন-চাং তাকপিও হাইয়ু। মৈচাক মেংউ; মাইকৈ মরিমক্তা শিং মাবু ইয়ু, করম্না মাইকৈগী শিংনা মৈচাক ফবগে; করম্না মাইকৈগী শিংনা হায়া চাকপগে, করম্না মাইকৈগী শিংমা কোম্না চাকপগে, করম্না চাকতবগে, হায়া খাগি মৈ মুংশনা করম্না মাইকৈগী শিংমা মুংপগে পুম্নমকশিগী মতুংইন্না মেংউ। মেংলগা খংলগা মাগী-মাগী অনিংবগী মতুংইন্না (শা-লানগী ওইরগা শা-লানবগী; পোৎমং চৈমাংগীনা মাগী পরমগী ) চাংয়েং মহৈ থংলমনে হাইবা পরম তাকলিঞ। খাগি মৈ হেক রাইখিবদগী শমু পুংশাম্না শিং মাবু শোবহৈদেঞ। হাইবদি খাগি মনা হেক চাকপ্রবদা শিং মঙান্দা অমুক শোকহৈদে খুদম চাংদম তাক্লদবনি হাইঞ। হায়না ইযুম লাইনিংথৌদা থৌনিও। লোইনা থংবনে হাইবা পরম "খুমন মৈহৌরোল মুংলোন কুথুপ্তা" তাকলিঞ।

অতৈম্না খুমন মচিন মন'ও অহম্না খাংপুরেল খানা চাওখা মকাইদগী খাগি মাবু মৈরিংদুনা খেন-চাং মেংহুনা শালেম মমা মাবু থিরকপদা মালেম শিম্না থুংখরে শালেম মমা মাবু তানফংলকপ্রবদা খুমন মম্নাসুং অনি ( ২ ) ( মতাং-লুরাং ) দি ওম্নাংলকপ্রবদা মশান্নৌ শিংখোং অতোম্না খুমন মকাইদা মখৌ-মতম শিম্নরম্নগা শালেম মমা মাবু তানফংববু লেপ্না ক্ষমা ওইয়ু হাইদুনা থৌজাল লনকুম্নিরম্নগা মম্নাসুং অনিদি মরালম্নাইদা হনখিঞ। খুমন মদোম্ন মশকক ওইনা শালেম মমা মাবু থিরকপনা মমৈথংদা হাওরে নোংচুপ থংবা খাংচিং চিংচাওগীদি মনিং পাংবা শরুক কৌপরু চিংশাংগীদি মমা চিংলাই খম্বা শাম্বংব মাগীদি মাথোক-পুং নোংচুপ মৈহৌচিং চিংদুম অক্তম লৈবা; চিংউ কনাগী মকাইরেন থোক্ত্রবা অদুগী মফমদুদা খুমন মানা যৌখিঞ। খুমন মানা পাইমা পিবুক মুংশিনা মম্নাসুং অনিনশু তুংইনশিদ্রব হম্না মেংবদা কনা উদ্রব খুমন মদোম্ন মৌরিজুনা শালেম শকপি মমা মাবু তানফংলদ্র তানফংলোইদ্র খাগি মৈরিংদুনা তম্না চাং মেংখিঞ। অতৈম্না খাগি মৈরিংবদা অফবা খুমন চাংদম শিন্নদা খুমন খাংলেন খিন্দনা খাগি মাবু তম্না মৈরিংদুনা

পলেম্ব মমা মাবু তানফং ঈরাৎ থৌনি হৌননবা থৌম্লাং ওম্না লোইখিএ। অশুম্না ম্লাকচিং থাগী মঙানি পাম্বা ম্লাইক কোরৌদা থুমন মানা থাম্বি মাবু মৈম্লিংখিএ। থাম্বি মানা তাংবম অহুমলক মুংলবদা মপুনা থৌজাম্মবা ম্লাংলেন পুংজাদা থাম্বি মাবু মৈম্লিংম্লবোই হাইহুনা থুমন থাম্বি মৈহৌবা লেপখিএ। মথংদা থিন্দনা চিংউ নোংদমংখোন ম্লাইফ পুংজা অচংববু উনবি হিরি কোন্দুনা মেংলবদা থংবা ওমংম্লএ। ম্লাকচিংগী তরেৎনি পাম্বা ম্লাইফ পুংজা অহেম্বা, অমুক ম্লেন্দা অঙবা থুমন মাগী মতমদা (মকাইদা) থম্বি মাবু মৈম্লিংখিএ। নুমিৎ কোরৌ তরেৎনি চুম্লা থম্বি মাবু মৈম্লিংদুনা থুমন মানা ঈরাৎ থৌনিখিএ। ম্লাকচিং থাগী থাচৎ তরানিথোই (১২) পাম্বা কোরৌ ম্লাইফবা ম্লাংলেন, কোরৌ মানা নারল ম্লাইরকপা মতমদা পলেম লৈশেম্বী ইমা ইমাইনু ঙাহোং-চাকহাংবি মানা অচাকপা থাম্বি মৈরি লক্কুগী শমু মহকছাং তংথাই অমনা অচাকপা থম্বি মৈবি লম্বা অদুগা শমু মহকছাং তঙ্খাই অমনা অচাকপা থাম্বি মৈরি থক্কা তরংথক্কা সনা অহিংবা, সনা ফুদোংবা মচু ওমজবি ইমা মহাক্কা তাইপং ফাওরকখিএ। থৌদোক অসিদগীনে মৈতে য়েক শলাইগী চদা নাওদানা ইমোইম্ব ঈরৎ থৌনি পাংলিবসে। ম্লাকচিং থাগী তরেৎনি পাম্বগী কোরৌ নারল ম্লাইরকপদগী হৌরগা ম্লাকচিং থাগী ১২ নি পাম্বা কোরৌ নারল ম্লাইরকপ থুমন মতম ওইরকপদা ঈরাৎ মপুং ওইগদনে অদুগা ম্লাকচিং থাগী তরাহুমদোই (১৩) পাম্বগী কোরৌ নারল ম্লাইরকপা (অমম্বদা) থাম্বি মাবু মৈমুৎকদবনে। কোরৌ নুমিৎ তরুক্কি চুম্লা ঈরাৎপা অদুগা থাম্বি মৈমুৎপসা থারগা কোরৌ নুমিৎ তরেৎনি চুম্লা ইমা মাবু ঈরাৎ থৌনিগদবনে হাইনা থুমন মৈহৌরোল নুংলোন তুথুম্লা থারিএ।

পরম হাইকে—

থুমন মৈহৌরোল তুথুপকি মতুং ইন্না থুমন মৈহৌ পলমগী মতুং তুনচিন্না মরম হাইক। থুমন মৈথোক পরম হাইকে, শিং লোকোল হাইকে, হৈকং লেল, লৈকং-লোল হাইকে। শেকমহলোজ পরমবু

হাইকে। থৌনি পরম; থৌ লোইবা তুম্থুপ পরম্ হাইকে। মৈহৌ পরম তুম্থুপ হাইকে। পুরিং হোপকনো।

খুমন মানা খাম্বি মাবু মৈরিংবদি নোংচুপ মৈহৌ চিংদনে, মাখোক পুংদনে তাইপং ইয়ুম মুংদা খাম্বি মাবু হৌবদি মফম কৈদা হৌগননো পরম পুস্বা তাকপিও পাওহংখিএ। খুমন পলেম শকপি মমা মানা হাইখিএ।

শেঃ শেঃ তারোক্কো পারি খুমন মহাক্না খাম্বি মৈরিংবদি পান্দনে মৈহৌ-চিংদনে, থাংচিং, চিংগী নোংচুপ থংবদা কৌপরু লাইফমজেনগী মথা থংবা শরুক চিংউ কনাগী মকাইফম থোক্লবদা হৌবনে। অদুনা পানবু মুংজোল খাদা চিংশিল্লু পানবু থুমমুংদা পুশিল্লু নমা এনা লৈরিবা মফমশে ( ফুঙ্গা ) মৈহৌফমনে কৌপরুগীদি খাদনে নহান-নোং খুমন থুমচংঙদা নমা এনা খুজম মাখিব মফম অসিমক্তদা খাম্বি মাবু মৈরিংগদনে। থাকচিং থাগী তরেংনি পাম্না ভুমিংকী কোরৌ মানা নারল থাইরকপা খুমন মতম চংলকপদা খাম্বি মাবু ঈরাংনবা মৈহৌগদবনে হাইএ পলেম মহাক্না।

## মৈথোকলোন হাইকে—

মৈথোক্লোলদি মুং-খেংনি। মৈবা শু-মাইচুএ। করিনোংগীনো পাওহংএ, পলেম মানা হাইখিএ—চিংউ থোইয়ুম মাগী ঈরাং-থৌনিদা খাম্বি মৈশেং অরাবা, খাম্বি মুংনাইদব চিংউ মপু ওইবা মহাক্নী ময়াইদগী থোকখিব খাম্বি মাদি থৌচু নুংবি-নুংবাদা চংখিএ— হজনখিএ অতুননে চিংউ মাগী খাম্বি মৈত্রেং অরাবা, খাম্বি অশেং অমাং লৈতবা মাদি থৌজু মুংবিনা তক্রবদা থোকপ মদুতনা চিংউ মকাইদা মৈরিংউ হাইখিএ।

## শিংগী শিংথোক্লোল হাইকে—

খুমন মৈহৌরোল তুথুপ্তা তাকলিবা শিংথোকলোলদি শিংগী শিংথল, শিংগী শিংশক অকক্লবা লৈতেএ। তলা পামেল থক্রুগী মদোম মখোক লোইর-মালেম লৈদা কেন্দুনা তারকপা উশা-রাশা উনা রনানা ওইগদনে। শিংলম মাবু থিবদা তলা অকংবতুদা খুংও

থাং-তেন থাকরোইত্র। অতুদি করিনোংগীনো পাওহংঙ্র – পলেম ইমা মানা হাইখিত্র—পারি সুমন মানা পলেম শকপি মমা ঐবু থিবা আকপদা থুংগু থাং মাওখিদেত্র, থুংগু তিমেন মাওখিদেত্র – থুংগু লিরুং তেন মাওখিদেত্র। অতম্না, অইংবা, অংরম্বা, থমোইনা মপু মাবু মথমোই নুংদা চেংনা কোন্দুনা পলেম মমা মাবু থিবা থোরকখিত্র। অদু নোংদগীদ সুমন মানা খাম্বি মৈরিংবা মতমদা পামেল শিংজা থিবদা পামেল থক্লগী মদোম কেল্লবা তমা মশা-মরেংনা খাম্বি মৈহৌখিত্র। অগুম্না পরিং পথাপ কাইদনা শিংগী শিংলম, মৈগী মৈথোকলোল পরমবু চুম্না ওন্না থমতুনা তরেংনি ( ৭ ) পান্না রাকচিং থাগী কোয়ৌ মাইফবা পুংফম মক্লদা অহান্না খাম্বি মাবু মৈথোকহন্দুনা মৈহৌরে। খাম্বি মৈ হৌগদব অহান্নগী মফমদি তাইপং যুমম্নুংদা নত্তেত্র পান্দনে। ইমুম থরাই থোজাল রাংমা চিংথে পাংবদা, ইংখোল রাংমদা মদোম কেল্লবা উনা-রানানা মৈচম ওইদুনা নুংঙ্গেংনা নত্রপা মৈ-বা-না খাম্বি মাবু মৈথোকহল্লু মফম অদুদা অহান্না ওইনা খাম্বি মৈরিংউ। খাম্বি মানা মৈরি নাইনা চাক্লবা অতমজুদা হৈ-লৈ কংলু, চেং কংলু, রাকোংশেল কথলু।

হাইগদবা লাইরোম্বি—

"হেং খাম্বি মৈ কোবা মৈরেং অরাবা মৈ, মাংফদবা মৈ অরোবা মৈ, তাংবা মৈ, মৈশম্বা-মৈ, থোম্বা খাম্বি মৈথোই মৈহেনবা কোবা লাইও সনা-গু, লুপা-গু, চেং-গু, ফৌ-গু পুম্নমক নংতোন্দগী লোইনা থোকপনি—খাম্বি নহাকপু ইরালয়াইদা পুরগা ঈরাংপদি নুংঙাইগে, মাইফগে, সনাগী-লুপাগী মপু ওইগে, চাক্লবিয়ু লনকুবিয়ু, ইচা-ইগু, ইচা-ইনাই শেংনহনবিগনু হেং মৈ কোবা লাই নহাক্না থৌজাল লনকুবিয়ু হাইদুনা ওক্ক চরৈ ফি রেংতুনা কুরুমউ। (আখোই মাংতুনা হৈথা-লৈথাশম্বু লাশেংনা তৌও)। অগুম্না খুরুম লেপাইবা লোইরপা খাম্বি মত্তোন্দা হাইয়ু— "খাম্বি নহাকপু ইরালয়াইদা পুজরগে চংজশি হাইয়ু, খাম্বি মৈ অতাকপদু থরাই থোজাল মৈরিংফমদগী নরাল-মাইদা মুন্দা ওক্লা পুদুনা তাইপং

যুমনুংদা চংলক্তুনা ফুঙ্গাদা থমউ অদুগা অশাই হান্না থনম্নবা শিং অদু মাতুনা থাম্মি মৈরিংউ হৈকং-লৈকংলু কুম্মিং ৭নি চুপ্পা থাম্মি মাবু হৌত্নবদি মৈমুংহনদেএ। হৈকং-লৈকং হাইদ্রিউডদা ঙাক্কদবা পরম থবা হাইখিগে।

ঙাক্কদবা (তৌবা য়াদবা থবা)—

ঙা হেল্লু। তাইপং য়ুমথুংদা ঈ-থোকপা শা-ঙা, ঙাচাও, শা-চাও চাহি থকহৈদেএ। নামুংহৈনএ। চাক-নম, ফি নম তৌগনো। চাক মাং য়ু-মাং চা থক্কনো। মিংগ্নং নত্তবা, লিচং নত্তবা চংপা মাদে। থংন-চৈনবা, অশাওবা ঙাকউ, পি-পা অনি থমোই পাংদিং চপ মান্ননা তৌও। চাক-তিন, ফি তিন্নগনো ইমা মানা নামুংএ।

মথক্তা হাইখ্রিবা পরমশিং অসি ঙাকত্রবদি ইমা মাগী থৌ তৌবদা মপুং ফাদবা, থৌজাল মিংহ্রেংনদেএ হাইবদি অরেম্বনে থংউ। মথক্কি ঙাক্কদবা পরম পুম্বা ঙাক্লা ইমা মাবু ঈরাংলবদি লেপ্পা কুবিএ থংউ।

হৈকং-লৈকং, শেল-কংলোল তুথুপ হাইকে—

অহৌবশু অমম্বদা খাম্বি মাবু মৈরিংউ।

অরোইবশু অমম্বদা খাম্বি মাবু মৈমুংলু।

তাইপং যুমনুংদা লৈবা চাক-শৌপুং; চাক ফুংফম (চাকখুম) দা ইমা অমশু লৈ হাইনা মথক্তা পনখ্রে, ইমা মহাক্কী কোলোইদি মৈথেন সনা লাইরেম্বীনে ইমা মাগীশু শুপ্পা ফুঙ্গা লাইরুদা হৈ-থা—লৈ-থা তৌও। অহাম্বা খাম্বি মৈরিংবা কুম্মিত্তা হৈরাং নিংথিবা, লৈরাং থম্মাইনা তাবা; চিংনদবা লৈ অঙৌবা কংলু। হৈ মাদি হৈ-ঙং নাইদবা কংলু। অকং-শেন অমা তমক অহাম্বা কুম্মিত্তা কংলু। নিনি চঙ্গা কুম্মিত্তা হৈ-লৈ কংলু চপ মান্নে। লৈ অঙৌবা অনি (২) কংলু, হৈ অনি কংলু অকংশেন অনি কংলু। ছুমনিশুবা কুম্মিত্তা লৈ অঙৌবা অহুম, হৈ অহুম, অকং-শেন অহুম কংকনি অশুম্বা হৈ-লৈ অকংশেন অমমম্ নোংম-নোংমগী হেনগংনা কংপনা অরোইবা থৌ মপুং ফাবা কুম্মিং হাইবদি রাকচিংগী তরানিথোইনি পাম্বা কুম্মিং

পলেম ইমা মানা তাইপং ফাওরকপা চুমিত্তা তরুক শুগনি। চুমিৎ অসিদি থৌনি অরোইবা চুমিৎনি হেয়া চেকশিন্না থৌনিজনিঞ। অগুম্না কোরৌশিংবুম তরেৎনি চম্বা খাম্নি মৈমুৎপা চুমিৎ অসিগী কোরৌদা কৎথিবা তরেৎ শেঙ্গ শিংহু পুম্না থমগনিঞ খাম্নি মৈরিংখিব কোরৌ নুমিৎ অনুদগী কৎলিব হৈ-লৈ অকহ শেল পুম্না অমতা খোকপা য়াদে মদুনা চয়েং তরেৎনি শুবা খাম্নি মৈ-মুৎপা নুমিৎ অদুদা হৈ-লৈ, লোইনা কাইথে রুদবনে। তাইপং চুমনুংগী মী-তমকনা হৈমন লৈযন পুনশদবনে মীতোপ কনা অমতনা চাহে চিনহৈরেঞ।

অরোইবা চুমিৎ হাউবদি কোরৌশিংবুম তরেৎনি ( ৭ ) চম্বা চুমিত্তা লৈরুংদা পান্না মরুম ( পোৎলম ) মঙা নক্রগা তরেৎ য়াওনা ইমা মঙোন্দা কংলু মে চংদবা মরুম ( পোৎলম ) মঙা নক্রগা অহম্না অনৈবা অহাও অয়ুম কহুনা থৌনিরগা থৌরম লোইগদনে খাম্নি মাবু মৈমুৎকদবনে। চুমনুংগী মী নতবা মীতোপ্পা ইমা মাগী লুকনেমবু কংহৈদেঞ। লৈকাই পল লোনহল্ল থংউ চুংঙাই য়াইফব হি-য়াই ইবুম পম্বাল জগ্না চংথিঞ খংউ। খাম্নি মাবু মুৎপতু তরাইবা নত্তেঞ। অমদদা খাম্নি মাবু মুৎকদনে খাম্নি মাবু নম হাদুনা মুৎহৈদেঞ। য়াংথিবা শিংলম ওদু মদোম লোঙ্গা ( তুম্না ) চাকথোক হনজদবনে। শিং-থাক লেমহন-হৈদেঞ। কবিগুম্না তরেৎনি শুবদা খাম্নি মাবু মুৎহৌরবদি মথং চুমিৎ নিপানি চম্বা চুমিত্তা অমমদা খাম্নি মাবু মুৎকদনে। পরম পথাপ কাইকদেঞ।

খাম্নি মানা মুংথুবদা অশাই উং অহু লোনগা ইশৈল অকোইবদা চাইগদনে র হৈদি—

"ইমোইনু ইমানা হাইঞ ইমা মগী ইশৈল চাইলোইরুংদা মাইহ-মরোং উইদ-রাহে, হৈপাল লৈপাল মানৌবা য়েনিং তুমো, রিন কাং, মহিক-মচাং, ফত্তা-হাওদি, মতিন-মকাং তাকদঞ, ইমোইনু ইমাগী মমাথংনি" — হাইয়ু। অদুগা ইশৈল অকোইবদা চাইদু মতিন মকাং ফত্তবা তাদবনে।

অশুম্বা পরিং পথাপ কাইক্করোইগ্র, মথক্তা নত্রগা মরক্তা থো অসি কাইক্ত্রবদি মপু মানা থোক্লাক্লে থংউ।

খুমন মৈহৌরোল তুথুপ পুক্লারিদ খাম্না কুপ্না পরম কাইদনা পনখিগ্র, অসুবু অদুমক কুপ্না পন্নবশু চাওক্লাকপা থোক্লমপা মরি লৈনবা অক্তুতমক পক্লরে। পম্না হাইরবদা খুমন মৈহৌরোল হাইথসি খুমম্না খাপ্নি মাবু মৈহৌদুনা পলেম মমা মাবু তানক্কংদুনা খুমন পুজিদা পুংজাই খাইবি মরাং কাইবা, রাক্ত-পাদবা ওইখিবগুম মৈতে শেক তরেং কি চাদা নাওদানা খুমন মতৌ তমদুনা ইমা মাবু খাগ্নি মৈরিংদুনা ঈরাং থোনিজরপা রাক্ত পাদবা পুংজাই খাইবি মরাং কাইবা চাকহোং ওাহোংনা পাক্লগে ঈনাং থোনিবনে। মতাং অসিদা খুমন মৈহৌরোল তুথুপকী চাওক্লাকপা তুথুপ খেরবনে।

অশুম্বা খুমন মানা পলেম মমাবু ( ইমোইনু ) পুদুনা খুমন মকাই মোরকলে। খুমন মানা পলেম মমা মাবু কক্সি কক্সি লম শমদুনা, করম্বা লম্বিদা মৈহৌচিংদগী খুমন মকাই মোরকপা, খাংদৌ লমখ্যাংদা থোকখিবা থোদোক পুক্লারি থুমন মকাইনা মক্কমকেদ লৈবনো হাইবনচিংবশিংদি কুপ্না শম্না থাজরারোই। পন্দবা খাদবা খরদমক পঙ্গরক্কে। খুমন মানা পাক্লা মফমদি থোরেল পুংদনে, পুংলেম পুংদনে, কুক্ক পুংবু কৌবনে, পুং মাপল লৈবনে লাইপুংথো মাপলগী মকাইনে, কুক্ক পুং অহুম তোপ্না অমুক লৈবনে অমুতশু নত্তেগ্র অমত ডাইবা মমিং পম্বা খাদবা কুক্ক অথোক্লবা মাগী খুত্তমত্ত তোপ্না লৈপনে। পুম্নমক্কি মরুনে, পুম্নমক্কী মপি-মপানে পি-পা অনিমক অশুম্বা মহাক্লে খোংলম ১০৮ বু শুনা লৈবনে খোংলম ১০৮ বু খোংলম নিপান্দা অমুক শুপই, খোংলম অমদি পনাহেদে, কুক্ক থোং কৌপনে অাত খোংলম তরেং লৈবনে, তাইপংগী থোংলমনে ঈক্লমনে — থোরেল পুংদা কুক্ক পুংদা কুক্ক থোংবু ফেনশিপনে। মক হকপা লাইনা থাবা মকাইদা কুক্ক মপারি খুমন মানা তাইপং ক্লাওনা চিংউ থোদোক কুপ্না পাম্বনে।

খুমন মানা পলেম মমা মাবু খুমন শকাই কা মাপল শাংবগী ফুঙ্গা লাইমকপা পলেম মমা মানা তাকপিবগী মতুং ইম্না খুত্তম খাদুনা

লৈখিএ। পলেম মমা মানা হেক থুডম ক্লাতুনা লৈখিবদগী ইমোইনু ইশানা লৈফমবু "ফুঙ্গা" হাইদুনা মমিং থোনখিএ। অদুগা মপাক্সি অহুম মডাং-লুরাং থুমম্না পলেম মঙ্গাবু ক্লাইদ থম্ ভাক শেনখিএ। ফুঙ্গা লাইক্লদা ইমা মানা লৈতাখিএ — লৈশৌ লৈশা ইনখিএ ইমা মানা লেংদরে তাকপনি। পলেম মমাবু ক্ষংবগী হয়াও মথোই কাবগা লোইমনা থুমন পলেম শকপি মমানা মপাক্সি থুমনবু মৈতৈ লৈপাক্কী চৎনপরম্ব পথাপ কাইদনা নিংথৌ ফম্বাল তোংহনখিএ সনরেম্বী লাইরেম্বীনা ( পিম্লাইনু ) লৈমা ত ংপল ফমহলতুনা থুমন লৈমা ফম খিন্দোকখিএ। থুমন মানা নিংথৌ ফম্বাল হেক তোংখিবগা থুমন মাগী মমিংবু "থুমন পুরেন পাখংব" "থুমন নিংথৌ পুন্সিবা" হাইদুনা কোলোইখিএ। অতুম তৌদুনা অদুডে পলেম মমা মানা অচাকপা থামি মৈরিলক্তগী পান্ ফাওনা শাফোংলকপদা পিখিবা মিংলেনবু থোম্বা শকখিএ। অসি পুম্বা ইমোইনু ইমা মানা শিম্রা তারে। থুমন মানা মিং ওনখিবতুম থুমন লৈমা সনরেম্বী লাইরেম্বা মাগী লিক্লা চাওই "পিম্লাইনু" হাইনা মমিং অমা মনেম শকপি ইমোইনু চাকহোংবিনা থোনখিএ।

সনরেম্বী লাইরেম্মা মহাক্কী মুংলোন তুথুপ পুরাপ্লিদি পুকোক্তা থরমাখোদি থাখরে। থুমন মানা লাংওন থোদোক কুমৈ শামবশি থুমন কুক্ক মানা তাইপং ফাওনা লাংওন থোদোক কুমৈ শামরকপনে। তাইপং লাংওন হেক ফাওখিবদগীদি থুমন মমিং ক্লামথক্লে। থুমন মমিং হোংবা থুদিংগী লাংওন থোদোক কুমৈ অমমম্ শান্নে অমুম্না থোদোক কুমৈ থু-দিংগী মমিং হোংবা থুমন ম'গী পুন্সি হৈনা মতুং ঈনগদবি থুমন তালোঙ্গ ওইগদবি মাগু মতিক-মম্মাই কণ্বী লাওংন শাইওন ক্লাম্বী ওইবা তাবনা হাইরিবী সনরেম্বী লাইরেম্বী হাইবা থুমন লৈমা মাগু অচম্বি লৈমদি নত্তেএ। মহাক্কী মনুং হুজিম্বা ( মুংলোন ) তুথুপ্তি হেক্লা পজরোই লাংওন-শাইওন চাওবি, কাইদবী, লাক্সদবী থুমন মানা লাংওন শাইওন ক্লাম্বা ওম্বতুম শাইওন থুদিং মিংহোংব ওম্বতুম ইমা মাগু লাংওন ওখি শাইওন থুদিং মিং হোংবা ওখি ইমা লাইরেম্বীনি।

চুমঁনী মপানথোংদা ঈমা মাদি লুরাং পুক্সিবগী মচা চুপি শকই। খুমন মানা তাইপং মাংওন কাওদ্রিত্তে কুরু অতিংকোক মরু শিদবনা কুরু ময়াথংদগী খুমন মপারিগী তাঃলোই শরুক তমখিবনে। লাই ওইগে মশুস্থী, তাইপং ওইগে মশুস্থী ঈমা লাইরেম্বী মহাক্নে।

করি নোংজীনো হংএ— খুমন কুরু মানা হয়েং লাইগী মাংওন লোইরগা খোইযুমশু ওইবা তইপংশু ওইবা মপোক মাংওন্দুনা খুমন মাংওন থৌদোক কুমে শাঙ্গরগনি হাইবসি উরদুনা খুমন পলেম শকপি লৈশেম্বী ঈমা ( ঈমোইনু ) না ঈমা মগী ছমু মহকছাংদগী লৈমা অমা পুথোক্লুনা তাইপংগী পি ওইবি মকাইদা ওমদুনা থমখিএ কাইনথংদা পি ওইনা তাইপং কাওখিএ।

মতৌ অশুম তৌদুনা খুমন পুরেল পাখংব মানা খুমন লৈমগী নিংথৌ কম্বাল তোংদুনা মেৎকা ওইগা তাংবল থক্তা ফমদুনা খুমন পুংগী মপি-মপা ওইববু খুমন পলেম শকপি ঈমোইনু মমানা হরাও মথোই কাখি, হাইখিএ— 'ঈমো ইবেম্মা ঙসি কোরৌদগী ঈমোগী মিংলেন মাংফদব্বু থোনলম্লগেকো পিক্সা চাওই খুমন শাকৈগী মাই ওইবিনি "পিয়াইনু" কৌরশনো ঈনেম্মা য়েংবদা পেল্লেদা"। অশুম্মা মতম শরদি খুমন পুরেল পাখংব খুমন পুংগী চিংউ থৌবু পু লৈপাক্কী মপি মপা শক্লা লৈপাক থৌবু পুদুনা ঈংনা তপ্পা পানভখিএ। অদুবু চিংউ মাগী নোংদমখোলদি কাম্নবা মাদবনা খুমম্মা অতুত্তে মাকচিংগী তম্রানিথোইনি পাম্বা কোরৌদা পলেম মমা মাবু ফংঙদা পলেম মমা মানা মপ ক্লি খুমন মশোম্দা পিবিখিবা তিমেন মাইওইবা শোইক্কদব্বু অশাও থম্বি মেহৌখিদুনা খুমন মেক মাইকৈদা য়েক্রুবা মাবু মাইবি লৌরপে হল্লুবা খুদক্লুদা অচাকপা মাখি মেচুংদগী থোরক্লুনা তাইপং কাওরকপদা তাইরিবা পলেম মমা ঈমোইনুনা পিখিবা মিংথোল— খুমন নংগী মথংগী মাংওন্দা খুমন নংনা পাইমা লিংজেল মাম্বা, শায়মচংকী পুক্সেমবু লৌ "খুমন শাক্বাবা"— "খুমন কাকপা" হাইনা কোজোইনরশনো অশাও মীচেনখিবা অদুবু খুমন পাইমা পিবুক-মুংদা তত্তনা ঈথিল কাওরকখিএ।

অদুগা নাকল অময়োমদা খুমন থমোইয়ুংদা মেক্কবা মাবু মমনু খুম্নিংবনা মথমোই মুংদা মশক উদবা থাম্নি মৈ:হৌখিএ। অশুম্না খুমন থমোইমুংদা মওল-মওল থন্দুনা মাইথোং মকা মকশিনববু পলেম মমা ওইবি ইমোইমুনা উখিএ— থংখিএ। থৌদোক অমিবু থংলবদা পলেম মমা ওইবি ই:মাইমু খুমন থমোই মুং-শান উবা ওন্বি মানা মমৌ ইবেম্মা পিয়াইমু মকাইদা থৌ:দোক পুম্নাবি পুম্ন' লিখিএ।

চিংউ নোংদল্লা মাগী নোংদমখোন কাইক্নববনা মোইমুম নোংদমখোনদি শোইক্নদবনা খুমন পুংদা থৌ:দোক অমা থোকখিএ। খুমন পুরেল পাথংব মানা খুমন মৈপাক ভাক্কিও খুমন মেক শলাই খুমন মাগী চাদা নাওদা মীয়ামা অরা হুইদোম্নখিএ— খুমন মচা মনাইশিংনা অকি-তুচুং পৈরনখিএ। খুমন শাদোং কাক্না মাক্না-মাক্না খোংদুনা ফত্ত— পাওবু শনখিএ। খুমন মিয়ামা খুমন নিংথৌদা মাকংখিএ ফত্তবা পাওবু মাইকি থুংনা শল্লিবা কাক মাবু ফাবিদুনা খুমন পুংগী অকি-থুচুংনববু কোকহম্বিয়ু হাইজখিএ। খুমন নিংথৌ উন্‌বি থমোই মুংদা মওন-মওন থম্লক্লে, ফত্তবা পাওবু শন্না কাক মাবু ফাবা ওম্নবদি খুমন পুংদা ফত্ত-পাও শন্না ওমলয়োই অদুদি কাক মাবু ফান্নবদি খুমন পুংগী অরাবা কোক্রগনি পাইমা পিবুকনুংদা চপ যুংনা লৈপ্পতুনা কাক ফানবা থৌরাংখরে। খুমন নিংথৌ মানা শান্নম তরেৎ শাইওন্দুনা খুমন পুংদা কাক মাবু ফানবা হোংনবিএ। মথংদা খুমন নিংথৌনা খুমন পুংগী "লাংথাক পুং" কাদুনা লাং থাক্তুনা কাক মাবু ফাওমখিএ। খুমন নিংথৌনা ফত্তবা পাও শন্না কাক মাবু ফাখিবদগী খুমন পুংদা ফত্তবা অকি-তুচুংববু নংখিদরে খুমন মিয়াম হন্নাও মথোই কানখিএ। থৌ:দোক অদু নোংদগী খুমন নিংথৌ পুরেল পাথংবা মাবু "খুমন কাকপা" "খুমন শাফাবা" হাইদুনা মিংথোনখিএ। অশুম্না পলেম শকপি মমা ইমোইমুনা নোংচুপ মৈ:হৌচিংদা মপানরি খুমনদা পিখিবা মিংলেন মাংক্নদববু থোমবা শকখিএ।

মিংথোল অসিময়ক এলংহৌওদা খুমন নিংথৌ মতোন্দা খুমন পলেম্ব শকপি মমা ইমোইশুনা থোনখিবনে। মতুংদা পরিং-পথাপ কাইদনবা খুমন পলেম শকপি মমা মানা শাম্নবা লাংওন থৌদোক কুংমনে।

অশুম্না খুমন লাংওন শাইওন মতাং মতম চানা পরিং পথাপ কাইদনবা খুমন পলেম্ব শকপি ইমোইশু মানা মিকুপ নাহুম কুপ্না শেম্নখিএ। চিংউ থৌদোক কুংম কাইকদবনা খুমন ক্লাকপা মানা তাইশং ফাওনা লাংওন্দুনা খুমন পুংশী নিংথৌ ওইদুনা লৈপাকসিদা খুমন মমিত্তা মপারি অমতবু মমোম অমতবু চাদা নাওদাদববু উরুবদা খুমন অতেপ্পা তালোই অমবু তুইন্ তম্লপে পাইমা দুংদা খোইচংখরে। খুমন মচিন খোক্লা তালোই পিয়াইগুদা য়াব্রা-মাকা ফোংখিএ। মতম অসিদা খুমন মাশু মখুত্তা ভিমেন য়াইওইববু ফংখিবদগী খুমন নাপল্ল কাবা মতমনি।

খুমন তালোই পিয়াইদুনা মপুরোইবা মকাইদা থৌদোক অহুতদি থোক্লনবা য়ব্রা কয়া হয়া হয়া ব্রাচানখিএ অমুবু হাইজ হাইবত্ মওাই খুমন থমোই খোইদাখিদরে মম্না অসিনা অহুমলক হৌজ-হৌজ পিয় ইনু মকাইদা খুমম্না য়াকাইরক্লবদা খুমন তালোই পিয়াইনু উন্‌বি পিবুক দুংদা পাইমা খোইচং হিরি কোন্দুনা খুমন নিংথৌ মানা লমলম্বী লৈমা কনাবু তালোই তুইন তম্ললম্বানো য়েংখরে, পিয়াইনু লাংওন শাইওন ওম্বি ওইবনা উথরে থংখরে খুমন মাগী লংওন কয়াবু উম্না খংলবদা পিয়াইদুনা পাইমা খোইচংনা অতপ্পা, অইংবা, মব্রাইহে। খুমন নিংথৌ মকাইদা মম্না মাবু মকাইখিএ— হেঃ খুমন নিংথৌ ক্লাকপা নহাক্লা লৈমা এবু মীরাইদুনা লমলাম্বা অতে ইশুং ইমাম্নবি কনাবু তালোইশিংদা চন্— খুমন তালোই তুইন তমপে হাইবা অসিতদি লৈম। ইকাইদা মম্না চিনগোইনবিগনু। খুমন নহাক্লী ঈনা লৈমা ওইমি পিবুকগুংদা তাওচিং মরু হুনখিববু থাজ অহুম রাইশিল্লকে, পারি শাক্লে ইমোম

পোমদে হায়রিদুনা চিংউ মতোন্দা তেমশিংনবিপদু অমা মাবু মনাও তাফদেএ।

"পিয়াইনুগী অমাশিংবু তাবদা খুমন নিংথৌ কাকপা তালোই মানা চিনথান থোইহি ৈত লৌনম লাংথাক্রবনি খন্দুনা পিয়াইনুগী পাইমা পিবুকমুংদা তাওচিং মরু হুনখিববু খুমন পাইমা নাচংখিদরে। খুমন মতৌ উক্লবদা খুমন লৈমা পিয়াইনু অমা মনাও তাখরে "তাবিয়ুদো হে: খুমন কাকপা মহাক্না খুমন লৈমা ঐ নত্তবা লম্লাঙ্গী ইতুং ইমাম্নবি অমবু খুমন তালোই তুইন তমংগে পাইমা থোইচংলিবী মহাক অতুদি শমোম চাদা-নাওদারোইএ থাংমুথক্কি তালোই অচাম্বীবু ওইগনিএ" — ম্নাংদৌ লমখাংদা লমহাংনরনিএ হাইজরকখিএ।

খুমন তালোই মাগী মরাশি তাবদা খুমন কাকপনা অমা মনাও তাররে "খুমন ঐনা পাইমা থোইদাবি তালোই মাবু তুইন তমলবদি শমোম চাদা নাওদাবা ইপারি ইমোম শাংপা শিন্থাবু পাংথোকখনিএ" হাইদুনা খুমন পিয়াইনু অনি চিন্দান্ হিদান্-নখিএ।

অদুবু খুমন কাকপা নিংথৌনা তালোই পিয়াইনুনা হায়রিবা মরাশিংশি তালোই মহাক্না করি করম্বু থংবা উবা লৈবনো খেংথুম খেংলগে খুমন পাইমা অহোই নাপম কাখরে, খুমন শাদোং উচেক ( কাক ) শাইওন্দুনা মাইকৈ শিন্না থুংনা পাইদুনা খুমন তালোই পাইমা থোইদাবি, তিল্লাং থোইচংবী শাওং-শাদা নিংথিবি তালোই মাবু খিবা হৌখিএ। মথং-মথং শারম তরেৎ শাইওন্দুনা খুমন মাগী অনৌবী তালোই মাবু খিবা হৌখিএ। অমৈথংদা উখরে। খুমন মাশু পাইমা মানা তিল্লাং থোইদাখিএ। শাওং শাদা নিংথিবি তিং-লি কাংজি লিচুম্বী শম্লাং নিংদু মৈওন্বি, মাইথোং ইংনা তনৌবি লৈমা মাম্বু খুমন উনবি-খুংদা লেংদবা পামেল উরেপ তম উচাও উরেপ য়ুংখিএ, তালোই মাবু চপ চানা তুইন তম্লগে য়ুংখরে। খুমন মানা শারম তরেৎ শাইওন্দুনা খুমন তালোই অনৌবি মাবু খিবা চৎখরে, হাইবত্ত পিয়াইনু অশোমদা লোইনা উথি-খংখিএ। খুমন নিংথৌ পাইমা খুংদা অনৌবা হরাও ঈখিমা থথোই মকা লাম্না খুমন মরালমাইদা হল্লকখিএ।

মতমসিদা থমন তালোই পিয়াইনুনা মরা মাবু পাওহংজখিএ—"থমন নিংথৌ কাকপা নহারা তালোইগী মরাবু থাজদবনা থমন নহাক্কী তুংলমচন্না খংন-খংনা লাংদা থুরগনিএ, থুরো লাংয়েৎনববু ওই নহাক্কী অচান্নি তালোই মাশু য়েক্কবগী মপুন্না য়াইবি চাইরগনিএ" হাইজরকখিএ। থমন তালোই পিয়াইনুগী মরা অসি তাবদা থমন নিংথৌ মাং-তুং পাইমা হিরি কোন থমোই চুক ফাবগী মচন্না তালোইগী মথক্তা অশাও থরি মৈহৌখিএ, মরা মন ও তাখিএ "থমন কাকপা ঐনা তালোই মাবু চান্নিরিও থমন ইখুন্না থুৎশু তিংমেন য়াইওইবা, থুৎশু শোইফদববু পাইরিও নমু তাইপং য়েক্কবা মাদি লাইরদুনা চিংউ কনানশু অচান্নী তালোই মাগী য়াইবী চাইবদি মরু ইহন তমদরিএ" হাইখিএ।

অশুমা থমন মানা অশাও থাদি মৈহৌরবদা হন্না মৈদা ঈকং লংশিন্নশুম থোকখিএ— অমুক হন্না পিয়াইনু মরা মনাও তাখিএ—হাইখিএ— "থমন তালোই অচান্নী মাগী য়াইবি চাইবত নত্তুনা তালোই মাগী পিবুকমুংগী নরা মাশু য়াওনা থমন নংগী য়েক্কবগী মপুন্না মাগী থুৎশুনা তুনা লেংদুনা য়াইবি চাইরগনিএ— শোইফদবা মরানি"। করিগী চিংউ মকাইদা অনুক কয়া তেমশিংনবনো থমন থমোই কনমল্লি হাইজখিএ।

মতাং অসিদা পুররি অসিগী মমুং তুক্তিন্না হাফম থরদি থমন কাকপা নিংথৌনা হন্দক তালোই অনৌবি তুইন তমগদবি অসি পিয়াইনু থারগা তক্লক ( ৬ ) শুবি তালোইনে। পিয়াইনুদি অহান্না তালোইনে লাইরমলেনগী লাংওন শাইওন ফাওমিন্নরকপিনে। অতৈ তালোই মতাদি থমন পলেব মমা খিৎতদা থমনা থমন পুং অমমম্ থনমৈত্তে থোদোক কুইম অমমম্ শান্নখিএ। মতুদা তালোই তুইন তমখিবনে। খাংমুথক্কী তালোইনে থমন মকাইদা শংগাতুনা পানখিদেএ। থমন মাদি তালোই তুইন তরেৎ ( ৭ ) তমগদনে। হন্দক থমন কাকপনা তক্লক শুবি তালোই তুইন তমগদবী মাদি থমন শঙ্গাইদা শঙ্গাতুনা খাংমুথক্কি লৈমা ফমথোল ফংগদবী মানে।

তাংখম্লৈবী ( শোইনাইবী ) লৈমনে মনুং হজিন্না হাইরবদি লৈমা মহাক্তি মৌনে। খুমন্দি তুরৌ মোরৌ ফজদে হাইদুনা খুমন মুংলোন তুথুপ পুন্নারিদা থান্নমই। অতুম্বক ওইদুনশু চিংউ মাগী অক-ক্কন্নবু নম্মু তাইপং ওইবা ওইদ-লিচৎনবা চিন্না অনিরক হন্না পনহৈদে হাইবা ন্নাক্ষমশু লৈন্নিএ। পন্দবা ম্নাদবনা পম্ননে।

পিন্নাইগুগী মন্না তাএবা খুমন ক্লাকপা পাইমা পিবুকমুংদা অশাও খান্নি মৈহৌথরে, পিন্নাইগুবু খুমন মানা অহোই — তেমশিংনথরে পিন্নাইগুবু ম্নেংদুনা অশাও মিচনখিএ — অচ্চা—চ্চা! হাইরিভেদা হন্না হে! লিচৎ তুম্নাদী পিন্নাইগু খুমন হকাইদা লোইরং শিংখোঙনবি কাংথ-লিন-কুম্নি তাংজ তুপুবি তাচৌ হে— নহাক্কী পিবুক মুংগী নন্নাদুদি খুমন এগী ঈ-নত হে! হৈন্নাং লোনচানা; লৈন্নাং লোচিমহুনা তাওচিং মক্ক হুনবিবা চিংউ মানা উ-থংহুনা থোদোক অসিবু নকাইক্ষমদা থোকপন হে। চৎখবা চৎলু; নশক অদু উনিংদ্র হে। কোন্নৌ অসি নেংদগী নপাম খোংগুমথরো ম্নাইবি মক্তি চাইরম্নোই হে — খুমব ম্নন্না' ফিৌক শেংখর। হাইম্নবদা খুমন পং তৎখিএ। পিন্নাইগুশু খুমন মতিক থংবনা হাইম্নবদা ম্নান্নরোই উতুনা পাইমা লিংজেল ফুদাক মত পুনি তাংজগুম মশা থক থক নিক ম্নন্না মনাও মতৎ-মতৎ ওইনা তাগিএ — খুমন মাবু ম্নেংদুনা অরোইবা মন্না খুমন মকাইনা থাথরে।

ফন্নে হেঃ খুমন ক্লাকপা নিংথৌ নহাক্ক মখ তানোই ওইবি এনা খুমন নহাক্কী তুংলমচৎকী থোক্লংদবা লংঙন থোদোক কুম কন্নাবু উব-থংবা লৈবদগী খুমন নহ কপু তরা লম্না পবা তোক্কপিযু অশাও খান্নি মৈথৌব্নিমন্নু, অইংবা, অতম্না থমোইনা, অমেংবা মন্নাহৈনা খুমন চাদা নাওদানা পান্নবা নাওথমজবানে, খুমন নহাক্তি চাদা নাওদারোইএ তরা লম্না-পা খুমন লিংজেল খাবনা শানা লান্দা চৎম্নগনিএ হাইবা উবদগী মন্না অসি নকাইক্ষমদা হাইজবানে।

হেঃ খুমন নিংথৌ ক্লাকপা নহাক্কী অরোইবা মন্নাও তাজন্নে পিন্নাইগু এনী অরোইবা মন্না মিচগা লোইননা শরি পন্দামবশু তাখিবো।

খুমন নহাক্না নপাময়গী ঊনা তাওচিং অরু হুনখিবনু-হুমান-অবনিনা কোরৌ নোংখাইদ্ব, মালেম লৈতম্বা চিংউ মহাক্না খংলো - পিম্মাইগু ঐনা কান্নবা মতম্বু ওইরম্লবা খুমন নহাক্কী তশেংবা ঈ-ওইমম্লবা অতুপা তাওচিং মানা মপ্লেং তুংলমচত্না পারি ওইরক্কবা খুমন নখল্লাই ওইরিবা ইনেথ শকপি ইংমইগু ইংনমখোকপু খুমন নরাজল্লাইদগী নবুকথোক্নি নপারিনা পিম্মাইগু ঈকাইদা জৌদল্লবা ওম্বা ওইগেকো অতুগা করিগুম্বা পিম্মাইগু ঐনা লৈমা লিচৎ হুমাঙ্গি ওই, খুমন নহাক্কী ঈবু ওইদনা অওই শাবা ওইরম্লবা চিংউ মানা খংলো— কোরৌ মাপী কাপথরাং, নোংমদোন মাপী হুম্বুরাংনো পিম্মাইগু মরক থাইনা, চিংউ চৈখি চৈথেং পিরশনো অদুপা অমনা খুমন নহাক্না নবুক-থোক্কী (ঈ-বু) হুমাল্লবনিনা করিগুম্বা নরা মহাক্না তাইপং ফাওরক্কবা মতমদা পারি ওইরক্কবদি পারি মাগী মমিংবু "চা-লাম্বা" চাবু ( ঈ-বু ) হমানখি মাইথগী "চালাম্বা" মিংথোল্লকেকো অনুপা পারি মথুং মরু মবেম্লৌ ঐখোইগু চাকহোংবিবু খুমন নরাজ-ল্লাইদগী ফোংনা নৌহল্লা খুমন লৈমা পিম্মাইগু ঐগীগু শরিনিকো পন্দোমখিত্র। অতুগা অতোপ্পা অমনা খুমন ঙাক্কপা নিংথৌ নহাক্কি নাপুম খুমন লৈপাক্কী রাজেন থৌদাবু মিরাইদুনা অতোপ্পা খাংমুথক্কী তালোয় অমগী রাখল তয়ংদা তাওতুনা কংভ'ওনদুনা লৈখরেদা।

নবুক থোক্কী ঈ-ফাওবা হুমানখ্রেদা অদু নোংদগী খুমন নাকপা নহাক্কী মথংগী লাংওন্দা খুমন নহাক্কী নমিংবু খুমন "তাওদম্বা" হাইনা কোলোইনরশনো— খুমন লৈমা ঐনা লান্দবনু ওইরম্লবা—শোইফদনা ওইরশনো হাইখিত্র। মতুনগু মদোমদেত্র খুমন নিংথৌ নহক্কা তালোই অমা লৈন-লৈনা অতোপ্পা খাংমুথক্কী ইগুং ইমাল্লবী অমনা লোঞ্জা লোনখুম্রদুনা লাঞ্জদবী পিম্মাইগু ঐবু পাইমা পিবুক চৈনা পিবসিগী লমদি তুংলমচত্না খুমন নহাক্কী চাদা নাওদানা খুমন নহাক্কী মতৌগুম লিচৎনেরকপদা, পিম্মাইগু ঐনা রাবগুম, থম্মোই তাশোম্রবগুম খমোই অক্না হুইদোম্লবগুম্না চৈথেং চৈনা পিরশনো অদুনা মীয়াম্না মতমমুদা পিম্মাইগু ঐগী অরাবা মশক খংশনো হাইখিত্র।

খুমন মাশু-অশাও থাম্বি মৈহৌখিদুনা হম্না য়েংলমদনা চৎখিএ।

শোমদা খুমন পল্লেম শকপি ইমোইনু চাকহোংখিদি তুংলমচত্তা থোক্লগদবা মপু মাপী থৌদোক কুমৈ উরুবদা উন্বি মাবু থিগাইখিএ— লাঞ্জদবী কাইজদবী মমৌ পিম্মাইনুগী অরাম্বু উরুবদা য়েংঙমখিদরে। মতম অসিমক্তদা পাম্বৈ লৈজদ্রবি মপু মানশু ইহোৎকপিরক্লবি পিম্মাইনু হিক্ক-হিক্ক কপ্পদুনা মনেম শকপি ইমোইনু মকাইদা য়োরক্লে। ইমোইনুনা মম্মোদী মতৌ উরুবদা মমৌ শকপি পিম্মাইনু পাইমা পিবুক ফাতুনা পাওমনলকএ - ইম্মৌ ইবেম্মা পিম্মাইনু করিগী অত্বক পাইমা পিবুক অত্তা হুইদোম্বনা পাবি খুমন মাদি ইনেম্মা তিম্মেন ম্রাইওইবব্ খুৎশিন্নরুবদগী খুমন নাপল ফাথক্লে পলেম মমা ঐ লৈক্লি হাইবা ফাওবা উখিদরে। ইম্মৌ ইবেম্মা ওসি নোংদগী ননেম ঐনা ইম্মৌ নংবু কোল্লগেকো।

শেঃ শেঃ তাক্লোকো পিম্মাইনু খুমন মানা তুংলমচত্তা থোক্লগদবা লাংওন হাইরগে— পাইমা খোইচংলো। খুমন মানা মথংগী লাংওন্দা তালোই তরেৎ কুইন তমলগদবনে তরুকগুবি খুমন তালোইগী মিংনা "ভানুরোল থম্বাল তোম্বী" হাইনা মিংগোনরগনিএ। মপুনা চান্নি তালোই ওইরগনিএ। লৈমা মহাক থক্তা, মশুংলাংগীদমক খুমন মরাই-চাইররগনিএ।

করিনোংগীনা হংএ— হাইখিএ তালোই অচাবি মানা মপু ( খুমন ) মানা চাননবা তরা মথেল লুকোই হৌনবা থাখি মৈহৌরগনিদো, মদুদা তালোই মানা মপুক্লোইবদা ( খুমন্দা ) হংলরগনিএ - তরা চগেম শৌন-মৈ তরা মথেল হৌনমৈ থাখি মাবু ইমোইনু ইনেমগী মথাদা মৈহৌগে হাইরগনিএ ( হান্নবা পিম্মাইনুনা হৌখিবা চাকশংদা তরা থোংদুনা মপু মাবু তরা চাক পিজরোই পিম্মাইনু মাগী চাকশংনি হাইদুনা খুমন তালোই তরুকগুবিনা মাগী চাক শৌক্তম থিবনে ) মদুদা মপু মানা ইমা মাগী থাদা থাম্বি মৈহৌবা ফত্তে হাইররগনিএ। য়োৎপোক্তদা থাম্বি মাবু মৈহৌগে ইমোইনু ইমাগী লুখুম থোকই তৌহেদে ফত্তে হাইররগনিএ—চিংখৈদা থাম্বি মাবু হৌদুনা তরা চাকথোক্লে— শা-পাও, মান-পাও কল্লি ফত্তে,

খুমন মানা হাইরক্লগনিঐ — অতুদি মকম কৈদা খাম্বি মাবু মৈহৌগদগে মপু মত্তোন্দা সাওহংলগনিঐ মতুদা পাম্বি খুমন মানা তৌকস্ম খংক্রদুনা তাঙোই নংনা থম্মোইনা তাবা মকমদা খাম্বি মাবু হৌতুনা তরা মখল লুক্কোই হৌ-ও হাইররগনিঐ মদুগা খুমন তাঙোই অচাম্বি ঙাম্বুরোল খম্বাগতোম্বিনা ননেম ঐগী মৈরমদ খাম্বি মাবু মৈহৌদুনা তরা মখল লুক্কোই হৌররগনিঐ পিয়াইনু। অদুগা পিম্বাইনু ওসিদি নহাক তারোক্কো ইনেম ম্বা হাইকে, নংশু তুংলমচত্তা খংহৌরোক্কো— নরাল মাইদা মৈরমদা খাম্বি মৈহৌদুনা মী থুংলবদা তরা চাকথোংদুনা তরা পিজইহেদে-নহে পিম্বাইনু মৈহৌ লাংপোক নংবনিনে খংউনে। ননেম ঐনা নমু তাইপংশিংদা তাইপং যুমপানস্নোল পরম পথাপ তাকপি তম্বিদে হাইদুনা থোদোক কুম্ম শাম্ববনিনে খংহৌনে ইম্মৌ নহাকপু। ইম্মৌ ইবেম্মা পিম্বাইনু নহাক্তি মতম থরদং নপাম থোংদাদবা য়ারোরাই কোরৌ নোংমতং পিয়াইনু নরালমাইদা মৌক্ল মতুমা ইম্মৌগী নপাম থোংদাবা শকউকো মদুগী মতুং থোকপদা ইম্মৌ নংগীদময়ক ননেম ঐনা লোইনা ফননবা শিনগনিকো, নহাক্তি নপাম লুম্বাং নিংথৌ মকাইদা লৈফদেকো ইম্মৌগী লৈফমশু ইনেম্মা লোইনা শিনগনি করি থোইনা ম্বাকগনু হয়েং ইম্মৌ নহাক্কা নহাক্কী নকাই নরালমাইদা ফুজাদা খাম্বি মৈহৌরকউ— খাম্বি মৈরিংলকউ, তরেৎনি চম্বদা খাম্বি মৈ মাবু মুংলকউ, ইনেম লাক্কনি। মৈহৌ পরম পথাপ কাইফদে, অমত্তা ম্বাৎফদে— মম্মৌদা শিম্বখিঐ। ইম্মৌগী নিংবা থুংলুম্রোক্কো—ইম্মৌগী ম্বাশক কাইহনলোইঐ ননেম ঐনা লোইনমক শিল্লক্কনিক্কো। ইম্মৌ ইবেম্মা পিয়াইনু হৌতিক্তি তুংদা ইম্মৌ নকাইদা থোক্কপদবা থৌদোকপু মাংচোননা হাইরগে পাইজা থোইচংনা তারোক্কো—শেঃ শেঃ ইম্মৌ ইবেম্মা মহাকী পাইমা পিবুক-মুংদা তাওচিং মক্ক হুনখিবদু পাম্বি ওইনা তাইপং কাওরগনিঐ— ইম্মৌ নহাক্কী শম্বি কাইদনবা ইনেম্মা মাবু "চা-জাম্বা" মিংথোম্বগনিঐ— পাম্বি মহাক্কা চাওম্ব শরেপ ফাম্বমদা নপাম্বি মহাক থারক্কুনা ননেম ঐবু লৌহম্বরোক্কো— ইশু মাবু থারক্কদবদি ইশুনা হয়েং চাওব শরেপ ফা শাম্ব পাজল কম্বমদা

চিংউ লাই-শা তাম্না মাওহনমকউ ইনেম লম্বিদা শজি ওন্দুনা ইশুবু ওক্কমথে—ইনেম্না লমচিংদুনা মপা-মচা শকখংনমনগে। চুংঙাইনেমা-কো শন্নিশো চিংউ শন্নি কাইকদে খোইয়ুম শন্নি তংকদেএ ইস্মী ইনেম্না ননেম ঐদি খোক্কমদনা পুন্না লোইনা উরেদো, মংগনিদো। ইস্মীবু লাকচ থুডুম চনখিবগী মমন শিংথেদো রাজখবু শিয়াইগু চিংউ থোদোক কুইম কাইকদেএ— খুমন মানা নপাম খোংদাখবো হাই হাইদুনা হেক চংপা মাবা নংত্রুদো, চংলো চংলো ইস্মী নকাইকমদা পোঙখাজক্রো হাইদুনা মস্মী পাইমা শিবুক কাখিএ।

অশুম্না ওপাই শিয়াইগু মপুরোইবনা চিন্দাম হিদ মকবদুদা অশাও থাখি মেহৌবনু মনেমগী মরা ভাক্কনা শিয়াইগু অরাবা খরদি কোকচখিএ। খোইনতুম পুক্নিং লৌশিং ওইখিএ। অসোয়দা খুমন কাকপা নিংথৌনা তৌগে হাইব মতাংগুম মতম ইকুই কুইদনা খুমন মানা পাইমা খোইদাবি তরক শুবি তলোই ওানুরোন থম্বাল অতোপ্পিবু অপাম নুংশি রাইখুংনখিএ -- খুমন মরাজয়াইদা পুবক্কখিএ। পাইমা খোইদাবি তালোই মানা থুম। মকাইদা খুমন লৈমা শকু লৈরবদা খুমন কাকপা হরাও মিনোক তমখিএ - লৈমা ফমথোজ থিনসেক্কুনা খুমন কাকপা মকাইদা হরাও নুংমৈ পাংথমখিএ। মতম অহু ফাওবদা শিয়াইনু মপাক খোংদাদরিএ। মনেমগী মরা ওাইদুনা খুমন মানশু হম্না মেংবিদ চিক্না ম-দাম তোপ্না লৈংমখিএ।

লোংমগী কোরৌনা শিয়াইনুনা মপুরোইবনা চিন্দমুনবা হৈরাং মেংখিএ— খুমন মকাইদা পুশিল্লকুনা মপুরোইবা খুমনা হানবা কংখিএ। মচেম শিয়াইনুনা হৈরাং মেংপা পুরক্কুনা খুমন নাক্না চংলকপা উরদুনা মনাও অতোপ্পি খুমন কাকপগীদি তালোই অচাবি ওানুরোল থম্বাল অতোপ্পি মাগু খুদক্তা তৌগে মতাংগুম হৈরাং তনমেং মেত্রুনা মপুরোইবা খুমন নিংথৌ কাকপগী চিন্দমুনবা কংখিএ। কনক মাংদা লেমজখিএ – নাওথি শাজখিএ। খুমন মানশু শিয়াইনুনা কংকবা হৈরাং মেংপদুবু মহনমগা তালোই অতোপ্পি অসাদ্বী ওানুরোল থম্বাল অতোপ্পিগী হৈরাং মেংপদু কনক মাংদা তৌগে মতাংগুম

লেমতুনা তরাম্না লৌশিনখিঞ— অচুপা পিম্নাইনুগী হৈরাং মেৎপচুবু লৎনচুনা হম্না ফাওবা য়েংদনা ইকাইবা পিখিঞ।

থোদোক অসিবু পিম্নাইনুগী মথমোইনুংদা তেমশিংনখ্রে। অচুম্বা উরোং খিন্দুনা মপুরোইবদদি কম্রি তৌবদি ওমজদা মরাল লৈজরবা হৈরাং মতোন্দা অশাও মীচ পিখিঞ— অচুম্ববু উরোং খিন চিংউ অরেপ্পা মানা খংশনো— পিম্নাইনু ঐনা লান্দবা, খুমন নকাইদা কইখিদবা মক্তবু ওইরবা পিম্নাইনু ঐনা হায় পুরকপা হৈরাং মেৎপবু লৎনথেং খিংবদি, তালোই অতোপ্পি মানা মেৎপা হৈরাং মাবু তিলহল ওনবা ওইরশনো পিম্নাইনু ঐনা কাইব ওইরগনা ঐনা পুরকপা হৈরাং মেৎপবু তিলহল ওন্না ওইরশনো— পিম্নাইনু অশাও মীচৈনখিঞ। অসিনশু মদোমখিদেঞ মরা মনাও তাখ্রে— খুমন পুংদা হৌরিবা খুমন হৈপালদা হৈরিক চুম্না পাম্ববু পিম্নাইনু ঐনা কাইদব, লান্দবা মক্তবু ওইরবদি ওসি কোবৌদগী হৌনা খুমন হৈপাল তরেত্তা হৈ জামতা পান্দববু ওইরশনা অদুগা ঐনা লান্দবা মক্তা ওইরবা হৈপাল তরেৎতগী তোপ্না হৌরিবা খুমন নকাইফমদা পিম্নাইনু ঐগীদি ইকাই ওইবদা হৌবা হৈপাল অনিদি হৈগী হৈরিক চুম্না পান্দুনা কাইদবা উরোং খিন্না ওইরশনো মপু মানা অচুম-অরান খাইবনু ওইরসনো হাইদুনা পিম্নাইনু মরা অম্নাকপা মীচৈ অকন্নবু পিখিঞ। খুমন মকাইদা খুমন রাশক পুংগী রাশক-রাতেম থৌদু ফুংপাক থক্তা লেংদবা পমেলগুম যুংদুনা পিম্নাইনু শরি পন্দোম্ন লোমখিঞ। ওসি ফাওবা রাশক রাতেম থৌদু ফুংপাক মাদি লেংদনা লৈরিঞ খুমন মকাইদা লাদবী মাগী খুজম লেংদবা উপালগুম। মতম অসিদা খুমন কাকপা নিংথৌ মাদি পিম্নাইনুদা অমুক য়েং মতালেই অচাম্বি মতোন্দা অমুক য়েং তিতক-মাইতক চাক্তরপা পিম্নাইনুনা শকখিবা শম্নিসি অচুম্ববু ওইরিগদ্র য়েংহুম য়েংগে খন্দুনা অচানবী তালোই মামা মেৎপা হৈরাংদুবু খুমন চিন্দমগে হাইদনা হম্না য়েংলুবদা খুমন ককপা নিংথৌ ওকপদা পনখেংখ্রে, অচাম্বি তালোই মানা পাইম্না থোইদানা হৈরাং মেৎপবু কমক মাংদা লেমদুনা তরা চিন্দমগে খল্লুবা তিলহলনা লেং-লেং চংখিঞ। খুমন কাকপনা হি·

করি মতৌবু কৌরনো ! লোকচৈদা শরিশো ! খুমন কাকপা নিংথৌ ইকাই ফিরুক্তুনা মক্ষম লাংদগী লেংখিদরে, তাংজ মালেম লৈদা লুকখতুনা লৈখিএ— থোদোক অসি উরুবদা খুমন তালোই অতোপ্পী মাদি করিগুম নাচুংদনা মপুগী অচাম্বীনি মতাঙুম থোইচংনখিএ।

কাইজদবি, লাঞ্জদবি মাগী অণাও মিচৈরকপবু ফংলবদা খুমন পুংগী হৈপাল তরেং হৈগী হৈপালদা হৈগী হৈ-মী তমখিদরে— খুমন মানা ইকাই ফিরুক্তখিবগুম হৈপাল তরেংনা মরু লুরুা হৈরাং হৈমি তমদনা ঙসি ফাওবদা লৈখিএ। খুমন পুংদা লৈরিএ। অসিদগু নংতৌদো— পিয়াইনু উনবি থমোইদা থবান থাগী নোংচুগুম অতংপা লৈখিদেএ— মপি ঈরা চেন্দুনা মরা মনাও তাখিএ হে: খুমন নিংথৌ কাকপা করিগুম্বা পিয়াইনু এরৈনা খুমন নকাইদা লান্দবা মক্তবু ওইরব্রকা— খুমন নহাক্কী তুংলমচংকী লাংঙন-লাংঙন খুদিংদা লৈমা এঁগু লাংঙন শরুক ম্যাবা ওম্বা ওইজগেকো— অতুগা তুংলমচত্তা খুমন নহাক্কা অমুম্ববু থংলক্তুনা অচুম্বনা অরেপ্পনি খংলকপা মতমদুদা খুমন নিংথৌ নহাক্কা লাঞ্জদবী ঈ-কাইফমদা অমুক্তদি হুম্রকপা ওইশমুকো। তুংলমচত্তা খুমন নহাক্কা পিয়াইনু ঈকাইফমদা অমুক হুম্লক্লে খংগদবদি পিয়াইনু এরৈগী অশাও মিচৈ চৈনা ফংবদা খুমন পুংগী হৈপাল তরেংনা পানখিদ্রবা হৈপাল মানা অমুক হুম্রা অহুমসক হৈ-মী-তম হৈ মানা পাম্লক্রবা মতমদুদা খুমন নিংথৌ নহাক্কা পিয়াইনু লাঞ্জদবি ইকাইফমদা হুম্লক্লে খংজগেকো, মতম অদুদা খুমন নহাক্কী নমেক্কচাশিংনো খুমন নংগী নকাইফমবু নৌনা অরিবনা খোদা চন অনৌবনা হেংমাই কাবা মপু-মপাগী মপু-লাই মপা-লাইবু নৌনা শাফোংবা, হুম্রাও মথোইকাবা ওইশনো হাইখিএ।

পিয়াইনু তনিক তনিকপা থ:মাইনা খাংওমদবগা লোইননা অরোইবা মতাবু মপুরোইবা মকাইদা পাওমেজ হাইজরমই— "ঙাকপি হৈবা খুমন নিংথৌ নহাক্কা পিয়াইনু এরৈগী লংজখিবা ইরাল পুম্বনু ঙাকপিরমউ— ঙসি মথেদি মপুনা চান্নিদ্রবি, এঁদি ইদোম তোপ্পা লৈঅক্লদে" হায়া অসি হাইরমগা পিয়াইনু থোংকাপ নাক্তুই তমখিএ।

থুমন মিংথৌ শাওত্ত শাওদে হ্রাগু ঙাংলে ইকাই-খুংগি ম্রাম্রতুনা মদোম্ম চিক্কা লৈহৌই। পিয়াইস্নুবুত্তু খাৎখিদ্রে। মতৌ অত্তুমতৌদুনা লাঞ্জদবি, কাইজদবি পিয়াইগুনা অশাও মিচৈ পিখিবা, তিলহল ওল্লু হাইদুনা ওনখিবা হৈরাং মেৎখিবা হৈ অতুগী হৈপাল অতুগু কাইজদবী মমাংদা ঈকাইখাংদগী থুমন পুংদগী মদোম লেপকংনখিএ ওসি ফাও-বদা হৈপাল মাদি থুমন পুংদা অমুক হন্না লাকখিদ্রে। হৈরাং মহাক্তু ওসি ফাওবদা কাইজদবী লাঞ্জদবী পিয়াইগুগী অশাও মিচৈনখিবদগী খেংবদা নিংখিজরবত্ত চানদবা ( তাইপংনা থওইনদবা ) হৈ-রাংবু ওইখিএ। ওসি ফাওবা থুমন পুংদা হৈরাং মাবু ছেশক ছেথানরিএ।

অতুগী মতুং খোকপদা পিয়াইনুদি থুমন মাগী মন্নাথং মালেম লৈদা তাক্কদএ হাইবগিদমক থুমন শরি কাইক্কদবনা কো'রৌ শিংবুম নোংমতং মপাম লমদম লুন্নাং নিংথৌ পুন্সিবগী মকাইদা খোংদাখিএ। কোরৌ ইস্নুং ওাম্নগা থুমন মকাইদা তম্না হল্লকতুনা মদোম তোপ্না লৈখিএ। থুমন পুংদা অশাই হৈগী হৈরিক চুম্না পানলু হাইখিবা হৈপাল অদু পিয়াইগু লাঞ্জদবিগী হৈপালনে। মুংলোলদা হাইরবদি পিয়াইস্নুদি মপাম খোংদাখিদএ। থুমন মকাইদগী হেনখিদএ—থুমন পালেম শকপি ইংমাইনুনা মম্পৌ মাবু ওাক্তুনা মফম অমদা শক্লোক্তুনা থমখিএ। মতম অসিদা পিয়াইস্নুদি মনেম শকপি ইংমাইগু চাকহোংবিনা তাইপং যুমপানলোনবু তমবিখিএ। তুংলমচত্তা খোক্লপদবা থৌদোক পুন্নারি কন্নাবু মম্পৌ মকাইদা তাকপিখিএ। পিয়াইগুনা কোকৌ নোংমা মপাম খোংদাক্লরবত্ত থুমন মপুরোইবগা মাগা নিংভাই শংদাম্রববু মপন পম্পৌ মকাইদা ম্রা কাংখিদেএ— মবুং অহল লু-হেন সনা মঙোন্দদগি ম্রা অসি কাংখিএ। অদু নোংদগী পিয়াইস্নুগী মবুং অহল লু-হেন-সনা থুমন মকাইদা লংনখোং খিংখিএ। মতাং চাবা মফমদা মতম চানা মফম খংনা থুমন মাগা তানফংননা খেংনবদা মচনগী মংশং তানগে হাইতুনা শরি নামুংখিএ। অতুমক্তি ওইরগা লু-হেন-সনাগী মনাওদি থুমন ফাকপা মাগা উন্‌বি হক্তিন্নখিএ — পাথৌ-পাথৌ চিনকোইনখিএ ( মরুপ শান্নখিএ )।

পুরারি অসিদা খুমন মকাই তাকপা অমদি খুমন পুংগী মরুহক্পা খুমন মকাই থংবদা হৈ-পাল-হৈশক থংদবা ময়ামবা লাকচবা ওইএ। পুরারি অসিদা হৈরাং অনিথকপু হৈশক-হৈথারিএ। হৈরাং অমনা খুমন তাংলোই অহল পিরাইদুনা হৈরাং মাবু মেত্তুনা মপুরোইবা খুমনদা কংখিবা হৈরাং অমা অতুপ্পা অতোপ্পা হৈরাং অমনা খুমন তাংলোই তরুককুবি চাম্বুরোল থশ্যাল তোম্বীবা হৈ মাবু তনমেৎ মেত্তুনা কমক-মাংদা তৌদে হাইবা মতাঙ্গম মপুরোইবা খুমন্দা কংখিব হৈ-রাং অমা হৈরাং অমনা তিনহল ওনখিএ, হৈগী হৈশক তাকপদা খুমন পুরারিদা "হৈ-শক তাকপা" হাইদুনা "নুংঙৌ পুয়া" দা ময়েক শেংনা থরিএ।

"হৈশক তাকপা"—

অহাল্লা খুমন তাংলোই পিরাইদুনা হৈরাং মাবু মেত্তুনা মপুরোইবা খুমন কাকপা নিংথৌদা কংখিবা হৈ-মহাক্তি চিংউ মপুরেল কুরু অতিংকোক মরু শিদবা মহাক্কী খৌজাল কংলবা লাঞ্জদবিগী মশরুক ওইবা হৈনে। চিংউ অহাল্ল মহাক্না মালেমা লৈশেম্নদা হংমং তুংলমচত্তা কুরু মাগী মালেমদা নমু তাইপং হাইদুনা লাকদবা নমু মাপীমমক অমদি চিংউ-খোইমুম ওইবা লাই হাইবা অমগা অনি অসিগী তাইনবা লাইথাইননবা নমু তাইপং অমদি চিংউ-লাই অনিবু তুনা তাইবা হৈ-মাবু নোংমমখিবনে। চিংউ মপুরেল কুরু শিদবা মানা মালেমসিদা লৈরিবা হৈ পুম্মক্কী মংকাক ওইরো হৈ হাইবা শাকৈগী মদি মপা ওইযু হাইদুনা কুরু ময়াথং অথুম্বু শিখিবা হৈ মহাক্নে। হৈ মাগী মনানা চিংউ লাইয়াম শরোই-ঙারোই থাংবদা য়াওবা (চম্বা) ওইরসনো শরোই ঙারোইগী মশরুক নিখিএ। হৈ-মাগী মনা হেক চাদরিব মথাদি চিংউ শরোই-ঙারোইনা হোয়াখিদেএ। হৈ মাগী মউনা কুরু মিতম/শক্তম মাকপদা (মীতম্দা) শিজিনবদা য়াওহল্লু তাইপংগী অফবা ফত্তবা পরম অনিদা লুনা চায়া শিজিন্নবা ওইরমশনো, হৈশাল মাগী তিংখংনা তাইপংগী ফত্ত লাং থাকপা লৌনম য়াংথাক-য়াংকাবদা চমবরু ওইরম্মনো। মরু লেমফু মরা মানা নমু তাইপংগী শিন য়াই

হিদাক পরমদা শিজিন্নবগী ওইরগনো। হে মহাক্কী মরু ( মহেগী-মনুংদা য়াওবা মরু ) না হিদাক পরম থুদিংদা চল্লবা, তাইপংগী য়েন্নু মাংলবদা অমুক হন্না চোংননবা পরমদা লুনা চান্না শিজিন্নবগী ওইরগনো— তৌইলীদি অশুক্কি কান্নবা হে-মাবু তাইপংনদি পংনা চাদবগু ওইরগনো, করি নোংগীনো হংএ— মপুরোইবা খুমন মতোন্দা পিন্নাইয়ু মানা হৈরাং মাবু চিন্দম্লনবা কংলুরবদা মপুরোইবনা লংনখোং খিংখিএ, মপুরোইবা মানা হে-মাবু চিন্দমখিদবদুদা তাঙোই মানা মথমোইদগী কাইখিএ। অমনা নোইবি চিংদা মালেম তমপাক্কা অনিবু তুনা তাইবা হৈদি হৈপাল মানা তাইব ওইরগনো। চিংউ মানা নোংদমখিবা হৈবু করি হৈরাংনো হাইরগা হে পুন্নমকী মপি ওইবা হে-পি-নে। ওসি তাইপংনা হে-পি হাইবদগী থৈথরক্তুনা "হৈবি" হাইখিবতনে। হৈরাং মাদি চিংউ মপুরেল কুরু শিদবা মহাক্কী থৌজাল অংথোইবগু ফংখিবা হৈরাং লক্তুগী অথোইপনে লেপ্পা শোইফদবনে খংউ হাইনা "হে শক তাকপা" হাইবা মতাংদা "মুংঙৌ পূয়া" দা হৈশক হৈথারিএ।

অদুগা অতোপ্পা হে অমনা অশাই খুমন ক্লাকপগী তাঙোই তরুকশুবি খাংডুথক্কি অচাদি ভাগুরোন খল্লাল তোখিনা মেংখিবা তিলহল ওনখিবা হে মহাক্তি "হে-লান-খোইনে"। হে মশুং লানগীদমক্তা খোইযুম রাথোক রাচেম্না ইমুং মনুং মহি লাংনা হে, খোইযুম যুমগাই হে, খুমন কাকপা থমোই ফিরাক খাইল হে, খুমন মানা মিতা-হে, হে-গী লিচৎ হাইরগা হৈদি হে থমোই মানা খোইদাবা হে হৈরাং মাবু চারগা থমোই ঈংগনি খল্লবা চাবদি ফংখিদবা হে— "হে লান-খোই" হৈরাংখোইনে। হৈরাং মাদি চিংউ মীচ ফংখিবা হৈনে। থৌদোক অসিবু চিংউ খোইযুম লাই-নুরা শিংনা অশুন্না শৈছক শৈথাক্তুনা চিংউ খোইয়ুমশিংগী অরা পোৎলুম খামখিএ হাইনা পুরারি অসিদা য়াওরিএ।

হৈশক :—

হৈ-লান-খোইনি ······দা
চানবা হৈনি············দা
শিবু খোইনা হাওবা হৈদি
চিনদম্বা ( চাহৈদবা ) হৈনিদা ॥
হৈলানখোইনি······দা
জনবা হৈনি·······দা
শিবু খোইনা নিংথিবা হৈদি
খুমম্না খোইদাবা হৈনিদা ॥
হৈরাং মাবু উরগা কলক মাংদা লেম্না হৈ
হৈরাং মাবু উরগা কলক কঙ্গাওনবা হৈ
হৈরাং মাবু উরগা খুমন থমোই কাইনা হৈ
করি হৈনো দা
করি হৈনো দা
হৈরাং অশুং লানগীদমক
খোইয়ুম রাথোক রাচেন্
খুমন যুমযুং কাইনা হৈ
করি হৈনোদা
করি হৈনোদা ॥
খোইয়ুম চৈথেং ফংবদা
কাইসবিগী মীচৈ ফংবদা
কন্না তিজহল ওঙ্গা হৈদি
হৈলান্ খোইনিদা
চানবা হৈনিদা
শিবু খোইনা হাওবা হৈদি
খুমন চিন্দম্বা ( চাহৈদবা ) হৈনিদা ॥

# ২শুবা শরুক

পিয়াইন্নু মপায় খোংত্তমগ্রবদা খুমন ক্লাকপা নিংথৌনা মথমোইদা তাম্বা লৈমা ভাম্নুরোল থম্বাল অতোন্নি তরুকশুবী তালোইগা তরা মিনাক তম নুংঙাই য়াইবি মরাংকাইনা খুমন কম্বাল ভাক্তুনা মতম খোংলোই মনা পানখিএ। তালোই (লৈমা) মানশু মপুনা চানলি মতিক খুমন লৈপাক্তা হাইনা হুম্না লমকেং লমহাইনা অংথাই নাপল কাখিএ, খুমন মাও পাইমা খোইচংবি তিলাং খোইদাবি তালোইনা হেক হাইবতা হোয়াখিএ — ওমদে, মাই, য়াদে হাইবা কৌবা লৈখিদরে, এলংহৌউদা তৌখিদবা থৌ-কম্নাবু তৌখরে — চিংউ থৌরম থৌদা থৌকাওনরক্লে।

মতমঙ্গুদা পিয়াইন্নুদি মদোম মথক্তা হাথল পোৎলুম-পুদুনা (কুম্বংনেহুনা) মনেম শকপি ইমোইন্নুবু পাইমা হিরি কোন্দুনা লাইনিং পরৈনখিএ, পিয়াইন্নু অরা-পোৎলুম নোংমা নোংমগী হেজিনখিএ — থাবুম তরা ফারক্তুনা হেম্না হাবগী মথক্তা হেম্না অহোইনখিএ। অদুবু মনেম শকপি ইবেনধৌ ইমোইন্নুনা মিৎকুপ নাহুম চেৎনা শেম্নদুনা মমৌবু ভাক শেনখিএ। মতম খোংহাই খিন্দনা চিংউ নোংদম্বা মাগী নোংদমখোন্দগী লাজদবি পিয়াইন্নু মপারি অমবু নমু মিতম লাক মালেম অভাল ফাওনা ফংজরে, মনেম ইবেম্মা ইমোইন্নু চাকহোংবিনা হৌনবি মথৌ মতম ওম্না লাংলেমখিএ। মপারি মানা মালেম অভাল ফাওনা তানফংজরবদা পিয়াইন্নু মপুরোইবা খুমন কাইনবগী অরাববু থর মখে কাওথোক্তুনা লাজদবি কাইজদবি মানা মপুরোইবা খুমন মকাইদা শকখিবা শন্নিবু কাইরোই ভাকশনি অম্বুবদা পিয়াইন্নু

মথমোইদুংদা হরাও মীনোক তমখিএ— মস্মোগী মতৌদু উরুবগা ম:নম শকপি ইমোইনু ভাইহাক রাংলেন্দা হরাও মীনোক তমখিএ। অশুম্না পিয়াইনু মপুরোইবা কাইনবগী অরাবা পোৎলুমু মপারি মানা মালেম অঙাল ফাওরক্লবদা খরা মীখদি অরাবা পোৎলুম অতু ম্লাংখিএ। মতম চানা খুশিন থৌরাং হৈবী ইমোইনু মনেম্না মওগী কোলোই মিংলেনবু মস্মোগী থমোই খংনা "চা-লানবা" "চালাম্বা" ( কৌদুনা ) মিংথোনদুনা চাওর শরেপ তান্নবা কদাইদা শোইখিগদগে হাইদুনা কম্না ভাক-শেনখরে। অশুম্না লৈখিবনা চালাম্বা মমা-মচাদু কুমজা কম্না হৌখিএ। অদুগে খুমন ম্লাকপা নিংথৌগী কোনুংদা হৈরাং মেৎপগী মতাংদা শকখিবা শরি পন্দামবু ভাকপা শকখিএ। অসিগী মতুং থোকপদা পিয়াইনু মযুম মোংবা মরালয়াইদা লাইনিং পরে চেৎ চিংউ অতিংকোক মরু শিদবা মাবু উন্বিনুংদা চেৎনা থাগোম্নখরে। মস্মৌ ইবেম্মা পিয়াইনুনা মরালয়াইদা পাইমা হিরি কোল লাইনিং পরে চেৎপবু লাংওন চাওবী ইমোইনুনা উরদুনা পিয়াইনু মকাইদা ইমোইনু মালং-খোংনেংনা তরং ঈপাল-লাং ম্লাংলোইখিএ— হাইখিএ "ইনেমগী পিয়াইনু ইনেম লাক্রে নমিৎ পাংলোগব—ননেমগী ম্লারাবু পাইমা থোইচংলোগবা। পিয়াইনু মনেমগী ম্লারা তারদুনা মমিৎ পাংথোক্লকপদা মনেম শকপি ইমোইনু উরবদা মখোংখাদা তুজখিএ। মস্মোগী মতৌবু উরুবদা মনেম ইমোইনুনা মমৌবু ম্লেংদুনা ম্লরা পাওমেল্লক্রে— শেঃ শেঃ পিয়াইনু নাপ চংনা তারোকো— এলহৌঔদা খুমন মানা ননেম ঐবু তানফংনবা হোৎনবদা মালেম থক্তা কৌপ্রুপা-কাচাও ( শম্লোং ) গা তাইনবা চিংউ কনাগীগু মকাই নক্রবদা খাগি মৈহৌদুনা মনা ঐবু তানফংখিবনিদো। খুমন মানা খাগি মৈহৌফমবু মৈহৌচিং কৌখিএ। খুমন মানা খাগি-মৈ হৌবদা অথোক-চিংদগী চিংলাইখম্না-পাথংবনা উরদুনা খাগি-মাবু মৈমুৎখিএ। মদুগীদমক খুমন মানা থমোই শোক্লা লমন ভাইরিদো। ইস্মৌ ইবেম্মা মদুগী পান্দম কৌদুনা ইস্মৌ ইবেম্মা পিয়াইনু নম্লাক্লা নযুম মোংবা নকাইফমদা যুমচাও-কা-মাপল মুংদা কৌপরু মাইকৈ ওম্না

খাম্বি মৈহৌরগা তরা মথেল লুকোই হৌরগা ননেম থ্রৈত্তোন্দা কৎলকউকো— কোরৌ ন্নুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা থৌনিন্নকউকো— কাওক্ষদেকো ইন্মৌ ইবেম্মা। অদুম তৌরবদি ননেম নংগী নরালম্নাইদা লাক্কেকো। ননেম্মা ইখোংনা খোংনা লাকপদি ম্নাদবনিনা ইশু চানাম্ববু চিংউ লাইশা তাম্বা ম্নাওহন্নকউ ইনেম শজি শত্তাই ওন্দুনা ম্নাংদৌ লমখাংদা ইশু ভাইহুনা লৈরমল। থ্রৈনা লমচিংদুনা মপা-মচা শকথংনহনগে— ননেম্মা ফনবা শিল্লগে ইম্মৌগী শন্নি থুংহনগেকো। ইম্মৌ ইবেম্মা থৌরম কাইফরাইকো। ইনেম হনথ্রগেকো হাইরম্লগা ইমোইমু হন্দুনা মকাই পাংখিত্র - পিম্নাইমু মনেমবু থুক্কমজখিত্র। মদোম লৈহৌই। মনেম শকপি ইমোইমু মানা তাকপিরম্বা থৌরম থুদিংমকপু অমতা কাইদনা থৌপ'ংহুনা মনেমগী থৌজাল ফংখিত্র, চাক-কু, লন-কুবিখিত্র। মহুগী মতুং থোকপদা চিংউ মাগী থৌশিলদি শোইক্ষদবনা মতম অসিদা চিংউ মখোংথাদা শরেল চম্লবা শরেল-শা ফাননবা চিংউ লাইশা তান্না তরা পাওচম্লক্লে। থৌদোক অসিদি হান্নরা ইবেনধৌ ইমোইমু চাকহোংবী মানা থংলহুনা মশু চালাম্বদা ইমোইমু মানা চোংশিনখরে — চালাম্বা পাইমা পিবুকমুংদা শা-তান্না চৎনিংবনা তিকি হোৎখিত্র। চালম্বা মতম অসিদা শাওং শাদা নিংখিবা চাওর শরেপ ফা চাইন-খোংদ্রেন হান্ভপা শাম্বা পাম্নলবা ইনথৎলকপা পাংখক ওইখরে — মশুং মমান্নবা মম্নাম্না চিংউ লাইশা তান-ম্নারৌ শা-ফাবা চৎপবু মপারি মাশু ম্নাওজরুগে চিংউ মথৌ থম্ববু চৎচরুগে হাইহুনা পালেম মমা পিম্নাইনু মকাইদা থুকউ মালেম লৈদ তাহুনা হজৎচখিত্র। পিম্নাইমু মাংলমচৎকি খোকখিবা থৌদোক কয়াবু নিংশিংলুরগা— মথমোই খন্বি মৈহৌরক্লে - অকাও পরৈনথ্রবা য়রা মাবু অমুক নৌহৌনরজুনা মপারি চালাম্বরু উ-খংখিনি খল্লুবদা পিম্নাইমু পিবুকমুংদা মথন্তা থমোই থুদুম শুনা খাংখিত্র — অহুগা অমুকশু পিক্লিবা মপারি মানা মশুং মমান্নবশিংগা ম্নারৌ শাদাম্বা শা ক্ষাবদা থুদোংখিববু থোকদরা হাইবশু অমুক পাইমমুংদা চিংনগরেন পিম্নাইমু ভাইহাক রাংলেন খল্লুরগা— ফরে ( চিংউ অরেম্না খোইয়ুম

লেংফদবা মাবু চেৎনা থাগোম্নতুনা মপারিগী ম্যাইবিবু চিংউ মথামুংদা চেৎনা কোম্বিদুনা থম্বিনবা চিংউ মাবু চেৎনা থাগোমথরে ) অদুগা মপারি মাবু হরাও-হরাও লেপ্পা ম্নারোই শা মাবু পারি নহাক্কী নশুৎমক্কা ফাতুনা চিংউ অরেপ্পা খোইয়ুম নোংখাইবা মকাইদা কৎপা ওম্না ওইয়ুকো পারি। চৎলু চৎলু চিংউ শা-তাম্নবু ম্যাওরুরো হাইদুনা মপারিবু খোজাল পিখিএ। পিয়াইদু মথমোইনুংদা মদোম পাইমা রাখল তৌখিএ— পিয়াইনু অহুৎপী শকথিবা শরি রাশকপু ভাকপা ওম্না ওইজথেকো কুক মকাইদা ভতুনা নিথরে। চালাম্বা মপারিনা পম্লেম মমা মাবু মালেমলৈদা খুকউ লৈনা শৌতুনা মখোংথাদা থুকমলমগা খুত্তা তিমেন লিঅপ্পা খুদুম চেৎনা পাইদুনা ম্যারো শা-ভান শা-ফাবা খোংশানখিএ। অশোমদা মবেনধৌ ইমোইনুনা পিয়াইদু মমা মচা তৌনরিবা খিবিকশি ওম্না উথিএ মশু চালাম্না শা-তাম্না লাক্কনি হাইবসি থংলবদা ইমোইনু হরাওথরে চিংউ মপু শিদবা মাগী খৌদোক কুমে শোইররোই থংখরে। অশুম্না মপাং মমামবশিংগা চিংউ লাই-শা তারিরৌভদা ম্যাংদো লমথাংদা ইমোইদু ইবেনধৌনা মশু চালাম্বদা তোংশিন্দুনা মশুবু নাকল অমরোমদা পুখোকখিএ— মফম ইথং থংহোদনা নারক অশোংবা অমগী মরুমদা মবেনধৌ ইমোইনুনা শজি শভাই ওন্দুনা মশুবু ভাইদুনা লৈরমই। ( চালাম্বা মশুনদি মবেনধৌনা ওন্না ম্যারো শজিনি হাইবসি থংখিদেএ )। মশু চালাম্ববু হেক উরুবদা মবেনধৌনা ওন্বা শজি মানা মখিৎ মনা তথক তথক ম্যেংদুনা কুনলম্বদগী ফুক হৌগতুনা মশু চালাম্ববু চিংনা ম্যেংলমগা তপ্পা তপ্পা চৎপা হৌখিএ। মবেনধৌ ইমোইনুনা ম্যারো শজি ওন্দুনা মশুবু ভাইদুনা লৈরম্বা মফমদি "শরং-পাৎ" তনে। চালাম্বনা শজিদুবু মবেনধৌনা লাংওম্না শানি থংদবনা ম্যারো শজি মাবু ফাননবা শজিনা চৎখিবা মতুং ইমদুনা খুৎলৈ থুনা শাগী থুদুং ইনখিএ। শজি অতুনা অশুম অশুম চেনখিতুনা মমৈথংদা নারক-মোংশোংলক্তগী খুলক ফাওদুনা চেনখিএ— কাইনথংদা কোনুংদা চংখিতুনা নিংথৌগী কংলা মেন মখাদা চংদুনা লোৎখিএ ( কুনখিএ )। অদু ফাওবদা

চাজাম্বদি শাগী থুদুং ইম্নবা তোকখিএ —শজিগী তুংদা চালাম্বনা তুং-থংমাংথ তাম্নরক্তুনা নিংথৌনা ফমলিবা কংলা মেন মথাংদা চালাম্বা চপ লেপত্তুনা নিংশা থাবেৎ থাবেৎ হোন্দুনা কুনলিবা শজিতুদা থুৎশু তিমেন থাগে হেক তৌরকপদা ক্যংস ফরান থক্কা ফম্লিবা নিংথৌ মানা কংলা মেন থক্কগী ম্বরা অয়াক্কা খোল্লাওনা লাওরকএ — ঙাইংখো তম্বা ! চংজরক্কব ম্যারৌ শগিদা থুৎশু তিমেন থাক্কাদএ। চালাম্বা থুৎশু তিমেন থাগদবা খজিত্তা মঙাইখিএ — কংলা মাংদা থুৎশু তিমেন হক্লিনখিএ — ম্বরা অয়াকপনু তাক্কবদা কংলা মেনথক্কা লেপলিবা নিংথৌবু থানা য়েংতুনা ম্বরা লাওরকএ — ম্যারৌ অসি ঐগীনে পোইরে অতাম্বদগী ম্যারৌ মাবু তম্নরকপনে, ম্যারৌ অসি নিংথৌ নংগী নকাদা লেরে হাইতুনা নিংথৌ নংগী ওইবা ম্যারোইএ। ম্বরা অসি তাক্করগা নিংথৌনা ম্বরা মনাও তাশিএ — ম্যারৌ মাবু তম্বা নহাক্কা ম্যাংদৌ অতাম্বদগী তুং-ইম্নরক্লম্বা ম্যাই অহুবু হচিক্কি ম্যারৌ মানা নিংথৌ ঐগী ইফমদা ম্যাইবি পুদুনা কম্বিননবা চংলক্কবনিনা তম্বা নংনা ম্যারৌ অসিবু ফাবা ম্যাররোই। ম্যারৌ মাবু শাদাম্বা নংগী নথুত্তা নিংথৌ ঐনা পিরোইকো — হল্লো-হল্লো তম্বা। ( চালাম্বা কংলা মেনথক্কা ফমলিবা নিংথৌ অসি কনানো হাইবা হায়া খংদরিএ )। নিংথৌ মাগী ম্বরা কমচাও হুম্নবু তাক্করগা চালাম্বা ম্বরা মপাও লাওরক্লে — তাবিয়ুদো হে নিংথৌ-ও অমুক্কা হন্না নিংথৌ নকাইদা হংলৎচরি — ম্যারৌ শজি অসি ঐনা ম্যাংদৌ লম্নি অতাম্বদগী থুতুং ইম্নতুনা তাম্নরকপনি — ম্যারৌ মাবু ফারগা চিংউ মকাইদা লেপ্লা শরেল তুরুংগে পাইমা য়ুংনা লেপ, ম্যারৌ শা মাবু ফারগে শম্নি পন্দোমথরে — ঙসি কোরৌ মুংদি নিংথৌ নকাদা পুনেমজরি — শা অসি ননাই ঐগীনে। শা মাবু ঐংঙান্দা পিনবিয়ু চংনা ম্যারৌ ফাজপ্রগে হাইতুনা ফম্বান থাদা লৈরিবা ম্যারৌ মাবু চালাম্বনা ফাগে হেক তৌখিএ। মতৌ অসি উবদা থুমন নিংথৌ ক্বাকপনা অশাও থাম্নি মেহৌথরে — লাওরকই ঙাইংখো হে শাদাম্বা ! থুমন নিংথৌ ক্বাকপা ঐগী চিঙ্কক্কা অয়ংববদি শা-পিবদি হাইক্রগনু তম্বা মাইবি অদু মাংনিংঙ্গবদি মফম

অসিদগী থুনা চৎখ্রো চৎলু, কমজাও তুনখিত্র। লাওরকলিবা য়ম্রা অসি তাবদা চালাম্বনা নিংথৌ অসি থুমন ক্কাকপনি হাইবা খংখরে চালাম্বা অশাও খাম্বি মৈহৌখরে— মতিম্বান থক-খা ক্রক-ক্রক চিক মশা অদু থক-থক নিক থুংশু তিংমেন লিথপ্পা থুদুম চেংনা পাইতুনা থুমন ক্কাকপা য়েংতুনা য়ম্রা মপাও লাওরক্ল— ফুংঙাইরেদো শরিশো: হে— থুমন নিংথৌ ক্কাকপা নম্রাহৈ তাবদা তম্বা মাল্লিহৈ। নিংথৌ নংগী নপাও কমচাও তুন্নদি তারে— শাতাম্না, শা-ফাবা-তম্বা ঐগীঙ য়ম্রা অসিমা তাথো— হে: থুমন নিংথৌ ক্কাকপা ঙসি কোয়োদি "চালাম্বা" ঐতিক খংহনগে য়ায়ো শা মাদি কোয়া ফারগ থুমন ক্কাকপা নংবু ফারগা নথুং হারু তুংপুম্বদুনা পনেম ইমাগী মফমদা কতুনা শরি ঙাকপা শকলগে ক্কাকপা নিংথৌ নংবু ফাবা ঙমদ্রবা থুত্রা পইরিবা তিমেনগী মখুত্রা চালাম্বা য়াইবি মাংখ্রগে শরিশো খাংউদো থুমন ক্কাকপা— য়ম্রা অসি হাইরম্লগা চালাম্বা তিংমেন মাবু থুতুম চেংনা পাই তিমেন খৌশাতুনা নাক য়েক ( কৈ ) চেকপ চোংদুনা থুমন নিংথৌ তম্বা চোংশিনলকপদা থুমন নিংথৌ ক্কাকপা মাংলমচৎকী অকাও-পরেনখ্রবা লঞ্জদবি পিয়াইগুনা কাইনরমদাইদা থুমন হৈবাং মেৎপগী মতাংদা পিয়াইগুনা শকখিবা শরিবু থকনিং নিংশিংলক্তুনা থুমন নিংথৌনা তম্বা শা-তাম্না মাবু পিয়াইগুগী মচা ওইরমগনি চিংনা পরেনখিত্র, থুমন থুত্তা পাইবা তিমেন য়াইওইববু খংহৌদনা মালেম লৈদা তাখিত্র— থুমন নিংথৌ ক্কাকপা উপালগুম মুংদুনা লৈখিত্র। চালাম্বা মাও থুংশু থারবা থুমন ক্কাকপা নিংথৌদা থুংশু তিমেন থখিদরে— য়ম্রা মনাও তাখিত্র— পাংদেদকা হে: থুমন নিংথৌ তম্বা ওইবগী হৌনশরা? শায়াম্রবা তরা লম্বা পাবদা থুংশু তিমেন থাবদি থুমন নরমচৎ নিংথৌ মহৌশারা পাওহংলকপদা থুমন নিংথৌ চিংনবনা মাংওইননা তম্বা মাবু য়েংদুনা য়ম্রা পাওখেনলক্নে, হেঃ পাম্নি মদোম মাম্না-খৌনা ফবা নহাকপু করি মিংবু কৌবনো? পালম পম্ভো কনাগী মপারিনো করি খুন্দা পাম্রনা য়ম্রা ফিগৈ অমুক্তা শেংউগবা পাওহংলকপদা চালাম্বনা য়ম্রা কমচাওবা পাওখুমখিত্র— হে; থুমন নিংথৌ শাকম লামফমমনা ঐবু পোকপা

পাঁলেম পাঁম্পী হৌংলদবা ন.ত্তএ — অকি তুচুং পাঁরৈনরে হেক্তা মন্না ফিকৈ শেংউ খুংগত্ত তিমেন থারোইত্র চালাম্বা ঐগী শরিদি খুংদবা ম্নারোইত্র — খুমন নংবু ফা-হাওনা তুংপৃল পাঁরৈনত্তুনা ঐবু পোকপিবা পাঁলেম মক্কাইদা কত্তুনা ঐগী শরি থুংলগে হাইখিত্র। চালাম্বা মাগী মন্না তাকরগা খুমন ক্বাকপা মন্না মনাও তাখিত্র — ফরে পারি ম:দাব মাম্লা নংনা ঐবু ফালে হাওনা তুংপৃল পাঁরৈনগে হাইবত্তুগু ঐ ম্নারগে নংগা ঐগা তরা লম্বা পাবত্ত তোক্রসি নংবু পোকপা পাঁলেমগী মমিং কম্নি কৌবগে অমুক্তদি নিংথৌ ঐত্তোন্দা তাকউগবা হাইদুনা হম্ন-হম্না তক্রবদা চালাম্বনা ফরে-ফরে নিংথৌ নংনা খংদবা ম্নাদে হাইরবনিনা হাইম্নগে - ঐবু থাবুম তরা নাওপুদুনা পোকপিবা পাঁলেম ইমা মাগী মমিংদি লুন্নাই চনু পিম্নাইনু কৌইদো অদুগা ঐগী মিংনা চালাম্বা কৌই হাইখিত্র। ঐবু পোকপা পাঁম্পৌনা ঐথোম্নবু থাদোক্তুনা তুম্মোক্লুম্লে পাঁম্পৌ চেংলৌ মশকত্ত ঐদি উহৌ থংহৌদেত্র হাইখিত্র। মন্না অবু তাবদা খুমন নিংথৌ উনবি থমোইনুংদা খাংত্তমদবা নিংত্তমদবগী খাম্প্রি মৈনা চাকথরে মচিন খোক্রা মন্না মতেক মতেক ওইবা ব্রাহৈনা "মানি মহাক অসি ঐগী ইপারি চালাম্বনি" — ঐনা লাম্ভদবি মকাইদা লংজক্লবনা ঐনা ওসি থমোই অসি কাইরিবনি। ফর পবি ম:দাম মাম্না তম্না নহাক্লা নিংথৌ ঐগী ইকাইদা ম্নাইবি কম্নিনবা চংলক্লিবা শজি অসিতদি নহাক পুরগনু শজি অসিগী মতুং পারি নহাক্লা নিংথৌ ঐগী ইফমদগী হেক অপাম্বা অমা হাইবু মদু ঐ পারি নংত্তোন্দা পিম্নগে — চংলু পাঁলেম নমাদা অমুক্তদি হংউ:চো, ওসি থোক্লিবা থৌ:দাক অসি নংবু পোকপা পাঁলেম নমাদা শেংনা তমউ:কো অদুগা খুমন নিংথৌ ক্বাকপনা শজি নত্তবা শজিগী মতুত্তা নিংথৌ ঐগী মফমদগী পারি নহাক্লা পাম্না অমা হাইবু মদু শোইদনা পিগে হাইরকই হাইনা তমউ হাইনা চাম্নাম্নদা শিম্নখিত্র। পাম্পে নৈত্রবা খুমন নিং:থী ম্নেংদুনা চালাম্বনা হাইরকই — ফরে খুমন নিংথৌ নহাক্লা ময়াব্রবনিনা ঐবু পোকপী পাঁলেম মক্কাইদা হংলুরগে অত্তুগা শোইদি শোইনত্তমশিকো

নিংথৌ— হাইখিবা মরানা অরেপ পুংবা লৈপ্রবগুম ইতা-পুংদা তাম্নিবা হাইরক্লবা চাল্লাম্বা মকাদি তল্লা হৈরাগাইখিএ।

চাল্লাম্বনা মরাল্লাই য়ৌরক্লবদা পলেম মমা ওইবিবু হরাও তরাম্ন মিংকৌনরক্লে—পলেম মমা পিল্লাইগু মপারি চাগাম্বা মল্লাহৈ তাবল্লা থুনা মাংনা মপারি তরাম-তরাম ওক্রদুনা চিংউ লাইগী লাই-শা তাম্না চংলুবদি মারৌ মাবু ফারক্লবরা নত্রণা মারৌ ফারকল্লবরা পাওহংল্লক্লবদা মপারি চাগাম্বনা মল্লা পাওখুমলক্লে—পলেম অপোকপি নপাম্বিনা ওসি কোরৌ অওম্লদগী পলেম ইমা নহাক্কী নম্লাথংবু লুরেল্ল থক্লা থোং চিংউ মংখাংখাদা কৎননবা শরেল শা ফাম্বু মাংবী শা-তাম্বা চংলুবদি মারৌ মখোং মরি পাম্বা শাদি ফাদদুনা মারৌ মখোং অনি পানবা খুমন পুংগী নিংথৌ ক্বাকপা ওইনা ফাক্লে— পলেম শকপি নহাক্কা নোংদমবিয়ুগবা মপারি চাল্লাম্বনা হাইজরক্লবদা পলেম শকপি পিল্লাইগু মপারি পোকচমনগী মহৈ ফাল্লে খঞ্জখিএ—এলহৌওগী নাম্নুংখিবা শরিবু ম্রাইমুংলগনি থাল্লবদা পিল্লাইগু মথমোইশুংদা ফনা উহন-থংহন্দনা নোকচখিএ মপারি চালাম্বদা পুরারি অকুপ্পা অহকপা ফুংলমচম্ভা থোক্লগদবা মল্লা কম্না নাপচিক্কা পাওমেমখিএ, পাওতাকখিএ মল্লা মনাও তাখিএ শেঃ শেঃ পাম্বি চাম্বাম্বা নংবু পাইমা চংনা তারোক্কো হল্লেং কোরৌ ইমুং ভাম্লদা খুমন নিংথৌ ক্বাকপা মকাইদা চত্তুনা হাইগদবদি "খুমন নিংথৌ নহাক্কা ঐবু শজি অসি নত্তবা ঐনা পাম্বা পোং অমা শজি মাগী ফুহং ওইনা লৌ হাইবদো নিংথৌ নহাক্কা ঐবু নিযু হাইরগদি ঐনা নিবা অমা পিগনি হাইদুনা শরি পন্দোম লোমউ। অদু ওইরবদি চাগাম্বা ঐ খুমন নিংথৌ নংগী নখমদগী ঐনা অপাম্বজু নিগে নত্রবদি ঐ নিজরোই হাইনু হাম্বা নকদুনা নিংথৌ মাবু শরি পন্দোমনহন্তু অতুগী মতুংদা খুমন মাবু শরি পন্দোম্বদা হাইযুক্কো খুমন নিংথৌ নংগী নকাইদগী সনা-লুপা অতে কবি পামদেএ খুমন নিংথৌ নহাক্কী শজাই-কুং মোংব নংগী নকাইদগী ফুজা মাইকদা তৈরিম্বা ইকেনথৌ ইমোইনু অহোংচাওবি মাবু চাগাম্বা ঐতোন্বা লিনবিযু,

হাইয়ুকো পারি, ইবেনধৌ অদু নত্তনা খুমন মকাইদগী অতৈ করি লৌরকপা ম্যাদেকো চাঙাম্বা — হাইদুনা ওয়া শিন্নখিঞ্র। অদুম্বা পারি চাঙাম্বা, খুমন নিংথৌ মানা নবেনধৌ ইমোইগু চাকহাংবিবু পিরক্লবদি নবেনধৌ মাবু তরাই-তরাই হেক্তা পুরকপা ম্যাবা নত্তেকো। খুমন নিংথৌ মানা নবেনধৌবু পারি নক ইদা পুজখরা হাইরক্লবদি পারি নহাক্লা ইহান-হান্না ফুঙ্গা লাইকদা চংতুনা লাই-খুৎফাং ( লাই থুবাক ) খুদুনা ইবেনধৌবু হৌদোকউকো।

হাইগদবা য়রাদি —

হম্মি হয়া হেঃ ইবেনধৌ হৌঃ হৌঃ হৌফরা।

ইবেনধৌ চাকহোংবী ওসি কোরৌদি নত্ত চাঙাম্বনা ইবেনধৌ নংবু নত্তগী শাম্মু নমদা পো ইরাঙ্গয়াইদা পুজরগে ম্যাংগোইবিরশি ইবেনধৌ চাকহোংবিনা হোই হোই লাওনা হোহোবিয়ুকো — পাঙেম ইমাগী মন্নাথংনে ইবেনধৌগী ম্রবানে ইবেনধৌ নশোং কাংবিগনো খোইয়ুম ইশৌ লাংবিগনো, মিরৈ নারৈ নবিগনু-ও মী-হৎ না-হৎপিগনো

হাইদুনা হাইয়ু অদুগা ইবেনধৌ মাবু ম্নাংলেন থিন্দনা ইরাঙ্গয়াইদা ইচাগী শমু নমদা পোদুনা ইয়ুম শঙ্গাই ম্যৌদ্রিফাওবা নবেনধৌ মাবু ম্যাংদৌ লমখাংদা থাবা লাকপা ম্যাবা নত্তেকো। ম্যাংদৌ লমখাংদা হেক থাক্লবদা নবেনধৌ মতিক ময়াই হকপনি ম্নাংলেন মিৎকুপা মাংখিগনিঞ্র। করিগুম্বা ম্যাদম মতাং থোকপনা নবেনধৌবু ম্যাংদৌ লমখাংদা থাকরবদি নবেনধৌগী ফিজি পাইতুনা থমউ— থাক্লগনুকো মাংখিগনি, করিগুম্বা নবেনধৌনা মাংশ্রবদি থুদক্তা মনাক নকপদা লৈবা থরাই য়াইবি পাম্না তিল কাং, নমু কাওরেল অতু নবেনধৌনি থংউকো — মতুবু পারি চাঙাম্বা নহাক্লা শমু খুৎনা শোকউ নবেনধৌ হেক্তা ওনগনিকো, নবেনধৌ শক্তম হেক্তা ওল্লক্লনিঞ্র — থংউকো চাঙাম্বা : অতুম্না অহিং চুম্না মমা মচা ম্নারি শা পুকমেন পাওমেন্নরগা ইনুংবা তৈনা ওানজবদা খুমন মপারি চাঙাম্বা পাঙেম শকপি মমাবু খুরুম লৈপাইজদুনা খুমন মকাই পাংখিঞ্র, খুমন নিংথৌ ক্বাকপা মকাইদা চৎখিঞ্র। পাঙেম শকপি মমা পিন্নাইগু মপারিগী তাংজা ময়াই পাক্লনবা

চিংউ খাপোম্নদুনা মরালয়াইদা লৈরোই।

অসিগী মতুং থোকপদা চালাম্বা খুমন কোনুং চংলকুনা খুমন ক্লাকপা মাপা মরা হাটাম্নখিত্র— খুমন ক্লাকপা নিংথৌনা চালাম্বা য়েংদুনা মরা পাওহংলকত্র। পাকি মদোম মাম্বা চালাম্বা নংবু পোকপি পলেম্বা করম্বা মরা চিনগোইনরকপগে করি নিয়ু হাইরকপগে খুমন ক্লাকপা ইকাইদা তমলোগবা পাইমা নুংনাংহল্লগমুগবা হাইরকুবদা চালাম্বনা খুমন নিংথৌ য়েংদুনা মরা মনাও তাথরে— হে: খুমন নিংথৌ নহাক্না চালাম্বা ঐবু ঐগী অপাম্বা নিয়ু তাকপিরবদি চালাম্বা ঐনা নিংথৌ নকাইদগী নিবদা পিগনি হাইনা মরা অরেপ শরি পন্দোমবিয়ু হায়া শরি পন্দোমবিয়ুরবদি নিংথৌ নংনা য়াবিরোই, ঐবু নিয়ু তাক-পিরবদি ঐনা (চালাম্বা) হাইবগু য়াবিয়ু নত্রবদি ঐদি করিশু নিজরোই হাইরকুবদা খুমন নিংথৌ ক্লাকপনা হাইখিবা মরানা অরেপ্পনি চিংউ মানা খংশনে', থোইয়ুম মানা উশনো হাইদুনা চিংনবা লৈতনা চালাম্বাগী মাংদা শরি পন্দোমলদুনা মপারি চালাম্বা তম্বা য়েংদুনা মরা অথোংপা অতপ্পনা চিনগোইনরক্লে— পাকি নংবু চালাম্বা নংনা নিংথৌ ইকাইদা নিবা অমা নিংথৌ ঐনা পিরগনিকো হাইয়ু নংবু পোকপি পলেম মানা ক্লাকপা ইকাইদগী করি নিয়ু হাইরকপগে পাওহংলকপদা চালাম্বা মানসু নিংথৌ মাবু য়েংদুনা মরা চিনগোইনরক্লে— হে: খুমন নিংথৌ হাইখিবনা হোংদবা নিংথৌ নংগী নকাইদগী সনা-লুপা করি পামদেত্র, নিংথৌ নংগী থোংবা নরাম য়াইদা কুপ্না লাইরুদা লৈরিবি ইমোইনু তা হোং-চাকহোংবি মাবু চালাম্বা ঐতোন্দা পিবিয়ু হাইরক্লবদা খুমন নিংথৌ কোক্লুগী তোন ফাওবা মতু চুংখিত্র— মরা মনাও তারক্লে পাকি মদোম মাম্বা চালাম্বা নবোবী মাবুতদি হাইগমুগবা তৌহন্দেত্র পিহন্দেত্র। ক্লাকপা মদোম শোনখিত্র— আ: ওস্তোকপনিদা খুমন লৈমা পিয়াইমু! ওস্তোক্লা শিংইদকো, ক্লাকপা ঐনা কলঙবা ওমদেকো লৈমা নহাকপু, পুম্নমক নহাক্লা পিবা ওক্লিকো। মতাং অসিমক্লদা চালম্বনা খুমন ক্লাকপা য়েংদুনা হাইরকখিত্র— করি তৌরে খুমন ক্লাকপা অসি থোকনি খংলদুনা ওপাইনা ক্লাকপা নকাইদা নিয়রোই হাইখিবরা

নহাক্কা নখোৌগা মশুগা অমুক কোনবিক্কঃরো নশুগী ময়ুম শঙ্গাইদা পালেম ঈমা ভসিদগী ঙ্গাংপোইবিরোলবা” হাইরক্লবদা ইমোইনু চাকহোংবি শকলোন ক্লাম্বি মানা চৎলিংদবা শাদুনা মরা চিংসেংইরক্রে— পাম্বি খুমন নম্বা ঐবু লহাল নোংদা চৎহৌবগী নক্তা হৌজিকপু ঐবু ইশুনীদা অমুক চৎকদবা এরুহৌজেদা অসি খোকনি হাইদগরা পাম্বি খুমন নংবু য়ুমঙ্গাং থাইনা খুঙ্গপাদা খুকাক লাম্না খুবা পারি নকাইদা ঙ্গাইখুংলরেদো ক্ষরে-ক্ষরে করম্নদি তৌগনি কদাই-কদাই হাই চানাম্বা নংবু কদাইদা লেবনোনে কয়াম্বা চাওরকংগ ইংবেনবু পোবা ওমগদ্রনে নংবু হাইতুনা ইমোইনু মবেনধৌনা মশু চানাম্বু কোন্দুনা খৎখিএ, মতৌ অসি উবদা খুমন ক্বাকপা নিংথৌনা মবেনগী মকাইদা মশুবু শিম্নজতুনা মিৎলু পিরাং ঈক্রা চেম্না পজেম মম্বা মাবু অরোইবা ওইনা খুকম লৈপাইক্লখিএ। অমিগী মতুং খোকপদা চানাম্বনা পজেম মমানা খোংশাম্নমদাইগী মওমদা তাকপিবা খোরম কম্বা অমতা কাইদনা পাংখোক্তুনা খুমন ক্বাকপা মকাইদগী মবেনধৌ ইমোইনু চাকহোং-ওাম্নোংবিবু শমু নমদা পোতুনা চানাম্বা মরালক্লাইগীদমক খোং-শাম্লকএ।

মপারি চানামনা মবেনধৌ ইমোইনুবু শমু নমদা পোতুনা খুমন ক্বাকপা মকাইদগী খোকখিবা মতৌ অতুবু হেক উরুবদা খুমন নিংথৌ মম্বমোইনুদো নিংওমদবা কৌবা খাম্বি মানা চাকখিএ। মিৎলু পিরাংনা পজেম শকপি মমাবু মেংদুনা কৈজংহৌএ। চানাম্বা পজেম মমানা শিম্নরুকপা ম্লাম্বা ওাক্লা খুমন ক্বাকপা নিংথৌগী কোনুংদগী বাংম্বা লানখিতুনা থরাই খোঙ্গাক ম্নৌশংর, ম্লাংদৌ করম্বা লম্বী চত্তুনা মবেনধৌবু পজেম শকপি মকাইদা খুমা ম্নৌওমমবা চৎনা-চৎনা পাইমা হুংদা থনম্বিএ— ( অওম্বা চানাম্বা লাক্কদবসি পজেম মমা পিম্নাইনুনা লৈরিবা মকম মযুম মকাইদা লাক্কদনে। অদুদি পিম্নাইনুদি মফম কৈদা লমদম কৈদা লৈবদো পাওহংএ—কুরুনা হ ইখিএ। কুক্ক মানা মমোম পিম্নাইনুদি কুক্ক মকাই ইম্নাংবা মাজহনখিদেএ। পুংকাক্তা হেগা হৈপক্ক তাক্কৈদা কাইদবি, লাঙ্গদবি কিংক্রেং কারমদবি মকাইদা

হৈপাল অনি হৌবনে, হৈরাং মাবু হৈস্রিক চুম্না পাম্বনে হাইদুনা হৈগী হৈশক হৈখোংদা পিন্নাইদু মপোম তোপ্লা লৈখিত্র— মনেম শরুপি ইমোইদুনা অম্মৌবু কপ্পা শেম্লখিত্র, মরুমদি থৌরেল পুংদনে। কাইনথংদো পিন্নাইরুগী মপারি চানাম্বনা চাওর-শারেপ ফারবদা চিংউ লাইশা তাঙ্গা চত্তুনা ম্লাংদো লমখ্বাংদা মখেনখৌনা শজি ওন্দুনা ভাইরম্ভুনা "শারং পাত্তনে" পুম্নমক অসি "লাইফম পামা" মনুংদা ওম্না লৈত্র হাইদুনা পুন্নারি অসিদা শম্মবিরমই। মথংদা চানাম্বনা মখেনখৌবু শমু নমদা পোদুনা করম্বা ম্লাংদোদা লোকপদা করি থোদোক থোকখিবমো হাইবদুগী মতাংদা পুন্নারি অসিদা অওম্না থারিত্র, মেংলশি)

অশুম্না মশু মখেন অনিনা ম্লাংদো লম্বী তাদুনা অশুম্না লবুক লমহাং শমতুনা লাকপদা ম্লাংদো লমখাংদা মশু চানাম্ববু মতৌ মেংগে হাইতুনা, অমনা মশ্মৌ পিন্নাইতুনা মশুদা কম্নাম্না চেকশিন্না শিম্নরকপগে চাং মেংলগে থম্লদুনা ইমোইনু মখেনখৌনা মশু চানাম্বা মেংতুনা মম্না কাইংহৌরক্লে— হাই চানাম্বাঃ নংবু তরা লামদরিবরা? তম্না চাক-য়োম অহাওববু চাখিশি নখেনবু শমু নমদগী থাখোনে হাইরক্লে। চানাম্বা মশুনা— "মাই ইখেনখৌ" ইমানা ইখেনবু ম্লাংদো লমখাংদা থাগত্নু হাইনা শিম্নরকই হাইদুনা মম্না মনাও তাখিত্র। মশুগী মম্না পাওখুমশি তাবদা ইমোইনু লৌশিং চাওবিনা মেক্তা উথরে, হাই মশিনদি ইশু চানাম্বসি ম্যারোইদৌরি ঐবু শমু নমদগী থাগনি উদরে, ফরে অতুদি ঐগী অকম্না মম্না'ই অহকপা ইতিক অম্নাংবা হেম্না অমুক্তা ম্লাংহম্না মতিক মম্নাইনা ইশু চানাম্বনা শিজিম্নদুনা নমতুনা শমু নমদগী থাহম্লগে ওথ্না মেংলগেদো হাইতুনা ইখেনখৌ ইমোইদুনা মশু চানাম্বগী শমু নমথক্তা তাঞ্জা চাবা ভাইদুনা অশুম-অশুম লাকপনা লাইজ ঈশিংনা চোম্না ঈতাতুনা লৈবা খোং-বান অমদা চানাম্বনা ম্লাংদো লমবি চংন-চংনা লাইজ ঈপাক থক্তা মালংবা মানা শিংনা হুম্বদা নিংথিবদুবু য়েংতুনা চংলিঙে তাঞ্জা-চারে থম্লতুনা লৌশিং চাওবি ইখেনখৌ ইমোইদুনা মতিক মম্নাই অহকপা অরুম্ববু খংহাপ হাপচিনখিত্র— চানাম্বা মফম মম্নাং থংহৌদনা থংলুম লুমথম্নতুনা

মখোং থাংবা ওয়াদবা শ্রীখারে, চালাম্বা মচিন থোক্লা "এঃ ইবেনথৌ নুংশি, ইবেনথৌ নুংশি হাইরকএ। খংহৌদনা লুপমবনা খুনি খিজিন-খিএ, চালাম্বগী থোংখিদু খুদি খিবদুদা ঈংথেং ঈরা তাখিএ। মালেম থক্তা ঈথেং ঈরা তাকনু ঈঙাং পাক্কখিএ। মবেনথৌনা মদুক্তাওবদু মহাক্কী তক্কম্বা মতিক অমাইদু লৌথোকখিদেএ, মরা পাওহংলকএ হাই চালাম্বা নংনা ইবেনবু পোবদা লুমই হাইবদুবু কয়াম্বা লুপ্পগেনে মদু তাবদা চালাম্বনা মবেনথৌদা হাইজরকএ— ইবেনথৌ মাম্বা লুবইবা চৎপা ওমদবমখা লুমএ হাইএ, চালাম্বা থোং থাংবা ওমদতুনা চপ সেপতুনা থাংখিএ, অদুকন্ত মবেনথৌনা হাইএ— হাইঃ চালাম্বা নংনা ঐবু মাম্বা লুবই হাইবতুবু অক্কপা মূক লুপ্পরনে পাওহংএ। মালেম লৈদা ফেংঙবদা মশু চালাম্বগী মথোংদগী ঈংথেং— ঈরা তাবা উরদুনা চালাম্বা য়েংদুনা মবেনথৌনা মরা কোনোইরকই— হাই চালম্বা নংগী নখোংদু খুদি থিজদা কাঙবা লুপদা নংনা ঐবু করিগী শমু নমদগী হাপবনো সেঃ সেঃ নবেনবু শমু নমদগী মালেম লৈদা থারো লাও ইবেন করিগুম্বা মাংখিরোই ইশুবু থাদোক্তুনা থক চৎখিরোইকো নবেনথৌ এনা ইশু কয়াম্বা কদ্রে। চাংয়েংবনি লাও চালাম্বা ইবেনবু ইশুগী শমু নমদগী থারো হাইদুনা অশংবা মরানা মবেনথৌনা মথোইশোক্লা মরা বোলোইরক্রবনা চালাম্বা অশাইনা থানিংবনা থাংবা ওমদুনা অরাম খোৌরাংলবা নাইজ খুচোক থম্বা থকনিংবনা খোৌরাংলবা, মবেনথৌবু থাক্করগা মাংখিদ্রে কিবনা থাবা ওমদরবা চালাম্বা থাদুম থোরগা হাইদুনা মবেনথৌবু শমু নমদগী থাখিএ, মবেনথৌনা মশুগী শমু মথোংদা ঈংথেং ঈরা তাবনু য়েংখিখি— তেংথোকপিখিএ নাইজ খুচোক থম্বা থক্কুনা অরাম খোৌরাংবা কোককিখিএ, মশু চালাম্বগী শমু মথোংদগী ঈংথেং-ঈরা তাদুনা মালেম লৈনা ঈঙাং পক্কেক্লা ঈনু পামখোমবা মফমবু ঈংথেং-ঈরা তাবা মফম 'ঈংখোল পাৎ' কৌখিএ। মাংফুদ্রবা খিংলেনবু ফুংলমচন্না ওইহৌরো হাইখিএ, ইবেনথৌ ইমোইনু অহোংবিনা ওমি কাঙবা সেংদনা লৈরিএ। ঈংকোল খিংথৌগী মকাইগী থানা ঈংকোল থোংবান্দা চালাম্বনা মবেনথৌবু শমু নমদা

পোন্দুনা শমজুনা চৎখিবগী পল্লিনে। অদুগী মতুং থোকপদা চানাম্বুনা মবেনধোবু অমুক্তা শমু নমদা পোজুনা স্নাংদো লম্বী শমদুনা চৎখিবনা মবেনধোবু শমু নমদা পোরিএ হাইবশি থংখিদরে, অদাই অদুক পুম্নমক্তু ছুচিক্কা স্নাংখিবনা মবেনধোবু শমু নমদগী তাহৌরবরা হাইদুনা চানাম্বা পাইমা চিংব পাইরনখিদুনা শমু মুৎনা যাজুনা অমুক য়েংখিএ, মবেনধো মাওরিএ হাইবা খংলজুনা স্নাংদো লম্বী অশঙ্বা খন্দুনা ময়ুম যোংবা মরালয়াইদা য়ৌহৌনবা চৎখিএ। অতম্বা মমা মথৌ চৎলবা লাইজ ঈপক অমগী মপা য়োরক্লবা মতমজুদা অমুক্তা শমু নমদগী মবেনধো ইমোইগু মানা মত্রা পাওহংলকএ— হাইঃ চানাম্বা নংবু অশাই ইবেমা পুরকপা তত্রা চত্রা রাম্নবা চৌপি ফুৎপদুবু পুরকপরনে ইবেনদি অকাও পইরনখরেনে, ( মশুগী শমু নমদগী থানবা মোইথেম তৌখিএ ) চানাম্বুনা চৎনা চৎনা মত্রা পাওখুমলকএ— এদি থংদেবো ইবেনধো হাইরক্লবদা মবেনধোনা শমু নমদগী হাইরকএ— এঃ শিদা লৈরেহে, চানাম্বা ভাইথো ইগু ইবেন অতুক তত্রা চাখিশি ভাইহাক রাংলেন লাইজ ঈথো লাংখিশি লাইজ ঈপাক খোংপান্দা অদুক শমু নমদগী অ'খোগবা মশুবু থাখিএ। চানাম্বা অশাইশু মাংখিদে ইবেনধোদি মাম্না কবা জাৎনি এবু পোকপি পলেম ইমা মানদি ইবেনধোবু ঝংদো লমথাদো থাক্লবদি মাংখিলনি হাইবদু তাইওমবনি খল্লনুনা শমু নমদগী মবেনধো ইমাইনুবু তম্না মালেম লৈদা থাখিএ, লাইজ ঈপাক্কী খোংপাল অমদা তম্না পাখেম অমগী মরুমদা মশু-মবেন ক্ষমদুনা তত্রা চাক চাম্নিজুনা ভাইহাক রাংলেন-অরাম খোরাংবা কোকখরে, ভাইহাক স্নাংলেন লৈরগা মবেনধোনা মশুবু য়েংজুনা মত্রা কোলোইরকই— চানাম্বা নংবু তাবত্রা লাইজ থুচোক অমতংবু লৌক্লগবা ইবেন লাইজ ঈথোলাংবা কোক্লগে হাইরক্লবনা চানাম্বুনা অজুম্বা ওইরম্বাই নিংদুনা লাইজ থুচোক অমতং লৌগে হাইদুনা খোংকাপ নাহুই অমা থেক থাংউবদা হুয়া লৈদুনা য়েংলকএ, অশাইগী মবেনধোনা ফমহৌবা মফমদা মবেনধো লৈবা উখিদরে, মবেনধো ইনোইগু মাংখরে। চানাম্বা কল্লি মুংশী মবেনধোবু শমু

নমদণী থাক্লবনো কল্লি সুংগী ওয়া চৌখি চাক্লবনো পলেম অমাগী মায়া মিচৈ তাক্লগনি মল্লুবদা অয়া হুইদোয়খরে। পলেম মমানা অশাই মযুম মক্লাজয়াইদা মবেনধৌনা মাংখ্রবদি মনাক নকপা অতুরাইদা অহাথা উবা-ঙংবা থরাই পাম্বা অতু নবেনধৌনি খংউংকো মতু ঙাংগদবনিকো হাইবা মক্লাতু খংনিং নিংশিংলক্তুনা চালাম্বা মবেনধৌনা মাংখিবা অঙম অদুগী অকোইবা অনকপদা কনা-কনা লৈবা উবগে কোই-লৈ লৈত্তুনা য়েংলুবদা পংলাপ লাপ্তুনা পাৎকী কাচিন কোম ওইনা চুথেক কাচুম অমদা মথোৎ কারকপি চম্নুরা অমনা লাইচ ঈয়া নক্কা চয়ে কোকশেৎ মচি-লাং শমু থুৎশা তরানা ফুমনম তান লেমলৈ তান্দুনা লৈখবু উক্লরে য়েংহুম য়েংলুগে খন্দুনা চালাম্বা লেমলৈ তান্দুনা লৈরিবা মথোৎ কারকপি চম্নুরা তম্না চংশিনখিএ, মতম অদুদা মবেনধৌনা মথোৎ কারকপি চম্নুরা লৈম্নে তাম্রি ওইরিবি অদুগী মনাক চালাম্বনা হেক ম্নোরকপদা মবেনধৌনা খংখিবা তারে নিংদুনা ( মবেনধৌনা ) চালাম্বা মত্তদা তোংশিনখিএ, মত্তুং মমাম্নবি অমা হেক উক্লবদুদা ভাইহাক্তংত্তুদা মবেনধৌবু খিবা লাকপগী ব্রাখল কাওথোকহন্দুনা চালাম্বনা মত্তুং মমাম্নবি অতুবু অপাম নুংশি কাইহৌদুনা লংনখিএ, তরা ব্রাচানশি হাইত্তুনা মত্তুং মমাম্নবি অতুনা লাইচ ফুমনম তাম্নবু মত্তেং পাংননবা জেম্নে ওারম তাম্না ম্নাওখিএ অশুম্না মবেনধৌনা শাইওখি চম্নুরা মাগী শমু মহকত্তুং থেংউবদা অশাইগী চম্নুরা অতু মবেনধৌগী শত্তম ওস্থোরক্লে, ওনশিল্লত্তুনা মত্তু চালাম্ববু য়েংত্তুনা মরা মীকৌনরক্লে—হাই চালাম্বা নংবু মঙম কৈদা চৎলুবগে লাইচ থুচোক অমতং শোকউববু অতুক কুইনা চংপরনে লাও ইবেনবু চিংখৎলুনে হাইরক্লবদা চালাম্বা মবেনধৌবু উবা ওমদম্নুনা ইকাইমনখিত্তুনা লাইজ মুংদা লুপত্তুনা চৎখিএ, চালাম্বা মঙম-মরাং খংদনা লাইজ ঈরোল-মুংদা লুপত্রবদা মবেনধৌ ইমোইম্নু চাকহোংবি পাইমা ব্রাখল মিপাইখিএ, মম্নৌনা কল্লি ওইশনদগে থম্নুবদা মবেনধৌ ইমোইম্নু লাইজ ঈপাক খোংপাম্নদা মত্ত চালাম্ববু কোইথি-খিখিএ, মত্তুই চাংঙেংউমরা হাইববু মত্ত মানা মাংত্রবদা মবেনধৌ তৌকম খংখিদরে, থাংচেৎ মচি

মরাই কোকশেং মেং লাইজ ঈপাক খোংপালদা ইংবেনধৌ মচং হন্দানদুনা মত্তু চালাম্বু থিখিএ।

খবেনধৌ খুদক্তা লেপ্লে ওা ওন্দুনা মত্তবু লাইজ ঈরোল-নুংদা লৈবরা মেংউম্লে মদুদগু ফংবা ওমখিদরে। মশিনদি কাম্বরোই খল্লদুনা ইংবেনধৌ ইমোইদুনা পাইমা হিরি কোল উন্বি চিক্লা মাদোম মেংখিএ, মাইকৈ মরি শুমদাই নিপাল কোরৌ খালেম তুনা মেংলবদা মরোল চামা নিপাল উবা ওপী লাংওন শাইওন চাওবি মতিক-মমাই অহকপি মানা অ ' অতাম্বদা তম্বা অমা ইক ই খাংবদগী কং কোত্তুনা কংনা ইকোই কোইনা পন থিংদুনা মশানা কংগী পনম্নুংদা লেপ্লে লাইরেল কোমশাবা শাদুনা লৈবা অমবু ইংবেনধৌনা উখরে। শোইররোই তম্বা অসি ঐগী ইশু চালাম্বা নত্তুনা অতৈ কনা ওইররোই থুনা ইশুগী নাক্তা মৌবা মাদে খনখরে। ঈরাং পাংকী ঈথক ঈরং লক্তা ইশু মাংখিবনা হাম্বা তারে হাইদুনা ইংবেনধৌনা অশাই মখোং কারকপি ফুম্নমতুনা লেপ্লে তাম্না পাং অদুবু ' ঈরাং পাং" কোলোইরম্লে, ( কাইনথংদা থৈথল্লকপদগী ঈরং পাং কৌখি ) তুংলমচত্তা পাং অসিদা মশুং মমাম্নবি কম্না ঈথক ঈরাংদা তাও মপাল্লি মংমাম কাইনবা খংদবমখৈ ইথক ঈরাংদা তাওববু ওইরশনো, মাংফদবা মিংলেন ওইহৌরশনো মাস্তা অহকপবু থনম্লগা ইংবেনধৌ ইমোইদু মালং খোংনেংনদুনা অা '' পোইরৈ অতাম্বদা তম্বা অমনা পাং অমগী মচি অমদা হৌবা লোইমেম-ফৌ অমদি মনা-মশিং, কং কম্লাবু যুক্তুনা কোইনা পন খিংতুনা মতুগী মাইতুম্না তম্বা মানা লেপ্লে লাইরেল কোমশাবা শাদুনা লৈরিবা মফমতুদা ইংবেনধৌ মৌথিএ, মত্ত চালাম্না লেপ্লে ফাবা শাতুনা লৈরমই। মত্তবু মেংদুনা মবেনধৌনা মরা চিনখোইনরকএ — হাইঃ ইশু চালাম্বা নংবু তাম্নিবরা কল্লি থোইনা খমুরগনো খোকখিবা খৌদোক অদু নবেনধৌনা ইশুদা শাদোংতুনা তৌহম্বনে ওম্না নবেন ঐনা শিম্বনে, নবেনধৌ ঐনা কল্লি থোইনা অশাও পরেনদেএ, নংবু পোকপি পজেম পিম্নাইদুনা নম্নাজম্নাইদা অমা ঈখৌ লাংদুনা নংবু ভাইতুনা লৈরম্লগনি লাও ইংবেনবু শমু নমদা

পোক্লো মাও নংবু খিবদা ইথেন্দি অক্লা তুইদোমশাংএদো, মরা অসি চিনগোইনরক্লবদা চালাম্বা লাইজ ঈপাক্লগী কাংজন্না মবেনধৌবু অমুক হন্না শমু নমদা পোখিএ অদুগা অশাই মগী চালাম্বনা ইকাই খাংদগী কনা উহনদনবা পাক্ত্রা হৌবা লোইশাম ফৌপালশিংবু ফোইদুনা ফোইনা পন শাকুনা অমদি কং নাপিশিংনা কোইনা পন খিংদুনা লৈরম্বা পাং অদুগী মাংফনবা মিংলেনবু "লৌরেল শিবা পাং" হাইনা খোনজম্লগেকো হাইদুনা মবেনধৌ ইমোইগুনা পাংকি মমিং খোনলমুগা মগী মবেন শমু খোংশানখিএ। কাইনখংদা পাং অশিবু "লৌশি পাং" হাইদুনা খংনখিএ। হাইরিবা পাং অসিদা তু-তৌ খোং-তৌ তু-তেং খোং-তেংবগী মতুং ইকুই কুইদনা খোংচোম নিংখৌগী মচানুপি তরেৎনা পাখংব মখোই তরেৎকা লোইননা খৌদোক কুমৈ শান্নরগদবনে, খোংচোম নুপী তরেৎপু পাখংবা মচিন মনাও মখোই তরেৎনা খুদুম চন্নবা হোৎনবদা ওমখিদেএ। অদুগী মতুং অমুক চৎখরকপনা চিংউ লাংওন অখম্বা অরোইবদা খোইবিনা অমুক্কা পাং অসিগী মশাদা লাংওন খৌদোক কুমৈ শান্নরগদবনে হাইরিবা পাং অসি চিংউ/খোঈমুম শিংগী খৌদোক কুমৈ শান্ন-পাংনে "লৌরেল শিবা পাং" কৌপনে।

অসিগী মতুং খোকপদা চালাম্বনা মবেনধৌবু শমু নমদা পোদুনা অশুম-অশুম লাকপনা "তেরা পোকপি" লমদম লমযুংশি য়ৌরক্তুনা তেরা পোকপি লমদম লমযুংশিবু তুংকোইনরমচুনা মখং খুংউ খুংউবা লমদা মাংফদবা মিংলেনবু থনমদুনা য়াংদৌ লমথাংদা মগী চালাম্বা অরোইবা ওইনা অমুক্কুংগা চাংয়েংগে পাইমা য়ুংখিএ। মবেনধৌ ইমোইদুনা মগুগী শমু নমদগী মরা চিনগোইনরকএ— হাইঃ চালাম্বা ভাইখোনে নবেনবু শমু নমদগী থখোগবা চিংউ মকাই অহকপা কুরু মাগী "মীচম খোং" মপা য়ৌরে ইবেন কুরু মাবু লাইতাইনরমখিগে, হাইরক্লবদা চালাম্বা মবেনধৌবু মাংখিগনি হাইবসি চিংনখিদয়ে— খিম্মনা শমু নমদগী মবেনধৌবু মালেম লৈদা থাখিএ, মবেনধৌ ইমোইদুনা মালেম লৈদা হেক শোকপনা মালেম লৈমা 'লৈশাং-লৈমা লৈশা-লৈমা" মালেম মাবু লাইতাইনাজএ মখংদা কুরু মকাই য়ৌরকপদা

"মীতম-খোংবু" মুক্তমজরগী মাইকৈ মরি তাকপা চিংউ আইহাক আই-তাইনখিএ, অশুম্বা তাইহাক হাংজেন অমা পোৎলুম থাখিএ। তাইহাক হাংজেন পোথাদুনা লৈরিংতা চালাম্বা অতোন্ পলেম মমাগী মকাইদা য়েংদুনা লৈরিংতা মবেনখো ইমোইনু তাঅক য়েংদুনা মীরক-নায়ক য়েংথরে, খোংকাপ নাহুই অনি অহুম থাংখিদুনা মবেনখো মাংথরে অশুম্বা নাহুই তরা চংখিদুনা 'কক্চেং কোকচাওবি" শাইওনথরে, চালাম্বা পলেম মমাগী মাইকৈবু য়েংউরগা মবেনখোগী মরা তাখিদারে নিংদুনা শমু মমাই লৈশিন্দুনা মবেনখোবু য়েংউবদা মবেনখো মাদি লৈরমদ্রে চালাম্বা হিথুংলমদাই হি-রাকনৈ হাইবচু থোকথরে, মথুম শঙ্গাই য়োরমদাই মবেনখো লৈরমদবদুনা মাইকৈ মরি লৈহুনা য়েংখিএ, খল্লি হন্দক্লা কল্লি থোদোক থোক্লগবা ইবেনখো মাবু করম্বা থরাই য়াইবি পাল্লা শাইওনলমগবা থম-থম্বা য়েংখিবদা অ""অতাম্বদা লৈশৌ পুং অমদা কক্চেং কোকচাওবি অমমা অমুক কাখৎ অমুক ওন্থা তৌদুনা লৈবা মগু চাগায়না উথরে হিঃ ইবেনখোদি অ…লৈশৌ পুংদা কক্চেং কোকচাওবি ওন্দুনা কার-নানথ তৌহুনা লৈরেদনঃ হাইদুনা চালাম্বনা থুংলে থুনা মবেনখোগী নাক্তা য়ৌখিহুনা মবেনখোবু শমু থুংন কিং নমহুনা ফাহুনা ইবেনখো নগু শোমদা লৈরে মাকও হেক হাইরবদা অশাই কক্চেং কোকচাওবি ওন্দুনা লৈরম্বা ইমোইনু মবেনখোদু অহল ওইবি ইমোইনুগী শক্তম অমুক হল্লিনলকখিএ, মরা কোলোইনরক্লে কদাই কদাই চালাম্বা নংবু মফম কৈদা চংথোকলুবগে নবেনবু হেক-হেক হুন্দোক্লুনা চংশিবু লাওনে ইওগী শমু নথমা কোনাগ ইবেনবু পোয়রোনে মাকও হাইদুনা মগু চালামগী শমু নমদা কেনথরে মতম অহুদা মগু চালাম্বনা মবেনখোবু য়েংহুনা মরা পাওহংলকএ— অশাই ইবেনখোনা লৈশৌ-পুং অমদা কার-নানথ কার-নানথ তৌদুনা লৈরম্বা মফম অদুবু কল্লি অমমম কৌবগে হংবদা মবেনখোনা মগু য়েংদুনা পাওথুমমকই—হাইঃ চালাম্বা চিংউ-থোইবুম কনা তাখিনি নমু কনাদা তাকহেনে অশাই ইবেমা কক্চেং কোকচাওবি ওন্দুনা কাখৎল-নানথর তৌদুনা লৈরম্বা মফম অপুনি ফুক মকাইদনিনে

পম্বাক্লবা হাইরিবদে তাক্লইহনদেএ, অমসু থৌরেম পুংজী থোং ইচিন্দনে মথৌ পুং থোংচিন্দ কক্‌চেং কোকচাওবি তন্দুনা লৈবনে হাইদুনা মরা শম্বা মতম তাকপিরিএ।

মসিগী মতুং থোকপদা অসুপী শমু নমদা কোন্দুনা মবেনথৌ ইংখোইবু চাকথোং ভাহোংবিরা মাংদৌ অশম্বা চংখিদুনা চালাঙ্গগী মপাইরোল পলেম মমা পিয়াইনুপী মকাই তমা থুনা থাংনা চৌখিএ। 'অমন্‌ পাং'' শম্বদুনা চালাম্বনা মবেনথৌ ইংখোইবু পুরকপনা পলেম মমানা লৈরিবা থোংবা মরাপম্বাইগী থরাই থোঙ্গাল হেক চৌরকপা মতম অদুদা মপারি চালাম্বনা পলেম শবপি মমাবু মরা মীকোনদুনা কৌথোকখিএ। মতুপী শমু নমদগী মরা পাওতাকনা থারাই থোঙ্গাল চৌরকপদা মৈতুম মৈরা ওকথোক্লে, মমুম শঙ্গাই-সুং কা মানলশাংমগী মচা অইকদা মনেমনা পামজবগী মতুংইন্না ইবেনথৌ মামা লৈখিএ। হেকক লৈকংখিএ, হেগী হেপুং থোল, লৈগী লৈপুং থোল ঊরেপ পুংদা লেপ্পিবু ঊতাপুংদা ঊতাবিদু হাইদুনা মনেম শকপিবু থুকপখিএ। চাকশৌ পুং তরা চাকফুৎ শংদা ( চাকথুম ) তরা মথেল লুকোই হৌদুনা মনেম শকপি ইমোইনুদা তরা লুকলেন কংখিএ। চাক ফুংফম শঙদা লৈবা অইদি মৈখেন সনা লাইরেম্মা কৌএ। চাকফুং ফম অসি নমু যুমথুংদা ইমোইনু ইবেনথৌগী থাদা লৈবা য়ামেএ, মাং তাকএ ফক্তেএ হাইবা পরম তুথুপ লৈরিএ। অদু নোংমুলগী অসি কাওবদা নমু যুমথুংদা তরা চাকশৌ-ফমবু ইমোইনু ইমা মাগী মামা লৈবা থেংনগ্নিবশিনে। অশিগী মতুং থোকপদা ইমোইনু ইমা মামা মথৌ পিয়াইদুপী মফমদা যুমপানবগী পরম পথাপ তৌপদবা থৌ কপা নমু যুমথুংদা তৌবা য়াদবা থৌ কয়াগু তাকপি তম্বিদুনা অথৌ ইবেমা লিয়াইনুবু মনেমদী মখুৎচ৷বি অমা ওইনা শেমশিনগী পুক্তারি অমক্নদনে।

মোংবগী কোমৌদি পিয়াইদুনা ইবেনথৌদা কংদনবা তরা মথেল লুকোই হৌরিত্তেমা মসু চালাম্বনা মবেনথৌ ইমোইনু মামা শাদোংখিএ, চালাম্বা পলেম মমামু থংনখিএ। পলেম মমা পিয়াইদুনা পাইমা

পিবুক খোইশাওনখিএ, পাইমা পিবুক খিৎহল-খিৎহল্লনা তরা মথেল লুকোই হৌখিএ। কোক্টো নোংদুদা পিয়াইমুনা তরা মথেলদু থোংবদা শাউরুংননা তরা মথেল নোইখিএ। মনেম শকপি ইমোইমুদা কৎলুবদা তরা অক্ষবা ওইখিদেএ, মদুদা পিয়াইমু মনেম ইমোইমু লাইরেম্মনা পাইমা পিবুক ব্লাসৌখিগদরা মদোম মিপাইজখিএ। মম্মৌগী অরাবা শকক্ষম উবদা ইমোইমু মনেমা মম্মৌবু করিঙ্গী শমু মাইথোং মকশিনবনো, করিঙ্গী অরা ভুইদোম্ববনো পাওহুংখিএ — মম্মৌবু তরা নাওথেমখিএ, ইম্মৌ ইবেমা করিনী অদুক অরা হুইদাম্ববনো ইম্মৌ ননেম ঐনা ইশু চালাম্বদা তোংদুনা ইম্মৌ নংবু নিংভাই শংদাম্নহন ইম্মৌ নংবু যুম্বাম্লোন পরম তম্বিগে ভুংলমচত্তা খংহৌরশমু তৌবনিনে। অদুনিদো পিয়াইমু ভুংলমচত্তা চাকথোংবিদা শাওহুন্নবদি তরা মথেল লুকোই অক্ষবা অহওবা ওইদে হাইবদো। যুম্বাম্লোমে ইম্মৌ ইবেমা নহাক খংহৌরাকো হাইখিএ। পিয়াইমু মনেমগী হরা তাবদা মথমোই মকা লাম্না থোমোন মীনাকতখিএ। মম্মৌগী মতৌ উকবদা মনেম শকপি ইমোইমু হেমা থোইনা হরাওজে মুংভাইজ পেনজখিএ, য়রা মনাও তাখিএ— অসিদা নত্তেদো পিয়াইমু মতাং চানা মফম খংনা থৌদোক মানা মাংফদবা কাওফদবা উরোং খিন্দুনা ইম্মৌ নংবু ননেম ঐনা যুম্বাম্লোন পরম তুথুপ কয়া তম্বীগদবনে খংউনে পিয়াইমু। অদুতশু নত্তে পিয়াইমু নিংশিংউ মাংলমচৎকী থৌদোক্তু ইম্মৌ নহাক্না নপুরোইবা খুমন মকাইদগী নদোম লৈদুনা নরালম্বাইদা ফুক্সা-দা তরা মথেল লুকোই হৌতুনা ননেম ঐভোন্দা তরা মথেল লুক-কৎখিবা থৌদোক্তু। থৌদোক অদুদশু ননেম ঐনা ইম্মৌ নকাইদা ইমৌ নংবু খংহৌরসমু হিংহৌরসমু তাকপিবনিদো ইম্মৌ নহাক্তি অকাও পাইরনশ্রবোই অদুবু অমুক হয়া নৌহৌনরম্নগেকো তারো ইম্মৌ ইবেম্মা পিয়াইমু অতুত্তে নোংমগী কোরৌদা ইম্মৌ নহাক্না নদোম নপুরোইবগা শেৎনশ্রবদা নপাম খোংদাদুনা জৈরিত্তে নদোম নরালম্বাইদা মোংব নংগীদি নপাইকোন ফুক্সাদা ( নামা শেৎনগ্রবি ) নহাক্না তরা মথেল হৌতুনা ননেম লাইরেম্মা ঐভোন্দা তরা লুক মাবু কৎ-ননেম ঐবু ইম্মৌ নংগী নকাইদা লোইদাম করম্বদা ব্লাইথুংলরগদবনো হাইবা

মরানা ননেম নাপদা হৈরবদা ইম্মৌ নংনা মাইনিং পরৈ চেৎপবু ননেম ঐনা অতাম্বদগী উরবদা ননেম ঐশু পিয়াইমু নকাইদা লাকখিদো অদুগা ইম্মৌ নাপদা হাইখিএ— "ইম্মৌ ইবেমা পিয়াইমু নংনদি ননেম ঐবু নক্বালন্নাইদা রাইথুংলরমবা তরা মথেল মাবু ফুজাদা হৌ ননেম ঐঙোন্দা তরা লুক্কালন কংসিনে অদুবুনে পিয়াইমু নহাক্তি নামা শেৎলবা হৈ-লৈঙম্বনিদো নামা হাংবা, নপুরোইবগা শেংনা খাইনম্নবি লুম্না শিংদা চম্নবি মপাম খোংদারবি নংনা তরা মথেল ফুজাদা হৌদুনা লাইরেম্মী লাইরেম্নদা কংপদি লৌদেএ-কৎহৈদেএ ইম্মৌ নংদি থংম্রবোই। অদুবুনে ইম্মৌ ইবেমা নহাক্কী থমোইদি নপুরোইবা খুমন মানা কাওথোকপিরক্লবসু ইম্মৌ নংগী থমোইদা নপুরোইববু চেৎনা চাম্না থাগোম্নরিএ, পুক্নিং, পুকচেল, লমচৎ হোংদবনিনা থমোই থমোইগী অনিংবগী মতুং ইল্লিকো, ননেম ঐনা উবদা ইম্মৌগী থমোই অনি লোংদরিএ অদুনোংদগী ইম্মৌ নহাক্ক কংলিবা তম্না লুক্কেন কৌরগেকো— লৌখিএ অদুদি ইম্মৌ ইবেমা নংনদি করিনোংগী মরা মাবু তাকপিবনো পাওহংলবদি ইম্মৌ ইবেমা ওসি ইম্মৌ নহাক্কী থমোইনা নিংবা লিচৎ-শাচৎ নপুরোইববু নিংজরিবা মুংশিজববু হোংলক্কদ্রা, লিচৎ শাচৎ লানলক্কদরা নপুরোইববু মুংশিজবা থকাওনরক্কদরা হাইদুনা হাম্না ইম্মৌ নংঙোন্দা তরা পাওত কপা মরা অহকপবু তরা পাওমেন-জবনিনে, মনেম্না হাইখিএ অহুনা পিয়াইনু ওসি ননেম ঐনা তাক্লিবা মরাশিবু তুংলমচত্তা মাংফদববু ওইহৌরগনা অসি ভাক্কা চৎপা ঙম্ববু ইম্মৌ নংনা ঙম্বগু ওইজহৌরকো হাইদুনা মম্মৌবু পাঙ্গল পিনবিখিববু পিয়াইমু থৌদোক্তুবু অকাও পরৈনখ্রবাইদো ইম্মৌ নহাক্তি হাইরক্কবদা পিয়াইমু মনেম শকপি ইমোইমু মক্ষইদা ভাকপিয়ু হাইজরক্কে। অদুনা পিয়াইনু ননেম ঐনা ইম্মৌ নংবু নমু য়ুমপাল্লোন পরম পথাপ কয়া তমবিননবা শিন্ননি থোই থা-লিন-খা থাফদেএ হাইদুনা মম্মৌ পাইমা পিবুক ফাখিএ।

অতুম্না পিয়াইমুনা লেংদনা অচেৎপা থমোইনা মুপি ওইবগী পরিং পথাপ কাইদনা মপুরোইবনা ইম্মোকপিরবসু মপুরোইববু মিৎক্রুপ

অমত্তা কাওদনা মপু মাবুগু কাওদনা থাগোমজনা মনেম শকপি ইমোইনু লাইরেম্বনু নিংজখিএ। নোংমগী কোয়োদি পিয়াইনুনা মনেম শকপি ইমোইনুদা তরা পাওহংজখিএ মনেম শকপি লাইরেম্মা নহাক্কা লেংদবা উংরাং খিন্নগুম নংম্মৌ ঐগু ইনেম নকাইদা লৈজগে, মরা অসি পাওহংলক্কবদা মনেম শকপি ইমোইনু লাইরেম্মনা তরা চিনগোইনরক্লে— ইম্মৌ ইবেমা নংনা ইনেমগী লয়াইদা ( মুপুমদা ) লৈগে হাইবদি মাদে পিয়াইনু, হাইবদি ননেমগী মকাইদা লাই-থুবম অনি লৈবদি মাদে অতুবু ইম্মৌ ইবেমা নহাক্কা লেংদুবা মফম নিরবনিনা নহাক্কী নকাইফমদি ইনেম্মা পিরগেকো। শেং শেং পিয়াইনু পাইমা চংখোলনা নাপ তাইওমগনো, নহাক্কা ননেম শকপি লাইরেম্মা ঐবু তানফংননবা খাম্বি মৈহৌবা মফম অদুদা ঐগী খাম্বি মৈহৌবগী উৎ মাবু তাবা মফমনিদো মফমদুদা নহাক লৈয়ুকো। মফম অদুদা ইম্মৌ ইবেমা নহাক্কা পিয়াইনু হাইতুনা লৈবদি মাদবনিনা ইম্মৌগী নমিং অমা ওয়গা লৈয়ুকো ইম্মৌ নংগী নমিংদি ঙসি কৌবা কোয়ৌ নোংদগী "অরৈনু" হাইতুনা মীংথোয়গেকো অমুক্কা অরৈনু হাইবদি "তরেংনু" সু ওইবনিদো "অরৈনু অহুমনু" অনি অসি ইম্মৌ ইবেমা নহাক্কা শাইওন লাংওয়নিদো। লমদা হাইবদি নমুম মোংব নরালমাইদগী থরাই থোঙ্গাল হেক রাংমা লাম্বা সতমদা ইম্মৌ নহাক্কী নমিংবু, লাংওনবু "মাই-রৈমা" ওইওমমুকো। নংনেম ঐদি ইকাই মাবতা ওইনা অমিংদগী লৈরগেকো। ইম্মৌ ইবেমা ইনেমগী থমোই অসি ঙসিদি পেল্লেদকো অদুতগু নত্তরিএ ইম্মৌ নংগী শক্তি ইনেম্মা হেক শাইওন লাংওবা ঙম্বা খুদিংমক ইম্মৌ নংনা ঙম্বা ঙসি মখেরগী ওইজহৌরোকো। ইম্মৌ নংনা লৈবা মফম চাকখুম লৈরং হাইবা অদুগী মমিং অমদি —'অতাক-পুং" গু কৌবনিদো ইম্মৌ নংগী নফমদা [ নুংদা পুবি লৈমা তরেৎকী শাইওন মিংশিং ] ( ১ ) চেং-লৈমা ( ২ ) ঙা-লৈমা ( ৩ ) মুম-লৈমা ( ৪ ) ফৌ-লৈমা ( ৫ ) থুম-লৈমা ( ৬ ) শিং-লৈমা অমদি ( ৭ ) লন্-লৈমা তরেৎমক ঙম্মা লৈহৌরোকো মনেম্মা শিন্নখিএ।

অসি পুস্বশি নম্ব য়ুমম্নুংদা ওয়া লৈণদবনে অতুগা অমুক্ত নম্ব য়ুমগী মপান্দনা :— [ পান্দা পুবি লৈমা তরেৎকী শাইওন ম্বিংশিং ] ( ১ ) ইম্বোম-লৈমা ( ২ ) মনা-মশিং-লৈমা অহোংবী ( ৩ ) মালেম পুবি ইমা ( ৪ ) মপাম্বি/মম্বোম্ কোম্বী মমা ( ৫ ) অরৈম্বু ( ৬ ) অহুমম্বু ( ৭ ) য়ুমতাকপি/য়ুমতুম্বি, হাইক্লিবা মালেম লৈমা ওইবি তরেৎ মকত্ত ওয়া লৈহৌরোকো ।

অমুক্তা পিম্নাইম্নু লমদা ননেম ঐনা ঃ—

( ১ ) লমাবা-তুআম্বা ( ২ ) লমশেম্বা-তুশেম্বা (৩) লাইরক-শাথৌবা
( ৪ ) খোংবান-লাজুম্বা ( ৫ ) মেনখা-পাওদবা (৬) শাইচিন-পোম্নিবা
( ৭ ) হম্নুকোকচাও-হম্নুলৈথম

ওইনা শাইওনলিদা অতুদগী অমুকত্ত লমদা লৈবা লৈমা তরেৎ :—

১ ) হিকুবি ২ ) মাইকুবি ৩ ) হিরৈমা ৪ ) মাইরৈমা
৫ ) হিংপোকপি ৬ ) মাইপোকপি ৭ ) মাইসনা শাইওম্নে ।

অমুকত্ত হাওশম মাম্বি তাংখুল হাওমুবি তরেৎ শাইওম্নে অতুতম্নু নত্তেএ, লাইজ চীশিংদা লৈরে—"ইরাই লৈমা" অমুক শাইওম্নে । মেক তরেৎপু শম্না পাম্বংব তরেৎকী তালোই ( লৈমা ) ওইনা অমুক শাইওম্ন ওম্মে অতুদগী পুম্নমকসিগী অরোইবা ওইনা লৈমা তরেৎপু শুপ্না অমতা ওইনা অমুক ওইওমএ— "মাইশনা" ওইখিএ, মতিক্ক ময়াই পুম্না লুপ্তিন ওইখিএ, কত্তবা অফবা ময়াই অনিমক্ক ননেম ইকাইদা তুংনখিএ, কত্তবি, হিংচাবি, মাইতম্বী, শাহিংচাবা, ভাহিংচাবী চাকমাং, য়ু-মাং থকপি, য়ুমতাকপি, কৈতুম্বী ওইখিএ ।

অমুকস্নু লমচৎ-কাইদবি, পরিং-পথাপ নাইবী, চা-মোক নাওমোকপি, চা-কোন নাওকোম্নি, লৈশেম্বী, তাইপং অরা-অনা কম্নি অরাবা থাংবা ওম্বি, লৈম্রেমা, শিনলৈমা, তাইপং মিশি মীনা কম্নি অরাবা কম্নি অখোইবি ময়াই অনিবু ননেম ইকাইদা পুম্না তুংদুনা লৈখিএ । ওসি মখোদগী ময়াইশিংশে ইম্মৌ নকাইদা ওয়া লৈহৌরকপম্নুকো ।

পুম্নমক ইস্নৌ ইঃবম্মা নহাক্কী শাইওন-লাংওন ওইহৌরোকো পিম্মাইনু। ওসি মথৌদি ইকাই খু'দুনা লেংদবা উরোং খিন্দুনা ননেম লৈপ্রগেকো। ওসি ইনেম শকপি লাইঃরম্মনা পিখিবা শিঙ্গাশিং অসি থৌ কাইক্কদেঃকো। ওম্না ইস্নৌ নহাক্কা থৌ-পাংগোকউক্কো ননেম ঐনা মফম অসিদা ইকাইফম ওই লৈখ্রগেকো, ননেম ঐনা চংখ্রিবা মফম অসিবু "পুং" লাই-পুং-লাইক (ফুঙ্গা) কৌরশনুকো তুংলমচত্তা মাংফদবা চিংউ মকাই অহকপবু ওইহৌরশনো— হাইখরে। নমু যুমনুংদা লৈরিবা ফুঙ্গা অসি মফম তঃরেং লৈবনিকো ইকাই মফম তরেত্তা মলিং হোং-হোংদুনা ননেম ঐনা লৈবনিঃকো ফুঙ্গা ইকাই তঃরেৎপু শুপ্না পান-থোক্লা ননেম ইকাইদ উরোং খিন্দুনা থম্বনে, লাইপুংনে তাকপনে ননেম ঐগী ইকাইদা লৈখিকা-খিল্লিবা উরেপকুম যুংলিবা লেংদবনে তাকপনে মথোং অহুম পুংবন পারি মঙাং-লুরাং-খুমন (শকপনে) ওইবনে অমুক্কা পারি অহমবু পুন্না চুক-ফা-ফাদুনা পুল্লিবা অঃকোম্না অতুনা পলেম নমা মালেম লৈমা ইমানে পাম্নৌ মাশু শুপ্নানে অদুগী অমুক মঙুং থুপ্না মরে অতম্না মালেম তম্না পুংনা (ওম্না) লৈবনে পারি অহুমগী ময়াই অহম মৈ-ঈশিং-মুংশিংনে পুম্না উরোং উঃরেপ তঃরেৎ শুবনে। অস্তুম্না নমু যুমনুংদা ইকাইফম তরেৎ শুবনে অহান্না ইকাইদি ইযুম উরেপ মেনখোংদনে, ইযুম উরেপ পাবা উঃরেপ মখোংদগ্র.ন যুমলৈমা ( হৌদোং ) চাকথাকমদনে ফমমেন্দনে মাংশোক্রনে অশুম তৌনা নমু যুমনুংদা ইকাই তরেৎ তোপ্না লৈববু ননেম ঐনা লৈফম্নে থংউ, মস্নৌদা ওম্না শিন্নখিএ। পুম্নমক অসি ওসি মথৌদি নুংনোন থাগী লারে লাথুপ পরম কয়াবু পিম্মাইনু নকদা ওম্না তাক্লবনিদো থৌরম থৌপাংববু অকাও পরেনফদেকো। পিয়াইনু হুচিক্তি ননেম ঐগু ইকাইফমদা চংখ্রগে, ইতেক্কমদা তেথরগেকো হুম "হুম"" হুম"" ইবেনধৌ হঞ্জিনখিএ।

নোংমগী কোরৌদা মনেম ইমোইনু লাইরেম্মনা পাইমা হিরিকোল মস্নৌ পিম্মাইনুনা তন্না শংলৌ ( এঞ্জ'ং ) মথেল মচল লাংবা ( থিবা ) হেক-হেক চংপবু মস্নৌগী পাইমা রাখল মুপিওইবগী লিচং হোং

চহন-পথাপ কাইরবরা নত্রগা নাপ শেন্দ্রানবদু ওই অতোপ্পা কনাগী খ্রাখল-না মথামোই উকুহনরবরা চাংয়েংগে পাইমা য়ুংখিঅ অশুম্বা পিয়াইগুনা মনেম ইমাইগু অমদি মপারি চাল্লাম্বনা তরা লুকালেন হাননবা শংলো মখেল লাংব ( খিবা ) চংখিঅ, ( শংলো মখেল লাংবা মকমদি থোয়রল পুংদনে। চিংভা-পুংদগী খাদা লৈবা লমহাং-লমচাওদা পিয়াইগুনা শংলো মখেল লাংখিঅ, ইকোপ খোংপান্দনে। হাইদুনা পুরারি লাই লিক অসিনা থারমই )। খুদক অনুমক্তদা মতাং চারে খল্লহুনা মনেম শকপি ইমাইগু লাইরেম্মনা মাগী মখাইগু মশুনিপা চাল্লাম্বদা তোংশিন্দুনা চালাম্বা মশক ওন্থোকখরে, খাখল ওন্থোকখরে, লমহাংদা পিয়াইগুগী মতুং ইন্নখবে। অমরোমদা পিয়াইগুদি মনেম শকপি ইমোইগু লাইরেম্বগী মতিক মরাই অহকপবু হাপথ্রবনিনা ময়ুমদগী হেক মপাল থোকখ্রবদি হাইবদি মযুম মরালয়াইগী খরাই থোঙাল উৱাংমদগী লমচাও লমহং হেক থোকখ্রবদি 'খাইরেম" হাইবদি ইমা তরেৎকী মখিগুবি ওইনা হেক্তা শাইওন্দুনা চংখিঅ। অশুম্বা মরিগুবী লৈমা খাইরেমা ওইনা শংলো মখেল লাংবা চংপা মতম অদু মক্তদা অশাই ইমোইগু লাইরেম্মনা শাদোংবা মও চাল্লাম্বনা পিয়াইগু ( খাইরেমা ) দা অপাম থুংশি কাইহৌখরে। মতম অদুদা খাইরেমা ওইখ্রবি পিয়াইগু মথমোইহুংদা মপুরোইবা খুমন কাকপা, মনেম শকপি ইমোইগু অমদি মপারিগী খাখলবু মচেৎ অমতা হোংখিহ্রবা অদুগুম্বা অরেপ্পা মথোইনা উনবি মথমোইহুংদা অকপ্পা তাশোন ফাও-অশাওব থমোইগুংদা শরি পান্দোমখিঅ।

খরা মাদি চিন্নান খোক্তনা উনবি নুংদ। ওথদুনা মথমোই থুহ্নম শিংখিঅ, হে "তম্বা ! নহাক্কা ঐগী থমোয় থংদনা নুংশি কাইহৌবদি থমোই তাশোনহহ্নদি তম্বা নংবু নেংমগী কোরৌমা নংবু ঐগী খুদুম চনবা ওম্বা ওইগেকো" ভিংউ অন্নপ্পা মানা থংশনো খোইয়ুম লেংফদবা মানা উশনো খাইরেমা ওইবি পিয়াইগু শরি পান্দোমখিঅ— তম্বাদুবু হমা য়েংলমদনা খ্রা মনাও অমতা তারমদনা খাইরেমা মযুম মোংব ফুরাল খাই তম্মা হলহাইরকঅ শংলো মখেল অমতবু হেক্তঅ।

পিয়াইন্নু মোংৱ মরাল-য়াই য়োৎবগা থোং হেক কানশিনজকপা (চিংউ খোইরুম ময়াই হেক চমখিবা ময়ুম থোংচাও হেক কানশিনজকপদা) অশাইদি শক থংদবা তম্নদুনা মপান্নি চাক্লাম্বগী শকফম হেক ওইনা উরক্লবদা পিন্নাইন্নু পাইমা রাথল ফুম্বংনথরে অওক পায়েনখিত্র মদোম্ব হিং কল্লি মতৌ কৌবমো! ওসি থোক্লিবা থৌদোক অশিদি ইপারি চালাম্বনিনা হাইদুনা পাইমা ফুম্বংনরিঙে মনেম ইমোইন্নু লাইরেম্মানা নাপচিক্লা য়ৱা পাওমেল্লকএ— ইম্মৌ ইবেমা ননেম ঐগী লাংওন থৌদোক কুমেনিনে, ইনেম্না ইম্মৌগী অমোইবু চাংয়েংলে হাইদুনা ইনেম্না ইঙু চালাম্বদা শাদোংবনি, ইমৌ নংগী শরি রাশক কাইক্লদত্র হয়ং তুংলমচন্না মুপা ওইবনা ফনা শাওদুনস্তু মনাই (মুপি) ওইবনা অমুক্তং শিথরকপদা (তেথরকপা/থেঞ্জকপদা) নুপা ওইবশিংবু থুডুম চম্বা ওম্বা ওইরশনো— নোংদমখিখিত্র মতুনা ইম্মৌ নংগী শরি পন্দোমখিববু শক্লবা (ভাকপা) ওইরশনো অতুপা ইম্মৌ নংগী অতোপ্পা শরি অমস্তু কাইদনবা ননেম্না লৈমা তক্লেৎ পুখোক্লে লৈমা তরেৎকী মরিশুবি য়াইরেমবু ইস্তগী তালোই মশক্লক তমবিদুনা ইম্মৌগী শকগ্রবা শরি ক ইদনা ভাকপবু ওইরশনো, অদুভেদা লাইনিংথৌ সনা-মহিনা উম্মা-সনা লৈমবু সনা-মহি মশক্লক তমখিবগা পাংথক্লে হাইদুনা ইমোইন্নু লইরেম্মনা চিংউ সনা নোংদম্বিখিত্র। অস্তুম্না চালাম্বা তালোই তুইন তমগ্রবদা মনেম শকনি ইমোইন্নু চাকয়োংবী লাইরেম্মনা হরাও মথোই কাখিত্র, চিংউ থৌদোক কুমে শান্নবা ফুরম তুথুপ পল্লিং পথাপ কাইরয়োই চিংউ থৌবু লোমগদবা রাংলেন রাইথুংলগনি উথরে। মম্মৌ ইবেমা পিন্নাইন্নুবু ম্লেং হরাও মিনোক্লা মনেম ইমোইন্নুনা তরা পাওমেল্লকত্র— "শেঃ শেঃ পিন্নাইন্নু হুচিক্লি নমু য়ুমফুংদা মনেম ইমোইন্নু লাইরেম্মা ঐনা ইমুং মযুংগী পল্লিং পথাপ যুমপাম্বগী হৌনবী লিচৎ-শাচৎ, রাওাং-শাওাং থমোইবু কোয়ৌ নুখিৎ খুদিংগী চেকশিন্না য়েংশিল্লি হাইবসি নহাক থংলোনোক্লা নমু য়ুমফুংদা লৈরিবা পি-পা অনিদুনা থমোই পাংদিং মাম্লনা নত্তবা ওইদবা রাওাং ভাংদম্নিবা, মিংমং নত্তমবু য়েংদম্নিবা মথৌ শাচৎ-লিচৎ কাইদম্নিবা মথৌ রাওাং

শঙাং চুম্না লৈরিবা মখো হুরাণ্বা চিনখিবা, মীনম্বা, ওইদবা ভাংদরিবা মখো ইকাই মীকাই থংনা লিচৎনহুনা চিংউ খোইযুম থৌদা য়ারিবা অমদি ননেম ঐবু নিংলিবা নমু য়ুমনুংদুগী মফমদা অরা-অনা লৈতবা লৈত-লাইরা অনংবা ওইহন্দেএ চাক্লু লনকুখিহুনা মীশি-মীনা নংহন্দনা চেংকৈ ক্ষৌকৈ থম্না পিদুনা সনাগী মপু লুপাগী মপু ওইহন লেপ্না ননেম ঐনা কুবিএ হাইবশি পিয়াইনু নহাক খংউকো" হাইখিএ। হুচিঞ্জি ননেম ঐনা নমু য়ুমথোংদা চত্তুনা ইচা ইনাই নমু য়ুমনুংবু য়েংশিন্না য়াখোকপা মতম হাইরক্কো পিয়াইনু মুম্না তাওকো—

১। নোংমগী কোরৌদা কোবৌহম্বা মানা অঙাল নাবলম্রাইরকপা খুমন কাইগী ব্রাংলেন য়েরকপদা অমা।

২। নোংমগী কোরৌদা অহিং তাংলৌ অথেংবা চিক্র-চিক্রবা ব্রাংলেন্দা অমা।

৩। অতুগা নোংমগী কোরৌদা অসুক য়েন্দা অওন্না অঙাল পুংদা অমা।

হাইরিবা ব্রাংলেন অক্তুমসিদা ননেম ইমোইনু লাইবেম্মা ঐনা য়াথোক্লুনা চিংউ খোইযুম থৌদা কাইবরা কাইদবরা হাইদুনা নমু য়ুম য়ুমদা চংদুনা য়েংএ। অতুনা পিয়াইনু মতম অক্তুম অসিবু চেৎনা খংউকো চিংউ থৌদা কাইফদেএ অকাও পরৈনফরোইদো পিয়াইগু। হাইরিবা মথক্তা পনখ্রিবা মতম অক্তুম অসিদা নমু য়ুমনুংদগী তরা চেং নিথা পিংহদে অদুগা থাম্নি অচাকপা মৈ নপ্রেগা মৈত্রেং অরাবা নিরৈ হাইহুনা পিক্কদেএ ইমোইনু ননেম পিথোকখিবনি খংউকো পিয়াইনু য়ম্না অসি পাওমেল্লমদুনা মশো পিয়াইনুবু চিংউ শিঙ্খা পাংউনবা পাওমনখিএ, মনেম লাইরেম্মা মাও ভাইহাক অরা পোথাখিএ।

নোংমগী কোরৌদা ইমেইনু লাইরেম্মনা মপারি খুমন মাবু কন্নি করম শাক্লিবগে য়েংদুম ক্ষেংলুখিগে হাইহুনা মপারি খুমন ক্লাকপা মকাইদা মালং খোংনেঙনদুনা য়াংদৌ খোংদোইখিএ। কনা থংহন্দ কনা উহন্দা ইমোইনু লাইরেম্মনা অশুম লাকপনা খুমন ক্লাকপগী চাকশং ক্ষৌশিনথরে। ইমোইনু ইবেনাখৌনা খুমন ক্লাকপগী চাকশং

য়ৌরককপসি কনামতনা থংখি-উখিবা লৈখিদএ মতম অদু খুমন কাকপা আদি পাইখ্রা পিবকনুংদা শেংনখ্রবি পিয়াইনুগী ম্রাথমদা লুপ্রা তরা লক্লেন অদুবু পিয়াইনুনা হৌবা তরা লুক্লেম্নি—মশাবি মনেম মচা মাগা য়েংক-ওইগা ফম তরা চিন্দমননা তরা চাবনি খন্দুনা খুমন কাকপা তরং মানংদা তরা চাথিএ, অদুগা খুমন কাকপা মানা তরংদা পিয়াইনুগী ম্রাথন্দা তরা লুক্লন চাবদ ইমোইনু লাইরেম্মা খুমন পালেম শকপিনা হেক উথরে, খুমন পালেম মমা শকপি ইমোইনু লাইরেম্মনা হি : পারি খুমনসিদি তরংদা চাকতারে মালংদা যুগসিংগী মাংলেদনা হনথরে ।

পম্বুদনা ইমোইনু চাকহোংবি মানা খুমন নাত্তা চংলগা নাপ চিক্লা হাইরকত্র— হাই : পারি খুমন নংবু তাবরা ? পারি নংদি উমৌ পিয়াইনুবু পাম্‌দে হাইদুনা মপামদা খেংদাহনখ্রগা কমিগী খাম, হৌবা তরা লুকলেনবুদি পারি নংগা ইমোগা য়েংকা ওইগা ফমদুনা তরা চিন্দমলিবা । পালেম শকপি নমা এদি খুনে নংগীদমক উকাইজ হইরক্কবদা মপারি খুমন মাদি উগ্রি থকচায়না পালেম মমাগী ম্নরা তাবদা ইকাই খুংশি য়ামখিদুনা তরা লুকলেন চিন্দম্না তমা তোকখিএ, খুমন মরু লুরা খংখিএ, হাইখিএ লুপি-নুপা অনিনা পুম্না তরা-লুকপু চিন্দমুববু তুংলমচত্তা ওাস খুমন এবা ইকাইবা নংখওম নংগুমক্কো খুমন মানা অয়াকপা মিচৈ পিখিএ। থোদোক অসি লৈবনা তুংলমচত্তা ওসি ইপু-ইনানা নমু খুমযুংদা মাত-মনাও পুম্না তরা লুক্লেন চামিমহৌদে হাইরিবা পরমসি পুরারি অসি লৈবনে খংও, খুমন কাকপা নিংথৌগী অমাকপা মিচৈ কংগনিএ হাইবনে। খুমন কাকপা নিংথৌ মানা পালেম মমাগী মাংদা ইকাইবদুগা পাংথক ওইবা ইকাইবা নংএ খংও হাইদুনা পুরারি লাই-লিক অশিদা থাবিরমই ।

মতম অসিদা খুমন পুংদা খুমন নিংথৌ কাকপা মাগী তালোই অচাম্বি তরুকশুবি তানুরোল থম্বাল তোম্বীগা কুমজা থরদি পানওমখিএ, অদুগা নাকল অমরোমদা খুমন তালোই অহম পিয়াইনু শকাদোকুনা থুপকুনা মপারি চালাম্নগা মনেম শকপি ইমোইনু লাইরেম্মগা খুমন পুংগী অথুম্বা মকম অংদা মতম চাপরি—শাক্লোদনা লৈখিএ চিংউ মানা

নহান নোং লাংথোক পুংবু কা—লাংথোকপদা থুবা ময়াম্বী শাবু খোইয়ুম শোইকদবা মানা লাংকাইবদা কাদব ময়াদে শোইকদবনে হাইব চিংউ পরম লৈবনা থোক্তবা ময়াদে খোইয়ুম মানা নোংদমখিবা খোঙ্দোক পুম্নাসিদি হাইবা পরমত্ত লৈরিএ। চিংউ শা-থোৌবা মানা ময়াম্বী মাবু শা-থোৌঙদা খোইয়ুম অঙাইবা মানা মালেম লৈরোমনুং শাক্না পুংদা ময়ারী মাবু শাফাখিবনে অদু নোংদগী চিংউ শাথোৌবা খোইয়ুম শাফাবা অনিনা থোৌশিল্লা থোৌরাংখিদুনা লুহেন-সনা মাগী পাইমা পিবুকনুংবু নুংনাংহনখিএ, তিল্লিগুম ইরিবা, থারাগুম লৌওলহল মথমোই থাপ্পি মৈহৌ মফম শংদনা মচন শকপি পিয়াইগুনা মরোমলোম কনা লৈতে মতাঙুম লাক্চ খুড়ুম চন থুমন মানা তাল্লোক্তুনা থম্বু লোইদাম থাজ করম্বদা খুমন মাগী মথক্তা ইপুংনা তানফংনবা মংশং তানবা ইচনগী লমন শিংবা ওমগদাগে হাইবা রাখলনা তত্তনা মথমোইদা ঈথিল ফাওরকখিএ, ঈথিল অদুনা অহোইননা অগুম অওম কনশ্বংলক্তুনা ফুহেন-সনানা ( ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা ) চাফম থকফম ভূমফম থংখিদরে।

মাংলমচত্তগী ফুহেন সনানা মাশু মপন কুরু চিংখৈ নিংথৌ মাগী থোৌজালনা মতিক ময়াই অহনবা অহকপবু তানফংতুনা মাংফত্রবা "ঈ-শাই-ফু" মাইওইবা মাংফদবা "লিরুং-তেন" বু তানফংদুনা "ফুনাল-তেলহৈবা" হাইদুনা চিংউ খোইয়ুম ওইরম্বদগী নমু ফাওনা লাংওন শাইডনলক্তুনা পোইরৈ লোইচিং লেইম্না ওইবা নমু খুন্দা অহানবা থাম্বি মৈরিং মেহৌফম পোইরৈদা পান্দুনা "লৈতাই-সনা শকথেন সম্বা লাইরেম্মনা" তালোই ওই ঈশাই-ফু মাইওইববু ঈরাং থোৌনিতুনা খুমন মাবু খুহুম চম্মবা ফুনাল তেলহৈবা মাগী খুংগুবু মতিক ময়াই হাপখিএ।

( ফুনাল মাগী লিরুং তেন মাইওইববু মফম কৈদগী মানা লিরুং মাবু শাবনো থোংচি লিরিনা করি লিনো অমদি তেন চৈ মানা মফম কৈদগীনো হাইবা লিরুং তেনগী হৌফম শাংফমদি তোপ্পা লৈরিএ মতম চানা মতাং চানা থাজমকক্কে )। অগুম্বা ফুনাল

তেলহৈবা মানা থুমন মাহু খুদুম চনবা ওয়ুনবা কয়া মিকুপ নাহুম শেন্দুনা লৈখিএ।

নোংমগী খোমলেন মংলানচাদা ফুনাল তেলহৈবা মংগী মচন শকপি পিয়াইনুনা খুদাং পিফম তৈ—ক্বদি ফায়ানা চরৈনদুনা খাম্বি মৈশা-লাং মপুরোইবা খুমননা মচন শকপি পিয়াইনুগী শমলাং খুত্তা য়েংঙ মালেম লৈদা ওয়া থোইনা লৈববু হেক উরকবদা খোয়েন শংহৌদনা মিকপ থোকখিএ, হি: করি মংলাননো ! ইচন শকপি পিয়াইনুবু করম্বা অয়া ভুইদোম লাংবনো নত্রগা মপুরোইবা থুমন ক্বাকপনা লাকচ খুদুম চনখ্রবরা, নুরেল মাবু কক্তুনা খুমন লুখা থানগ্রবরা ? ফারে হয়েং ইনুংবা মানা তৈনা ঙাম্বদা ইচন শকপি মাগী খোয়ুল লিক্লগেদো অতুগা অদুতম্তু নত্তনা অতুঙৈ মৈ:হৌ চিংগী থৌদোক অমদি ইচনবু মরাল লৈতনা তানথোক্তুনা ইকাই ফিরক্কহনবগী মংশং তাম্লবা অরোম্বা লম্বি ফাংলগেদো ফুনাল পাইমা য়ুংখরে অতুবু রাংলেন অদুমক্তদা অদুঙৈগী “শরি পুং” কি থৌদোক-তুবু ফুনাল পাইমদা অমুক খংনিং নিংশিংলকঅ থৌদোক্তুগী মরাতুবু শংশংনন। হৌজিক্তা খোকপক্তম ফুনাল মাংদা নিংশিংলক্র। থৌদোক অতুদি ঃ—

নহানোং মচন শকপি পিয়াইনুনা মপুরোইবা খুমন নিংথৌ ক্বাকপগা নিংঙাই শংদায়-নিংঙাই-চক্র নারেং থাংদুনা মতালোই পিয়াইনুবু মপাম খোংদারো নশক্তু য়েংনিংদে হাইদুনা তাম্লোকঙৈদা নোংমগী কোরৌদং মপাম খোংদাবা শক শরি মাবু ঙাকপা শক্লনবা পিয়াইনু মপাম খোংদাঙৈদা মপাম মকাই (লুরাং নিংথৌ মকাইদা) মবুং শকপা ফুহেন্নগী নাপ চিক্লা তরা রাচানখিবদা মবুং ফুহেন্বনা মচন পিয়াইনুবু য়েংদুনা য়রা পাঙমেনখিএ— শেঃ শেঃ ইচন শকপি পিয়াইনু হৌচিক্তি থুমন মিংথৌ ক্বাকপা মাগী মথুং চল্লি মতাঙুম হুপিবু মখা থাবনি ওমই মওংঙুম কনা লৈ:ত পাম্লোম তিংখিনবা থন থুমন ক্বাকপা মতিং ফুদোক, তৌবা ওমই মতিক তৌবা য়াবা থুদিংমক ইচন নংগী নকাদা থুমন অরোইবা খুং থাখরে:দা ফারু হচিক্তি ইচন শকপি পিয়াইনু নংশু তারোকো নবুং

ফুহেৎবা শ্রীশীশু শরি, চিংউ মানা থংশনো খোইযুম লেংনাইদখা মানা উরশনো ওসি কৌবা কোক্লৌ নোংদগী ইচন নহাক্কী নথক্কা থুমন ক্বাকপা মানা লাকচ-থুদুম চনখিব, ইকাই ফিরুরহনখিবা মরাম লৈতবা ইচনবু মপাম খোংদাহনখিবা অদুগীদমক থুমন ক্বাকপা নিংথৌ নহাক্কী নথক্কা ইচনগী মংগৎ তাপ্পা ওয়ফ্রিক্কাওবা থুমন নফাউদা নবুং দুহেনবা শ্রীগী খোসুম তাপ্পবোইকো। ওসি কৌবা কোক্লৌদা দুহেন-সনা শ্রেনা লেপলিবা "পুং" অসিনা লেপ্পা থংশনো পুং অসিনা লেংদবা শক্তাক পুং ওইনা ত্তুংলমচত্তা মাংদনা লৈহৌবশানা, শরি পান্দামখিএ। পুং অহুব ফুনানা শরি পুং (চিং। কৌথেএ ওসি ফাওবা লেংদনা লৈক্লিএ, শরি চিংনা লৈরিবা নকমন্থু ফুনাল লৈবচৈবা মকাইনে থংউ। খোদোক মক্তা অসিবু ফুনল তেলহৈবা মাগী মক্তিওা শংশংননা মথং মথং উক্লিএ, ফুনাল মরুক লৈদা পুকথদুনা হিং ফুনাল শ্রীদি অশাওবনা লুতোন কাখিবনা অদুওগী শরিবু অকাও পারেনক্কামদনা ফুনাল তেলহৈবা মদোম পাইমা পিবুক ফাথখিএ, মতাং চানা মচম চানা তরা লম্পা ভেমশিংনবগে পাইমা খোইচংনা যুংখিএ।

অশোমদা থুমন ক্বাকপা নিংথৌনা থুমন পুংদা পাল্লকপদা মপারি অমতবু মমোম অমতবু থুমন চাদা নাওদারকক্কবদা থুমন ক্বাকপা নিংথৌ পাইমা ৱাখল হন্থনা লৈবিগে থুমন পুংগী লৈমা তক্কক্শুবি ওাল্লুরোম থম্বালতোম্বিগী পাইমা পিবুকল্লুংদা তাপচিং মরুক হুন-তাওচিং হৈগী হৈমি তমখিববু লোইদাম থাজ অহুম ক্লাইরক্কে হাইবা মরশিবু থুমন ক্বাকপা নাপদা হেক তাবদা থুমন পুংদা কোক্লৌ লুমিৎ তাক্লৎনি চুপ্পা থুমন মচা মনাইশিং হয়াও মথাই কাখিএ। অগুন্না কংলৈ মপুংফাইদা থুমন মচা মনাইশিংনা হরাও মখোই কা তরুং হৈরাং থক্কা তাওমবু পোইরৈ অতাম্বদগী থুমন পালেম শক্পি ইমোইমু মাইরেম্বনা থংহৌদনা উরকখিএ, তম্পা মপারি থুমন মকাইদা মালং খোংনেৎনহুনা নোংমদোল থক্কগী তরুং মপাও লাওনক্লে—

হেঃ পারি থুমন ক্বাকপা নহাক্কি থুমন পুংগী লৈপাক খোবু অকাও পরৈনা থাংমুথক্কী ঈথক ঈরাং তরুং থক্কা তাওথরদো,

অশুম্বা তিম্বা চাম্বা মরুপ অনিনা রেংখিনরকপদগী মাপী মাপী মতিক মপ্পাই টংথোক্লদুনা তরং তেনকাপ তম্বা লম্বা পাম্বা হৌখিত্র। অশুম্বা পোইরৈ অতাম্বদগী খুৎশু তেনকাপ্পা মাজংদা চাইনথোংগ্রেন হানজনদি খুমন মাবু খুদুম চম্বা ঙম্যাংলরোই থংলকদা ফুনাল তেলহৈবমা লুমাং শম্মাং তারুল রৈনা পুন শম্মাং মাবু চেৎনা কিশিকি খাংদা চরৈ মাবু নপ্পা ( কৌনা ) শেং খুবোম মাইবু পুন খুজেং মাইবু চেৎনা পুন খুৎশু লিকুং তেনবু নাকল লিখাওনা মান মরিং শাখং মাংবা নহা শাকবা মাংবা নহা পাচুম্ব শাদুনা খুমন মকাই নকশিন্না তুথুক তুরিন তু-থেক লোইবি লোইরা অমগী মতা-ফবা লোকমাইদা লোৎনা-খুপ্পা খুংখিত্র। মরম অদুদগী ফুনাল তেলহৈবা মানা খুমন মাগী শম্মা শম্মা শকচায়া তরা লম্বা পাডুনা খুমন মাবু খুদুম চনপে পাইমা য়ুংখিত্র। তাজা লুমদুনা ফুনাল-তেলহৈবা নাখেদুনা লৈখিত্র।

লোংমগী কোরৌদি ফুনাল-তেলহৈবনা খুমন মাবু ওয়ে ফাদুনা ফুনাল ইথুৎ চনজগে ফাবা ওমত্রে খুমন মাইবি চাইরগে থন্দুনা শাম্বা পাম্লবা চিখোং-চি-মা হেনবা "শামোক" লাবা ওইনা শাইওন্দুনা খুমন মকাইদি লান্নিনা খুমন মনলুপ-মনলুপ্ত তাম্ন-তাম্নতুনা রাইবা তাম্বা হৌখিত্র, অশুম্বা ফুনাল তেলহৈবনা শাইওম্বা শামোক লাবদুনা খুমন শংলোপ পমাম্লদা চাবা খুমন মনলুপ মনলুপপু তানথাইদুনা রাইবদি মাদা পোইরৈ অতাম্বদগী খুমন তাওদনবা মানা উবা ওমখিত্র, হিং কয়রি মতৌবু কৌবনো। মাদা পোইরৈ অতাম্বদা চিখোং-চি-মা হেনবা শাম্বা পাম্বলবা শামোক অমনা খুমন মনলুপপু তাম্না তাম্নদুনা রাইবিরেনা খুমন মনলুপ কয়া অশোক অপম নংথরে খুমন মনলুপ কাইরুনা চেনলে হিং লাকচৈদা শরিশোঃ মরা অসি হাইবগা লোইননা খুমন তাওদনবা খুদক্তা ওাইওমখিদরে কাওরেল চিহেন্না শাম্বা পাম্বলবা অমা ওইনা শাইওন্দুনা অশাই পোইরৈ অতাম্বদা খুমন কাওরেল শলুপ চাইথাইবা মাইকে তম্না খুনিং খুমাং হোডুনা চেনখিত্র। শোয়দা খুমন তাওদনবনা কাওরেল মন ওন্দুনা খুনিং খুমাং হোৎতুনা চেনজকপদি ফুনাল তেলহৈবনা শামোক ওন্দুনা খুমন

থুংলবা ভাইহুনা লৈখিরে— অদুগা তাওদনবা মানা নকশিল্লক্লবদা ফুনাক মাগা তরা লম্বা পাখিরে, ফুনাল-খুমন অনিগী মরম কুইনদগী পাইমা স্নংদা ওমদুনা চঙ্করকখিবা অশাও খাঙ্গিবু অহাপ্পা তাংবম ওইনা খঙ্গি মৈরি থোক্লা চাকখিরে, শামোক-কাওরেল ওইনা লাংওন-খিবনা মরা ওইনা ভাংনবদি মাদ মিৎক-মিৎকা চামদুনা ঈ-ওম্মা ভাং অরোইবা খোংফম্ন মতাওম পাঙ্গলবা অনিনা অপাকপা পাংকী লমহাংদা চাইন-খোংদ্রেন হা-নখিরে। অদুগা কোরৌহুগী নারল রাইরকপদা শামোক মাগী হৈনবী ওইখিহুনা শাগী চিখৎ হেনখিহুনা কাওরেল হন্দুনা চেনবা তাখিরে, অমরোমদা পাংকী কফুংলক্লা কাও-রেল পাঙ্গল থোকপা, মাখিদরে খুমন হন্দুনা চেনখিরে ( চিংউ শরি লৈখিবনা অচৎবা কাওরেনবু শামোক্লা তানখিদরে ) অহানবগী তাংবম মক্তদা ফুনাল তেলহৈবনা খুমনবু থরা লাকচখিরে, অদুগা ফুনাল তেলহৈবনা পাঙ্গলবা শামোক ওন খুমন তাওদনবনা শাম্বা পাঙ্গলবা চিকথোং হেন্না কাওরেল মন ওন্দুনা চাইনা খোংদ্রেন হানবা থরাই পোম্থা ওইনুহুনা রাইনখিবা মফম পাৎ-খোংবান অমদম অদুবু ফুনাল খুমন অনিনা শামোক-কাওরেল ওন্দুনা রাইনখি হাইহুনা "রাইরেন পাৎ" কৌখিরে রাইরেন-পাৎ তুংলমচত্তা মাংফদ্রবা মিংলেন ওইরশনো হাইখিরে, চিংউ শরা অসিবু লৈখিবনা ভসি ফাওবা পাৎ মাবু লেংদনা লৈরিরে, রাইন-পাৎ হাইরম্বদগী তৈথরক্তুনা লমলেন "রাইথৌ পাৎ" হাইনখরে। হুচিক ফাওবা শামোক কাওরেল অনিনা চাইন খোংদ্রেন হানবগী ফিং ফি: লাওবা মখোল নোংখি নোংমংবদা তাবা থেংনগনিরে হাইবা রাফমশু লৈরিরে, মহ পাঙ্গলবা অনিগী মী.রলনে হাইহুনা পুরারি রাই-লিক অসিদা থাবিরমই।

খুমন তাওদনবা মরাল-মাইদা হল্লকপদা মথমোই থাম্বি মৈ হৌথরে তরা চাক্লেন চংখিদরে রেক্ৰবা ফুনাল-তেলহৈবা মানা লাকচখি ববু খল্লু-খল্লুরগা মমোই থাম্বি মৈরি থোক্লা চাকখরে। খুমন তাওদনবা মানশু মাগী তালোইদশু রাকম অসি থংহনখিদরে। ফুনাল-তেলহৈবা অমদি খুমন তাওদনবা মদোম মদোম চত্তুনা তরা লম্বা পাব.ন মরমাই

মরম্মাই ওইবা শ্লেক্কবদা শরি পশেমদুনা অংশং তানগে তেঙ্গশিংনবনে হাঙ্গদুনা পুরারি লাই-লিক অসিদা থাখিরমই।

অনিশুবা তাংখয় ওইনা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা অমদি খুমন নিংথৌ তাওদনবা অনিনা লমলেন লমহাং লমচাও পাহ খোংবাল অমদা অমুক্কা অনিরকশুবা ওইনা চাইন-খোংদ্রেন হানখিঞ চাইনা-পুংবু থোনখিঞ। মফম অদুবু "অকাম পাহ" হাইদুনা কোলোই মিং থমখিরমই। মফম অসিদা ফুনাল তেলহৈবা মাগী খুমন মাগী চাইনা পুং থোন্দুনা চাইন খোংদ্রেন হানবদি পহ্বা মাদবা মাফম কয়া লৈবনা পজলরে। অশুম্বা নাতে তুবং শমতুনা লাকপনা অহনলক শুবা পস্থেংদা লোক্তাক ঈরেল পুং লোক্তাক ঈশাই মাপল ফাংবদা অমুক্তা খুমন নিংথৌ তাওদনবা অমদি ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা অনিনা তেঙ্গশিংনখিঞ।

মতম অসিদা ফুনাল তেলহৈবা মাগী খুংশু থাংলেন অথৌবা হস্তা লৈতবা মথৌ অহনকপা খুংশু মাবু থুদুম চেৎনা পাইদুনা খুমন তাওদনব মাবু থুদুম চনগে ( চংনা ফা.ল ) ওমদ্রগা থুমন লালু চোমাই লৌদুনা ফুনাল লুখা খানগে পাঙ্গমা যুংনা লেপতুনা নাথৈদুনা লুমতুনা থুমন নিংথৌ তাওদনবনা লাঙ্কদবা লম্বী লোইবি লোইয়া অশুকপদা লৈখিঞ। শোয়মা খুমন নিংথৌ তাওদনবা মানশু ফুনাল তেলহৈবা মাবু নমতুনা ফলগে মঙ্ক্রিলা ফুনাল লালু চোমাই লৌ থুমন মপু মপাগী লুখা খানগে খন লোক্তাক ঈশাই মাপল ফাংবগী লোইখি লোইয়া অশুকপবু থৈদুনা লাকপা, খুংশু তিমেন ক্লাইওইবনু মতাংচাম্রি খুং থাদ্রিঞ মতম অসিমক্তদা ফুনাল তেলহৈবনা অশোংবা নারক্কগী চোংথোরক্তুনা খুমন নিংথৌ তাওদনবগী শমু মাংমক্তদা খুংশু থাংলেন অথৌববু খুদুম চেৎনা পাইদুনা খুমন নিংথৌ তাওদনববু খোংদুনা মরা মপাও লাওরক্লে— তাও তাও হে: খুমন নিংথৌ তাওদনবা ওসি কোরৌদি খুমন নহাক্কী অরেইবা রাংলেন ওইরেদো ইচন শকপি পিয়াইদুবু মরাম লৈতনা মপাম খোংদাহনবগী লমন ওসিদি শিংখা তারেদো খুমন মাইখি থারা কিরগা ইচন মফাইদা হাইচৌ খুমন মাইখি কহিগে,

হাইরক্লবদা খুমন নিংথৌ তাওদনবনা য়ৗরা মপা চানা লাওরকই—তাও তাও হে ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা নতিং খোক্রা লনাওরিবা খুৎশুনি পাইক্লিবা থাংজুরু খুমন তাওদনবগী ইমাংদা ময়া অংথৌবনু পরেহনখিনি কাম্লদবা খুৎশুদুম ওইলনিঐ, ফুনাল নংগী খুৎশুনা খুমন লুরেল ককপদি মতিক ওইদেঐ, খুৎশু থাংজুরু য়েংদুম য়েংথো অমুক্তা—য়ৗরা মপাও লাওরকঐ— ফুনাল তেলহৈবনা য়েংদুম য়েংগে খন্দুনা খুৎশু মাবু হেক য়েংউবদা খুমন তাওদনবা মানা হাইখিবা য়ৗরাবু চুম্লবদা ফুনাল তেলহৈবনা মাগী খুৎশু থাংলেনবু থৌদু নুংঙাই পোকপিদা চংদুনা থৌদু নুংপোকপি নুংশৌবিদা নুংবি নুংলেন-নুংখল তরেৎ মক্তা ফুনাল খুৎশু থাংলেন মাবু ফেংখিঐ। অশুম্না থাংফেং শংদা চংদুনা (থাংজম) থৌজু নুংপোকপি; নুংপোকপা; থৌদু নুংশৌবি; থৌজু নুংলেমা; নুংঙৌ পোকপি; নুংমু পোকপি; থৌদু নুংঙাইপোকপিদা খুৎশু থাংলেন মাবু ফুনাল তেলহৈবা মানা ফেংবদা থাং-ফেংবগী কোঙোল লাইজ ঈরিক্লা থাংফেং শংদগী (থাংজম) লোক্তাক ঈশাই-মাপলদা চেক্তরবদা এমৌনখিঐ, (মতাং অসিদা থাংশাক্ষম (থাংজম) থাংগুফমগী লাইচ ঈশিংদি এমৌনেঐ (মাংঐ) শিজিন্নবা য়াদেঐ হাইবা পরমবু ওইখিঐ। ) অদুগী মতুং থোকপদা ফুনাল তেলহৈবা মানী খুৎশু থাংলেন মানা লাইচ ঈরোল-নুংদা অমুক লুপখিঐ, খুৎশু থাংলেন মানা লাইচ নুংদা চেন্দুনা হংকৎ হন্দানখিঐ, অমুক্তা খুৎশু থাংলেন মাদি লাইজ-নুংদা লৈফরোইঐ চিংউ লাইম্লাম লৈঙমলোইঐ হাইদুনা খুৎশু মাবু মালেম থক্তা হম্না কাহল্লকখিঐ, মফমদি থাংকা-ফমদনে লোক্তাক ঈশাই-মাপল ফাংবদা থৌদু নুঙাইপোকপি ঈচিন্দনে থংউ।

অশুম্না ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবনা খুৎশু থাংলেন ফেংখিবা মফমবু "নুংফেং খুন" কৌখিঐ, নুংফেং খুন্দা ফুনাল তেলহৈবা মানা খুৎশু থাং ফেংফম নুঙাই পোকপিদা থাংফেং শং (থাংজম) লৈবনে নুংবি নুঙাই তাবনে পুং অনিগী কাম্লক্তা খুৎশু মানা কাখিঐ খুবম লৈবনে মফম অতু খুমন মাগী অম্লাকপা মীচৈ চৈনা ফংখিবা মফমনে। ফুনাল খুমন অনিগী খুদম লৈবনে। নুঙাইপোকপিদা লৈবা চিংউ মতিক

হকপা মুংনিংথৌ মাদি চিংউ থোইয়ুমদি মতিক অহেন্না "নোংপোক অরিবগী লাংওয়ে" চিংউ নোংপোক অরিবা মাগী মকাইদা নিংথৌ তাওদনবা অমদি ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা অনিনা থৌদোক কুইম শান্নদুনা চিংউ মপুরেল কুক্ক মাগী মম্লাথং থৌ-পাংলবনে হাইনা খংউ। মফম অসিদা খুমন ফুনাল অনিগী তন্না লম্না পাবুসি অহুমলক শুবনে।

অসিগী মতুং থোকপদা ফুনাল তেলহৈবা মকাইদা হল্লকখিএ অদুগা খুমন নিংথৌ তাওদনবা মাশু খুমন পুংদা হন্দুনা তন্না লম্না পাননবা খুংসু তিমেন ময়াইওইববু ফোংখিএ। মতম অসিদা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা উন্নি থামোইদুংদা খুমন মানা লোক্তাক ঈশাই মাপন্দা চাইন পুং থোনবদা, শামান লেংমাম্বা অনিনা চাইনা থোংদ্রেন হানবদা, খুমন মানা ফুনাল ইখুংশু থাংলেনবু অয়েন্না তাহনখিবা লাকচ খুদুম চনখিবা তাংজ মাইখুনহনখিববু থল্লুবদা উন্নি মথমোই-সুংদা নিংঙমদবা শান্নি মানা ওমচাক্কনুনা লৈখিএ অত্তম্না ফুনাল তেলহৈবা হন্দক্কী লানফমদা খুমন ময়াইবি লৌননবা ফুনাল ইখুংশু অথৌবা মাংফদবা খুংশু লিক্লং তেনবু খুংশুনরগে মতৃতনা খুমন ময়াইবি চাইঙমগনি পাইমা যুংখিদুনা ফুনাল তেলহৈবা লৈমরেল ঈশাই-ফুদি ময়াইওইবা "ময়াইফুরেল" খুংশু তেনকাপ শকয়েং-ফু লিরি তেনকাপ পা-চুমফম চিংখৈ নিংথৌ ময়াইফু লাংপা মানা খুংশুনরম্না ইমা লৈমরেল ময়াইফু নাক্তা চংদুনা ঈরাং-থৌনি তৌখিএ। ফুনাল খুংশু তেনকাপ অমতনা খুমন ময়াইবি চাইদুনা ফুনাল খুমন অনিগী লানফম লোইরগে খন ঈশাইফু লাইচ ঈমাই অচোনবদা মেং লিরি তেনকা-থোং তন্না কনাগী লুরেলবু হান্না ককশিগবা খনলিঙে মতম অসিমত্তদা মফম ইথং খংহৌদনা ইমা লৈমরেল মানা শাদোং ওইবা খুংশু শকয়েং-ফু ময়াইওইবা মঙোন্দা তন্না খুংশু তিমেন অমনা তরং থক্কগী মালং থোংনেহনা পাইশিল্লক্তুনা ইশাইফুগী মঙকশমদা থাবদা ঈশাইফু মাগী মঙকশম কাইদুনা মচেং অমা পাইথোকখিএ, তাংবম নাইহনখিএ, চৈবি-চৈনা পিখিএ। ইমা মানা অশাও থাম্নি মেহৌদুনা

খুংগু তিমেন মাবু ফাখরে পলেম ইমা মাগী নাক্তা খুংগু মাবু তাখোক্তগী তাচিন নানখোক্তুনা তাহুনা লৈখিত্র। খোঁদোক অত্তুবু উরুবদা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা মানা অখং পরেনা মরা মপাও লাওরকএ— হিঃ তম্বা কনাগী তিমেননো চিংউ খোইয়ুম কনানা ফুনাল তেলহৈবা ঐবু লংন পরে-নবরা নত্রগা নমু মীতম অথোইবা কনানা লাকচ থুদুম চনগে তেমশিং খুংগু তিমেন থাম্বরা মরা ফিকৈ শেংবা মতম মৌরেনা হাইহুনা তিমেনা লাকপা মাইকৈ ওন্না মরা মপাও লাওরকএ, ভাইহাক ব্রাংলেন তিমেন মানা তাচিনগা তাখোক্তা তোঙান-তোঙান তাদুনা লৈববু য়েংউবদা শাইওন লাংওন চাওবা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা মানা তাগী তা-শক থংখিত্র মরা মনাও তাখরে— হিঃ তি-মেন অশিদি অতে কনাগী তিমেন নত্তেনা তিম্নবা মরুপ্পা লাংথাকপা চিনবান খোইহি তৈওম্বা খুমন নিংথৌ তাওদনবা মাগী খুংগু তিমেন মাইওইবনিনা। পলেম ইমা লৈমরেল শিদবি মাগী শাদোং ঈ-তাপুং ইশাইফু মাইফুরেল লুরেলদা খুংগু তিমেনা তেম-খেং-পি, চৈবি, চেথেংনবদি অরাইবা মরাদি ওইররোই হাইরিভে মালেম লৈশেম্বি ইমা লাইরেম্বী মাদি পান-থোক্তা ঈ-পান-লাংখিত্র ( মশামক খোরক্তে ) মপারি খুমন তাওদনবা মাবু অকন্না-অম্নাকপা মরানা তেমথেং পিখিত্র, মপারি ফুনাল তেলহৈবা মাবু তরা শিংকোনরদুনা মরা চিনকোইনবক্তে :—

''শেঃ শেঃ পারি ফুহেন সনা!
ভসি খুমন তাওদনবা মানা
শামান লেংমাম্নবা মশেন্দা
খুংগু তিমেনদি থাদহুনা
নমা ঐনা শাদোংবা
ঈরেপ পুংদা ঈতাবা
ঈ-তাপুংদা ঈরেপ্পা
নমা ঐগীদি তুংনক্তম-ঈশাইফুদি মাইওইবদা
খুংগু তিমেন থাহুনা মমা ঐবু

তাংখম পি ( শৈনাইহন্বা ) চৈবি চৈথেং পিব্বদি
মশাগী থুহশুনা হন্দুনা মশাদা তাংখম পি
চৈবি চৈথেংনবা ওইয়ুকো
অদুনা নমা ঐঙোন্দা চৈবি চৈথেং পিদুনা
লংজখিব্বগী অরাই অথুম ওইরশনো”

ওসি নমা ঐনা হাইখিবা য়ল্লাশিংবু য়ল্লা লেম্না মাংফদবনু ওইরশনো হাইখিঐ ।

অদুগা অতোপ্পা য়ল্লা শোইফদবা অমনা ওসি থুমন তাওদনবা মামা নমা ঐনা শাদোংওইবা ঈশাইফুবু তাংখম নাইহনবগী য়ালহৌননবা মথৌ মওম য়াংলেপ্না পরমবু পারি ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা মকাইদা তাকপিখিঐ— য়ল্লা অতপ্পা অইংখনা মপারি ফুনাল তেলহৈববু মীকৌনদুনা হাইরকই— পারি নংবু নাপ্পা চংখোম্না তারোকো—

শারি নহাক্না নমা ঐগী শাদোং ওইবা কাইদোং ঈশাইফু মাবু তেখক্লো নৌনা অমুক মালহৌনদুনা নমা ঐগী থক্লাই য়াইবিবু হাপউ-লৈকং-লৈহুন তম ইপারি ইমোমশিংনা পেন লিক্লোল ছৈশক ছেখারকউ, নমা ঐবু নাওথেখলকউ পঙ্গো কুরু মাবু নাওথেম্নকউ নমা ঐবু তেখথেংনবদি কুরু মকাইদা লংজরকপনি কুরু মাবু নাওথেমউ হাইবনে । মদু তাবদা ফুনাল তেলহৈবনা পালেম মমা য়েংদুনা য়ল্লা হয়া পাওহংখিঐ—

মপন পঙ্গো কুরু মাবু ছৈশক শেখাদুনা নাওথেম্নদি করি হাইনা ছৈশকপদবনো পাওহংলক্লবদা ইমা লৈমরেম্না মানা ছৈশকখিঐ— নপন কুরু অতিংকোক মরু শিদবা মানা লমহৌরকপদি মদোম মনা য়াওদনা লমহৌরকপনে কুরু মদোম্না মালেম মাবু লৈশেম্নবা হোৎনবদা ওম্বাংলকত্রবদা পলেম লৈশেম্বী তেংপাংবী পি ওইবি কুরুগী থৌদি মতেং পাংবি মুংথেং লৈমা মাবু কুরু লাংপুমদগী পুথোক্লেদো মদুনশু মদোমদরে মালেম পুবি লাইরেম্মা ''লৈশাং-লৈমা'' মাবুশু অমুক্তা কুরু লাংপুমদগী অমুক পুথোক্লে অশিনশু অমুক মদোমখিদরে পি ওইবি মৈতোন মৈরি লাইওম্বি মৈরি-লিশাংনবি ইমোইমু লাইরেম্বীমু

অমুক্ক পুখোক্কে ক্কুক্কনা মালেম নিংথিববু শেমখরে মালেম পুবি ইমা লৈশাহ লৈমা মঙ্গন্দা মনেমগী অক্কপ্পা পোৎলুমু শিন্নখ্রেদো মপারি অহুম পুখোক্কে মঙাং, লুবাং, থুমন মিংথোনখরে অমম্-অঙাল নাইহক্লে নিংথিবা মালেম্বু লেপ্পা মপুং ফাহনখরে তু-তৌরে খোং-তৌরে তু-তেংলে খোং-তেংলে চিংউ কুরু মপারি মাপল পুখোক্কে তালোই তরেৎ পুখোক্কে থৌসোক কুইনশান্নরে শরোই-ঙারোই পোকখরে শা-ঙা, তিন-কং, উ-রা, নাপি-পিংবি, মরূন চামা-চানা শেমখরে নমু পাদম লাক্কখরে মপোক লোংদমে তিনখুং-লাইথুং শেমখরে অমাইবা-অমাইবি পুখোক্কখরে নমু অশি লোংদমু লাইনিংথৌ নমু সুমচংখরে মী-মাই অনিগী অপুম্বা নিংথৌ ওইখরে, পাখংবনা লৈপাক নিংথৌ ওই নমু মীগী মপু মপা ওইদুনা চিকংকান নাচক্কেন্দুনা কুরু তাংপল রাংথোইবনু কোন্দুনা লৈখ্রে অশুম্বা কুরুনা লোংদমখিবা থৌরম কম্নাবু ছেশক ছেংখাদুনা কুক মাবু নাওথেম্লকউ কুরু মানা পেন্নিগদনে অসিনও মদোমদরিএ নপন পাস্ত্রী কুরু মানা নমু মীতম ওইবগী মাইওইবা তাইরেল নারোংবা পুংফাই পুম-মাই, ফন-মাই ওইবা নাপু-নাশেন, উ-রা ঙম্না মাওহন্লু নাহাই-ও। চাইথোকউ খিকতোকউ ফন্ত-হাওদিবা পুম্বু ঙম্না মলাংহৌনহন্লু। থোদোক অসিবু অকাও পরৈনক্করোইএ পারি যুহেন্বা থৌরম অসিবু তুংলমচত্না চিংউ থোইযুম ঈরাৎ-থৌনিদা চাম্না চিন্না মাওহন্লু কুরু মানা চাম্না লৌএ থংউ হাইখিএ পলেম শকপি ইমা মানা।

কুনাল তেলহৈবা পলেম শকপি মমানা তাকপিবগী মরা মতুং ইমা চিংউ থোইযুম ওইবি পালেম মমাগী থৌসাংলবদা অশাই মমাগী মরা মতুং ইমা কুনাল তেলহৈবা খুংগু লিক্রুং মাবু খুত্তা পাই তেনখাওদগী খুংগু তেন-চৈ অমা শৎ, থুমন তাওদনবা মানা খুংঙনরক্কপা মখোক নানথোক্লুনা ঈশাইগু মনাক্তা তাকুনা লৈরিবা তিমেম তা-চিন অসুবু তেন-চৈ মতোন্দা হন্না অমুক তক, কুনাল তেলহৈবা লিক্রুং খোংচি নাতান থুম্না চিং খুমন নংগী নকাইফমদা খুমন নখুংগুবু অমুক হন্না হল্লবনি পালেম ইমা মাগী মরাদি লেম্না

মাংফ.দগী ফুনাল ঐনা থুংশু ব্রিকাপ্পবা নত্তেগ্ গলেম ইমা মানা হন্নে ঐনা হন্ন। নত্তেগ কুরু ইগা মানা থুংশু মাবু মকাইঙমদা হন্নে হাইদুনা লাওতুনা খোংফম অমা মা.লম থক্তা থিন্দুনা থুংশু তেন মাবু থাখিগ্, ফুনাল তেলহৈবা ম না অশুগা ফুনাল তেলহৈবা থুংশু তেনকাপ্পা মাপী তেনচৈ অসিনা কোরৌ মরেপ তান ব্রাংস-মালং খোংনেংনখিদুনা হন্না অমুক মালেম লৈদা পাইথরক্তুনা থুমন পুং ম্নৌবা পাইশিনকপনা থুমন তাওদনবা মাগী মোংবা মরালয়াইদা লৈরিবি থুমন তালোই তরুকশুবি ভামুরোল থম্বালতোম্বী পিবুকমুংদা তাওচিং মরু তুনখিববু থাবুম তরুকশু পাইমা মুংগী নমু মীতম মানা হকছাং কয়াং তম্মদুনা নমু মীতম মপুং ফারক্লবি থুমন তালোই ওইবি মহাক্কী খোইদৌ মকুদা অশাইগী থুমন মথুংশু তিমেন তা-চিন লুক্তুনা ফুনাল তেলহৈবনা কাপলকপা তেন চৈ অতুনা পিবুকমুংগী নমু মিতম ফাওদুনা থুম্মা মৈতুনা থাখিগ্।

থুমন তালোই তরুকশুবি ভামুরোল থম্বালতোম্বী তেনগী চৈনা থাংবা ভমদদুনা পিবুক মুংগী নমু মীতমগা কোম্লনা তুনা লেংলিবা তেন-চৈ মাবু শংগা ভমদনা মালেম লৈদা মৈদুনা তুখিগ্। মফমদি লুব্রাং খোংনা থুমন মকাই পুং ফাওদুনা চেনখিবা থুমন মাগী মবুম শম্লাই শুমাং খেলোং মচিন্দনে ঈগী ঈ থং চেনথরকপবু থুমন মক ইদা ঈভাং পাক্লা ঈমু পানক্কম্লববু থুমন ঈভাং ইখিল পন কৌখিগ্ থুমন পুংগী নাওতু খোং ঈচিন্দ.া। থুমন তালোই তরুকশুবি মানা পিবুকমুংদা নমু মীতম মপুং ফারবা নত্রা মাগা তুনা তুখিগ্ হাইবগীদমক লুব্রাং-খোং মানা থুমন মকাই ফাওতুনা চেনখিবা থুমন মকাই হেক মৌবদাগী খোংগী ঈচন্দগী লুব্রাং-খোং মাবু 'থুমন নাওতু-মরিন'' ''থুমন নওতু-খোং' হাইদুনা মিংথোনখিগ্ তুংলমচত্তা .থীদোক অসিবু মাংফদবা ওইরগনো নোংদমবিখিগ্। ফুনালগী তেনগী ওতনা তুগী হপুং যোনভমখিগ্ হচিকশু তু পুং হাইতুনা থুমন পুংদা লৈরিগ্। থুমন নিংথৌ তাওদনবা অভাও পরেনখিগ্ মতাঙোই অচাম্বী ভামুরোই থম্বাকতোম্বীবু মালেম লৈরোম্ন চনখিগ্ ( ফুমখিগ্ )

অশুম্বা লৈরোল চনখিবা ( ফুমখিবা ) মফম অহুবু অশুম অশুম ঙাংখৎলক্লুনা হুপুং হাইনা মিংথোনখিএ হাইনা পুরারি লাইমিক অসিদা থাবিরমই। অতোপ্পা রাক্ষস অমনা খুমন নাওকু-খোং হাইবসি পরম অনি থোক্না থাবিরমই, অহান্বা পরমদি মথক্তা থাজখরে অদুগা অনিশুবা পরমদি তুংদা লাকখিগনিএ, মতাং চানা ময়েক শেংনা থাজরক্তে অশুম্বা খুমন নাওকু খোং মরিন্দা হচিকফাওবা খুদম চাংদম লৈরিএ। নোংখি নোংমংবা, অথেং অমম্বদা মফম ইখং খংহৌদনা ভুপিনি ভুপানি থংদবা মফি মরোল য়াওদবা অমা খুমন নাওকু-খোং মরিন্দা হেক হেক খোরকপনে মদু অতৈ কনা নত্তেএ খুমন তালোই মাগী থরাই মিরেলনে হাইদুনা থাবিরমই। খুমন পুংদা কুনাল তেলহৈবা মাগী খুৎশু তেম্বা থাদুনা খুমন তালোই তরুকশুবি ঙাক্নুরোল থম্বালতোম্বীনা পিবুকলুংগী নমু মিতম চংথোন্নপা। কোম্নুনা তুনা য়াইবি চাইখিবা য়াইবি অনিবু মাংখিবা অসিদা পুরারি অমত্ত অমুক থম্বিরমই পুরারি অদুগী অশুপ্পা য়রাদি খুমন মাগী লাংওন থৌদোক কুয়ম শান্নবা মতমদা নমু মীওইবসি অপোক নোংদম্নে হাইবদি নমু পি-ওইবিগা নমু পা-ওইপগা যুমদিম্নতুনা ( পাম্নতুনা ) নমু পি ওঈবগী পাইমা পিবুকলুংদা তাওচিং মরু ভন হেরাং হৈমি তম হৈরাং মরু মাবু থাবুম তরা তরং ঈপুমলক্তা ওম ঈগী ঈপুং ফা নমু মিতম লাং মীতম মানা পি ওইলিগী পিবুকলুংদগী মপুং মরে ফাদুনা পান ফাওবক্তে নমু মী পোক্তে অপোকপদি নোংদম্নে চিংউ থোইযুম ওইবাশিংনা নমুশিংবু নমদুনা শিন্দুনা যুমদিম্নহল্লে অপাম ভুংশি চাদা নাংদা তম্ববিথ.র থৌপুবদি নোংপোক্তে লাইরেম্বদি অপানথোইপিনে। নমু মী য়াম্নে কুরুনা হুইএ পারিশিং নমু মী পোক্তে নমু মীশু মানে ওতিক্তি কুরু মথো মভম পাংবা মতম মোরে নমু মীবু অপাম ভুংশি শ.মাম চাদা নাওদাহল্লু কৌউ শিংউবা তম্বিযু পারি অহল নহাক্সী নশরুক্তে নমু মীবু যুমপানপা শাহম লানফম চাদা নাওদাবা যুমপানলোল তুথুপ চৎন পথাপ তাকপি তম্বিযু থৌপুবদি পারি খুমন পুরেল পাথংবা নমু লাইরেম্বী সনরেম্বী মোথেন সনানে।

অচুম পরে, থুংশু রাম্নেন পথাপ পরিং কাইদনবা তম্বীবু —

থৌদ্ভবদি মাংপুরেম্বা খান্না চাওবা মদাইনে হাইখিঞ। মপারি ময়াম্না কুরু থৌদা পাংখিঞ, হুচিক্কি নমু মীতম অথোইপবু অসি নোংদম্লবা, অমম, শিঙ্গম্বু ঙম্বিদবা মাদরে অতুমি করম্না নমু অথোইপবু অসি নোংদমহন অমম, শিংঙ্গমম্নগবনো পাইমা মুংশংলে কুরুনা হাইঞ নমু মীতম অথোইপগী ইবুম অসি শিগদম্বু নমু মীতম অথোইপগী শমু মহুকছাংদি কুরু ঐগী ইংমনে ইবুম মাবু শিথরবদি নপন কুরুনা ঐখু লৈবা মারক্তোই অদুদি নমু মীগী ইবুম অসি মচেং মচেং কিন্থহল্লু কুরুনা মপারি লাইমামদা হাইখরে মাম্না অসিবু তারবদা কুরু মপারি অহন অশিবনা পাওহাম্লে হে: পম্ভৌ-ও! নমু মীওইবা অথোইবনী ইমুস্থ করি করম্না মচেং মচেং কিন্থহনগদবনো? কুরুনা মপারি অহম্ন তেংদুনা হাইখিঞ— পারি সনাহল নমু মীতম অথোইব; পারি লাইমাম নংথাই মপাম্না নংগী নংগী নতিক নম্নাই অকিবা, অংকপবু পুংগাফুনা ঞকিবা শকুম্বু উত্তুনা অকি অখং নংহল্লু তিনথুং লাইথুংনহল্লু নমু মহুকছাংবু মচেং মচেং কিন্থহল্লু হাইখিঞ। তিনথুং লাইথুং ম্লেংখিঞ, অসিদসু নমু মাদি অশি নোংদম্বু মাদরে নমু হুকছাংদগী শমু মহুকছাংবু পুবা চিংউ লাইমাম থোকউ হাইবা মাখিদরে অতুমি নমু মী মাদি তিনথুং লাইথুং ম্লেনমে নমু মীগী মহুকছাং কুরুগী ইমুস্থ মচেং মচেং কিন্থহম্লে অহুবু অশিবদি ওইদ্রবদা করম তৌরগা নমু মীওইববু অশি নোংদমনগদবনো পাইমা হিরি কোন্দুনা মেংঞ কুরু মপারি লাইমাম্বু কৌদুনা হাইখিঞ— হুচিক্তি তরা লম্বা পা শাফম লানফম-নহল্লগা মাইবিবু মাইবিনা তেমথেংনহল্লু থরাই মাইবিরেম মাবু চৈবি চৈথেং পি নম, হাতুনা কুরু ইমমুংদগী মপাল লাংহল্লু ( থরাই মাবু পাল থোকহল্লু ) কুরুনা মপারিশিংদা হাইখিঞ— মরা অসিবু তারবদা চিংউ কুরু মপারি ময়াম্না মেংখিবদা ফুনাম তেলহেবা মাগা শুমন তাওদনবা মাগা মরুপনববু উখরে চিংউ লাইমাম হুপথরে চামবা মরুপ অনিবু মেরুহন্দুনা মাইবিগা মাইবিগা তেমথেংনহল মাইবি পুবা কুরুবু চৈবি চৈথেং পিদুনা নম, হদুনা নমু মুমমুংদগী ( হুকচাং পোলাংমুং ) পান থোকখিঞ, অত্তম্না শুমন মতামোই লে ইনবি মহাক অমদি মহাক্কী

পাইমা পিব্রুকনুংগী মীতম থাবুম তরুকশুবা য়াইঙ্খি থরাই অনি অসিনা অহাম্বা ওইনা চিংউ কুরু মপুরেল অতিংকোক মরু শিদবা মাগী অশি নোংময়দা অহাম্বা পোম্লামে। থরাই য়াইবিরেল অনিনা মমু হকছাং পোলাংবু খংদোক্তুনা থরই য়াইবিরেল লাংপুম হৌরকফম ওইবা কুরু মকাইদা হনখিল্লুনা য়াইবিরেল লাংপুম মপুদা অমতা ওইনা লুপতিন ওইখিত্র হাইত্তুনা পুরারি "মুংডৌ পুয়া" দা থম্লিরমই। হাইবদি থুমন তাওদনবগী তালোই তরুকশুবি মাগা মাগী পিনুকয়ুংদা তাওচিং মরু হনখিবা নমু মীতম মপুংফাব্রবা থরাই য়াইবিরেল অনি অসিনা অহম্বা থরইনা থরাইবু, য়াইবিনা য়াইঙ্খিবু তেমখেং পিত্তুনা (চৈবি চৈখং পিদুনা) অশি নোংদমখিবনে হাইদুনা পুরারি লাইগী-লিক অসিদা ফংই। অসুদগীদি অশাইগী নমু হকচাংবু লাইয়াম্না অকি-অথং নংহন্দুনা তিনথুং-লাইথুং লাইংুনহন্দুনা নমু মহকছাংবু (যুমবু) মচেৎ-মচেৎ কিহুহন্নবু নমু মীতম অখোইবনা চিংউ মপু মাবু তাইনত্তুনা নমু মহকছাং কুরু মাগী যুম্বু কিহুহনদনবা তিনথুং-লাইথুং কোক্লনবা চিংউ লাইহাইনহল্লবা 'অমাইব' 'অমাইবী' পুথোক্লে অমাইব'-অমাইবিনা চিংউ মাবু তাইনত্তুনা তিনথুং—লাইথুং ফহল্লে তিন-কোক, লাই-কোক্লে নমু যুম (হকছাং) শিবা য়াদরে লাইগা-লাইগা তাইনরে চিংউ খোইমুমগা চিংউ মপুগা তাইরে নমু মীওইপগী অশি নোংদম্বু য়াদরে অতুদি কুরুনা হাইয়ে— পাবিশিং নমু মীতম অখোইপবু ওইদা-লৌনম্বা লাংথাক্তুনা নমু মীতম অখোইববু অতাই তাইপং ইপাক্তা তাওহল্লু, অকাও পাবনহল্লু, চিংউ মকাইদা লংজহল্লু, ওইদবা মীনম্বা নত্তবা লিচৎনবা তাইপং ওইদবা লাংথাক্তুনা চিংউ খোইযুম মকাইদা লংজহল্লু মহাক মহাক্কী মরামদুনা অশি নোংদম লম্বি ওইহন্দুনা থরাই য়াইবিরেল মাবু লৌশিল্লু হাইদুনা চিংউ মপুরেল কুরু অতিংকোক মরু শিদবনা নোংদমখিত্র।

অসিগী মতুংদা কুরুনা নোংদমখিবা পরম অতুগী মতুং ইন্না নমু তাইপং অশি নোংদম্লে। চিংউ নমু অনিগী তাইনবদা রাম্লেন-পুংবু খোনথরে তাইপংনা মীনম্বা ওইদবা লিচৎনরকপদগী নমু চিংউ উনবা

য়াদরে, অনিগী খরক্তা "তাইরেল-উ" উপাল মানা থনখরে, মমু তাইপংনা চিংউ মাবু উওমদরে। অশুম্না পুক্সারি লিশাংশিংপু লৈখিগ্র। ( মথংগী ফোংখদা মতাংচানা থাজরক্তে, চিঙ্খদনা ছেশক ছেখাজনক্তে ) অসিদগু মদোমদরিগ্র তাইপং তিনখুং মাইখুংনববু, তিনকোয়নবা খয়োম লকপগী পরম, চিংউ লাই-তাইননবা, চিংউ লাই হরাওবগী খয়োম নোন, চিংউ লাই মাবু কৌননবা খয়োম লাকপা, খয়োম লোল তারেংকী পরমশু পুক্সারি অসিদা থম্লিরমই।

অসিগী মতুং থোকপদা থুমন নিংথৌ তাওদনবা অশাও থাম্বি মৈহৌতুনা ফুনাল তেলহৈবা মাবু করম্না পুতুম চনগনি উম্বি গুংদা মওল মওল খন্দুনা লৈখিগ্র। অশুম্না ওাইহাক য়াংলেন্দি খনবা মথৌ খল্লুরগা পাইমা লংলা লংজিল ফংখরে, ফুনাল তেলহৈবা মাবু তরা লম্বা পাক্লবনদি থুমন ইথুং চন্না ওমনরাই অদুনাদি মুংশিদমা মুংশি-শা চিনবান থোইহি তৈশিম্না মরুপ হাইনা চিংকোইনরগে পাইমা যুংথরে। ফুনাল তেলহৈবা মকাইদা থুমন মনাই অচাম্বা থাতুনা শামোক চামা কাওরেল চামা, ওকশু-ওকনাও ওাম্ন-থুনু, মেন কোম্বা পুদুনা "য়াইনা পাংকী খমপুত্রা" শেন্দুনা হোইদুনা পুরক্তুনা লৈহৌরে, ওসি মখোদগী ইতাও-ইতাও মিংকোনরস মরুপ হাইনা মরা কোলোইনরসে ইতাও ফুনাল তেলহৈবা মতাওদু য়াইন পাংকী খমপুত্রা খোংশুম্নকুবা য়াদে মরা শোইফদববু পাওচনখিগ্র। অশুম্না ফুনাল তেলহৈবা মামা চান্নবা মরুপ্না মশানা য়োলখিববু খংলক্তুনা মথমাই তেথরক্তুনা অশাও পান্নবু হন মরুপ্না মরুপ হাইনা কোলাইনরক্রবোই ফারা ওসিদি য়াইন পাংপু খোংশুমদুনা চান্নবা মরুপু পাথৌ হাইনা মিংকোনা থুমন তাওদম্বা মাগা তরা লেংকোম্নরুখিগে পাথৌ মাগী খুদোল পোংপু ওকল্লুম্বিগে হাইতুনা ফুনাল তেলহৈবা শেম্বী মকাই অয়াংবমগী য়াংদো খোংদোই শুনল্লকখিগ্র শেম্বী ওকশু লোক কাওরেল ওম্বা লোক্পী লোকমাই মতা ফবদা লৈনা য়েংথখিবদা য়াইন পাংকী খমপুত্রা কাওরেল-শামোক; ওকশু ওক্নাও ময়াম্না ইমু মুনা পাংকী চক্লোং নাক্ষৌবিবু চাব উক্লবদা

ফুনাল তেলহৈবা নিংথৌ মথমোইদি হেন্না পেংখিএ, খোংকাপ নাহই লাওনা থাং য়ৌনিংমন্নবা হেনখিবনা মথমোই মরাং হৌ খোংদোইরক্লে। য়াইনা পাং থমপুং য়ৌবদনি ওমা ওমরম্রে অশাই কাওরেল শামোক মশক লৌরশা ময়ামদু খুমন মচা মনাই খুমন লালোই ওমা ওইরম্রে, চরোং হাবুং লক্তুগী খুংগু থাংলেন পাইদুনা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা মাবু তরা লাংলোই চন ফুনাল তেলহৈবা মাগী য়াইবিবু তেমশিংনরক্লে, তানলক অসি মক্তুদা খুমন নিংথৌ তাওদনবা মাশু চোংথোরক্তুনা ফুনাল তেলহৈবা মাংদা লেপ্পরে য়ুরা য়াচাম্নখিএ ফুনাল তেলহৈবা মানশু খোংকম অসি লেংবা য়াররোই হাইবা খংথরে। অওন্না খুমন তাওদনবা নিংথৌনা ফুনাল তেলহৈবা নিংথৌবু য়েংদুনা য়ারা কাই-হৌখিএ— হেঃ ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা! হুচিক্কি নহাক্কী খুংগু তেম্না পান্দুনা খুমন তাওদনবা ঐগী তালোই তককশুবি ভাদুরোল থম্বালতোম্বী মাদি অমম্ শিংগুম তান কোরৌ নোংমনথরেদো অতুনশু মদোমদেএ নমু মীতম মাবু অপিথক মীতম মানা অপুম মরে-ক্কা পলেম মমা ওইবি মাগী খোইচিখাদা ঈ-তরং, ঈশিং তরং, মুংশিং তরং, তরং তরং ঈপাল লাংলকপা থাবুম তককশুবা মাবুশু ফুনাল তেলহৈবা নংগী খুংগু তেম্না পান্দুনা অমম্ শিংগুম তান অমং য়াইথোং লোন কোরৌ নোংমনথরেদো হুচিক্কি কনাগী য়াইবি অমুক রাংলিবগে? ওসি কোরৌদি ফুনাল নিংথৌ খুমন ইথুং চনলেদো নংগী চিনপোইগদবা য়ুরাবু ফিকৈ শেংউদো হাইনা খুমন য়ুরা অরোইববু থারক্লবদা ফুনাল তেলহৈবা নিংথৌনা য়ুরা মপাও লাওরকএ — হেঃ খুমন নিংথৌ, ইতাও নংগী য়ুরাশু তারেদো নতাও ফুনাল নিংথৌ ঐগী য়ুরাশু তারোকো— ইতাও মথুং চনলবা ফুনাল নিংথৌ ঐনা কিদুনা খোংফম অমা হম্না চেনশিনি হনশিনি খুঙ্গংদু অদুগা ইতাও ঐদি ঐগী খুংগু তেম্না নমু কনাগী য়াইবি চাইদুনা নমু কনাগী নত্রগা খোঙ্গুম কনাবু অমম্ শিংগুমনহনখিদ্রিএ অতুগা ইতাও খুমন নিংথৌ নহাক্কী তালোই ভাদুরোল থম্বালতোম্বী ইচন অদুগা ইচন মাগী পাইমা মুংগী নমু মীতমা থরাই য়াইবি অনিবু কোরৌ নোংমনহনখিবদি খুমন নিংথৌ তাওদনবা নহাক্কী

নশাগী খুৎশু তিমেন য়াইওইবা মান্নিনা। কুনাল ঐগী খুৎশু তেংথনি নত্তবালেনা ইতাও! করি পরম্ম লৈবনা পাওহংলবদি ইতাও নহাক্কি নখুৎশু তিমেন য়াইওইবব্ু তিমেন মানা হনখিবদা থবাই য়াইবি অময়ু শোইরুনবব্ু নোংদমখিবা অদুগুম্না তিমেন য়াইওইবা মায়ুম নতাও কুনাল তেলহৈবা ঐনা খংজেদো হাইতপরা-তুগী মথক্তা ইতাও নহাক্কা তুম্লকপা তিমেন মানা নতাও কুনাল নিংথৌ তেলহৈবা ঐগী য়াইবিবুদি চাইদতুনা পন্নেম শকশি ইমা ঈপাই-ফুদা ঈ-তাবি ঈ রেল পুংদা ঈতাবি, ই-তাপুংদা ইরেপপি, মোং চুপ্পনা ছাইহোৎপি, থুংশা শাদনা ফৌকংবি, মালেম থক্তা কোংকোল ঈথাবি ইমা লেমরেল ঈশাইকু "য়াইকুরেল" কুনাল তেলহৈবা ঐগী'দ য়াইবি থবাই ওইবা ইমা মাগী লুরেল ওকপু ইতাওগী খুৎশু মানা পান্দমবদা ইমা লাইরেম্বী মানা অশাও খংখি পরেনখিএ। ইমা মাগী মতিক মন্নাইনা ইতাও খুমন নহাক্কী খুৎশু তিমেনব্ু চুক-ফা-ফাতুনা-থম খুৎশু তিমেন তা-চিনপা তাথোক্কা তোঙান-তোঙান মালেম থক্তা খুৎশু মাবু নমক্কা-ফা, চুক-ফা ফাখরেদো ইমা মাগী ময়াথং অহৎকপপু কুনাল তেলহৈবা লুরেল কোক্তা থোং মানা তৌবনা মানা ফংবা; ঐনা তৌবনা ঐনা ফংবা ওইয়ু মশাগী তরা খুৎশুবু হান্নবা থারুরবদি, কনাগী মাংননবা শিল্লুরবদি, মশাগী খুৎশুনা হন্দুনা পান্দমঙ্গ ওইয়ু য়াইবি চাইবব্ু ওইরশনো হাইতুনা ইতাও খুমন নহাক্কী তিমেন তাচিন হিক্তোকপবু নতাও ঐগী খুৎশু তেনচেদা ছুক চিংউ/খোইয়ুম/নম্মু কনাগীনো নশাগী খুৎলাইবু নশানা লৌজরো মরা খোল্লাওগা লোইননা থোংফম অহুম মালেম লৈদা থিন্দুনা ইতাওগী খুৎশুবু হনখিবনিনা। খুমন নিংথৌ নতাও কুনাল তেলহৈবা ঐগী খুৎশু তেম্না ইচনগী য়াইবি চাইবদি নত্তবালেনা? ইতাও নশাগী খুৎশুনা নশাগী তালোই মাগী মংশৎ তাব্রনিনা হাইরক্কবদা খুমন নিংথৌ পাইখা পিব্ুকম্বুংদা পাইক্কা রাথঙ-তৌ মাইথোং মকা মকশিল্লা নিংঙমদবা থাংঙমদবা থোকখিবা থৌদোক্কপু পরেনহনবদি মাদা খংনা খংনা কুনাল তেলহৈবা মতাওবু খুদুম চনখিএ। মতম অসিদা কুনাল নিংথৌ তেলহৈবনা

খুমন নিংথৌ তাওদনবা স্নেংহুনা ম্বক্তা মপাও হন্না লাওরক্লে ঃ-

"ক্মরে –

হে: খুমন নিংথৌ তাওদনবা

ওসিদি ফুনাল তেলহৈবা ঐশে

খুমন নংগী নখুৎ চনলেদো

ফুনাল ঐগু খোংফম অমা লেংলরোইএ।

অদুবু

খুমন নিংথৌ নহাক্কা

ওইদ লৌনম লাংথাজুনা

চিন্নান খোইহি তৈ

তাইওমবা লিচৎনা

ফুনাল ঐবু লৌনম লাংথাকপনিদো।

অদুনা

ফুনাল ঐনা খুমন নংবু

ওসি নহাক্কা তৌরিবা

থৌদোক-শিগী মংশত্তি

খুমন নংবু খুমন নহাক্কী

নখুনলেন খুমন পুংবু

থাদোকুনা খুন হোংহন্নবু

ওন্বা ওইগেকো।

ফুনাল ঐনা খুমন নকাইদা

লংজখিদবনু ওইরম্লবা

ফুনাল ঐনা লেপলিবা পুং

পুং অসিনা লেংদবা

লেংদবা খুদমু ওইহৌরশনো।

মালেম লৈদা শাক্ফু কয়া
ফুনাল খোংখিবু মৈশিংবু ফুকৎলকপদা
পুং-মানা তরং থক্তা তাওরগুম
লাইজ থক্তা তাওহন্বা ঙম্বা
মরা অসিবু শোইক্ফদবনে খংশনো
চিংউ লোংদবা মানা খংশনো
খোইয়ুম অরেপ্পা মাশু উহৌরশনো
ইতাও থুমন নংশু খংহৌরক্কো !

মরা অসি হাইরদনা
মাঃলেম লৈমাই লৈজা মুংদা
ফুনাল খোংবিনা অকম্না শাফুনা
মৈশিন্দুনা থম্বু ফুকৎলকপদা
ফুনাল তেলহৈবনা লেপলিবা পুংচুবু
তরং থক্তা তাওরগুম
পুং মাবু লাইজ থক্তা তাওগমখিএ ।

চিংউ মপুরেল মানা মপারিবু
তরা থৌপাংবিখঃর-তাংজা মমাই পাকখিএ
কাইদবগী হৌনশা
লাম্দমগী মশক্কক
ফুনাল শরি তাকওমখিএ ।

ফুনাল মানা লেপলিবা পুং
পুং মাদি লাইজ থক্তা তাওখিবা
"অতাও-পুং" "অতাও-চিং" বু কৌখিএ
পুংদুদা লেপতুনা শরি মাবু পন্দোমখিএ
ফুনাল শরি-পুং ফুনাল শরি-চিংবু কৌখিএ ।

চিংউ মানগু থংখরে
খোইয়ুম মানগু হোন্নাখরে
ওসি কাওবা লেংদব্রিএ
পুং মাদি হোংদব্রিএ
য়াইন-পাংকিদি থম্পুং য়াইদ ।”

অগুম্না ফুনাল তেন্নাইহেনবী শব্রি তারুরগা খুমন নিংথৌ তাওদনবা পাইদা পিবুক হক্লিনখিএ, মালেম মৈদা লুকখিএ । মতুংদা অদু উরুবদা ফুনাল তেন্নাইহেবা মন্না মনাও তাখিব্র— হাইরকএ —

“ফরে ইতাও—
চুচিক্কি মাংবা য়াবা মাংখরে
তাকপা য়াবা ওম্না তাকখরে
ফুনাল ঐগু লাংওন মপোক'মা ওনব্রগে
পাথৌ নংতনা লংজখিবা নত্তেএ
নতাও ঐগু লংজখিবনু কোংদাইনি।
অদুনা পাথৌ-ও !
নংগী খুৎশু য়াইওইবনা
নতাও ঐবু শোকত্রবদি
চৈবি-চৈথেং পিব্রবদি
খুৎশু তেমথেংনব্রবদি
নতাও ঐবু
মপোক লাংওন'মবু লাংওন-তমজোইএ
চিংউ খোইয়ুমদি নোংদম্ব!
নোংদমথোননিদো মাগী নোংদমথোন
অদুনা পাথৌ-ও !
খুমন নিংথৌ তাওদনবা
নংগী খুৎশু য়াইওইবনা

পাখৌ শমু হকছাংদা
চৈবি-চৈখোং-শিরোদবা
খুৎশু মানা পাখৌ শমু হকছাংদা
স্নাইবি তেমখোং তেমশিংবিরোগবা।
নতাও ফনাল ঐগী
মরা খাদি অরোইবা-শিতদি
পাখৌ খুমন নহাক্না হোয়াবিরোগবা
পাখৌ মকাইদা চিনকোইনরক্লবদা —

খুমননিংথৌ তাওদনবনা তাংজ মরু লুক্লা তরং লাইচ ঈহৌরক পাখৌ মাগী অরোইবা মরা তারুবদা তাচিন্দনা অশাও খাম্বি মোহৌরম্বু পোলোইদা মথমোই পেৎখিত্র, খুমন নিংথৌ তাওদনবা মাশু মতাওনা চিনকোইনরকপা মরাবু হোয়াখিত্র, চায়বা পাখৌ অনিনা তরা রাচান-পুকমেন পাওমেয়রক্লে —

ফরে লুচিক্লি
(খুমন তাওদনবনা) পাখৌ নংবু চায়বা
পাখৌ ফনাল তেলহৈবা
নংশু তারোকো নাপচিক্লা
পাখৌ নহাক্না মপোক লাংওন'মা
হেক লাংওনখিবা খুদজুদা
খুমন নিংথৌ তাওদনবা
ঐশু পাখৌ নংগী শন্নিবু ভারুনবা
খুমন পুংদি পুং-ময়োল
কুরু পুংদি পুং-থৌবা-মাবু
খাদোকুনা পাখৌ শন্নি ভাক
খুমন ঈখুনবু হোংহনা
পাখৌ নংগী শন্নিবু ভাকপা ওম্বা ওইগেকো।
চিংউ অরেপ্পা মানা খংশনো
খোইয়ুম লেংদবা মাস্থ উশনো

খুমন-ফুনাল পাখৌ অনিনা
পুম্না য়ুংলিবা পুং-সিনা খংশনা
খুমন শরি পন্দোম্নখিএ।

অশুম্না —

খুমন-ফুনাল পাখৌ অনিনা
পুম্না য়ুংখিবা পুংফুবু
শম্লি-চিংবু কোলোইখিএ
ওসি ফাওবা লেংদরিএ
য়াইন শাৎকী খম্নুং য়াইদনে।

অসিগী মতুং থোকপদা খুমন নিংথৌ তাওদনবনা ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবগা পুম্না য়াংদৌ থোংদাইমিন্নদুনা খুমন পুংদা য়ৌরক্নে, তরা লুক্নন চাম্নিম্না পাখৌ-পাখৌ খিংকৌনখিএ — মতম কুইনদগী পাইমা পিবুকমুংদা কিখি কিনরকপবু কিশি পৈরে হম্নখিএ অশুম্না মতাও ফুনাল নিংথৌ তেলহৈববু খুমন পুংগী "উহল-পোকপি" ঈচিন্দা থমখিএ — মথংগী কোক্নৌ মানা ইমুং ওাল্লবদা খুমন নিংথৌ তাওদনবনা পাখৌ ফুনাল তেলহৈবা মাগী শরি ওাক্লনবা ওম্না থৌপাংখরে, মতাওবু কৌথোক্লুনা মালেম লৈদা খুকউ অনিনা লৈতাদুনা তাংজ মওক নোন্দুনা আলেম লৈমা লৈশাং লাইরেম্বীবু চেৎনা থাগোম্নতুনা মতাও খুমনগী য়ুম্না ওাইদুনা লৈখরে। মতম অসিদা মতাও খুমন নিংথৌ তাওদনবনা খুৎশু তিমেন য়াইওইববু খুৎশুনতুনা মিৎলু পিরাং চেন্, মতাওগী মতৌবু উক্লবদা হিক্লা-হিক্লা য়ুম্না মখোল থোক্লা মিকপচখিএ য়াইফ পুংফম মানা য়েরক্লবদা খুমন নিংথৌ তাওদনবা মতাওবু অরোইবা য়ুম্না চিনকোইনরম্নগা মতাওগী থরাই য়াইবিরেন মাবু মি-লা থানা তক্লকমকপু মতাওগী শমু মহকচ্চাংদগী পান্দা কৌথোক্লক্নে —

"হে ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা
ফুহেন সনা লুহেন সনা
নংগী থরাই মওাযক
মি-লা-থাম্না তক্লকমক্না

শমু হকছাং মুংদগী
ঈ-পাল লাংলবনে
ওসি কোরৌ নোংদদি নংগী
থরাই মঙা-মি-পা থানা তক্লকমকপু
নংগী শমু হকছাং মুংদগী
ঈ-পাল-লাংনা কৌথোক্লপনে
ঐনা কৌপ নত্তেএ
নপন পাঙ্গৌ মানা কৌপনে
কুরু মানা কৌপনে
কুরু অতিংকোক্লা কৌপনে
রেঃ রেঃ রেঃ মিঃ মিঃ মিঃ কুঃ কুঃ কুঃ —লাকও" (৩)।

মালেম লৈদ খুকউ লৈতাদুনা মওক নোন্দুনা লৈখিব ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা শমু মহকছাংদগী ফুনাল মাগী মমি থিতম ওইবা অমা থোরক্লনা লেপখিএ, লাংপুম ওইবা ফুনালগী হকছাংদুনা হায়রগ্না মালেম লৈদা লু-লুক্লা কুহুনা লেহৌএ ফুনাল তেলহৈবা মতাও খুমনবু চিংনা য়েংদুনা লাংপুম ওইবা থরাই য়াওদ্রবা ফুনালগী হকছাংদা খুৎশু তেমখেংনবু ভাইদুনা লৈখিএ, খুমন নিংথৌ মতাওবু চিংনা য়েংদুনা মিৎলু পিরাং ঈরা চেন থরাই য়াইবি য়াওদ্রবা মতাওগী শমু মহকছাংদা খুৎশু তিমেন্না চেবি চেথেং পিরবদা অশাই মতাওবু য়েংদুনা লৈরগ্না ফুনাল তেলহৈবা মাগী য়াইবিরেল মানা হয়াও হয়াও মমাই নোংপোক পাংনা ওন্দুনা অনৌবা মপোক লাংওন অমা ওন্দুনা ফুনাল সনা হৌরককম মকাইফমদা মতালোই লৈতাই সনা শকখেন সনা লাইরেম্বীগা য়েংকা ওইগা হনমিনখিএ। অশাই ফুনাল তেলহৈবা মাগী মিরেল য়াওদ্রবা হকছাং পোসাং অদুনা তেরা অঙৌবা ওইনা হৌখিএ। খুমন পুংগী লাই (লন) ওইখিএ, ফুনাল তেলহৈবা মানা মপোক লাংওন অমা ওনখিবা মফমদি "উহল-পোকপিদনে" খুমন পুংদনে উহল পোকপি ঈচিন্দা লাই ওইবা তেরা অঙৌবা পাম্বি অমা হেক হেক থেংনগনিএ— কুরু মথৌ পুং, পুং মমোলদনে থংউ, উরবদি

থাক্লগনু স্নাইনি হাইদুনা পুরাক্লি মাইপী সিক "ঙুংতৌ-পুম্না" — অসিদা থাদুনা থম্বিরমই।

মতম অসিদা ফুনাল তেলহৈবা নিংথৌবী মপন পম্লৌ লুন্নাং কুরু পুস্নিবনি "খেব-পুংদা"— ( "কাইন-পুং" "কাইন-চিং" চিংউ মচিন মনাও অনিনা কাইনখিবা চিং ) চিংউ থোদা পুখুনা চিংউ মখৌ মতম ম্যাঃক্রমলুরগা মহুম মকাইদা হন্নকপদা মচা অমাইশিং ইমুং মচুং ভাক্লা তরা লম্বা পাতুনা চাইনা খোংক্রেন হানরম্বা স্নাইখি মাংনরুমবু উরুবদা লুন্নাং কুরু পুস্নিব অম্না পম্দোমখিএ, মদোম মথংথোই লাইমম্নদুনা মম্না মখোল থোক্লা হাইখিএ —

"মতাং অসি স্নৌরবদা

ঐনা করি তৌরুনি

কনাগী মিচং চংলুনি

মানা মানা তৌবম্নু

মানা মানা ফংশনু

ইচা-মীচা য়োংলে মৌল নাইররোই

ঐনা কনাগী মিচংদা লেপ্পরোই।"

হম্না খেব পুংদা চিংউ মপুক্লন ইবুথৌ তঙপ তন্নেংবা মাগী থৌবু মংতাল লোমখিএ। অশুম্না ফুনাল তেলহৈবা নিংথৌনা মপোক লাংওন অমা লৌদুনা লাংওনগ্রবদা ফুনাল মানা মকাই ওইরম্বা মফম পুং "ফুনাল মরিং চিং" অতুদা ফুনাল তেলহৈবা মাগী মচা অমাইশিংনা থুন্দা লৈতাদুনা লৈহৌরে ফুনাল মাগীদি মকাই ম্নাবতনে চিং অদুদা ফুনাল তেলহৈবা মাদি অন্নাংবা লুতোন্দা ফুনাল মাগী মকাইফম ওইদেএ, নোংপোক চিংখৈ পাংবদা থরা নেম্না খেল অমা লৈবনে মফম অতুদা ফুনাল তেলহৈবা মাগী মকাইনে, অহান্না খোংবমদা হাইরিবা খেল অতুদা ফুনাল মানা ম্নাইথুংলখিএ হাইদুনা থাবিরমই। অসিগী মতুং থোকপদা থুমন নিংথৌ তাওদমবনা মতাও ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবগী থম্নাই মিরেলবু পান থোক্লা কৌথোক্লুনা থুংত্তু তিংখম্না চৈবি চৈথেং পিরুম্নবু তাচিন্দনা অশাও থাম্নি মৈথৌ মম্না ম্নাইহৈ

কারণ চনত্রবক্ত পাখোং মাগী অরোইবা মতমদা অচুম্বা য়ুরানা কোলোইনরকপবু খুমন থমোইং তাশোম্না থিন্ চাম্বা পাখোং অনিমা শক্তি পনোমর্নবিবু খুমন থমোইং কাইখিএ, মরালক্লাইদা হলরাইরকপদা পুরমকপু তাক তুমপ্রনবা খুমন পাইমাদুংখংনখিএ— তরা চিন্দমগনি থংখিসরে। পাইমা তুংদা য়ুংখরে তামোইং মাপু অমম্, শিংথম-তান অশি মোংলেনখরে অতুগা চাম্বা পাখোং মাপু মপোক লাংওন অমা খুমন ইশুপনী ওনখরে পাখোং মাগী শরিদি ভাকওমথরেদো অতুনা খুমন ঐশু চাম্বা পাখোং মামা শরি নামুংখিববু ভাক্তুনা চাম্বা পাখোং মাগী লমন শিংবা শক্লগে খুমন তাওদনবা ইথুন খুনবুকলেন অচংখবু থাদোক্তুনা খুমন ইচা ইনাই ওম্না পুক্তুনা খুমন খুম হোংলগে পাইমা য়ুংনা লেপখরে।

ইপুং তৈনা ভাল্লগা খুমন নিংথৌ মচা মনাইশিংবু কৌদুনা ওসিদগী কোরৌ শিংবুম তরেৎনি শুবদা ইথুম খুনবুকলেনবু থাদোক্তুনা খুমন খুন হোংগদনে মরা পাওতাক পাওচেনখিএ। অশুম্না কোরৌ খুমিৎ তরেৎনি শুবা অয়ুক স্নেম্দা অওমরা খুমন নিংথৌ তাওদনবনা খুমন মচা মনাই ময়াম পুক্তুনা খুমন খুন হোংখিএ, চাম্বা মরুপ ফুনাল নিংথৌ তেলহৈবা মাগী শরিবু ভাকখিএ। এনাহৌভগী খুমন মানা পলেম মমাবু মৈতম মৈরা পাইদুনা থিবা চৎপদা অরা মৈশা লাং নোংমৈ য়ুংশিৎ অকল্লবু নংবদা অরা! তুইদোম লাংথিবা মৈরী পাং ( মল্লাই ইফাল ) গী খুলমোল্লবা লমমেন উচিরাদা খুমন হোংতুনা খুমম মচা মনাইশিংগা লোইননা খুমন খুন্দাখিএ। খুমন খুন্দাবা অনিশুবা মকাইনে।

অশুম্না খুমন নিংথৌ তাওদনবা মচা মনাইশিংবু ওম্না পুদুনা কোরৌ খুমিৎ তরেৎনি শুবা অপুক স্নেম্দা অওম্রদা খুমন খুন হোংলগী খোংশানবা হৌখিএ। অশুম্না খুমন মামা কুরু মকাই-ফমদা মপান পাঙ্খৌ কুরু মখোংখাদা চংতুনা কুরু মম্লাথং অহক পবু খুমন লুরকা কোক্তা থোং কুরু মখোংখাদা হৈকৎ-লৈকৎ কচ্চখিএ কুরু মকাইফমগী থোরক্তুনা পলেম শকপি মমাগী মকাইদা

মমাগী ময়াথংবু খুমন লুরেল থঙা খোংহুনা মতম থরদি নপারি খুমন পলেম ইম্মাবু থাদোক্লুনা চৎখক্লখিগে হাইদুনা পাঙম ময়াথং তৌজখিএ। অতুয়া খুমন তাওদনবা মালা কুরু মকাইনগী খোঙক্লুনা থুমন মচা মনাইশিংগা লোইননা অত্তুম লাকপনা অহুতৈগী খুমন খুনথোককম ( নোংগাংখোং ) হৌরবদা অতুতৈগী খোকখিবা খোদোক কল্লাবু নৌহৌননা নিংশিংলকখিএ, খোদোক পুক্লারিবু থুমন মচা মনাইদা জিখিএ।

অদুগুম থুমন ঐনা খুমন পুরেল পাখংবা থুমন নিংথৌ অহান্বা লাংওন ওইরিঙৈ কুরু থোবু পাংননবা কুরু ময়াথং অহকপবু থুমন লুরেল কোক্তা খোং থোদা পাংবা চৎপদা কুরু মাগী য়াখলবু থামোই থুংদা লাইজ ঈ-কুৎ ফাওরক্লুনা তরং লাইজ ঈহৌরক্লুনা থোপাংবরা হাইপবু কুরু মাবু থাদোকপা ওমদনা তুরিন অনি ফাংবদা হৌবা পামেল অচৌবা অমগী মখোংদা ফমদুনা কুরু মাগী য়াখলদা কোরৌ নোং খোংবগুম থুমন ঐনা মিরুপনিঙৈ ঐবু পোকপি পালেম লৈশেম্বী ইমা মানা ঐনা হৌবা ইংভৌবু উরবদা থুমন নাক্তা চংলক্লুনা পারি নহাক্না য়ৱা মিকপ্নবু বরি নোংঙৌদমকনো পাওহংলেবদা পালেম মমাবু য়েংদুনা য়ৱা ক্রিকৈ শেংখিএ— নপারি থুমন ঐনা য়ৱা মিকপ্নদি কুরু থোদা পাংবা চৎপদা কুরু মখোং থাবু থাদোকপা ওমদদুনা কুরু মাবু নিংশিংলক্লুনা তুরিন অনি ফাংবদা হৌবা পামেল অচৌবগী মখোংদা ফমদুনা নপারিনা কোরৌ নোং-খোংবগুম তরা মিকপ তম্বনিনে পলেম ও— হাইদুনা য়ৱা কোলোইখিএ। মপারি য়ৱা তারবদা পালেম শকপি মমা মানা থৌচান নোংদমবিখিএ — খুমন লুরেলদা মানথশিতুনা নপন পঙ্খৌবু লুনা চাম্মাং নিংজবদি ইপারি নংতনি হাইদুনা ওসি ইপারি খুমন নহাক্না তুরিন অনি ফাংবদা পামেল অচৌবা হৌবা মফমদা থুমন নংনা নপন পঙ্খৌবু চেংনা থাগোম্নবা মফমবু খুমন নংগী নকাইফম খুনথোককম ওইহৌরে। মেমদম লমলেন অসিবু পারি নহাক্না নোং-খোংবগুম্না মীকপখিএ হাইবগীদমক "নোংকাংখোং" হাইদুনা কোলোইরশানা তুংলমচত্তা য়ৱা অসিবু মাংফদববু ওইহৌরশনো হাইখিএ। খুমন পুংবু খোনখিএ, হৱাও মথৌ-পুংবু ওইনা লেপহৌএ।

পুৱারি অসি লিনা-লিনা থুমন তাওদনবা মানা মিংলুদা দিগী ঈরা চেঙ্খুনা হৈ-হৈ কত্তুনা মকোক নোম্না কুরু মকাইদা থুরুম্নজখিএ। অসিগী মতুং থোক্কপদা থুমন মচা-মনাইশিংগা লোইননা নারম্ম থোংকাপ রাইরকপনা "নিংলেন-পুং" বু মৌখিএ। লমলেন নিংলেন-পুংবু য়োরবদা থুমন মচা মনাইশিংনা থুমন নিংথৌ তাওদনববু য়েংতুনা মরা পাওহংজখিএ - লমলেন নিংলেন পুংবু কৌপদি করি নোংগীবু কৌপনো মরা কোলোইবিয়ু হাইনা পাওহংজরবদা থুমন নিংথৌ মরা পুৱারি লিশাংশিংখিএ—

শেঃ শেঃ থুমন ঐগী চদা নাওদা ইচা ইনাই পুন্নমক তারোকো লমলেন লমমুংশি নোংকাংখোংদা থুমন থংমাই মুংদা ইপন পাঙ্খৌ কুরু মাবু থাদোক্তুনা চিংউ থোদা পাংবা চংকদবসু কুরু মখোংথাবু করম্না থাদোকশিনগে পাইমা পিবুকমুংদা থাংঙমদদুনা মিংলু লাইজ ঈহৌরক্তুনা নোং-খোংবগুম লৈববু পালেম শকপি মৈশেম্বী ইমা মানা খংখিতুনা থুমন ইনাক্তা চংলক্তুনা পাইমা পিবুক ফাখিদুনা অমুক হন্না কুরু শিন্থা পাংনবা থুমন মাংদৌ খোংদোই তনখিএ। লমখাংদ থুমন পাইমা মুংদা খনম্লকএ হিঃ করি মতৌনো ঐদি তাইওমরেদনা পাইমা পিবুক মুংদা কুরুগী রাখন্দা ওমচাক্করিঙে তাম্নাং তশোইনবা রাখলদা কুরু মখোংথাদা হৈরাং লৈরাং থরদংদবু কংহৌদরেদনা অমুক হন্না খোংকাপ নাহুই থাংববু খোংকাপ হুলরাইনশিরা হাইববু থাংখ্রবা নাহুইবু নাতুই হনফাদএ কুরু মাগী অঙৈগী মরানি থন্দুনা কুরু মকাই মপা লাক্না কুরু মকাইদা হৈরাং হৈপুং শোনলম্নগে লৈরাং লৈতন তমলম্নগে থন্দুবা থিন্দনা থুমন মানা কুরু মকাই মপা লাকপদা মকাই পাদম লাকপবু থৌপাংখিদ্রে কুরু মকাই মপা পাদম লাকপদা মাইকৈ ফিশং খনখিববু কুরু মানা থৌচান মীংম্নেং লৎনখরে থন্দুনা কুরু মপারি শিংখোং অতোম্বনা তুখুন তুরিন অমদা মপন পাঙ্খৌ কুরু মাবু লাইনিং পরে চেৎতুনা লৈখিএ অশুম্না মপারি শিংখোং অতোম্বনা তৌরিবা থৌরম ওম্না কুরু মাগী থৌরম থুদিং থৌশিলখি থৌদা থুদিং থৌপাংবি কুরু থৌদা পুবি ইমা লৈশেম্বী মানা হেক উখিএ—

মপারি মকাইদা তম্না লাক্লুনা মপারিবু হম্না চিংউ নোংদম্বিখিএ অদুগা মপারি অতোপ্পনা লাইনিং পাল্লে চেৎলমা তুগী তুরিন মফম অদুবু মপারি অতোনবগী মকাইফম ওইনা নোংদমবিখিএ লমদম লমলেন লমনুংশি অদুবু মপারি মানা মপন পাঙ্গৌবু চেৎনা খাকোম্লদুনা লাইনিং পাৱৈ চেংখিএ হাইবগীদমক "নিংলেন পুং" কৌরগনা চিংউ মহক্না নোংদম্বীখীএ — তুংলমচত্তা মাংফদববু ওই হৌরগনা হাইদুনা পালেম শকপি লৈশাংথী ইমা মানা নোংদম্বীখীবনে। ক.ইনগংদা নিংলেন-পুং হাইরম্বদগী নিংভোম্বম হাইদুনা থৈথরকখিএ অদুগা তুরিন খেংখান্দা পুং অমা ইনখৎলকখিএ মতুংবু কুরু মপারি অতোপ্পগী মকাইফমবু মমা মাগী ময়াথংদগী ওইখিএ।

পুব্রারি অশিবু তজরবদা থুমন মচা মন ইশিংনা কুরু মকাইফমদা হৈগী হৈপুং থোন, লৈগী লৈপুং থোন লৈকৎ লৈহুনজখিএ। অদুদগী অশুম লাকপনা মথং-মথং য়োৎলকপনা খোরেল- পুংগী "সাবল.তাংবা" "কাই-.তাংবা" মমদম য়োৎলকখিএ। লমলেন "কাই-তোংবা" সাবলতোংবা হাইনা মিংথোলখিবা পরমবু থুমন নিংথৌ তাওদনবনা মচা মনাইশিংদা পুব্রারি লিশং অমুক্তা শিংথরক্কে।

অদুগী নোংমগী কোরোৌদা কুরুনা মদুম মকাইদা তাংলৌ লৈনা থেংনা হলরাইবকখিএ অদুগা মপারি শিংখোং-তোনবু য়েংদুনা কুরু য়বা মপাও মেনলকএ — পরি শিংখোংতোন মপন পাঙ্গৌ এৈনা থারি লমহাংদা য়ারৌ লুকাই থাক্কদ্রনে ( লুকাই-কাই শাদুনা থাকপা য়ারৌ শা ফানাবা লাং ) য়ারৌ শানু থুরমগনিএ লুকাই মাবু কইরক্লাগবা য়ারৌ মানা থুবম্বদি তরা চিনদমনগদনে য়রা অসি চিনকোইদুনা কুরুনা মপারি শিংখোংতোনবু থাখিএ. মপারি শিংখোংতোন্না থারি লমহাং য়োৎলবদা মপন পাঙ্গৌ মানা থনখা লুকাই লৈরমই য়ারৌ মাদি থুবমদরে মপারি শিংখোংতোন্না লুকাই থক্না তোংদুনা কেরো নারল রাইরক।। ফাওবা লৈথোক্ল মথুম মোংব মরালন্নাইদা কুরু মানা তাংলৌ লৈনা থেংবা ফাওবদা মপারি শিংখোংতোনবু লুকাই কাইবা চেৎখিববু হলন্নাইরকুববু মপারি

খুমন মচা মনাইশিংনা মত্রা পুত্রারি অসি তা়বদা কুরু মকাই লুকাই থাকক্রমদা হৈরাং লৈরাংজখিএ, কুরুম লৈপাইজখিএ, অসিগী মতুং থোককপদা খুমন তাওদনবা অমদি খুমন মচা মনাইশিংগা মাংদৌ খোংদোই হল্লকপনা লমলেন "লমচিং-পুং" য়োৌখিএ। লমলেন লমচিং পুংবু য়োৌরবদা খুমন মচা মনাইশিংনা খুমন নিংথৌ তাওদনবা মকাইক্রমদা লমলেন অসিবু করি নোংগী লমচিং-পুং হাইনা কোলোইখিবগে পুত্রারি লিশাংশিংগীয়ু হাইজরক্রবদা খুমন নিংথৌ তাওদনবনা পরমশিবু তাকখিএ।

নোংমগী কোয়ৌদা কুরু মপারি মমোম ময়াম্না কুরু মথোংথাবু থিরক্রবদা বুরু মাদি মকাইক্রমদা লৈরমদরে অশুম্না কুকনা মকাইফমদা ফংদবু পলেম ইমা লৈশেম্বীদা চিংউ খোইয়ুম মপারি মমোমশিংনা তরা পাওহংলবদা পলেম ইমা লৈশেম্বীনা পারি ইমোমশা নপন পাস্থী কুরু মকাইফমদি পলেম নমা ঐশু থংখিদরে অদুনা লমচিং পুংদা চত্তুনা পাইমা চিবি কোন্দুনা নপন পাস্থীবু তানফং লগী তানলু-ও মত্রা চিনকোইরবদা মপারি শিংখোংতোনবগা মপারি মমোমশিংনা চত্তুনা লমচিং-পুংদা হিরি পাদম লাক কুরুবু তানফং লাইনিং পরে চেৎপবু কুরু তানফং লংজা-লংচিন পুথোকখিএ। অশুম্না কুরু মাবু তানফংলবদা চিংউ লাইয়ামগা কুরু মপারি শিংখোংতোনগা খাইনখিএ। চিংউ লাইয়ামশু নকাইক্রমদা হনথরা কুরু মপারি ঐশু কুরু নাক্তা লৈহৌরগে হাইদুনা থাইনখিএ, থাইনা পুংবু কৌএ। "লমচিং-পুং" ওইহৌরা হাইদুনা কুরু ময়াম্থং অহকপবু পিখিএ, থৌদোক অদু নোংদগী লমদম লমলেন অসিবু মিংথোনখিএ মাংফদববু ওইখিএ মপারি শিংখোংতোনগী মকাই পুংবু ওইখিএ— চাৎ মান্নদবনা থুন্দা পুং ওইখিবগী পরমশু মপারি শিংখোংতোনগী অশাও মিচৈ লৈখিএ— অদু নোংদগীনে হাইদুনা খুমন মচা মনাইশিংদা পুত্রারি লিখিএ। কাইনথংদা থৈথরক্তুনা লমদম অসিবু "মোইচিং" হাইনা হাইনখিএ।

অশুম্না খুমন তাওদনবগী পুত্রারি তাক্রগা খুমন মচা-মনাইশিংনা

লমচিং পুংবু থৌরবদা কুরু মকাইফমু চংদুনা থুরুমজখিএ। লমলেন লমমুংশি লমচিং-পুংবু খাদোক্লমদুনা খুমন অতা মনাইশিংগী মাগী কুবং শমদুনা চংখিবনা লমলেন লমমুংশি চিংউ খোইয়ুম অনিনা পাইমা নুংদা মুংওম্বা লমদম, মচা ওইবা মপারি মখোমশিংনা পল্লৌ মপা মমা ওইবশিংবু মথমোইপুংদা চেংনা লুনা নিংবা লমদম মকাইফম চৌখিএ। লমদম অসিবু থৌরবদা খুমন নিংথৌদি তাওদনবা মানা মচা মনাইশিংদা লমলেন লমদম লমমুংশি অসিবু করি নোংদগী কোলোই মিংথোনখিবনো হাইবা পুরারিবু লিশাংনিংখিএ।

নোংমগী কোক্লৌদা পলেম মমা ওইবী মালেম লেশেম্বী মহাক্না মপারি শিংখোংতোনবা মাবু য়েংদুনা তপা চিংকোইনরক্রে — পারি নংবু তম্বরা ভসি কোবৌদি লমলন ঈপাক ঈরোলপুং কুমহুনা লৈম্লৈ ভারম থিরু ও। লৈম্লৈ মাবু ফাদুন ভসি কোরৌদি তবা চিন্দমনসি হাইদুনা মপারি শিংখোংতোম্বু লৈম্লৈ ভারম ভাথিবা থখিএ। কুরু মপারি অতৈম্বনা লাইজ ঈরোলপুংদা কুমহুনা লৈম্লৈ ভারম থিদুনা লৈম্লৈ মাবু ফহুনা লইজ পুংদগী পুথংলহুনা মালেম থক্রা মম মাংগ ঈপাল লাংলবদা লাইজ-পুংগী লৈম্লৈ মানা মালেম লৈমা মাংদো তিলি-তিলশাংবনা চোংবগুম চোংববু কুরু মপারি শিংখোংতোম্না লৈম্লৈ ওইবা মহাকগু কুরু মপারি শিংখোংতোম্বা এগুম্না পলেম-পল্লৌ অনিবু নিংলি-বোইএ, এনা পলেম ইমা মা ! নিংজবগুম লৈম্লৈ নংও নংবু পোকপী পলেম্মু মুংশিজবনা কাইনা মৈশা খাংবা ভমদহুনা মালেম লৈদা ওমা থোইনা খাংলিবোই থন্দুনা কুরু মপারি মানা লৈমলগী মতৌ উরবদা মথমোই লাইজ ঈংহৌ নোংখোংবগুম হিক্রা-হিক্রা মালেম লৈছা কোন-কপহুনা মালেম লৈদা ওমা থোইনা মিকপখিএ, অগুম্না কুরু মপারি শিংখোংতোম্বনা হিক্রা-হিক্রা মীকপলহবু পলেম মমা ওইবী মালেম লৈশেম্বী মানা পোইবৈ অতাম্বদগী উরবদা পলেম ওইবী মানা মপারি মানা তৌরিবা মতৌবু করি নোংগী ওইপনা হাইদুনা মালং খোংনেং-নহুনা মপারি নাক্তা য়োংখিএ মপারি শিংখোংতোনবু করি নোংগী মরা মিকম্লগ পাওহংববু মপারি শিংখোংতোম্না পাওমচ্ছম হিক্রা-হিক্রা কপরে

ঐনা ক্লাবা লৈম্লে মাশু মাবু পোকপা পাংলম অমাবু নিংলিঐ পাংলম মমাগী কাইনা মৈচাক্লা চাকলিঐ মালেম লৈদা মাংদো-তিল্লি-তিলপাংবনা চোংশুম্মে, নপাক্লি শিংখোংতোনশু পালেম ওইবী ইমা নংবু উন্‌বি হক্লা ফুংশিঐ অদু নোংলৌদমক মালেম লৈছা কোন্দুনা নপাক্লিনা মরা মীকপ্পনে পাওথুমখিঐ। অপাক্লি শিংখোংতোনগী মরা তাবদা পালেম মমা ওইবীগী থঃমাই খৈনা পেনতুনা লমদম অসিবু মচা ওইবশিংনা পালেম মমাবু লুনা-চাম্না নিংবা মপাক্লিশিংনা পাংলম মমাবু নিংদুনা মালেম লৈছা কোন্দুনা মিকপ্পা লমলেন "লৈছা-কোন-থেম" "লৈশাংথেম" হাইতুনা কোলোইখিঐ। পালেম মমা মাগী মম্মাথংদগী মাংফমবা লমদম ওইখিঐ। অপারি শিংখোংতোনগী মতৌবু পাংলম মমা ওইবীগী পাইমা পিবুকচুংদা হক্লা খোইদাখিবদগী অপারিবু থাদোক্তুনা খোংকাপ নাহুই থাংবা ওমদপুনা মপারিগী মকাই-পুং নাক্লা পাংলম মমা ওইবি মাগী পুং (মকাই) লিংখিঐ, মাংফদবা লৈশেম্নী কুরু মাগী লোইনবী ইমা মাগী মকাইফম ওইনা লেপহৌঐ। লৈছা-কোন-থেম =( লৈশাংথেম ) লাইরেম্বী হাইদুনা মীংলেন তুযুপ লৈখিঐ। পালেম মমানা মপরি মাবু নিংঐ তাকপনে। পরম থংনা থৌনি-ও নিংবা ঘুংবানে হাইদুনা খুমন মচা মনাইশিংদা পুরারি লিরবদা খুমন মচা মনাইশিংনা পাংলম ওইবী মকাইদা খুরুম লৈপাইজখিঐ, লমদম লমলেন অদুদা লৈবা মপারি অতোম্বগী মকাই পুংদা চংদুনা লৈরাং লৈহুন তমখিঐ। কুরু মখোং থাদা কুরুনা নোংদমখিববু মাংফদবা ওইহনবিয়ু পুনমজখিঐ— অশুম্না খুমন তাওদনবা নিংথৌনা মচা মনাইশিংগা লোইননা কুরু মথোংথাদা হেকৎ-লৈকৎ লৈহুন তমদুনা চিংউ মথৌ মওম পাংখিবা মফম্ কুরু থৌদা পাংখিঐ হাইবগীদমক লমদম অসিবু "থৌদাম" হাইনা কোলোই মিংথেনখিঐ, অপারি শিংখোংতোনগী পুং (মকাইফম) ওইখিঐ। অসিদগী তুবৎ নাতে শমজুনা চৎখিজুনা খুমন মানা এলহৌঙদা পালেম মরা মাবু থিংউদা খুমন খুক্তা মৈহুম মৈরা পাইদুনা পালেম মমা থিবদা অরা তুইদোম লাংখিবা লমলেন লমদম লমচুংশি

"মৈরি-পাৎ" কা থুন্না লোম্নবা লমলেন উচি পুংদা খুমন মাত্তে তুবগ
শমহুনা চংখিত্র ।

অশুম্না থুমন মানা মৈরি-পত্তগী চংখিবনা অহিং তাংলৌ অঃথংবা শুক্না মম্না মতমদা লাকপনা মঙৈথংদা তুরিন অমগী খোংবান্দা খুমন মচা মনাইশিংগা লোইননা খুমন তাওদনবা নিংথৌনা রাইথুংখিত্র । অহিংদুমা লেপ্লগা ইনুং তৈনা ভাল্লকপা মতমদুদা তুগী-তুথুন খোংবান্দা পুং অমগী মথক্তা উচি মাম্না শা মচা অমা কুন্দুনা লৈববু খুমন মানা থংহৌদনা মিৎয়েং তাখিত্র — হিঃ করি মতৌবু কৌবনো চিংউ খোইযুম কনানা খুমন ইঃতৌ য়েংগে খন্দুনা উচি মাবু শাইওন্দুনা এবু য়েংলিবানি পাইমা মুংদা চপ যুংনা খন্দুনা তম্না তাংজ মহু পাম্না ওইনা শাইওন্দুনা পুং তন্না উচি মাবু ফাদুনা য়োহললে চিংউ খোইযুম কনানো অশেংবা মশক থং-উরগে খন্দুনা চংশিনখিত্র — অশুম্না তপ্না তাংজ মহুপান্না মানা পুংদুগী মরুমতুদগী লৈহুনা কাগৎলক্তুনা পুংগী মথক পুংদান্দা কুন্দুনা লৈরিবা উচি মাবদুবু নমহুনা য়োংকে মতাগুম তংজ মানা চিকউবদা উচি মম্না মাদি উচিবু ওইরমদরে মালেম লৈছানা পুংদুগী মথক্তা উচি মাম্না নিনথংলক্তুনা লেপ্না শক্তম ওইরম্রে, তাইওম্নবা থৌদোকশিবু মপারি মানা পাইমা মুংদা খোইদাখিত্র থৌ.দাক অসিঃনাংদগী লমলেন লমদম লমলুংশি অশিবু উচি পুং "উচিমান" হাইদুনা কোলোই মিংথোনখিত্র, পাইমা মানা খোইদাবা লম্নি হ'ইদুনা থুমন খুন্দা পুং ওইখিত্র হাইদুনা পুরারি লাইগী লিক "মুংভৌ পূয়াদা" থাবিরম্মী অশুম্না খুমন মচা মনাইশিংগা লোইননা খুমন খুন্দাখিত্র ।

লমলেন উচি মান-পুং উচিরাদা থুমন খুন্দাহুনা কংলৈ শেম্নসি খুমন তাওদনবা নিংথৌনি । খুমন তালোই কনা মাওরক্তেত্র খুমন তাওদনবগী তালোই খোইদাবী ভামু.রাম থম্বাল তোম্বী মহাক্তি ফুনাল তেলহৈবগী খুৎশু তেম্না পান্দুনা মাবৌ ওইহৌরে খুমন তালোই অহম পিম্নাইদুত্ত খুমন হৈনা মতুং ইনলক্তেত্র, মদোম চিক্কা মপুরোইবা থুমম্না ইস্তোকপিহুনা কনা থংদনা খুমন পুংগী

চিদাই অমদ: লৈহৌই। মনের শকপি ইমোইনু চাকহোংবীনা নাওংকোক্সংহৌএ অদুনা থুমন থুন হোংডুনা মচা মনাইপা লোইননা লমলেন উচিরাপা থুম্দাবসি থুমন থমোই তম্মাং তশোইনা লৈরকপবু থুমন মথংমাই ফাজিন্না ওইনা এনহৌংওদণী থুমন মানা পলেম মমা মাবু তানফংখিবা মফম নোংচুপ মৈহৌচিংবু ময়েংউগে থন্দুনা পাইমা খৈনা লেপতুনা নোংমগী কোয়োদা ম্যাংকোই তোংডুনা থোকখিএ— লমলেন "শাকোল তোংবা" লমথুংশিবু থুমন মখিং থিডনা ময়েংডুনা থোকখিবা থৌদোকপু নৌহৌননা নিংশিংখরে মফমডুদা চিংলাই থম্বা পাখংবা অমদি চিংউ শাফবা, মাংবা নহা পাচুম্বা মাগা ম্যাংকোই মাবু নাথৈডুনা থম্লগা তম্বা অনিনা হুরাপ লানানা নোংচুপ মৈহৌ-চিংদা থুমন খাখি মৈহৌববু খাম্বী মৈমুংনবা হোৎনখিবা থৌদোক পুম্ববু ওম্না হুতিক্তা থোকপা থৌদোক্তুম থুমন মিত্তা উখরে। মথং-মথং চৎখিবনা লমদম লম্লেন "তাক্রা-পাৎ" লম্লেন "অতাক-পাৎ" "লোম্ন-পাৎ" চিংউ লাইম্নামগী চিংউ চাকথাফম লম্লেন লমদম তাক্র-পাৎ, তাকম্লেন-পাৎপু ময়োরক্লবদা অদুগুম্বী তাক্রা পাত্তা থোকখিবা চিংউ লাইম্নাম্না ম্নারেপ ম্নাচাম্নখিবা তুংলমচত্তা ফত্তবা থুনিংমকপু তাক্র-পাত্তা মথোংনা থোংনা লাক্তুনা চিংউ খোইয়ুম চাকথা ওইরশনো কুরু ময়াথং নোংদমখিববু নিংশিংলকখিএ অশুম্না থুমন তাওদনবা থমোই তম্মাং তশোইববু খরা মথৈদি থেমজিঞবা ওমখিএ।

নোংমগী কোয়োদা থুমন তাওদনবা মানা চচিং লাকপা মকাইদা লৈবা মফম চচিং লাকপা নিংথৌনা "লাং-থাকপা" মফম "লাং-থাক-পল" লাংথাপলদা লৈবা থুমন মকাই থুমন পুংবু ময়েংউংদ পাইমা ম্নাখল পোৎলুম তম্মাং তশোইবা পোৎলুমু পোৎথারুংগে থন্দুনা থুমন ম্যাংদো থোংকাপ ম্নাই, ম্যাংকোই থুরুপ থাদুনা লাকপদা ম্নাম্না চংথোনথ্রবী শক-চু অহেম্বী তিং ম্যাং লিচুম্বী লাইরেম্বী অনিবু লম্লেন হৈবোক চিংথোংদা মফম ইথং থংহৌদনা উত্রখিএ। লাইরেম্বী অনিদুবু হেক উক্রবদা থুমন পাইমা পিবুক হুথরে লাইরেম্বী হেম্না চংখেম্নী মাবু থুমন তালোই তুইন তম্লগে হাইডুনা পাইমা যুংখিএ। লাইরেম্বী ওইবী

মশনগু খুমন তাওদনবা মায়ু উরুবদা উন্বী পিবুক খোইদাখিএ— লাইরেম্বী মীৎয়েং চোইখিদরে অশুম্বা মিৎকা মিৎকা উন্বীগা উন্খীগা য়াচান্নখিএ. ভাইহাক য়াংলেন লাইরেম্বী ওইবী মাগা মিৎচাম্নরুরগা লাই:রম্বী মকাইদা চংদুনা পুরি পারি লিখরে হৌফম শাৎফম থংথরে হৈবোক চিংদা পাম্বা হৈবোক নিংথৌগী মমোম কোলোই মিংলেম্বা মপন পম্বৌ মাগী মিং সৌদুনা খোম্বা "হন্নিখোম্বী" লাইরেম্মা মচিন মনাও ওইরম্লে। হৈবোক নিংথৌগী মচানুপি হন্নিখোম্বী লাইরেম্মাবু খুমন তালোইশিংদা চনলগে পাইমা য়ুংনা লেপতুনা খুমন তম্না মরালম্মাইদা হন্দুনা সনা হিখোৎ লুপা হিখোৎ-হিখোৎ খুচিং ওইদুনা পুদুনা হন্নিং হন্নাং লাওদুনা য়াকায় হি হোন্দুনা হেবোক নিংথৌ মকাই তম্না লাক-খিএ। অশুম্না হৈবোক নিংথৌ মকাই তম্না লাকপদা পোইরে অতাম্বদগী লাইরেম্বী হন্নিখোম্বি মাগা পানেম মমা ওইবী অনিনা উরুবদা হন্নিখোম্বী লাইরেম্মাদি হরাও খিনাক তমথবে অশুম্না মমোম লাইরেম্মা ওইবনা হরাও খিনে কচেবদা পালেম মমা ওইবী মহাক্না অমুক্না হেন্না হরাওদুনা মিনোকচখিএ। মমোম মাগী পাইমনা খোঙ্গদাজবা তিলাং খোইচংবনু উরুবদা হেন্না থোইনা পেনখিএ।

অতুবু চিংউ নোংদম্বা খোইয়ুম নোংখাইবা মাগী নোংদমখোন্দি তাইওম্নবা ওইখিএ, মতম অশি এরুদা কেরো মক্তা চিংউ তরং মপাও লাওরক্লে—

হাই হাই,
হন্নিখোম্বী লাইরেম্মা-ও!
হৈবোক নিংথৌগী মমোম-ও!
তাচৌ হাই
মহাক্না পাইমা খোইদাক্লিবা
তিলাং মাবু খোইচংলিবা
পাইমা মানা য়ুংওক্লিবা
তম্না মহাকপু
নখংলেন নমান ওইগে থক্লিবা

তম্না মহাক্কু কনা নত্তেদো
খুমন নিংথৌদি তাওদনবা
খুমন পুংশীদি নিংথৌনিদো
লাংওন থৌদোক কুমৈ শাম্নবদা
লমলেন উচি পুংদা ( উচিব্রা ) নৌনা পাম্নবান
হুয়িখোম্বী লাইরেম্মা নংদি
তম্না মকাইদা ব্রাইথুংলোইকো
তম্না মকাইদা চাদা নাওতারোই
শিংওেল অরেম্না ওই
লৈরাং অতিংঙা তাগনিএ
তাচহৌরো হে: লাইরেম্মা নংবু

য়াম্না চিংউ কোলোই মপাও তরং পাওচন্নবু হেক তাম্বদা হুয়িংখাম্বী লাইরেম্মা মথমোই লাইয়ুম কাইখিএ কোরৌ থক্কী কাপথরাং নোংদোল থক্কি হুন্থরাং চিংউ ব্রায়েন থৌদু পুংবী—চুংবানা কোইরৌ থক্কগী খুৎশুনবশুম থমোই লাইয়ুম থাইখিএ, চিংউ কনাবু মওইরিগবা খোয়ুম কনাবু মওইরিগবা নক্ষা চিংউ খোইবুম মীনম্বনা লৌনম লাংবু লাংথাক্কনা লাইরেম্বী ইতৌ মেংগে তৌবরা অদু নক্ষা খোইয়ুম মানা লাইরেম্বী ইকাইদা নোংদমথিনা নোংদম্বীক্তুনা থমোই ফিরাক থাই ইমু মন্নোন শং য়াংদৌ লমথাংদা থাইনা মৈশা লাংবনু চিংউ মখিং থিংনা য়েংদুনা নমু তাইপং কনাগী মকাইদা হৌদোক পুব্রারি ওইহনগে থৌশিনবরা য়ুব্রা ফিকৈ শেংনা খাংলগে হংদুনা হেবাক নিংথৌগী মমোম হুয়িংখাম্বী লাইরেম্মানা য়ুব্রা কোলোই মপাও লাওরক্লে—

হাই: হাই:
চিংউ খোইয়ুম মীনম্বা কনানা
লৌনম লাংথাক্কপবু ওইবরা
লাইরেম্বী এগী ইকাইদা
শক তাক্কনা চিংউ তরং মপাও লাওবদি

চিংউ ফমং পাওতাকলিবা

চিংউ অশেংববু ওইরবা

খোইয়ুম মশক তাকলকউ

চিংউ মরা ফিকে শেংবা মতম ওইরে।

অদু নত্তুনা

চিংউ নতাং তৌবা

খোইয়ুম লৌনম লাংথাকপবু ওই

লাইরেম্মা ইতৌ ফেংগে-থল

মরা কারণ চনখিববু ওইরম্বা

শক্লিপো ঃ

লাইরেম্মা ইতিক থংহনগে

হয়িঃ মানা থংশনো

হয়াঃ মানশু উরশনো

অশুম্বা লাইরেম্মানা মরা অনাও হেক তারকপদা চিংউ মানা মক্তা মপাও শেংলক্লে—

শেঃ শেঃ

লাইরেম্মা হয়িখোম্বি-ও।

চিংউ মিনম্বশু নত্তেদো

খোইয়ুম লাংথাকপশু নত্তেদো

চিংউ খোইয়ুম ওইবা ঐদি

অত্তে কনা নত্তেদো

হেবোক চিংগী লোকচপ্তা

ইকাই মাতুনা লৈরিবা

মতম চাদরি শাক্তোংদক্লিবা

শাইওন লাংওন চাওবা

চিংউশু খোইয়ুমশু ওইঙবা

নোংপোক অম্বিবা ঐনে।

লাইরেম্মা নংবু পাইমা পিবুক ফাখো-ও!

লাইরেম্মা মংগী লাংঙন-শাইঙন
খোঁদোক কুঁম্বে শাগ্রগদবনু
খংবা উবা ঙৈমনা
চিংউ তরুং মপাও পাওজাকপনে।
চিংউ তরং মপাওবু তাল্লগা
লাইরেম্মা পাইমা খোইচংনা
তুংলমচংকী লাংঙন ওমদাইহৌরা
মাংক্রগ্রবা মিংলেনবু উরোং খিনঙমও !

ময়া কোংলাই মপাও লাওরল্লগা চিংউ লাংঙন চাওবা নোংপোক অরিবা মাদি মকাইফমদা হনখিত্র। চিংউ তরুং মপাও তারবদা হৌরিখোম্বী লাইরেম্মাগী পলেম মমানা মমোম ওইবী লাইরেম্মাবু থুমন নিংথৌ তাওদনবদা থাজনিংখিদরে, মমোম ওইবী লাইরেম্মা মাবু তম্বা ম'গা যৌংচানদনবা ময়া ম্রাচানদনবা হম্না হম্না লাইরেম্মা পিবুক ফাখিত্র। অদুবু মমোম ওইবী লাইরেম্বী মানদি ম্নাবা কৌবা লৈখিদরে, লাইরেম্মা ওইবীগী হৌনবা থংমাই অনি লোংখিদরে। লেপখিবা খোংফমদগী লাইরেম্মা যুংদুনা লৈখিত্র। থুমন নিংথৌ তাওদনবা মাশু লাইরেম্বী মাগী পলেম মমা মানা ময়াদ্রবদা ইকাই ফিরুক থুমখিত্র। থুমন মরিন থাখিবনা পুরকপা হৈবোক নিংথৌগী থুদোঙপোঙ হৈচিং থরাই ফিরুক ফিওাম, সনা ক্বাগোক-লুপা ক্বাগোক লুক শেন পুম্বা ওয়া লৎনখোং খিংখরবদা হৈবোক নিংথৌগী থরাই খোঙাঙদা থনমখিত্র। থুমন তাওদনবা ইকাই ফিরুক থুম মরালয়াইদা হলরাইখিত্র।

হৈবোক নিংথৌ মানশু মমোম ওইবী লাইরেম্মানা ম্রাদবদগী পুরকপা থুদোঙপোং ওয়া শোকঙমখিদেত্র। থুমন মানা পুরকপা ওয়া হৈবোক নিংথৌ মকাই চিংখোংদা লৈখিববু মমোম ওইবী লাইরেম্মানা হাইখিত্র —

"ওসি ইথংলেন থুমন মানা পাঙ্খৌ মাগী থুদোঙপোংপু
তম্নকপা হৈচিং থরাই তম্নকপদি পাঙ্খৌ মানা লৎনথোং

থিংখিবনা পুক্লকপা পুম্বা পুং মাংফদবব্ ওইহৌরগনো লাইরেম্মা ঐশু খুমন মকাইদা ওংবা শকচগে ইমং অনি ওঅরোই”—

অকম্বা ম্বম্বানা শরি পন্দোমখিএ। ওসি ফাওবা হৈপোক চিংখোং লাংথাকপল চিংখোংদা পুং মচা-মচা মতুম তাদুনা থুৎফম কাইদনা লৈরিববু থুকাইফদেএ গুমন ত্তাওদনবা মাগী খুদোলঃপোৎনে হাইরিবত্তু করিগুম্বা পুং মচা-মচাশিংবু থু্াইক্লরবদা লাইরেম্মী মাগী নিংবা কাইখিবদু তেকশিন হঙ্জিল্লি হাইএ। অশিগী মনাক অনকপদা খুমন মকাই পুং অমগু লৈপনে মহুদা পানবা খুমন নিংথৌদি “খুমন পুরেল পাখংবা” “খুমন নিংথৌ পুন্সিবা” কৌএ। পুকোককী লাইনে পলেম মম থিবা লাকপদা চচিংল্লাকপা মকাইদা থুংলবনে চচিংলাকপা নিংথৌনা খুমন মাবু থুনম্বা লাংথাকপদা খুমন মাদি থুদত্তুনা চচিংলাকপা নিংথৌ মথস্তা লাংদা থুখিবগী পুক্লারিদগী মফম অসিগী মমিংবু “লাং-থাক পল” লাংথপাল হাইদুনা কোল্লোইখিএ। মফম অসিদা লৈরিবা খুমন পুরেল পাখংবা অসিনা হান্না হরাও শকথেন তমমদবদগী অমুক হন্না হরাও শকথেন তমলক্লবদি মপু মপাগী মপু লাই মপা লাইবু নৌনা শাফোংলরগনিএ হাইনা পুক্লারি লাইঙ্গিক অনিদা থাবিরমই।

অমরোমদা হম্বিখোম্বী লাইরেম্মদি পলেম ওইবী মমানা খুমন নিংথৌনা রাইথুংনদনবা থেম্ম। মম্যাত্রবদা মমোম ওইবী লাইরেম্মা মানা হাইম্ম —

“মুপি ওইবী ঐখোইচৌদি নিংথ্রবদা হোংফমেএ. মমোম ওইবী হম্বিখোম্বীনা খুমন মাবু থাদোক্লোইএ অতুবু পলেম ওইবী নহাক্রা মম্যাদ্রবনিনা খুমন মকাইদদি খোংদোইররোইএ অদুনা নমোম ওইবী ঐগী ইকাই অমতংদদি পিনবিযু।”

হাইদুনা হম্বিখোম্বী লাইরেম্মানা মহাক্কী মকাইফম অমা মপন পন্থো হৈবোক নিংথৌদগী নিখিএ। এলহৌতৈদা লাইরেম্বী ওইবী ঐনা শামু হকছাংদা ঈগী ঈথোং থুম্মবু চেল ঈনা ঈপাল লাংলবদা কোল্লৌ হুমিৎ মঙানি চুপ্পা ঈ।। ঈপাল শাববু লোইরবদা লাইরেম্মা ওইবী

ঐনা চেংহি শম্মাল লাংখিন্বা লাইজ ঈথোং ঈচিল ৱাকৈয় হিদি হি থাংক্রম খুমন নিংথৌদি তাওদনম্বা মাগা লাইরেম্মা ওইবি ঐগা অহানবা থোংহাই উনফম শকচায়ফম পুং অসিদা লাইরেম্বী ওইবী হন্নিখোন্বী ঐগী ঈকাইফম ওইজগে অহুপা লাইরেম্বী ওইবী ঐনা থমোই শেংবা মক্তবু ইশরুক ওইরবা ঐগী ইকাইফমদা থোংলম তরেৎ ফাংবা ঈফুৎ ঈরম ফাওবা ওসিদগী ওইরশনো কাইদবী ঐগী উরোং থনম্লগে ঐবু হলান্নশিংনা ঈগী ঈরম কাইববু ওই ঈগী ঈরম ফুনবা ওইগ্রশনু হাইদুনা মপু কুরু অতিংকোক মরু শিদবদা নিজখিববু কুরু মানশু হোয়াবিখিএ, চানবী মিৎয়েংবিখিএ। কোরৌহুদগী হোহুনা হৈবোক নিংথৌ মানশু মমোম ওইবী লাইরেম্মানা নিবা ওম্না হোয়াখিএ। মমোম মকাইফম পিখিএ।

থৌদোক অদু নোংদগী লমদম অদুবু হি-থাংফম "হিয়াংথাং" হাইদুনা কোলোই মিংখোনখিএ। অশাইগী লাইরেম্মা ওইবী হন্নিখোন্বীনা চিংহি শগাল লাংফম্ন "হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী মকাই পুং" হাইদুনা খংনখিএ, ঈশম ঈফুৎ তরেৎ ফাওখিববু কুরু মানা নোংদম হোয়াখিবনা ঈরম খোংলম ফাওখিএ অশুম্না লাইরেম্মা ওইবী হন্নিখোন্বী মনা হরাও মিনোক তমখিএ, হাইদুনা পুৱারি লাইগী-লিক অসিদা থাবিরমই। কোরৌ মুমিৎ হন্নি চুপ্না লাইরেম্মা মকাই-পুংদা ঈরাং থৌনি তৌখিএ হুম্নিশুবা কোরৌদা লাইরেম্মা হন্নিখোন্বী মাদি মকাই পুংদা চং-খিএ, হিয়াংথাং লাইরেম্মা হাইদুনা খংনখিএ। লাইরেম্মা ওইবী মকাই-ফমদা হৈকৎ লৈকৎ তৌগদবা কোরৌ অচংবা কোরৌ মাইফবশিংদি —

১। মেরা থাগী তরুকনিগী অহিংদগী মেরা থাগী নিপাম্নি প'ম্বা ( থাপান ) অহিং ফাওবা।

২। কালেন থাগী হুম্নি পাম্না থাপান।

৩। থরান থাগী তরানিথোইনি পাম্বা।

কোরৌ থাপানশিং অসিদা হিয়াংথাং লাইরেম্মা মাবু তাইপংগী পি ওইবা শিংনা থৌনিজবদা ইম্মা মানা চানবিএ হাইদুনা পুৱারি লাইগী-লিক অসিদা থম্বীরমই। লাইরেম্মা মাবু তাইনগদবা

লাইরোলগী থাবিরম্মই ইমা মহাক লৈ 'হাইবা ঙম্লা বংগা হাইরে।
লাইলিক অসিদা ইমা মাগী মতিকপু অশুম্বা থাবিরমই—

"থাম্বী মৈনা চাকপদা তুমদবা
মালং শাম্বা মাংহল্বা ঙমদবা
লাইজ মানা চামথদা তুমদবা
সনা ওইবী মহাক্কে।"

অশুম্বা সনা মাগী মমিং লৌরগা চিংউ খোইয়ুমশিংগী মিংথোল্লদা অহৌবদা নত্রগা অরোইবদা "সনা" হাইনা পনবনে সনা হাইনা তাবনে।

অশুম্বা লাইরেম্বী মাগী মকাইদা হৈকৎ-লৈকৎ চল্লবা মতুংদা হৈখোক চিংগী লোকচপ্পা মকাই হাদুনা লৈরিবা নোংপোক অরিবা মকাইকমদা হৈকৎ-লৈকৎ ঙমগদবে করি নোংগীনো পাওহংরে হাইখিরে অদুগা হরিখোম্বী লাইরেম্বা মানা ঙসি হরিখোম্বী লাইরেম্বা এনা লেংদবা ইকাইকম হাত্তুনা ইকাইকম পুংবু থোন লেংদবা পামেল উংবপ কুম যুংলিবা চিংউ খোইয়ুম লক্কা লাইরেম্বা ইশরুক হারিবা চিংউ নোংপোক অরিবা লাইনিংথৌ মাগী থৌশিলনিদো লাইরেম্বা এনা হরাও মথোই কাবদা লাইনিংথৌ নকাইদা খুদোল পোৎ হৈরুক লুপোৎ কাজগেকো শরি পন্দোমখিরে।" হৈরুক লুপোৎ কাখিরে।

অশুম্বা খুমন তাওদনবা মানা মরাল হাইদা ( উচিরাদা ) হল্লরুবদা মথমোই মুংদা নিংঙমদবা থোদোক কয়া কয়াবু নিংশিংউরগা খুমন মমোই তাশোম্বা থিরখিরে। অমারোমদা অমুক শেৎনপ্রবী খুমন তালোই পিরাইনুগী হাইখিবা মরাদা খেৎফম লৈরকতবা খুমন ইকাই মুংশি হানখিরে থমোইমুংদা লাইমন ওইখিরে। নিংবা কাইনা পুন্সি লেনবা হৌখিরে। নোংমগী কোরৌদা খুমন তাওদনবা মানা এলহৌডদা খুমন পুং পুংমরোলদা থোকখিবা থোদোক কয়াবু নিংশিংলুবদা খুমন থমোই কাইখিরে। নিংঙমলকত্রদুনা খুমন মথৌ পুংবু কনা থংহন্দনা ময়েংলুগে কুক মকাইবু ময়েংলুগে পাইমা মুংদা যুংখিদুনা

ব্রাকয়ৈ হিনাও তোংদুনা অমম্লেন উচিয়াদগী কুরু মকাই পুং ময়োল তম্না লাকখিরে। চহি কোকপেং মচি লাংতুনা কনা খংহন্দনা খুমন শক লোংতুনা কুরু পুং ময়োলা মকাইবু য়ৌখিরে অশুম্না খুমন মানা তুমিন্না কনা খংহন্দনা খুমন শক লোত্তুনা কুরু পুং ময়োলগী তুগী-তুরিন অমদা ব্রাকয়ৈ হিনাও হোনগংলক্তুনা খুমন মকাইফম অরিবা অহান্বু মমিং শিংনা লেংখিরে, খুমন তাওদনবা মানা মকাই-ফম ক্লৌরক্রুবদা থোকখিবা থৌদোক কয়া'বু হয়া নৌ:হৌননা নিংশিংলক্তুনা মিংশু শিয়াং শিনখিরে-মক ইফম অরিবা হৌরকফম্ থাদোকলমমগা কুরু মকাইফম কুরু পুংবু ক্লৌরবদা খুমন মমিং পেয়া কুরু পুংবু ক্লোংজখিরে, হৌখিবা থৌ:দোক খুদিংমক নৌহৌননা হুচিক্তা থোকপা থৌদোককুম খুমন মিত্তা শংশং উধারে। কাইজদবি লাঞ্জদবী পিয়াইগু মতালোই মাগী মবাইদা লংজখিবা থৌ:দোক কয়া'বু নৌ:হৌননা নিংশিংলক্রবদা খুমন মথমোই কাইথরে খুমন মথ:মাইদা নিংঙমদবা থাদি মানা চাক্রকপবু পাইমা পিবুক ম:দাম ফাজখিরে। মথংদা কুরু মকাইফমদা চংতুনা কুরু মখোং খাদা হৈরাং হৈকং তম সৈবাং সৈজুন তমজখিরে। অসিগী মতুং থোকপদা খুমন তাওদনবা নমু কনা উখি খংখিবা তা'র কো'রৌ ইমুং ঙানখিবনা হানদ্রিঙদা মরাল য়াইদা শমু খোংগাল্লগে পাইমা মুংদা থন্দুনা খুমন তু'রিন তু-খুন্দা লোত্তুনা থনম্বা ব্রাকয় হিনাও তোংদুনা তুবিন-তুথুল তান-তাওদনবা মকাইফম লম্লেন উচিমান পুংদা (উচিরা) হলরাই রাইথুংখিরে। অশুম্না খুমন মানা খুমন পুং অবিবা য়োনা লম্লেন উচিমান পুং ময়োলদগী কনা খংহন-উহন্দনা তুগী তুরিন্দা ব্রাকয়ৈ হিনাও তোংতুনা শমু খেংশানখিবা তুরিন অদুবু তুংলমচত্তা মাংফদবা তুখোং ওইরশনে। মাংফদবা মিংসেনবু খোনলম্লগে হাইরদুনা খুমন মানা তুরিনগী মিংসেনবু "খুমন-নাও-তু খোং" হাইদুনা খোনখিরে। মিংখোন অসিনা তু-:খোং অসিগী অনিরকশুবা শিংখোনখিবনে। পুথক্তা তুরিন অসিগী মাংফদবা মিংলেন অমশু লৈঙ্গবনে কুহেন সনা (কুমাল তেনহৈবা) না খুমন মাগী খুংশু

থোংদোইরকপগু থামখিদবনে । মন্না অশি মনেম্না মযৌ পিন্নাইদু মকাইদগী কাংখিদেঅ্র । শাইওন লাংওন মাগী নমু চিংউ থোইমুম ওনওন্বী থুমন পলেম শকপি ইমোইদু মহাক্কি থুমন মপারিনা হন্না মকাই অরিবদা হন্নরাইরক্লগনিঅ্র, "অরিবনা হন্না নৌ:হীররগনি অনৌবনা লৌনা লৈরোল চনলরগনিঅ্র থুমন লাংওন থৌদোক কুমে অতোন লোম্নরগনি পারি থুমন শা-থুগলরগনিঅ্র" হাইবসি হান্না থংখরে ।

মতম অসিদদি মখৌগী মথমোইগী থংলবনিনা হন্দমুক মপারি থুমন্না মথুন থুনবুকলেনবু য়েংবা লাকপদা মপারি মথমোই চুক ফা ফারগে চপ য়ুংনা লেপখরে থুমন লংলা লংচিন থুপহন্নগে ইমোইদু মমানা পাইমা য়ুংখরে । অশুম্না থুমন্না মথুনলেন থুনবুক অরিববু অনিরক হন্না য়েংবা লাকখরে অহুমলক শুবা থুমন মানা মথুনলেন থুন অরিববু য়েংবা লাকপদা ইমোইনু মমানা মপারিবু থামখরে, থুমন থমোই ফাখরে, মপারি থুমন্না মতম অশুক কুইনা কাইনখ্রবা পলেম শকপি মমা ইমোইনুবু উরুবদা মথমোই পুবা মাগ্রতুনা থুমন কোক্লৌ নোং-থোং মীকপ তগখিঅ্র, পলেম শকপি মমাগী মখোং কোন্দুনা থুমন মমিগী পিন্নাং শিন্দুখিঅ্র; লংওন চাওবী ইমোইদু মমা মাগী মপক্কি থুমন মতৌ উরুরগা মথমোই থেংখরে মন্না মনাও তানা মপারিগী মথমোই ফাখিঅ্র, হাইখিঅ্র—

হাই: পারি থুমন নংবু তারিবরা
করিগী পাইমা পিবুক অদুক থেংপনো ?
পলেম নমা ঐবু লৈরিঅ্র থংদ-উদবরা ?
পলেম ওইবিদি অঙাওবা পারিতবু নিংবনি;
পারি নংবু থংদ্রবোই !
থৌদোক থুদিং নমা ঐনা ওন্না শিনখনিদো
পারি নংদি অকাওপরেনখ্রবোই !
পারি নংনা চংকদবগী;
পারি নংনা হন্নরাইরকদবগী,

নমা ঐগি য়োইনা ইখং-খংইদো ।
ঙমুমকশি পারি-ঙ,
কুরু মাগী ময়াথং;
মপু মাগী মথৌদাং;
থৌদোক লাংঙন কুমৈ শান্নবনিদো !

শেং শেং

খুমন পারি নংবু তারোকো;
পলেম নমা ঐনা
খুমন নথৌ-নঙম শিল্লারগেকো ।
ঙসি কোরৌ নোংদগী
পারি খোংকাপ নাহুই থাংফরোইদো ।
নগন প.ম্বী মখোং-থা,
কুরু মকাই অহকপা;
নখুন খুনবুক অচংবা;
কুরু পুংদি মথৌ পুং,
পুং-লেন পুংদি পুং ময়োলগী
নিংথৌ তাংপল চাংকদেঞ
পারি নহাক্না হয়া ফম্বাল তোং
তাংপল থক্তা ফম
লৈমরেম্বীনা ওইদা তান
নচা-ননাই কোন্দুনা
কুরু পুংবু তাক্কদনে
কুরু মাগী ময়াথংনে
নমা ঐগী মরানে
শোইফদেঞ পারি-ঙ ।।

অগুয়া মমা মচা পুকমেন পাওমেমচুনা মপারি থমোই ফাতুনা লৈরিঙ-মতম কুইনদগী কাইনব্রবী; শেংন মৈরিনক্তা শাংলুব্রবী খুমন তালোই কাইঅদবি লুরাং চমু পিয়াইনুত্ত মপুক্লোইবগী নাক্তা

চৎলক্তুনা এসমহৌডদা মপুরোইবা মকাইদা লংজখিবা পুম্ববু ভাকপিনমবা মপুরোইবনী মখোং কোন্দুনা কোরৌ-নোং-খোং মীকপতম, মিহলু পিরাং ঈরা তেনখিএ। থুমন তাওদনবশু কাইজদবী জাজদবী পিয়াইমুদী মতৌব উকবগা মথমোই পুবা মারকক্রবদা মিহলু পিরাং ঈরা চেনখিএ, মথংগন পিয়াইনুবু ভাকপিখিএ, মরা পাওমেমলকএ —

"ইথংলেন ইনেমচা ও।
চিংউ মাগী নোংদমখোন-না
মোইবুম মাগী থৌইনপিন-না
কোবৌ শিংবুম খবদি
চহি কুমজা খবদংবু
কাইনা ফিজংন খন
শেৎনা লৈচিন পেমাই তুরুরে
ওসি কোরৌদি য়াইফনা
রা লেন শিদগীদি
ইথংলেন নংবু শুংওমবী
খাদোক্লরোইকো অদুক হম্না
থুমন পুন্সিনা লৈরিমখৈ"

অশুম্না মপারিগা মমৌগা অনিগী মতৌবু উরুবগা থুমন পলেম শকপি ইমোইনুনা পাইমা খৈনা পেনখরে হরাও মখোই কাখিএ, মপারিবু নৌহৌননা নিংথৌ ফম্বাল তোংহন্ননবা অদুগা মমৌ ইবেমা পিয়াইনুনা লৈমা ফম্বাল নৌহৌননা কহন্ননবা ওম্না থৌরাংখরে। থুমন মচা মনাইশিংশু থুমন নিংথৌ তাওদনবা থুমন মকাই অরিবদা হমরাই থোংকাপ রাইরক্ল তাবদা হবাও মখোই কাখরে অশুম্না থুমন মচা মনাইশিংগা লোইননা থুমন ফমনাইবা ওম্না তিল্লবদা থুমন তাওদনবা হম্না ( নৌহৌননা ) নিংথৌ ফম্বাল তোংখরে লুরাং চন্নু পিয়াইনুনা নিংথৌবী ওইদা ফমদেংন্নুনা লৈমরেন্বী ফম্বাল তোংখরে; থুমন পুংদা অমুক হম্না "থুমন নিংথৌ" হাইনা কোনোইন্নুনা থুমন পুংগী

নিংথৌ অরোইবা অমত্তাইবা ওইহনা মচা মনাই কোন্দুনা পানখিত্র। খুমন তাওদনবা হাইবা মিংথোন্দু থুপতুনা থমখিত্র। অদুত নত্তনা অতুৈত্তে খুমন মানা এঙহৌঁওদা কুরু থৌদা পাংবা চৎপদা পলেম মমা লৈশেম্বীনা অমদি কুরু অতিংকোক মরু শিদমনা মপারি মশক্লক ওইমু নোংদমখিব মকাই ওইয়ু হাইদুনা কোক্কোই মিংথোনখিবা খুনবুক্লেন শিংদগু খুমন নিংথৌ ফম্বাল তোং লুরাং চমু পিয়াইনুনা লৈমা তাংজম কা খুনবুক্লেন অচংবগী মচা মনাইশিংবু কোনগুম্মা পানখিত্র, হরাও পকথেন তম হৈরাং হৈকৎ তম; লৈরাং লৈ-হুন তম চাকহোং-তাহোংবা, পুন্সি চেংচেন অশাংবা, তিনথুং লাইথুংনদবা, ইচা-ইগু কাইনদবা, ইচা-ইনাই পেৎনদবা, হিগী মাইগী মপু ওইববু নিংথৌ মকাইদগী নিজখিত্র। খুমন মচা মনাইশিংনা অসিগী মতুং থোকপদা খুমন নিংথৌ মাবু "থৌরেন পুং ( থৌপাং-পুং ) পুংময়োলগী নিংথৌ" হাইনা শংনখ্রে। খুমন মচা মনাইশিংনা থৌরেল পুংগী নিংথৌ ( খুনগী মপি-মপা ওইবা ) অদুগা খুনবু লৈমা ( খুনবুক্লেনগী মমা লৈমা ওইবী ) অনিবু কুমজা কুমজা খুদিংদা হরাও পকথেন তম্বা, চংকাই খুথেক উতুনা লৈমা নিংথৌ অনিনা ফম্বাল তোংবা নিংশিং থৌরম পাংখিববু তুংজমচত্তা পোইফদবা থৌরম ওইরগনা খুমন নিংথৌ মানা হাইখিত্র।

অদুগা পরম অমনা খুমন মাগী মকাই অহৃকপা হাইরপদি থৌরেল পুংময়োলনে: মথৌ পুংনে হাইত্র অতুগা খুমন মানা মকাই মাবা মরমদম ( থৌদোক কুমে শাগ্রুবা মকাইফম ) হাইপদি মামত্র, মালেম শম্না খুমন মকাই মাখি হাইদুনা পুরারি লাই-লিক অসিদা মাবিরমই। থৌপাং পুং মকাই পনথে হাইপদি হাওরৈ নোংচুপ হারমদা থৌপাং পুংগী তুখুন ঈচন ( থৌগাল-তুরেল ) পা "ঈরি" তুখুন ঈচেন ( ইরিল ) ঈচেন অনিনা ইপুনফম লাম্লন "ঈরোং" ( ঈলাং ) ফাওবনে। অতুগী মখা ঈ-মাই রাংমদগী থা-নাচাওবা লাইনিংথৌ অহুম রাংপুরেল মকাইনে লাই মরু হুকপা মামী মকাইনে।

দুণা হাওরৈ অরাং কৌপরু মায়কৈদি ইরুমন লিলহা-খোং ঈকাংবা ( লিলোং ) নোংম্রাং ঈরু ঈশেংখ্রম; চিংউ শদ্রি পন্দোনখ্রম; খোইয়ুম লাইম্লাম পুননখ্রম খাওবনে।

তুণা অমুকতু হারম অরাং শাংবা যুমহাল ( ইম্ফাল ) লমদমদি "লাকপা" লাইখ্রম্না কোম্না লমদমনে। মিতিন পুংনে লাইদি চচিংলাকপা, যুমচাও লাইরেম্মা লাই নোংশাবা, লাই পাঙ্গমবা সনারেম্মী লাইরেম্মা; কোম্নি খাবনচিংবা চিংউ লাইরেম্বা + লাইরেম্মী শিংনে মকাইখ্রমনে।

তুণা হাওরৈ নোংপোক লৌরেন ফিরু'লম্বাই শেমগী লাংমেন মকাইখ্রম, চিংউ খোইয়ুম খুন্নাখ্রম, লাইখ্রম পানা চিংউ খোইয়ুম-শিংনা লাংওন-শাইওন শুংশিংনা লৈমা নিংথৌ ওইনা শাইওন-লাংওন্দুনা থৌদোক কুমৈ শাম্খ্রম লমদমনে। খোংগুম্নকপা চিংউ খোইয়ুমশিংদি —

১। তাংচেং নিংথৌ + ঈচুম লৈমা

২। ফুনাল নিংথৌ + শকখেন সনা

৩। খুমন নিংথৌ + পিম্লাইমু

৪। নোংপোক নিংথৌ + অপানখোইবি

৫। অরোং নিংথৌ + চিংগা লৈমা

৬। ঈকোপ নিংথৌ + লাইরেম্বা

৭। ঈকম নিংথৌ + লাইরেম্মী-নচিংবা লৈমা নিংথৌ ওইনা লাংওন-শাইওন থৌদোক কুমৈ শানখিএ। দুগী মথাদা হাওরৈ থানা চাওবা মাইকৈ মরমদমদি অশি খোং পুবা চিংউ রাংপুরেল মকাইনে চিংউ মকাই, চিংউ অথৌ মওম মেনবগী পুরারিদি মথংগী পুরারি "কুরু মপাম্রিবু লাই মাপলগী লাংওন-শাইওন পুরারি" হাইবা অতুদা থেংনরিগনি।

অতুম্না খুমন পুং পুং-মম্মোলদা অমদি খুনবুমেনশিংদা খুমন নিংথৌ পুন্সিবা নিংথৌ ওইদুনা মচা মনাইশিংবু নাওকোন্দুনা চহি কুমজা কুমজাগী হন্নাও শকখেন তমলমদা মপু মপাগী পম্লম কম্না

অনম অহা চুরপ্পবু তিনকোক-প্রাইকোকখিগ্রে; খুমন পুংদা হৌবা হৈপালনা হৈগী হৈমি তমখিদবশু নোহোমনা হৈগী-হৈমী তমখিগ্রে মীগু লাইশু চিংউ মাশু হরাও মখোই কাখরে।

তুনা খুমন কুরু মানা চিংউ থোদোক কুম্ম শপ্পবদা লাংওনখিবা চিংউ থোইমুম নমু শক-তাক-শকফোংখিবা মকাইফম খুনবু'ক্লনদি

১। খুমন কুরু ম'মবু ময়ানা চিক্লা কোনওগা।

২। খুমন পুরেল পাখংবা তালোই সনরেম্বী লাইরেম্বী।

৩। খুমন নিংথৌ পুন্সিবা তালোই পিয়াইনু লাইরেম্মা।

৪। খুমন ক্লাকপা তালোই—

ক) পিয়াইনু খ) ওানুরোল থম্বালতোম্বী।

৫। খুমন শাক্ষবা তলোই

ক) পিয়াইনু খ) ওানুরোল থম্বালতোম্বী।

৬। খুমন তাওদনবা তালোই— ক) পিয়াইনু

খ) ওানুরোল থম্বালতোম্বী গ) হম্রিখোম্বী লাইরেম্মা।

৭। থৌরেল নিংথৌ তালোই— ( খুমন নিংথৌ পুন্সিবা )

নোংপোক নিংথৌনা তুনা পানওমগ্রে।

ক) খুনবু লৈমা ( পিয়াইনু ) খ) ওানুরোল থম্বাল-

তোম্বী গ) হম্রিখোম্বী লাইরেম্মা।

৮। থৌরেল নিংথৌ কাই-তোংবা খুনবুক কোম্বা, নোংপোক

নিংথৌনা তুনা পানওমগ্রে। ক) খুনবু-লৈমা

খ) ওানুরোল থম্বালতোম্বী গ) হম্রি খোম্বী লাইরেম্মা।

৯। থৌরেল নিংথৌ নিংলেন-পুং খুনবুকলেন কোনবা।

নোংপোক নিংথৌ তুনা পানওমগ্রে। ক) খুনবু লৈমা

খ) ওানুরোল থম্বালতোম্বী গ) হম্রিখোম্বী লাইরেম্মা।

১০। থৌরেন নিংথৌ পুন্না তাংচেং নিংথৌ পনওমগ্রে। কিয়াম্ব

খুনবুক কোম্বা তালোই—

ক) খুনবু লৈমা খ) ওানুরোল থম্বাল তোম্বী

গ) হম্রি খোম্বী লাইরেম্মা।

১১। থৌরেল নিংথৌ, থেকমন খুনবুক কোল্লা তালোই—
  ক ) খুনবু লৈমা  খ ) ভাম্বুরোল খম্বালতোম্বী
  গ ) হুম্নি খোম্বী লাইরেম্মা।

১২। থৌরেল নিংথৌ, শন্নারেল লাইনিংথৌগা ভুনা পানভমএ।
  অশুম্না খুনবুক্নেন অচংববু ভাকখিএ।

খুমন মহাক্না পাম্বা মতম অসিদগী মালেম লৈশাং লৈয়োনম্নুংদা অহাম্বা ওইনা য়েক শলাই য়ুমনাক শাকৈ খাইবা হৌখিএ। য়েক শাকাই অহুমতমক লৈরমই।

১। মঙাং শাকাই  ২। লুৱাং শাকাই  ৩। খুমন শাকাই।

ওসি লৈরিবা খুমন য়েক শালাইগী চাদা নাওদাশিং অসিগী মপু মপা হৌফম শাংফম পু-কোক-পেন-কোক ঈ-পোকপা ঈ হুনবিদি "চালাম্ব" তালোই "য়াইরৈমা" ( পুয়াদা য়াওরৈমা হাইপনে ) অনিদগী ওম্না শনখিবনে হাইনা পুৱারি অশিদা থাবিরমই। অতুনা খুমন মাগী মকাইফমদা খুমন মচা মনাইশিংগীদমক্তা খুমন পুং; শম্না পুং; শাথোক পুং; শা-লাও পুং; লাল-লাও পুং; খুমন ভাইনা পুং ওম্না থম্বিরমই মফম খংনা থৌনিরকউ, লেপ্না তাংজ মাই পাকএ হাইনা থাবিরমই।

মথংদা অনিশুবা শালাই য়েনবদি— মঙাং, লুৱাং, খুমন শালাই অহুম্না থৌদোক লাংওন-শাইওন শান্নরকপদা শালাই অরিবা অহুমদগী অতোপা শলাই মরি ( ৪ ) অমগা অমুক থোকখরে পুম্না শলাই তরেৎ ( ৭ ) নে তুদগী শা-খাই অনি অমা অমুক থোকখিএ, য়েক ৭ শলাই ৯ হাইতুনা য়েক শলাই য়েন্না খুমন মহাক থক্তা হৌখিএ হাইদুনা পুৱারি অশিদা থম্মীরমই।

হুচিক্তি পরম অমগা অমুক হাইকে—

১। খুমন পুরেল পাখংবা মানা লাংওন থৌদোক কুমৈ শান্নদুনা
  নিংথৌ ফম্বাল তোংবা।

২। মঙাং নিংথৌনা লাংওন থৌদোক শাইওন কুমৈ শান্নদুনা
  নিংথৌ ফম্বাল তোংবা।

৩। লুহ্বাং নিংথৌনা নিংথৌ ফম্বাল তোংবা।

৪। নোংপোক অরিবনা নোংপোক লাংওন্দুনা নোংপোক নিংথৌ ফম্বাল তোংবা।

৫। লৈপাক নিংথৌ ওইনা য়াইদা ( মালেম লৈয়োন-হুংদা ) কুরু তাংপল থক্তা নিংথৌ ফম্বাল তোংখিবা ইবুধৌ "তগুপ তরেং পাখংবা" মানা নিংথৌ ফম্বাল তোংবা।

৬। চিংউ-খোইয়ুম নমু; ভা-শা; লেংলি পাল্লিবা পুম্বগী মপু ওইনা অমতা ভাইবা লাইগী নিংথৌ লাইনিংথৌ "সনা-মহি" লাই মরু মানা নমু তাইপংগী নমু যুমচংতুনা নিংথৌ তাংপল কাবা।

৭। দুগা পাখংবা লাই মাপলনা মাগী মাগী নিংথৌ তাংপল কাদুনা লৈপাক নিংথৌ ওইবা।

পুম্নমক অসিগী নিংথৌ ফম্বাল কনানা হান্না ফম্বাল তোংখিবগে হাইবগী পরম তুথুপপু থাজরক্লদবনু পরম তুথুপ লোইনাইদবা ওইবনা মথং ফোংগদবা পুরারি "কুরু মপারি লাই মাপল ( ৯ ) গী লাংওন শাইওন পুরারি" হাইবা অদুদা চিংউ য়ুরা মাবু লিশাংশিংথজরক্তে। অশুম্না থুমন মানা থুমন মচা মনাইশিংদা লোমনাইদবা পুরারিশিংবু থগৎরমই, চিংউ য়ুরা মাবু মালেম থুংনা শনখিএ —

য়ুরা মাদি চিংউ মাগী য়ুরানে
য়ুরা মাদি খোইয়ুম মাগী য়াথংনে
য়ুরা মাদি মাংফদেএ —
লাইরা মাদি কাইফদেএ —
লাইরা মাদি হোংফদেএ —
কুরু মাগী য়াথংনে —




হয়িঃ হন্নাঃ হেঃ
হযুঃ শিদবাঃ হুম।

—থৈরবা—

অহানবা থুংনম—
ইঙা ১৩ নি পানবা ১৯৯১।

কোপি মশিং— ১০০০

মমল— রুঃ ৯৫/—

খোংজমদবা পুয়াশিং—

*১। তু-তৌ; খোং-তৌ-লোল; তু-তেং-খোং-তেং-লোল তুথুপ।

*২। চৈরেং কি-খোং-লোল; কিংশং-লোল; লিকলু-লিক্লাং, খুচি-লোল; খোংচি-লোল; থাংহি লংলা-লংগুং থাংবা; লু-হোং পরম।

*৩। অথম শিংখমলোল; অঙাম খোংহনলোল, নত্রা নাওংখমলোল তুথুপ।

Printed at :- B. R. Press, Imphal